# রামানন্দ সঙ্গ

শ্রী শ্রী চৈতন্য চরিতামৃত মধ্য খণ্ডগী নিপানস্থবা শরুক





মনিপুরীদা হন্দোকচবা

**পুখ্রম্বম গন্ধ সিংহ**

লাইরেঞ্জম অৱাং লৈকায় (মেকোলা)

# কখোকচবা



শ্রী শ্রী রাধা গোবিন্দজীগী চরন্দা
"রামানন্দ সঙ্গ" কৎচরি।

# রামানন্দ সঙ্গ

## শ্রী শ্রী চৈতন্য চরিতামৃত মধ্য খণ্ডগী নিপানস্থুবা শরুক


মনিপুরীদা হন্দোকচবা

**পুখ্রম্বম গন্ধ সিংহ**

লাইরেঞ্জম অৱাং লৈকায় (মেকোলা)






মনিপুর ষ্টেট লাইরিক থীবা-হায়বা অপুন্না সভা (মনিসভা)

রেজিষ্টর নম্বর ১৫৩৯ ওফ ১৯৭৫

হেদ ওফিস ঃ

লাইরেঞ্জম (মেকোলা) ইম্ফাল ৱেষ্ট

লাইরিক থীবা হায়বা মহাবিদ্যালয়, মনিপুর।





**ফোংজবা ঃ**

লাইরিক থীব হায়বা মহাবিদ্যালয়না
"মনিপুর স্টেট লাইরিক থীব হায়বা অপুম্বা সভা" (মনিসভা) গীদমক
লাইরেঞ্জম মেকোলা, ইম্ফাল।

ফোংঙবা ঃ সেপ্তেম্বর, ৮ খৃঃ ২০০৮ রাধাষ্টমী
কোপী মশীং ঃ ১০০০।-
মমল ঃ লু: ১৫০।-



**নম্ফম ঃ**
টাইপসেট ঃ পুখ্র প্রিন্টিং, লাইরেঞ্জম
ওকসেত ঃ এমঃ আরঃ প্রিন্টরস,
সগোলবন্দ মোইরাং লৈরক মচিন।

# ৱাহৌদোক

মনিপুরদা বৈষ্ণব ধর্ম্মগী ইথিল চঙলকপদগী মৈতৈ অসি গৌরীয় সম্প্রদায়গী মনুং চন্বা কাঙলুপ অমা ওইখি। মদুদগী মৈতৈ ঐখোয়গী ধর্ম্মদা লাইরিক থীবা-হায়বা কলা অসি থাদোকপা য়াদ্রবা শেমদোক্লুবা সংকীর্ত্তন মখল অমা ওইরকখি। মৈতৈ লাইরিক থীবা-হায়বা কলা অসি ৺শ্রীযুৎ ভাগ্যচন্দ্র মহারাজ সনা হাক্তক্তগী হৌরকপনি। লাইরিক থীবগী রাগ-রাগিণী পান্দুনা পুখোকপিরন্বদি ৺ওঝা শ্রী খুন্দ্রাকপম দামু সিংহনি। লাইরিক হায়বগী শৈহায়বু শেমদোকপিরন্বা ৺ওঝা শ্রী পুখ্রম্বম চাউবা সিংহ ফম্না শেলুংবা ওইবদগী পুখ্রম্বম শেলুংবা হায়না খঙনবা ওঝা অসিনা লাইরিক হায়বগী শৈহায় অসি হৌদোকপিখি। গৌরীয় সম্প্রদায়গী মনুংদা লৈবা মৈতৈসিংগী সংকীর্ত্তনগী মতৌগুম্না লুনা খঙ্গরক্লুবা অসি, মতমগী মতুং ইন্না শিথরক্লে হায়বসি উরুবদা ৱাদবা চনে।

লাইরিক থীবগী রাগ-রাগিণী পান্দুনা শিজিন্নরিবা শৈহেক শৈদাসিংদি পায়ার ছন্দ (পদ ছন্দ), ললিত, চতুষ্পদি ছন্দ, লাচারি ছন্দ, ত্রিপদী ছন্দ, লঘুত্রিপদী ছন্দ, দুলাড় ছন্দ, চৌপদী ছন্দ, অসিনচিংবা অসিদা রাগ-রাগিণী পান্দুনা শক-শোন্বা সংকীর্ত্তনগী মশক ওইবা অয়াম্বনা ভক্তি গ্রন্থসিংদা ওইবা মরম্না লাইরিকসিং অসি বাংলা লোন্দা ইবনা অয়াম্বা ওইনরি, মনিপুরী লোন্দা ইথোকপদি য়াম্না লৈবা উদ্রি। মসিদা মৈতৈলোন্দা পায়ার ছন্দদা ইদুনা থমজবা অমখক পামজরুবা পুক্নীংদা ফাওজরক্লুনা করিসু খণ্ডজদবা পাঙদ্রবা ননাইনা "শ্রী শ্রী চৈতন্য চরিতামৃত" কৃষ্ণদাস কবিরাজ গোস্বামীনা আদি-মধ্য-অন্ত্য খণ্ড অহুমদা

বাংলা লোন্দা ইবিরম্বা লাইরিক অসি য়াম্না মরূ ওইনা ভক্ত-বৈষ্ণবসিংনা আস্বাদন তৌনরি। শ্রী চৈতন্য চরিতামৃত লাইরিক অসি মণিপুরীদা হন্দোক্লুনা ইবিরকপা ওঝা গুরুসিং য়াম্না লৈ। মণিপুরীদা পায়ার ছন্দগী শ্রী চৈতন্য চরিতামৃত লাইরিক থীবা হায়বদা শক শোন্বা য়ানবদি য়াম্না মশিং ৱাংলি খনজৈ। মসি উজরুবদা পাওদ্রবা ঐনা থম্মোয়দা পামজরুবদগী শ্রী চৈতন্য চরিতামৃত মধ্য খণ্ডগী নিপানসুবা পরিছেদ "রামানন্দ সঙ্গ" আধ্যায় অসিমতং মণিপুরীদা পায়ার ছন্দ কৃষ্ণদাস কবিরাজ গোস্বামীগী য়ুন্ফমদা লাইরিক থীবগী রাগ-রাগিণী ছন্দ পান্দুনা সংকীর্ত্তন অসি শক-শোঞ্জবা য়াগদ্রা খঞ্জরুবা পুক্নীংদা ফাওজরুবদগী ইজরুবনি, প্রমাণ অমদা থিক নেম্বনা অতিয়াদা থোকপা থা লাম্বগুম্বনি।

"রামানন্দ সঙ্গ" লাইরিক অসিবু মণিরীদা হন্দোক্লুনা ইজনবগী হোৎনজবদা খওদবা কয়ামরুম তাকপীদুনা লমজীংবিরকপগী মনুংদা মরু ওইনা থৌদাং চাডনৌ লৌবিরক্পা শ্রী লৈহাউথাবম -জাতিস্বর শর্ম্মা ওঝানি, ওঝা অসিগী থৌজান্দগী ইজবনি।

লাইরিক অসি ইজবদা শোইখি লানখিবা কয়া কয়া য়াওরমগনি, পাবিরিবা অমসুং শোন্বিরিবসিংনা চান্নী হৈবা পুকচেলনা ঙাকপীয়ু খুরুমজরি।

লাইরিক মচা অসি নম্বদা য়াম্না ৱানা অচিনবা মতম কয়া কাইথোকপিদুনা অচৌবা থৌদাং লৌবিবা কৈথেল্লাকপম খুমঙম্ব মঙাঙ ইচা অসিনা হোৎনবিবনা মীয়ামগী মাংদা পুথোকচবা ঙমজবনি মসিগীদমক মপু মানা থৌজানবিবা ওইরসনু।

**পুখ্রম্বম গন্ধ সিংহ**

# রামানন্দ সঙ্গ

**হিরম** **লামায়**

## অনুবাদ

## মঙ্গলা চরণ





# অষ্টম পরিচ্ছেদ।

## রামানন্দ সঙ্গ



**শ্লোকঃ-**

সঞ্চার্য্য রামাভিধভক্তমেঘে
স্বভক্তিসিদ্ধান্তচয়ামৃতানি।
গৌরাব্ধিরেতৈরমুনা বিতীর্ণৈ
স্তজ্জ্ঞত্বরত্নালয়তাং প্রয়াতি ।। ১

**শ্লোক অর্থঃ-**

রামা কৌবা ভক্তনোংদা নিংথিন হাপ্তুনা ।।
মাগী ভক্তি অরেপ্পবু অমৃত মপৈনা ।।
গৌরসমুদ্রনা অসুম্ নোংবু চুহনখিবা
রত্নলৈবা মাবু খংবা মতৌ ওইহনখিবা ।। ১

**পদঃ-**

জয় জয় শ্রীচৈতণ্য জয় নিত্যানন্দ।
জয়াদ্বৈতচন্দ্র জয় গৌরভক্তবৃন্দ ।।২

পুর্ব্ব রীতে প্রভু আগে গমন করিলা।
জিয়ড় নৃসিংহক্ষেত্রে কতদিনেগেলা ।।৩
নৃসিংহ দেখিয়া কৈল দণ্ডবৎ প্রণতি।
প্রেমাবেশে কৈল বহু নৃত্য গীত স্তুতি।৪
শ্রীনৃসিংহ জয় নৃসিংহ জয় জয় নৃসিংহ।
প্রহলাদেশ জয় পদ্মামুখপদ্ম-ভৃঙ্গ ।।৫

**পদ অর্থঃ-**

খুরুমজরি শ্রীগৌরাঙ্গ খুরুমজৈ নিত্যাইবু।
খুরুমজৈ অদ্বৈতচন্দ্র খুরুম্জৈ ভক্তশিংবু ।।২
হান্না লেঙ্বগুম্ প্রভুনা অসুম্না লাক্লেদো।
খরনিগী তুংদা জিয়ড় ক্ষেত্রদা থুংলেদো ।।৩
নৃসিংহ উবদা খুরুম্মি দণ্ডবত তৌদুনা।
প্রেমদা চঙ্দুনা স্তুতি জগোই ঈশৈ শক্লদুনা ।।৪
নৃসিংহ জয় ওইরে জয় ওইরে নৃসিংহ জয় ওইরে।
প্রহলাদ মবুঙো লক্ষ্মী মাইথোং খোই জয় ওইরে ।।৫

**অন্বয়ঃ।-** গৌবাব্ধিঃ (শ্রীগৌবাঙ্গসমুদ্রনা) বামাভিধভক্তমেঘ (ভক্তবাযবামানন্দনোং ওইবদা) স্বভক্তি সিদ্ধান্তচয়ামৃতানি (মাগী মরমদা ওইবা ভক্তিগী অবেপ্পা খিবিক্কি মপে ওইব অমৃতবু) সধরয়া (হাপ্পিদুনা) প্রমুনা (অদুম্না তৌবিরবা রামানন্দনোংনা) বিতির্ণৈঃ (চুথবকত্না) এতৈঃ (পুম্নামক আসিনা মবম ওইদুনা অবেপ্পা পুম্নমক্কি মশক ওইবা অমৃতনা মরম ওইরদুনা) স্তুজজ্ঞত্ব বত্নালযতাং (অবেপ্প পুম্বব্ থংবা বত্নগী তুংনফমগী মতৌ ওইববু) প্রযাতি (ফংহনখি) ১

**অনুবাদ।-** শ্রীগৌবাঙ্গপ্রভুনা সমুদ্রগী মশক ওইববা ভক্তরায বামানন্দনা নোংগী মতৌ ওইরদুনা শ্রীবাধা গোবিন্দগী মবম ওইবা ভক্তিগী অরেপ্পগী মপৈনা অমৃতগী মশক ওইববা পুম্ববু হাপ্পিবদুনা বামানন্দনোংনা চুথবক্লুনা অদুগুম্বা ভক্তিগী অবেপ্পা অমৃতনা মবম ওইরদুনা ভক্তি সিদ্ধান্তগী মহাওথংনা চাবগী মশক ওইরবা রত্নগী মপৈগী লৈফম ওইববু ফংহনখি ।।১

টীকা:-

নোংগী ঈশীংনা তাবক্রুবদি সমুদ্রদা বত্ন শঙ্খনা চিংবা পোক্তে নোংতাবগতা পোকই হায় মবম আসনা অহান্বদা সমুদ্রনা মনিন ওইদুন অকাশদা পৈশিন্দুনা লৈবগা নোং ওন্দুনা সমুদ্রদা চুথবকই। অদুগুম্বা নোংগী ঈশীংবু সমুদ্রনা লৌই, মদুদগী বত্ন মযাম পোক্নুনা লৈবনা সমুদ্রবু বত্নাকব মমীং থোল্লি। মবম আসনা কৃষ্ণদাসনা উপমা অলঙ্কার তৌদুনা মহাপ্রভুবু সমুদ্রগা রামানন্দবুনা নোঙ্গ দাস্য-সখ্য-বৎসল্যনাচিংব। মধুব বসনা ভক্তিগী মরম ওইবা সিদ্ধান্তবু ঈশীং অমতগী মতৌ ওইনা অমদি রামানন্দগী মচিন্দগী পুন্নমক তাবগা নুঙাইবা ফংলিবা অদুনুনা বত্নসিঙ্গ চাংদম্নদুনা হায়বনি। সমুদ্রনা মগী ঈশিং মনিন্না নোং ওইদুনা চুথবকপা মদুদগী কান্নবনা সমুদ্রনা ফংবা অদুগুম্ব ভাব তা শ্রীগৌরাঙ্গনা রামানন্দদা কৃপানা লোয়না থংহল্লগা হায়দোবকপা পুন্নমকপু প্রভুনা তাদুনা লৌবা মদুদা নুঙাইববু ফংখ। সমুদ্রগী ঈশিন্দ নামিংনা যৈদুনা মনিন ওইনা কাখিবসি কনাসু উদে মহাক্কী কৃপানা রমানন্দদা লোয়না থংহনবসু কনা অমত্তা উদে খংদে। মনিন অদুনা নোং ওইনা তাবক্লগা ঈশীং অদুদিমীনা উবে কৃপানা থংলবা রামানন্দনা হায়দোবক্লবা কান্দাদ ভক্তি সিদ্ধান্ত পুন্নদু মীওইবনা খংবা তাবা ঙমদে। অদুনা উপমা তৌরুবর্তানি মবম অসিবু গ্রন্থকার্ত্তা শ্রীকৃষ্ণদাসনা মাসিদা যামদ্রবা ব্রাতৈ খবসিতনা রায়সঙ্গগী মনুং মপানবু বিচার তৌবা ঙমলে অদুনা মসি নান্দি অনুবাদ শ্লোক হায়বনি।।১

পদ অনি মঙ্গলা চরণ্ কৎলগা পদনা মথাগী প্রভুগী লীলা বর্ণন্ তৌরি "পূর্ব্ববিতে" মথক্কি পারচ্ছেদ লেংখিবা প্রভুনা লেঙবগী মতৌ অদুগুম্বা, মফম অদুদা লেঙবদা মফম অদুদা লৈবম্ব মী পুম্ববু বৈষ্ণব ওইহন্দুনা অমাদি মথোয় পুম্নগী মবক্তা অমদা প্রেমভক্তি শন্দোক্লবা শক্তি হাপ্পিদুনা মথং মথং লেঙ্ঙক্নুনা নৃসিং কয়ানিগী মতুংদা জীযড় কৌবা [illegible] চানবিখিবদগী মফম অদুদা লৈবা নৃসিংহদেববু জিযড় নৃসিংহ কৌখি অদুগুম্বা নৃসিংহনা লৈবিবদগী মফম অদুবু জিযড় নৃসিংহক্ষেত্র কৌখি অদুগুম্বা মফম অদুদা শ্রীচৈতন্য প্রভু থুংলরে। নৃসিংহবু তেক উবদা থম্মোইদা লোত্তুনা থম্মলিবা প্রেম অদু ফোং লাওনা ইথক্ হৌবকই মদুদা তাওদুনা মতম শবদং জগোয় সাখি ঈশৈসু শকখি নৃসিংহবু স্তুতি কয়া তৌখি। মসিদা কনাগুম্বনা হংবা যাই শ্রী মহাপ্রভুদি শ্রীরাধিকাগী ভাবতা পুক্নিং চংদুনা শ্রীকৃষ্ণনা ওইবনি, শ্রীরাধিকাগী প্রেমগী লমন সিংনবা শ্রীকৃষ্ণমক্তা অবতার তৌরকপনি, মসিমক মাগী স্বরূপ তত্বদগী খংবা ঙম্মি। ঐশ্বর্য্যনা তিনবানি নৃসিংহদি লীলা অবতারনি মাবু উবগা চৈতন্যদেবনা কবিগী প্রেমগী ইথক হৌবিবনো? মসিগী পাউবুমদী মসিনি শ্রীকৃষ্ণগী মাধুর্য্যবু চাগে হায়বগী অবতার তৌবা প্রভুনি। ব্রজেন্দ্রনন্দন শ্রীকৃষ্ণদি রস অমৃতগি সমুদ্রনি, মতোন্দা মপান্নাইদ্রবা রস পুম্বগী তুঙ্নফাম্ন অমদি রস পুম্ববু চাবিরনি। অমসুং পুথোকলিবনি রস তোঙানবগীদমক্তা মূর্ত্তিসু তোঙাল্লি মদুদা শ্রীকৃষ্ণ রাধিকানা তোঙানবা লক্ষ্মী কয়া ওইদুনা থৌগল্লি। ওইখ্রি ওইখ্রিবা মূর্ত্তি অদুগী রস চানবগীদমক্তা লক্ষ্মী কয়াগী মশক ওইনিনি। অদুনা নৃসিংহ দেবসু ভগবানগী মূর্ত্তি অমা ওইরাননা প্রেম অদু মশানা হৌবকফম অদুম থোকপনি মাসদা ঈশ্বরদা খেন্নবা থমফদে হায়বদুসু ফোংদোকই। হিবণ্য কৌশিপ্না ওৎ নৈরবা প্রহ্লাদবু কনবিগে হায়বগীদমক্তা লৌখিবা নৃসিংহগী মূর্ত্তিনি অদুনা প্রহলাদগী মবুঙো হায়বনি। লক্ষ্মীগী থম্মালগুম্লবা

## শ্লোকঃ-

তথাহি শ্রীমদ্ভাগবতে(৭।৯।১ শ্লোকস্য স্বামী টীকায়াম্)

উগ্রোঽপ্যনুগ্র এবায়ং স্বভক্তানাং নৃকেশরী।
কেশরীব স্বপোতানামন্যেষামুগ্র বিক্রমঃ ।।৬

## শ্লোকঅর্থঃ-

নোংশানা অতোপ্পদদি মথৌনা লৈবনি।
মচাদদি নোংশাসিংনা থৌনা উত্তবনি ।।
শক্তি কয়া লৈবা ওইবা নৃসিংহ অসিনা।
মাগী ভক্তদদি উৎলি শক্তি লৈতগুম্না ।।৬

**অন্বয়ঃ**।- অন্যে (অতোপ্পসিঙ্গি মফমদা) উগ্রবিক্রমঃ (য়াম্না কনবা পাঙ্গল ওইবা) স্বপোতানাং (মাগী মচাসিংঙ্গি মফমদনা) অনুগ্রঃ (য়াম্না শাউগন্দবা অতপ্পা ওইবা) কেশরী ইব (নোংশাগী মতৌগুম্না) অযং (অসিগুম্বা) নৃকেশরী (নৃসিংহদেব অসি) উগ্রঃ (ভক্তবু য়েক্লবসিঙ্গি মবিদা শাউগৎবা) অপি (ওইদুনসু) স্বভক্তানাং (মাগী ভক্তসিঙ্গি মবিদা) অনুগ্রএব (যাম্না শাউগন্দবা অতপ্পা ওই) ।।৬

**অনুবাদ**।- নোংশানা অতোপ্পা মচাবু য়েক্লবসিঙ্গি মফমদা য়াম্না শাউগৎবা পাঙ্গল্ ফুদোক্লনবা ওইদুনসু মাগী মচাসিঙ্গি মবিদদি যাম্না তপ্পী শাউবা হৈতে অদুগুম্না নৃসিংহ দেব অসিসু হিবন্যকশিপুনচিংবা ভক্তবু য়েংথিবসিঙ্গি মফমদদি য়াম্না শাউগনবা ওইদুনা অকিবগী মশক ওইবা শক্তি কয়া পুথোক্লনসু মহাক্কী ভক্ত প্রহলাদনচিংবগী মফমদদি শাউগন্দবা অতপ্পা ওই।

---

## টীকা:-

মাইথোংগী খোয় ওইববা শ্রীনৃসিংহনা জয় ওইরি জয় ওইরি নৃসিংহদেবনা হায়দুনা লাওনা ঈশৈ শক্তুনা জগোই শাদুনা স্তুতি কয়া তৌখি।।২-৫

প্রহলাদবু অপোকপা মপা হিবন্য কশিপুনা হরি নীংবগীদমক্তা দণ্ডি কয়া কয়া পী প্রলহাদনা মদুপুম্বা খাঙদুনা হরিবু নীংখি। মমৈদা হিরন্যকশিপনা মখুৎমক্লা মচাবু কক্তুনা হাৎনবা থৌবাং তৌদুনা হবি কদাইদা লৈ তাকউ নৎত্রবদি কক্তুনা হাৎকনি হায়বকলবদা প্রহলাদনা থাংদা উপালদা মফম পুম্বদা যুম্বী অসিদসু হবিদি লৈ মানা লৈতবা মফম লৈতে হায! মদুদা লীক্লাই যুম্বীদা থাঙনা যান্দুনা হিবন্য কশিপুনা হবি কক্কনি খন্দুনা য়ান্খি মদুদা ভক্তগী ব্রাহৈ ঙাক্কে য়েক্লবা থমলরোই খন্দুনা

পদঃ-

এইমত নানাশ্লোক পড়ি স্তুতি কৈল।
নৃসিংহ সেবক মালা প্রসাদআনিদিল ॥৭
পূর্ববৎকোন বিপ্র কৈল নিমন্ত্রণ।
সেইরাত্রে তাহাঁ রহি করিলাগমন ॥৮
প্রভাতে উঠিয়াপ্রভু চলিলা প্রেমাবেশে।
দিগ্ বিদিগ্ জ্ঞান নাহি রাত্রি আর দিবসে ॥৯
পূর্ববৎ বৈষ্ণবকরি সর্ববলোকগণে।
গোদাবরী তীরে চলি আইলা কতোদিনে ॥১০
গোদাবরী দেখি হইল যমুনা স্মরণ।
তীরে বন দেখি স্মৃতি হৈল বৃন্দাবন ॥১১
সেইবনে কতক্ষণ করি নৃত্যগান।
গোদাবরী পার হৈঞা কৈল তাহাঁ স্নান ॥১২
ঘাট ছাড়ি কতদূরে জল সন্নিধানে।
বসি প্রভু করে কৃষ্ণ নাম সংকীর্ত্তনে ॥১৩
হেন কালে দোলায় চড়ি রামানন্দ রায়।
স্নান করিবারে আইলা বাজনা বাজায় ॥১৪

পদ অর্থঃ-

মতৌ অসুম শ্লোক কয়া থী স্তুতি কয়া তৌখ্রে।
নৃসিংহগী মনাইসিংনা লৈ পরেং প্রসাদ লানখ্রে ॥৭
হান্নগুম্না ব্রাহ্মন্না ভিক্ষাগী বার্তোন কৎলে।
অহিং অদু লৈরমলগা প্রভুনা লেংলক্লে ॥৮

নোং ঙাল্লগা হৌগত্তুনা প্রেম্‌দা তাওদুনা চৎলি।
অহিংনি নুংথিন্নি খন্দে খা-ব্রাং য়েংদে চৎলি ॥৯
মী পুম্নমক্তা হান্নগুম বৈষ্ণবপু ওইহল্লে।
নুমিৎ খরনি লাক্লগা গদাবরী য়ৌরক্লে ॥১০
গদাবরী উরুবদা যমুনা নিংসিংলে।
মপানগী বন উরুবদা বৃন্দবেন নিংসিংলে ॥১১
বন অদুদা মতম খর জগোয় ঈশৈ শকই।
গোদাবরী লান্দুনা হিদেন্দা স্নান তৌই॥১২
ঘাট থাদোক্তুনা খর লাপ্না ঈশীংগী মপান্দা।
ফমদুনা প্রভু কৃষ্ণগী নাম সংকীর্ত্তন তৌরিদো ॥১৩
মতম্‌সিদ দোলায় তোংঙি রামানন্দ রায়সু।
স্নান তৌবা লাকইদো ময়াম, য়ৈরকই পুং সেনসু ॥১৪

টীকা:-

অশাউবগা লোযনানা য়ুম্বী ফক্লাইদুনা চোংথোবক্তুনা হিবনা কাশিপ মৃত্যু লৈতববু হাৎনবগীদমক্তা নৃসিংহগী মূর্ত্তি লৌদুনা হিবনা কশিপুবু হাৎখি। মতম অদুদা ভগবানগী শক্তিনা কনখিবনা পৃথিবীনা পুবা অমদুনা নমথনক্লে মতমচাদনা প্রলয় তৌগদৌবে মদুদা ব্রহ্মা মহাদেবনাচিংবনা দেবতাপুম্বা পুদুনা মূর্ত্তি অঞ্জিলবিষু হায়না স্তুতি তৌগে থৌরাংবদা নৃসিংহদেবগী তেজ শক্তিনা কনমনখিবনা মূর্ত্তি অদু মৈগুম্না উদে শক অসেংবা উবা ফংদ্রে মতম অদুদা উপায় লৈত্রদুনা দেবসভানা প্রহ্লাদদা হায়দুনা প্রহলাদনা হেংবদাদ শ্রীনৃসিংহগী শক্তি মৈগুম্বদু উদে যাম্না ইংলদা শান্ত মূর্ত্তি ওইবা নৃসিংহবু উদুনা স্তুতি তৌখ মমৈদা দেবসভা পুম্বনসু নৃসিংহবু উজবা ফংখি। "উগ্রোহপ্যনুগ্র এবায়ং স্বভক্তানাং নৃকেশরী" অসি মদু উরদুনা শ্রীধর স্বামীনা শ্লোক অসিনা নৃসিংহগী গুণ ফোংদোকই।৬শ্রীগৌরাঙ্গ প্রভুনা ভাগবতকী শ্লোক অমসুং অতোপ্পা নৃসিংহগী স্তুতি ওইবা শ্লোক কযা থীরদুনা নৃসিংহবু খুরমখি প্রভুগী ভক্তিগী মঙান অদু উবদা মন্দিরগী পূজারী পাণ্ডানা নির্ম্মাল্য পরেং অমদি মহাপ্রসাদী লৌথোকলগা প্রভুদা লাল্লবে। কুর্ম্মক্ষেএদা কূর্ম্ম কৌবা ব্রাহ্মনা নিমন্ত্রন তৌবগুম্না কনাগুম্বা ব্রাহ্মণ অমনা মফম অসিদসু নিমন্ত্রন কৎলে। মফম পুম্নমক্তা বৈষ্ণব ব্রাহ্মনা বার্তোন তৌখি। অহিং অদু ভিক্ষা লৌবিবা ব্রাহ্মণগী জগাদা চংদুনা লৈবগা নোংঙাল্লবদা প্রভুনা কালাকৃষ্ণদাসনা থৌগল তৌরদুনা

পদঃ-

তাঁর সঙ্গে আইলা বহু বৈদিক ব্রাহ্মণ।
বিধিমত কৈল তেঁহো স্নানাদি তর্পণ ॥১৫
প্রভু তাঁরে দেখি জানিল এইরামরায়।
তাঁহারে মিলিতে প্রভুর মন উঠি ধায় ॥১৬
তথাপি ধৈর্য্য করি প্রভু রহিলা বসিঞা।
রামানন্দ আইলা অপূর্ব্ব সন্ন্যাসী দেখিঞা ॥১৭
সূর্য্য শত সম কান্তি অরুণ বসন।
সুবলিত প্রকাণ্ড দেহ কমললোচন ॥১৮
দেখিয়া তাঁহার মনে হৈল চমৎকার।
আসিয়া করিল দণ্ডবৎ নমস্কার ॥১৯
উঠি প্রভু কহে উঠ বল 'কৃষ্ণ কৃষ্ণ'।
তাঁরে আলিঙ্গিতে প্রভুর হৃদয় সতৃষ্ণ ॥২০
তথাপি পুছিল তুমি রায় রামানন্দ।
তেহো কহে সেই মুঞি দাস শূদ্রমন্দ ॥২১

পদ অর্থঃ-

মাগা লোয়ননা ময়াম লাকই লাইরিক হৈবা ব্রাহ্মণ
বিধি কাইদনা স্নান্তোই মানা তৌই তর্পণ ॥১৫
প্রভুনা উবদা খংলে রামানন্দনিসে।
মাবু উনগে চেনখ্রেদো প্রভুগী পুক্লিংসে ॥১৬
অদুম ওইনা খাংথদুনা প্রভু ফমদুনা লৈ।
অঙকপা সন্ন্যাসী উবদা রামানন্দ লাকলে ॥১৭

নুমিৎ চাম্মাগুম মঙান্নি শেৎলি লৈঙাংশংবা।
লেপ ঙাম্মন্নবা হকচাংনি মিংনা থম্বাল মানবা।।১৮
উবদা মাগী পুক্লিংদা অঙকপা ওইখরে।
লাক্লদুনা দণ্ডবৎ তৌদুনা খুরুম্মরে।।১৯
হৌগত্তুনা কৃষ্ণ সোল্লু প্রভুনা হায়বিখি।
মাবু কোনবিগে প্রভূগী থম্মোইনা খৌরাংখি।।২০
অদুম্নবু হঙিঙ নংসে রায় রামানন্দনি?।
মানা খুম্মি মদু ওইরে শূদ্র ননাইদুনি।।২১

---

টীকা:-

স্নান ক্রিয়াপুম্না লোয়রগা মনাই কৃপা পিরমলগা লেঙঙকই। প্রেমগী রাগল থর্নাখিবনা মাইকৈ খা-রাং অহিং নুংথিলগী রাখল খন্দে অদুনা নাম শোন্দুনা থেংনবা মীপুম্নবু মথক্তা কৃপাগী শক্তি চাপ্লদুনা বৈষ্ণব ওইহনখিবগুম ওইহনখি অসুম তৌনা নিনী মর্বিনি লাক্লগা গদাবরী য়ৌবক্লে। (খা ভারতকী মনুংদা অকাওবা তীর্থ অমনি। নাসিক জেলাদগী মাইল ২৯ চৎলগ লৈবা ব্রহ্মাগিবি হাযবা চীং (জটাফট্‌কা পর্ব্বত) দগী পোকপানি গোদাবরি) অসিগুম্বা গোদাবরিগী ঈচেল অদু হেক উবদা যমুনা ওইনা প্রভুনা খনখি অদুগা গোদাবরীগী মপান্দা লৈরিবা বন অদুবুনা বৃন্দাবনগী মতৌগুম খনখি মতম অদুনা বন অদুদা চংদুনা মতম ঙহাক উখোংদা জগোয় শাখি। অদুগা ঙহাক অমনা নুংশিনা ঈশৈ শকখি। প্রেম হঞ্জিল্লবদা গোদাবরী লাম্থোক্লগা হিদেন মতাচাবা যেংদুনা গৌবাঙ্গনা চাইথখি। ঘাট হিদেন অদু থাদোক্তুনা খব লাপ্না হন্দোক্তুনা ঈশীংগীদি মনাক ওইবা মফম অমদা ফমদুনা কালা কৃষ্ণদাসসু খব হন্থোক্তুনা ফমদুনা লৈখি, প্রভুদি শ্রীকৃষ্ণগী নাম সংকীর্ত্তন তৌবি। মতম অসীদা রায রামানন্দনা মী মরিনা পুবা দোলায় অমদা তোংদুনা লাকই মদুদা পুংশেন যন্ত্র কযা কযা য়েবা মীওইনা মাঙ থাদুনা তুংইন্দুনা মী মযাম অমসু রায রামানন্দগী তুং ইন্দুনা রা-রা লাওনা স্নান তৌবা লাকই।১৭-১৮ বেদ যাম্ম হৈববা ব্রাহ্মণ মযাম অমসু রামানন্দগী মতৌ মওং য়েঙ্গদৌবগী তুং ইল্লকই মখোয়গী রাগন্দা রামানন্দগী মনুং মপান নাইনা চৎপা শাজং অদু খংনিংবনি। রামানন্দ রায় 'বিধিমতা'- সেংলবা ভক্তিগী মতুং ইন্না; বর্ণাশ্রমগী মতুং ইন্না হায়বা নত্তেৎ মরমদি রামানন্দ রায সেংলবা প্রেম ভক্তিগী মচৎ চৎপানিৎ অসিগুম্বা ভক্তগী মাইকৈদা বর্ণাশ্রমধর্ম্ম অদু সোইদনা তৌদবা য়াদে হাযবা অকনবা বাযেল লৈতে: "ধর্ম্মান্ সংত্যজ্য য:সর্ববান্ মাংভজেৎ স চ সতমঃ।। " শ্রীমদ্ভাগবত ১১।১১।৩২ মানা ধর্ম্ম পুম্নবু থাদোক্তুনা ঐবু নিংলিবদো অথোইবা ভক্ত কৌই।। মসিদা হায়রিবা সর্বব ধর্ম্ম হাযবা শব্দগী অথক্রমসান্দর্ভদা অসুম্না ইবি "সর্ববান্ এব বর্ণাশ্রমবিহিতান্

পদঃ-

তবে প্রভু কৈল তাঁরে দৃঢ় অলিঙ্গন।
প্রেমাবেশে প্রভু-ভৃত্য দোঁহে অচেতন।।২২
স্বাভাবিক প্রেমদোঁহার উদয় করিলা।
দোঁহা আলিঙ্গয়া দোঁহে ভুমিতে পড়িলা।।২৩
স্তম্ভস্বেদ অশ্রুকম্প পুলক বৈবর্ন।
দোঁহার মুখেতে শুনিগদগাদ কৃষ্ণ-বর্ণ।।২৪
দেখিয়া ব্রাহ্মণ গণের হৈল চমৎকার।
বৈদিক ব্রাহ্মণ সব করেন বিচার।।২৫
এইত সন্ন্যসীর তেজ দেখি ব্রহ্মসম।
শুদ্রে আলিঙ্গিয়াকেনে করেন ক্রন্দন।।২৬
এইমাহারাজ মহা পণ্ডিত গম্ভীর।
সন্ন্যাসীর স্পর্শে মত্ত হইল অস্থির।।২৭
এইমত বিপ্রগণ ভাবে মনেমন।
বিজাতীয় লোক দেখি প্রভু কৈল সংবরণ।।২৮

পদ অর্থঃ-

মদুদা মাবু প্রভুনা চেৎনবু কোনবিরে।
প্রেমদা চংদুনা অনিমক মপু মনাই ৱান্থরে।।২২
মশাগী প্রেমনিদো অনিদা ফাওরকলিবনিসে।
অনি কোন্নবদা মখোয় লৈমাইদা তুরেসে।।২৩
য়ুম্বীগুম তুজুঙিঙ নিকই পি তাই কুচু ওল্লি।
তারি অনিগী লৈয়েংদা কৃষ্ণ কৃষ্ণ সোল্লি।।২৪

উরুবদা ব্রাহ্মণসিঙ্গি অঙকপা ওইখরে।
বেদ হৈবা ব্রাহ্মণসিংনা বিচার তৌনরে।।২৫
সন্ন্যাসী অসিগী মঙাল য়েঙ্ঙু ব্রহ্ম মাল্লি।
শূদ্র কোল্লগা করিনো করিগী কপলি? ।।২৬
মহারাজসে পণ্ডিৎনি থম্মোই চেৎপনিদো।
সন্ন্যাসীগা শোক্রবদা ঙাওরে তপথদ্রেদো ।।২৭
অসুম্না ব্রাহ্মণসিংদুনা মবুক্তা খল্লিদো।
পুক তিন্নদবা মী উবদা প্রভু হঞ্জিল্লেদো ।।২৮

---

টীকা:-

তদুপলক্ষণং জ্ঞানাপ মদননা ভক্তি-বিঘাতক তয়া সংত্যজা মাংভ জেৎসচ সতমঃ।।" চংখোন্না অত্তোপ্পনা ভক্তিগী মরিদা মাংলবদি বর্ণাশ্রম অমদি জ্ঞান যোগ মদু থাদোক্কনি। মখাদা রামানন্দগী পাউখুমনা মহাক বর্ণাশ্রম ধর্ম্মনা পুনবা মীওই নত্তে হায়বা খুদম লাক্কনি। অসীগুম্না রামানন্দনা নিয়ম ভাক্ল স্নান তৌই তর্পনসু তৌই। শ্রী গৌরাঙ্গ প্রভুনা মাবু হেক উবদা রামানন্দনা হায়বা খংলদুনা মাগা উননিংবমক্তনা পুক্নিংদি রায রামানন্দগী মনাক্তা চেনখি, অদবু হকচাংমক্তি তপথবা গুম্না খাংদুনা কমদুনা লৈ। মগাক্তা তান্না উখিদ্রবা সন্ন্যাসীবু উবদা রামানন্দ মশামক প্রভুগী নাক্তা লাকই (চুম্বমকনি য়োংচাবীনা য়োংপু চিংশিনবগুম ঈশ্বরগী শক্তিনা চিংশিনবনি মসিদা কোল্লিং কারবদি য়োৎচাবীদা নত্তে পাপ লৈবরদি ঈশ্বরদা মীওইবনা চংদে) প্রভুগী হকচাঙ্গি মঙাল্লা নুমিৎ চান্দগুম্না ঙানবা নিংথিরা শকতম খুঁউগী তাং শক্তম যৌনা শাংবা পাম্বোম মশাগী খুদুপ মবি রাংবা গম্বালগী মনানা মতোন তুম্না । কইলগুম মিং মীম তুম্না তবা লৈঙাং মচুগী ফি থোনবা উৈদা গুরুগুদুনা লাক্লগা চৈনা লৈপাক্তা চাবগুম্না তাদুনা খোবমখি। মদুদা প্রভুনা তৌগঙুনা হায়খি-হৌগৎলু কৃষ্ণ কৃষ্ণ শোল্লু লাইবরা লম্বোইবা ঐবু খোবমদুনা মতম মাংহনবা পাম্মুই অদুগা মাবু কোনগে নীংবদা থম্মোইদি খৌবাংঙি। অদবু হান্না খংলবা মনাইবু মীওইবগী মতৌগুম্না খংদবা সাদুনা হংঙি নহাকপু রায রামানন্দরা? রামানন্দনা খুন্দি এ অদুগুম্না রামানন্দনি, নর্হাক্কি ননাইনি, ঐদি লাইবক থিববা শূদ্রনি। শূদ্রজাতীগী ইংথৌ তৌদননা হেন্ন তোল্লবা ঐহাক্তি।।১৫-২১

মতম অদুদা প্রভুনা রামানন্দবু চেৎনা নুংশিনা কোনবিদে, মপু মনাই অনিমক প্রেমদা তাওদুনা জ্ঞান মাংখ্রে 'স্বাভাবিক প্রেম' অদুগুম্না প্রেম অদু মাধন্তৌদুনসু ফংবা ঙমদে। তৌইগুম্বসুং অদুগুম্না প্রেম অদুদি মসাদা মহৌসানা অদম লৈজবনি। অবেপ্না সিদ্ধ ভক্তগী থম্মোইদা অসিগুম্না স্বভাব সিদ্ধ প্রেম অসিদি য়াম্না কুইরবদগী হৌনা তসেংনা লেংদনা অদুম্মক লৈববনি। এই অসিগুম্বা প্রেম

পদঃ-

স্বস্থ হৈয়াদোঁহে সেই স্থানেতে বসিলা।
তবে হাসি মহাপ্রভু কহিতে লাগিলা ।।২৯
সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্য কহিল তোমার গুণ।
তোমারে মিলিতে মোরে করিল যতন ।।৩০
তোমা লিলিবারে মোর এথা আগমন।
ভাল হৈল অনায়াসে পাইলু দরশন ।।৩১
রায় কহে-সার্ব্বভৌম করে ভৃত্যজ্ঞান।
পরোক্ষেহ মোরহিতে হয় সাবধান ।।৩২
তারঁকৃপায় পাইনু তোমার চরণ দর্শন।
আজি সফল হৈল মোর মনুষ্য-জনম ।।৩৩
সার্ব্বভৌমে তোমার কৃপা তার এই চিহ্ন।
অস্পৃশ্য স্পর্শিলে হঞা তাঁর প্রেমাধীন ।।৩৪
কাহাঁতুমি সাক্ষাৎ ঈশ্বর নারায়ণ।
কাহাঁ মুঞি রাজসেবী বিষয়ী শূদ্রাধম ।।৩৫
মোর স্পর্শে না করিলে ঘৃণা বেদভয়।
মোর দরশন তোমা বেদে নিষেধয় ।।৩৬

পদ অর্থঃ-

হঞ্জিল্লদুনা অনিমক মফমদুদা ফমলে।
মদুদা প্রভুনা নোক্তুনা ৱা হায়বা হৌরক্লে ।।২৯
সার্ব্বভৌমনা নহাক্কী হায়বিরক্লে গুণবু।
নহাক্তবু উননবা ঐনা তৌজৈ যতনবু ।।৩০

নহাকপু উনন‌বগী সিদা ঐ লাকপনি।
ব্রাদনা উনজবসে লাইবক ফরবনি ॥৩১
রায়না হায় সার্ব্বভৌমদা মনাইনি খনবিরি।
উনদ্রবসু ফনবা চোকশিন্না খনবিরি ॥৩২
মাগী থৌজান্দগী ফংলে চরণসি উজবা।
ঙসি মহে্‌য়াল্লে ঐনা মীওইনা পোকচবা ॥৩৩
সার্ব্বভৌমদা নহাক্কী চানবিরে খুদমসিনা।
শোকফদবা শোকপিরেদো মাগী প্রেম অদুনা ॥৩৪
কৈদা তরংবা ঈশ্বর জীবগী চংজফম।
ঐনা কৈদা নিংথৌ খনবা শূদ্র বিষয় তুংফম ॥৩৫
ঐবু শোকপদা তৌবিদ্রে বেদকিব হঙ্গোইবা।
ঐবু উনবা নহাক্কা বেদনা থিংঙিবা ॥৩৬

---

টীকা:-

অসিগী তুংনফমনি নিত্যসিদ্ধ ভক্তসে, অমনা বিষয় ভগবান্নি। ভগবানবু হেক উবদা অসিগুম্বা প্রেম অসি ফোং-ফোং ঙানথোক্লক্ই অমনা ভক্তগী মফমদা ঈশ্বরগী অদুগুম্বা প্রেম লৈরিবদো, মাবু ভক্ত বাৎসল্য কৌই মসিসু মহৌসাগী ওইজবা প্রেমনি, ভক্তবু হেক উবদা ভক্ত বাৎসল্য প্রেম অসিসু মশানা হেক্তা হৌবকই। মসিনা শ্রীগৌরাঙ্গবু উবদা নিত্যসিদ্ধ ভক্ত রামানন্দগী থম্মোইদা স্বভাবসিদ্ধ প্রেম অমদি রামানন্দবু উবদা মহাপ্রভুগী থম্মোইদা স্বতঃ সিদ্ধ ভক্ত বাৎসল্য অদু হৌরকই। গৌর-গণোদ্দেশ দীপিকাদা পাণ্ডুগী মচা অর্জ্জুণ, ললিতা, আর্জ্জুণীয়া অমদি যোগপীঠগী অযেকপদা বিশাখানসু হায়না হাঁব। মসিনা পুল্লগা কলিদা রায় রামানন্দ ওইনা পোক্লবনি। শ্রীগৌরাঙ্গ প্রভুনা রাধা ভাবনি। ঐ রাধানি খন্দুনা কৃষ্ণ ফংদবগী অব্রাবা ব্রাখন্দা লাকপনি অদুনা অনিমক উনবদা মা মাগী রাখল অদু ফোংদোক্কুনা কোন্নকবদা ব্রান্থদুনা লৈমাই থক্তা তুথি। মদুদা স্তম্ভনচিংবগী মওংদি ২।২।৭২ গী টীকাদা যেংলগা থঙ্গান অনিগী লৈয়েংদা স্বরভেদগী মওং লাক্কুনা হিক-হিক লাওনা কৃষ্ণ সোল্লি, রাধা ভাবতা গৌরাঙ্গনা কৃষ্ণ নিংবা হৈতবী ঐবু নংনা কৃষ্ণ নীংবা তম্বীখিবনি অদুনা হৌর্জিক্তি কৃষ্ণ পিয়ু। রামানন্দনা নামগা মশাগা চপ মান্নে কৃষ্ণ সোন্দুনা কৃষ্ণ পিবি মতৌ অদু উবদা ব্রহ্মেণ পুম্বা পুমঙক ঙকখবে, বেদ হৈ্‌রবা ব্রাহ্মণসিংনা মতৌ অদুদা বিচার তৌই। রামানন্দ শূদ্রনি;

পদঃ-

তোমার কৃপায় তোমায় করায় নিন্দ্য কর্ম্ম।
সাক্ষাৎ ঈশ্বর তুমি-কে জানে তোমার মর্ম্ম।।৩৭
অমা নিস্তারিতে তোমার ইহাঁ আগমন।
পরমদয়ালু তুমি পতিত পাবন।।৩৮
মহান্ত স্বভাব এই তারিতে পামর।
নিজ কার্য্য নাহি তবু যান তার ঘর।।৩৯

পদ অর্থঃ-

(নহাক্কী) কৃপানা নংবু তৌহল্লে নিন্দাগী থবকপু।
তরংবা ঈশ্বরনি কনানা খঙ্গনি অচেৎপবু।।৩৭
ঐবু লানবিগে নংনা সিদা লাকপনিদো।
অতোনবা লানবিবা নংনি থৌজাল হৈবনিদো।।৩৮
পুকচেল চাওবগী মথৌনি অতোনবা লানবিবা।
মশাগী মথৌ লৈত্রবসু মীগীদা চৎলিবা।।৩৯

তথাহি শ্রী মদ্ভাগবতে ১০।৮।৪ **শ্লোকঃ-**

মহদ্বি চলনং নৃনাং গৃহিনাংদীন চেত সাম।
নিঃ শ্রেয়সায় ভগবন্ কল্পতে নান্যথা ক্বচিৎ।।৪০

শ্লোক অর্থঃ-

মহৎনা চৎপসে মীওইবসিঙ্গি য়ুম্বাল্লীবা পুকচেল পিকপা
মখোয়গী মঙ্গোলগীনি ভগবণ! সেম্বি, নৎত্রবদি চত্তে।।৪০

**অন্বয়ঃ-** ভগবন্ (হে মুনি) গৃহিনা (য়ুম্বানবগী মরমদা খন্দুনা লৈবা) দীন চেতসাং (থম্মোই শীকপসিঙ্গি) নৃনাং (মীওইবসিঙ্গি) নিশ্রেয় সায় (মঙ্গোল ওইনবগদমক্তা) মহদ্বিচলনং (মহাপুরুষসিংনা মাগী আশ্রম থাদোক্লুনা অতোপ্পা মফমদা চংপা); ক্বচিৎ (কবিগুম্লদসু) (চৎলি) অনাথা (অদু নৎত্রবদি) নকল্পতে (চৎতে)।।৪০

**অনুবাদ -** হে মুনি! থম্মোই পিকপা মচাক মরলতগী রাথলদা হিংলিবা মীওইবসিঙ্গি মঙ্গল ওইনবগীদমক্তা মখোয় মখোয়গী মযুমদা আশ্রম থাদোক্লুনা মুনিখোযগুম্লনা লেংলিবিবনি অসি নত্তনাদি থক আশ্রম থাদোক্লুনা লেংদে।৪০

---

টীকা:-

সন্ন্যাসীগী ধর্ম্মদা শূদ্রগা শোক্লবা সমনবা য়াদে, অসুক মগুন লৈরবা ব্রহ্মাগী মতৌ ওইরবা মানা শূদ্র রামানন্দবু কোল্লগা কপলিবা? অদুগা রামানন্দসু মহৌশানা থম্মোই য়াম্না চেংপনি মহাক্না সন্ন্যাসীগা কোম্নরগা অঙাওবগী মতৌগুম থম্মোই ইয়াং যাংলিবা করিনো? মহাজ রামানন্দ প্রতাপরুদ্রগী অথোইবা ফমনাইবনি বিদ্যা নগবগীদি মান নিংথৌনি। অসুম্না ব্রাহ্মণসিংনা ঙকপনি প্রভুনা উই মখোয় ব্রাহ্মণসিং অসিগী মতৌ মওং ভাব পুম্বা ঐখোয়গা তিন্নদে হায়বা মবম অদুনা প্রভুনা প্রেম হঞ্জিনাখি।।২২-২৮

নিংথিনা রাথল লৈতাদুনা প্রভু রামানন্দ অনিনা মফম চান ফমলে, মদুদা প্রভুনা নোক্লদুনা রামানন্দদা ৱা থবা হায়রকই। রামানন্দ! নহাক্কী গুণ পুম্ব সার্বব ভৌমনা ঐঙোন্দা হায়রকই নহাক্ক উননবা যাম্না যতন তৌনা সিন্নরকই, ঐনা অসিদা লাকপা অসিসু নহাক্কগা উনাজগে হায়নাগিনি অদবু থিরু হংলুবা লৈতনা ইরাউ লাইনা উজবা ফংবসি ওম্বোক্লা ফবে। রামানন্দনা হায সার্ববভৌমনা ঐবু মনাই অমনি হায়না খনবিদুনা নকননা লৈমিন্নদ্রবা উনদ্রবসু ঐগী ফনববু য়াম্না চোকসিন্না খনাবিব, মাগী থৌজান্দগী নহাক্কি নুংশিরবা তাংলবা চরণ অসি উজবা ফংলিবনি মসিনা মরম ওইদুনা ঙসি মী ওইনা পোকপগী ঐনা মহৈ য়াল্লে। হায়বদি থৱাই পানবা পুম্নমক্কগী মীওইবনা পুমথোই থোইনা হেল্লি। মীওইবগী হকচাংনা ঈশ্বরনিংনবগী অথোইবনি লাইগী মপোক নোরক তাববা মখোযদি ভক্তিগী মরু ইবা সাধন তৌনবা খুদোংচাবা লৈতে, অসিগুম্বা ভক্তি তান্নবা পাম্বে অসি মীওইবী হকচাংতনি। মরম অদুনা ব্রহ্মা ফাওবনা মীপোকপু থৌরাংঙি। "স্বর্গিনোহপ্যেত মিচ্ছন্তি লোকং নিবয়িণস্তথা। মাধকং জ্ঞান ভক্তি ভ্যাম্ভয়ং তদ সাধকম শ্রীভাগবত ১১।২০।১২ দা অসিগুম্বা তাংলবা মীপোক অসি ঈশ্বরগী কৃপাদগী ফংলিবনিৎ শ্রীগুরুদেবনা হিহোনবগী মশক ওইদুনা দেহ-হী অসি সংসার সমুদ্রদা তাওহনবিরি মদুদা জীবনা ইৱা ৱাদনা লান্থোকই। মদুনা শ্রীভগবানগী চরণব
জীবনা ফংলিবনি মসিদা মীওইবগী মপোক মহৈ যাল্লে। রায় রামানন্দ ঙসি গৌরপাদবু ফংবদা মহৈ যাল্লে হায়বনি। অমুকসু হায় সার্ববভৌমদা নহাক্না য়াম্না নিংথিনা কৃপা তৌবিরে মদুদি শোক্লবা উনবা য়াদ্রবা ঐবু মাগী প্রেমগী মরমদগী শোর্কাপরি। ঐদি নিংথৌগী ফমনাইবা বিষয়না পুল্লিবা, জাতীসু শূদ্রনি সন্ন্যাসী ওইবনা ঐখোয়বু হঙ্গোই, বেদনসু উনফদে হায়দুনা থিংলি। বেন্নবসু ইবুংঙোদি

## পদঃ-

আমার সঙ্গে ব্রাহ্মণাদি সহেস্রেক জন।
তোমার দর্শনে সভার দ্রবিভুত মন।।৪১
'কৃষ্ণ কৃষ্ণ' নামশুনি সভার বদনে।
সভার অঙ্গ পুলকিতরঅশ্রুনয়নে।।৪২
আকৃত্যে-প্রকৃত্যে তোমার ঈশ্বর-লক্ষণ।
জীবেনা সম্ভবে এই অপ্রাকৃত গুণ।।৪৩
প্রভুকহে-তুমি মহাভাগবতো ত্তমো।
তোমার দর্শনে সভার দ্রব হৈল মন।।৪৪
অন্যের কা কথা-আমি মায়াবদী সন্ন্যাসী।
আমিহ তোমার স্পর্শে কৃষ্ণপ্রেমে ভাসি।।৪৫

## পদ অর্থঃ-

ঐগা লোয়নরিবা ব্রাহ্মণ মী লিসিং অমসে।
নংবু উবদা পুন্নমক পেৎলেদো থম্মোইসে।।৪১
কৃষ্ণ কৃষ্ণ শোনবা তারে মখোয়গী লৈয়েংদা।
মখোয়গী হকচাং তুজুংলি পী তারি মিৎলুদা।।৪২
শাজত্তা শক ওংদা নংদি ঈশ্বরগী মওংনি।
জীবদা ওইদ্রবা মসে চমদ্রবা গুণতনি।।৪৩
প্রভুনা হায় নংদি ভক্তসিংদগী থোইবনি।
নংবু উবদা মখোয়সে থম্োই পেৎখ্রবনি।।৪৪
মীদি লাইরি ভক্তি থিংবা সন্ন্যাসী ঐতসু।
কৃষ্ণ প্রেমদা তাওরে নঙ্গা সোক্রবা ঐফাওসু।।৪৫

টীকা:-

জীবগী চংজফম ঈশ্বরনি ঐদি বিষয় পাম্মিবা শূদ্রনি। অসুক থিনা খেন্নবনি মসি পুম্বা খেন্নবা অথিংবা পুম্বা সার্ববভৌমগী প্রেমনা নমথেক্লুনা ঐবু কোনবিরিবনি।।২৯-৩৬

তোমার কৃপায় - জীবগী মরিদা মহাক্কী অদুম্না চানবিবা কৃপা লৈ, অদুগুম্বা কৃপা অদুনা খুদুম চন্দুনা নহাক্না বেদনা য়াদে হায়দুনা থিংলবসু মী পুম্বমক্না নিন্দা তৌরবসু অদুগুম্বা থবক অদু নহাক্না নিন্দা অথিংবা পুম্বা য়েংলুদনা লাইনা তৌবিরি। মসিনা তরংবা ঈশ্বরনি হায়বা খংলে ঈশ্বরগী অচেৎপা ভাবপু কনানস্ খংবা ঙমদে। ঐতবু লানবিনবগীদমক্তা গোদবরী মপাল অসিদা লাকপিরিবনি অতোনববু চানবি হৈবা মীনুংশি চাওবা নহাকনি মহন্তগী মগুন - ভক্ত অথোইবগী মশক ওইদুনা হায়বদি শ্রী মদ্ভাগবতকী ৫।৫।২-৩দা হায়রি "মহৎ সেবা দ্বার মাহু র্বিমুক্তেস্ত মোদ্বারং যোষিতাং সঙ্গি সঙ্গং মহান্ত স্তেসমচিত্তাঃ প্রাশান্তা বিমন্যবঃ সুহৃদঃসাধবোযে। যেবা ময়ীশে কৃতসৌহৃদার্থা জণেষু দেহম্ভর বার্ত্তিকেষু। গৃহেষু জায়াত্মজরাতি মৎসু নপ্রীতি যুক্তা যাবদর্থাশ্চ লোকে।। ৫।৫।২-৩।।"

মহৎসিঙ্গি সেবা তৌজবা হায়বসে স্বগগী থোংনি মুক্তি ফংনবা লম্বীনি, মচান মসুনচিংবগী নুংঙাইবা পাম্বদুনা নোরক্কি লম্বীনি, জীব পুম্বদা মান্নবা উবা থম্মোই খোযদবা ইন্দ্রি হজিনবা ঈশ্বরদা বুদ্ধি থম্বা পুম্নমকপু চান্নবা অশাওবা লৈতবা শাজৎ ফজবা ঈশ্বরগী পেন্নবা তৌবনা মখোয়গী অথোইবা পুরুষার্থ ওইবা, হকচাঙ্গি পেন্নবতা খনবা চিঞ্জাক কক্তবা বিষয় পাম্বা মীওইববু পেন্দবা মচা, মরল্, নুপী, ময়ুম, পুম্নমক্ত পুক্লিং থমদবা লন-থুম বিষয় কয়াবু ফংলবদা ঈশ্বরগী সেবাদা সিজিন্নবা মদুদগী হেন্নসু পামলুদবা মখোয়বু মহান্ত কৌই। অসিগুম্বা মহান্তসিংদি অতোনববু লানবিবা হায়বসিমক মথৌ ওইনা লৌদুনা মহাক্কী মথৌমক লৈত্রবসু অতোনবসিঙ্গি ময়ুমদা হেক-হেক চংবি।।৩৭-৪০

মরম অসিন লৈবনা ঐগুম্বা পাপীবু লানবীনবা লেংবিবকপনি ঐগা লোয়নরিবা ব্রাহ্মান্ লিসিং অমনি মখোয় পুম্বা ইবুঙো নহাকপু উজবা ফংবদা মখোয়গী মবুক থম্মোই অসি লোয়না পেত্তুনা মহি চেল্লে। মখোয়গী মচিন্দা কৃষ্ণ কৃষ্ণ শোন্দুনা মশাদা মতু চুংলি মমিত্তগী পী শিন্থববু উবি। শাজত্তা শাবান্দা মুর্ত্তিদা থবক্তা মরম খুদিংদা ঈশ্বরগী মওংনি ইবুংঙো নহাকসে। অসিগুম্বা চমদ্রবা গুণ পুম্বসি মীচম জীবদদি খক ওইদে ঈশ্বরতদা ওইবনি। ৪১-৪৩ ফাওবগী পয়ারদা অশেংবা মশক্তা মরক্তা লৈবা মশক্তা শ্রীমহাপ্রভুগী গুণবু ঈশ্বরমক্নি হায়বা ফোংদোকলে; আকৃতি প্রকৃতি হায়বা অসিনা স্বরূপ লক্ষণ্নি। থবক্তা মরম ওইবনা তটস্থ লক্ষণনি ৪৩দা হায়রিবসিনা আকৃতি শক্তী গুন শ্রী অঙ্গগী থোইদোকপা ঈশ্বরগী গুণবু উৎলি ৪১-৪২না শ্রী গৌরাঙ্গ প্রভুবু হেক উবদা করি লৈত্রবা মীচম ফাওবদা প্রেম পিনবিরি মসি মীচমদা ওইথোক্তে। প্রভুনা মসি লোত্তনতা থম্মী ফোংদোক্তে মরম রামানন্দগী ব্রাহৈসিং তারগা করিগুম্বদা মহাক মশাগী ঈশ্বর ওইবগী মগুণ লোৎনবা মহাক্কী নোল্লুকপবু ফোংদোক্লুনা হায়খি রামানন্দ! নহাক্না লোয়নবা ময়াম্না থম্মোইদা প্রেম ফাওরিবসে ঐবু

47/42



পদঃ-

এইজানি-কঠিন মোর হৃদয় শোধিতে।
সার্ব্বভৌম কহিলেন তোমারে মিলিতে॥৪৬
এইমত দোঁহে স্তুতি করে দোঁহারগুণ।
দোঁহে দোঁহার দরশনে আনন্দিত মন॥৪৭
হেন কালে বৈদিক এক বৈষ্ণব ব্রাহ্মণ।
দণ্ডবৎ করি কৈল প্রভুর নিমন্ত্রণ॥৪৮
নিমন্ত্রণ মানিল তারে 'বৈষ্ণব' জানিঞা।
রামানন্দে কহে প্রভু ঈষৎ হাসিঞা॥৪৯
তোমার মুখে কৃষ্ণ কথাশুনিতে হয়মন।
পুনরপি পাই যেন তোমার দর্শন॥৫০
রায় কহে আইলাযদি পামর শোধিতে।
দর্শনমাত্রে শুদ্ধনহে মোর দুষ্টচিতে॥৫১
দিনপাঁচ সাত রহি করহ মার্জ্জন।
তবে শুদ্ধ হয় মোর এই দুষ্ট মন॥৫২
যদ্যপি বিচ্ছেদ দোঁহার সহনে না য়ায়।
তবু দণ্ডবৎ করি চলিলা রাম রায়॥৫৩

পদ অর্থঃ-

অসি খংনা ঐগী কল্লবা থম্মোই সেংনবগী।
সার্ব্বভৌমনা হায়বনি নঙ্গা উনবগি॥৪৬
মতৌ অসুম্না অনিনা অনিগী গুণ থাগৎনৈ।
অনি উনবদা অনি পুক্লিং নুঙাইমিন্নৈ॥৪৭

মতমসিদা লাইরিক হৈবা বৈষ্ণব ব্রাহ্মণ অমনা।
প্রভুদা নিমন্ত্রণ কৎলে দণ্ডবত তৌদুনা।।৪৮
নিমন্ত্রণ লৌরে মহাক্‌পু বৈষ্ণবনি খংদুনা।
রামানন্দদা নোক্কুনা হায়রকই প্রভুনা।।৪৯
নঙোন্দগী কৃষ্ণ গুণবু তাজনিংবনিদো।
অমুক ফংখিদ্রা উনবা নহাক্কা লোয়নবদো।।৫০
রায়না হায় তোল্লবা ঐবু লানবিবা লাকপনিদো।
উহনবিবনদি শেংলোয় ঐগী থম্মোই ফত্তেদো।।৫১
মঙানি তরেৎনি লৈদুনা সেংদোকপিরম্মুকো।
মদুদা ঐগী ফত্তবা পুক্লিং সেঙ্গনিকো।।৫২
অদুম ওইদুনসু অনি কায়নবা খাঙমদে।
অদুবু খুরমদুনা রায় রামানন্দ চৎখিদো।।৫৩

---

টীকা:-

উবদগী নত্তে নহাকপু উজবা অমদি লোয়নজবদগী ওইখ্রিবনি মসি নহাক্কি কৃপাদগীনি নহাক্কি লাইবক ফববা ভক্তগী মরক্তগী অথোইবা ভক্তনি নহাকপু উজবদগী অসুম্ন ওইবসি ওইথোক্তবা নত্তে। মহাভাগবতোতম হায়বদি মাগী থম্মোইদা ভক্তিগী ইচেলনা ঙান্দুনা লৈবা, ভক্তি অদুগী মঙুন্না ভগবানবু খুদুম চন্দুনা থম্বা ঙম্মি। শ্রুতিনা হায়- "ভক্তি বশঃপুরুষঃ" "প্রণয় রসনয়া ধৃতাঙ্‌ঘ্রিপদ্মঃ শ্রীভাঃ"। শ্রীভগবান্দি ভক্তিনা খুদুম চল্লি। প্রেম্না ঈশ্নবগী চরনবু থম্মোইদা ফাদুনা থম্মি অদুগুম্বা কৃপা অদুনা মীবুসু প্রেম অদু পীদুনা ঙালহল্লি অদুনা নহাক্তি ভাগবতোতমনি মী অতোপ্পদি থম্নু থমখো ঐসে ভক্তিগী মাইকৈদা অথিংবা থবক তৌবা মায়াবাদী মায়ানা অথোইবনি হাযবা মীওইনি অদুগুম্বা সন্ন্যাসীনি, ঐ ফাওবা নহাক্কা শম্নজবা শোক্লজবদগী কৃষ্ণগী প্রেম অদুদা তাওরেদো। মতম অদুগী সন্ন্যাসী পুম্বা শঙ্করাচার্য্যগী সম্প্রদায় ঙাক্লা ওইবনা অদ্বৈতবাদী (মায়াবাদী) ওইরম্মি; সন্ন্যাসীবু হেক উবদা অদ্বৈতবাদীনি হেক্লা হায। শ্রীগৌরাঙ্গদি মদু নত্তে গযাদা লেংবা কান্দা দশাক্ষর গোপাল মন্ত্র তম্মকলবনি ঈশ্বর পুরীদগী। কেশাব ভারতীদগী সন্ন্যাসী লৌবা কান্দসু ভাবতীগী নাকোংদা "তত্ত্ব মসি" বাক্য অসি ভক্তি বাদগী মরু ওইবা অর্থ তাক্লগা ভক্তিবোমদা পুরকলগা কোন্না সন্নাসী ধর্ম্ম মন্ত্র লৌখিবনি অদুবু মহাক মশাগী গুণ লোৎনবা মায়াবাদী সন্ন্যাসীনি হায়বনি।। ৪১-৪৫।।

**পদঃ-**

প্রভু যাঞা সেইবিপ্র ঘরে ভিক্ষা কৈল।
দুইজনার উৎকণ্ঠায় আসি সন্ধ্যা হৈল।।৫৪
প্রভু স্নান কৃত্য করি আছেন বসিঞা।
এক ভৃত্য সঙ্গে রায় মিলিল আসিঞা।।৫৫
নমস্কার কৈল রায়, প্রভু কৈল আলিঙ্গনে।
দুইজনে কথাকহে বসি রহঃ স্থানে।।৫৬
প্রভুকহে-পড় শ্লোক সাধ্যের নির্ণয়।
রায় কহে-স্বধর্ম্মা চরণে বিষ্ণু ভক্তি হয়।।৫৭

**পদ অর্থঃ-**

প্রভুসু লেংখ্রে ব্রাহ্মণগীদা ভিক্ষা লৌখরেদো।
অনিনা খৌরাংনা মতম ঙাই সন্ধ্যা য়ৌরক্লেদো।।৫৪
প্রভু সন্ধ্যাগী থৌরাং লোইরে লাক্কুনা ফমলরে।
মনাই অমগা রায়সু লাক্কুনা উনররে।।৫৫
খোরম্মরে রায় প্রভুনা মাবু কোনবিরে।
অচিকপদা ফমদুনা অনি ব্বারি শামিন্নরে।।৫৬
প্রভুনা হায় কৃষ্ণ ফংনবা করী লৈ হায়ুনে।
রায়না হায় মাগি ধর্ম্ম ঙাকপা বিষ্ণু ফংলি।।৫৭

তথাহি বিষ্ণুপুরান্দা (৩।৮।৯) **শ্লোকঃ-**

বর্ণাশ্রম চারবতা পুরুষেণ পরঃ পুমান।
বিষ্ণু রারাধ্যতে পন্থা নান্যস্তুতোষ কারণম।।৫৮

## শ্লোক অর্থঃ-

মসি অওইবা বিষ্ণু পুরান্দা (৩।৮।৯)দা
বর্ন্না আশ্রম ঙাক্না চত্তুনা মীওইবনা বিষ্ণুবু
নিংলিবদো মাগী পেন্নবা কৌইদো লম্বীবু।।৫৮

**অন্বয়ঃ**।- বর্ণাশ্রম চারবাতা (বর্ন্ন আশ্রমগী ধর্ম্মবু ঙাকনা চৎলিবা) (মীওইবা মখোইসিং অদুনা) পবঃ পুমান (অথোইবা পুরুষ ওইব) বিষ্ণু (শ্রীকৃষ্ণবু) আরাধ্যাতে (নীংলিবা) তৎ (মদুনা বিষ্ণুগী) তোষ কাবণং (পেনবিনবা মবমনি) অন্য (অসি নত্তবা অতোপ্পা) পন্থা (লম্বী উপায় অমা)ন (লৈত্তে)।।৫৮

---

## টীকা:-

এইজানি - মসি খংলদুনা; নহাক্তি অথোইবা (ভাগবত) বৈষ্ণবনি, নহাক্না উনজরবদি শোক্ন জবরসু ঈশ্বরগী ভক্তি লৈত্রব মীওই অদুসু কৃষ্ণগী প্রেমগী ইপাক্তা তাওজবা ঙম্মি মসি খংদুনা ঐগী পাপ্না থন্দুনা কল্লবা থম্মোইবু পাপ্প শেংনবগীদমক্তা নহাকপু উনৌ হায়না সার্বরভৌমনা হাযবিবক্কুনা ননাক্তা লাকচবনি। মতৌ অসুম তৌনা রামানন্দা শ্রীগৌরাঙ্গ প্রভুসু প্রভুনা রামানন্দগী মগুণ থাগৎলি বায়না প্রভুগী গুণ থাগৎলি মপু মনাই উনবদা অনিমক নুঙাইমিয়্নে। মতৌ অসুম তৌরিঙৈদা লাইবিক য়াম্না হৈরবা বৈষ্ণব (বিষ্ণুহি পরম ইষ্টদেবতা সঃহি বৈষ্ণব) শ্রী বিষ্ণুনা অথোইবা নিংজবা দেবতা ওইরিবদো মাবু বৈষ্ণব কৌই অদুগুম্বা ব্রাহ্মণ অমনা প্রভুদা ভক্তি তৌনা দণ্ডবৎ কত্তুনা ভিক্ষাগীদক্তা ঐগীদা কচ্চগে হায়না নিমন্ত্রন কৎলি। ব্রাহ্মণ অদুগী বৈষ্ণব ওইবা গুণ অদু খংলদুনা মাগী বার্তোল অদু লৌরে অদুগা রামানন্দনা মোমোন মোমোন নোকুনা নুংশিনা য়েংলগা হায়রকই, বায়! নহাক্না ঙাংবা কৃষ্ণগী গুণগী ব্রাফম খরদং তাজগে লাকপনি অদুবু অমুক উনবা ফংদুনা ইবানিবু অসুম তৌনা নুংঙাইগনিদকো। রামানন্দনা হাযখি তোল্লবা ঐবু লানবিবা লেংবিরকপনি শ্রী মুর্তি অসি উজবা অসিনদি ঐগী থম্মোই ফত্তবনিনা সেংদোকপা লোয়রোই নুমিৎ মঙানি তবেৎনি লৈবিদুনা ঐগী মোৎলবা থম্মোই সেংবিয়ু। অসুম্না ঙাংনদুনা মতমদি অসুম হৌখিদুনা মপু মনাই কাইনবগী অন্নাবদুদি খাংবা ঙমবা পোৎ নত্তে অদুবু মতম কুইনা উনদ্রবা মপু মনাইগী অহানবা উনবনিদো অদুবু মতমনা য়াদবনিনা বামানন্দনা খোরমদুনা বিদায় লৌরগা চৎখি। মতুং অমুক উনখিনি হায়বগী খংনবা খুদম অদুদি মী অতোপ্পা কনাসু খংদে মপু মনাইতমক খংনখি মসুম্ন অহান্ব উনবগী মওংনি।৪৬-৫৩

মদুদগী শ্রীগৌবাঙ্গ প্রভুসু কালা কৃষ্ণ দাসগা ভিক্ষাগী বার্ত্তণ কৎচবা ব্রাহ্মণ অদুগী মযুমদা লেংসিন্দুনা ভিক্ষা লৌখি অদুগা প্রভু অমদি রামানন্দা অনিমক উননিংবগি খৌরাংবনা মতম ঙাইদুনা লৈনখি। নুমিৎ তারবা সন্ধ্যাগী মতমদা অনিগী উনবগী মতমনি খন্দুনা সন্ধ্যাতবু ঙাইনখিবনি।

পদঃ-

প্রভু কহে এহ বাহ্য, আগে কহ আর।
রায় কহে কৃষ্ণে কর্ম্মার্পণ সাধ্য সার ।।৫৯

পদ অর্থঃ-

প্রভুনা হায় মদু মপান্নি অদু নত্তবা হায়ু।
রায়না হায় কৃষ্ণদা কর্ম্ম কৎপা সাধ্য মচি ওয় ।।৫৯

তথাহি শ্রীভগবদ গীতায়াম (৯।১৭) শ্লোকঃ-

যৎকরোষি যদশ্নাসি যজ্জুহোষি দদাসি যৎ।
যত্তপস্যাসি কৌন্তেয় তৎ কুরুষ্ব মদর্পণম ।।৬০

**অন্বয়**- হে কৌণ্ডেয় (হেকুন্তিগী মচা অর্জ্জুণ) যৎ (অদুগুম্না) করোষি (তৌরিবা) যৎ (অদুগুম্না) অশ্নাসি (চাবিবা) যৎ (অদুগুম্না) জুহোষি (মৈদা হোম তৌবিবা) যৎ (অদুগুম্না) দদাসি (দাম্তৌ) যৎ (অদুগুম্না) তপস্যাসি (খাংবা কনবা তোপ তৌ) তৎ (পুম্নমক অদো) মদর্পনং (ঐঙোন্দা কৎথোকপবু) কুরুষ্ব (তৌ)।।৬০

---

টীকা:-

অসুম্না ঙাইনা ঙাইনা মতম হৌখিদুনা সন্ধ্যা ওইরক্লবাদা তৌগদবা সন্ধ্যাগী স্নান সেবানচিংবা পুম্না লোয়রদুনা ফম্নদুনা রামানন্দবু ঙাইদুনা লৈখি, রামানন্দসু মনাই অমা পুরদুনা লাক্লগা প্রভুগা উনখরে। ৫৪-৫৫ রামানন্দনা চংলক্লুনা প্রভুদা খুরুমজরে প্রভুনা মাবু নুংশিনা কোনবিরে অচিকপদা ফমদুনা মপু মনাই ব্বারী শাম্নিন্নখি। ৫৬ অচিকপদা (রহঃ স্থানে) নির্জ্জন থানে ব্বারি শাম্নিন্নরীবা অনি অদু নত্তনা অতোপ্পা মী লৈতবা মমদা হায়বনি, মসিদা মথক্তা মনাই অমগা রামানন্দসু লাক্লুনা উনবুরে হায়বনা মীতোপ লৈতবা হায়বা ব্বাহৈ অসিগা চানদে লমখাংদা লৈহৌবগী ব্বাসু পন্দে অদুনদি এক ভৃত্যসঙ্গে হায়বা লোল অসি ব্যঞ্জনা অলঙ্কারনি লক্ষনা তৌবা তাবনি অদুনা নহান মখৈ রামানন্দগী চনাগীসু মনাইনি হায়না লেপখিদে ঙসিদি শ্রীচৈতন্যগী মনাই অমা ওইজরে খন্দুনা লাকই, অদুবু গি মনাই ওইরে খনবা ব্বাখল অদুবু একভৃত্য মাগী মনাই অমা ওইরবা পুক্লিংগা লোয়ননা লাকই অসি লক্ষনা অর্থদা চানরে নৎত্রবদি মখাগি রহস্থানেগী অর্থ লাকপদা অর্থ চানদে অসুম্না কনা য়াওদনা চগা অচিকপদা মপু মনাইতা ফমদুনা তত্ত্বগী ওইবা ব্বারী শাম্নিন্নখি।৫৮ প্রভুনা হায় "পঢ় শ্লোক"

**পদঃ-**

প্রভুকহে এহ বাহ্য, আগে কহ অর।
রায় কহে স্বধর্ম্ম ত্যাগ, এইসাধ্যসার।।৬১

**পদ অর্থঃ-**

প্রভুনা হায় মদু মপান্নি অমত্তগা হায়খো।
মাগী ধর্ম্ম থাবা সাধ্য মচিনি রায়না হায়খি।।৬১

তথাহি শ্রীমদ্ভাগবতে। ১১-অঃ৩২-**শ্লোকঃ**

অজ্ঞায়ৈবং গুণান দোষান্ময়াদেষ্টানপি স্বকাণ।
ধর্ম্মান সংত্যজ্য যঃ সর্ব্বান মাং ভজেৎ স চ সতমঃ।।৬২

**অন্বয়ঃ** ।- শ্রীকৃষ্ণনা উদ্ধবতা হায়খিঁ হে উদ্ধব! গুণান (গুনগি ওইবা খিবিক) [অফবা খিবিকসু] দোষান (দোষ ওইবা খিবিকপুসু ফত্তবা ওইববুসু) আজ্ঞায় (য়াম্না নিংথিনা খংতোক্লগা) ময়া আদিষ্টান (ঐনা তাকপা ওইদুনসু) স্বকান (মাগী ওইবা) সর্ব্বাণ (অয়াম্বা) ধর্ম্মান) ধর্ম্মখিবিকপু) সংত্যজ্য (থাদোক্কুনা) যঃ(মানা) [অদুগুম্বা মী মানা] মাং (কৃষ্ণ ঐতবু) ভজেৎ (নিংলিবদো) স চ (মহাক অদুনা) এবং (অসুম্না) সতমঃ (অথোইবা মরক্তগী থোইবে)।।৬২

---

**টীকা:-**

হাযবদি শ্লোক্ক লোয়ননা হায়ু মীওইবনা ঈশ্বরবু করম তৌনা ফংনবা হোৎনগনি মদু শাস্ত্রগী ৱাফমদা হায়ু নৎত্রবদি ঈশ্বরবু ফংনবা হোৎনবা থৌরাংসিংদা য়াম্না য়েৎননিঙাই লৈ, যাম্নসু লুবা ৱাফম্লি ঈশ্বরবু ফংনবগি থৌরাং অসি, মসিদা য়েৎনর্বদি খংবা ঙমদে শাস্ত্রগী প্রমান্তনা মসিবু লেপ্পা ঙমগদবনি। মদুমক শাস্ত্রনা অসুম্না হায়রি- "অচিন্ত্যাঃ খলু যেভাবাঃ ন তাং স্তর্কেযোজয়েৎ প্রকৃতিভ্যঃ পর যত্তু তদচিন্তস্য লক্ষনম" ৱাখল্লা লাম্বা ফংদবা পোৎকি মরিদা (তর্ক) য়েৎনবনা মরম ওইদুনা করিসু লেপ্পা য়াদে মহাক্তি ময়াগি ৱাংমদা লৈবনি (অপ্রাকৃতানি) চমদবনি। গীতানসু হায ১৬।২৪দা "যঃ শাস্ত্র বিধি মুৎসৃজ্য বর্ত্ততে কাম কারতঃ নস সিদ্ধি মবাপ্নোতি নসুখং ন পবাং গতিম।।" কনাগুম্বা মীনা শাস্ত্রগী ৱায়েন থাদোক্কুনা মানা অনিংবা অপাম্বগী মতুং ইন্না থবক তৌবিবদো সিদ্ধি ফংলোই মদুনা নুঙাইবসু ফংলোই অরানবা খুভমসু ফংলোই। তৌগদবা তৌরোইদৌবা করিসু লৈতে পুম্নমক শাস্ত্র বেদনা নিংথিনা লেপ্পুনা তাকলিবদু লৌগনি। তস্মাচ্ছাস্ত্রং প্রমানং তেতকা কার্য্যা কার্য্য বাবস্থিতৌ- গীতা১৬।২৫দা মরম অসিনা পোৎ অমবু ফংনবা পান্বে অদুবু সাধ্য কৌই ঐখোইগী অপাম্বা অনিংবা

তথাহি শ্রীভগবদগী তায়াং ১৮-অঃ৬৬-শ্লোকঃ-

সর্বব ধর্ম্মান পরিত্যজ্য মামেকং শরণং ব্রজ।

অহং ত্বাং সর্বব পাপেভ্যো মোক্ষয়িষ্যামি মাশুচ ।।৬৩

**পদঃ-**

প্রভু কহে এহোবাহ্য আগে কহ আর।

রায় কহে জ্ঞান মিশ্রা ভক্তি সাধ্য সার ।।৬৪

**পদ অর্থঃ-**

প্রভুনা হায় মদু মপান্নি অমত্তং হায়খোদা।

রায়না হায় জ্ঞানগা য়ান্নবা ভক্তিনা মচিনিদো ।।৬৪

তথাহি শ্রীভগবদগী তায়াং ১৮-অঃ৫৪-**শ্লোকঃ**

ব্রহ্মা ভুতঃ প্রসন্নাত্মা নশোচতিন কাঙ্ক্ষতি।

সমঃ সর্বেবষু ভুতেষু মদ্ভক্তিং লভতে পরাং ।।৬৪

**অন্বয়ঃ** ।- সর্বব ধর্ম্মনা (ধর্ম্ম পুম্নমকপু মীবমলেনগী হকচাঙ্গি, বর্ণগী, আশ্রমগী ওইবা ধর্ম্মবু) পবিত্যজা (থাদোক্লুনা) একংমাং (অমত্তা ওইবা ঐতবু) শরণং ব্রজ (চংজৌ নিঙু) অহং (ঐনা) ত্বং (নংবু) সর্বব পাপেভ্য (পাপ পুম্নমক্কগী) মোক্ষয়িষ্যামি (লানবিগনি) মাশুচ (ৱাকুগনু)।৬৩

**অন্বয়ঃ** ।- ব্রাহ্মভূতঃ (ব্রহ্মাগী মশক ওইববু ফংলবা) প্রসন্নাত্মা (থম্মোই মোৎত্রবা মীদি) ন শোচতি (পোৎমাংখিরবিগদমক্তা নুংনাংবা তৌদে) সর্ববষু ভুতেষু (থৱাই পানবা পুম্নমক্তা) সমঃ (চপ মান্নবা মিৎযেং পোকই) [মদুনা] পবাং (অথোইবা) মদ ভক্তিং (ঐগী পেন্নবা ঐঙোন্দা ভক্তি তৌববু) লভতে (ফঙি) ।।৬৫

---

**টীকা:-**

অদুবু ফংনবা পাম্অব অদু নহাক্লা শাস্ত্রগী বেদগী বিধান মতুং ইন্না প্রমানগী মনুং চনবা ৱাফমদা খরা তাকউ হাযবনি। মসিদা রামানন্দনা মহাক মহাক্কি ধর্ম্ম আশ্রম ঙাক্লুনা কায়দনা চৎলিবদো বিষ্ণু ভক্তি ওই মদুনা বিষ্ণু ফংগনি।৫৪। ৫৭ মসিমক বিষ্ণু পুরাণগী অহুমশুবা খণ্ড অধ্যায় নিপানগী মাপন শুবা

পদঃ-

প্রভু কহে এহোবাহ্য অগে কহ আর।
রায় কহে জ্ঞান শূণ্য ভক্তি সাধ্যসার।।৬৬

পদ অর্থঃ-

প্রভুনা হায় মদু মপান্নি অমগা হায়খোনে।
রায়না হায় জ্ঞান য়াওদবা ভক্তিনা মচিনি।।৬৬

তথাহি শ্রীমদ্ভাগবত ১০-স্কঃ১৪-অঃ৩ শ্লোকঃ-

জ্ঞানে প্রয়াস মুদপাস্য নমন্ত এব
জীবন্তি সন্মুখরিতাং ভবদিয় বার্ত্তাম্।
স্থানাস্থিতাঃ শ্রুতিগতাং তনুবাঙ্মনোভি
র্যে প্রায়শোহ্‌জিত জিতোহ্‌প্যসি তৈস্ত্রি লোক্যাং।।৬৭

**অন্বয়ঃ**।- হে অজিত (হে ঙমফদ্রবা) জ্ঞানে (জ্ঞানগি মরমদা মহাক্কি অমদি ঐশ্বর্য্যানচিংবগী নগুন বিচার তৌনবা মরমদা) প্রয়াসং (খনবা থিবগী অৱাবদু) উদ পাস্য (পুম্বা চংখোন্না থাদোক্তুনা)[মদোমদা খম্বন্দনা] স্থানে স্থিতা (সাধুসিঙ্গি লৈফমদা লৈদুনা) সম্মুখরিতাং (সাধুসিঙ্গি লৈফমদা লৈদুনা) সম্মুখরিতাং (সাধুসিঙ্গি মুখদগি থোরকলবা) শ্রুতিগতাং (মহাকম্না মাগি নাকোংনা তাজরবা) ভবদীয়বার্ত্তাং (নহাক্কি অমদি ভক্তগী চরিৎ লীলাগী ৱাবু) তনুবাঙমনোভিঃ (হকচাংনা পুক্লিংনা য়াথংনা) নমণ্ড এব্য (খুরুমদুনা লৌদুনা সোন্দুনা খোমদুনা) যে (মখোইনা) প্রযশঃ (চংখোন্না) জিওঃ (ঙম্বা হায়বদো) অপি (লেপ্না) অসি (ওইরে)।।৬৭

---

টীকাঃ-

শ্লোক্তা হায়রি (শ্লোক্কি অনুবাদ) অথোইবা পুরুষ শ্রীভগবাণ ওইবা শ্রীকৃষ্ণবু, মাগী বর্ণ ধর্ম্ম আশ্রমধর্ম্ম ঙাক্লা চত্তুনা লৈরিবা মীওইবা মানা পেনবিনবা অরাধন তৌবা ওই জাতি ধর্ম্ম, আশ্রম ধর্ম্ম ঙাকপা নত্তনা বিষ্ণুগী পেনবিনবা লম্বী লৈতে। ব্রাহ্মণ, বৈশ্য অমদি শূদ্র মরি অসিগী তৌগদবা ধর্ম্ম মথৌবু শাস্ত্রনা খায়দোক্তুনা তাকলিবা অদুবু বর্ণ ধর্ম্ম কৌই। মদুদি ব্রহ্মণগী ধর্ম্মনা মীগিদমক্তা পুজা তৌবা

পদঃ-

প্রভু কহে - এহো হয়, আগে কহ আর।
রায় কহে - প্রেমভক্তি সর্ব্বব সাধ্য সার ।।৬৮

পদ অর্থঃ-

প্রভুনা হায়- মদু ওইরে অমগা হায়খোনে।
রায়না হায় প্রেমভক্তিসিনা অথোইব ওইরনি ।।৬৮

তথাহি পদ্যাবল্যাং(১১) রায়কৃত **শ্লোকঃ**
নানোপচার কৃত পূজন মার্ত্ত বন্ধোঃ।
প্রেমৈব ভক্তঃ! হৃদয়ং সুখবিদ্রুতংস্যাৎ।
যাবৎ ক্ষুদস্তি জঠরে জরঠা পিপাসা-তাবৎ
সুখায় ভবতো ননু ভক্ষ্য পেয়ে।।৬৯

তথাহি পদ্যাবল্যাং (১২) রায় কৃত **শ্লোকঃ**
কৃষ্ণ ভক্তি রস ভাবিতা মতিঃ
ক্রীয়তাং যদি কুতোঽপি লভ্যতে।
তত্র লৌল্যমপি মুল্য মেকলং জন্ম
কোটি সুকৃর্তৈন লভ্যতে।।৭০

পদঃ-

প্রভু কহে এহো হয়, আগেকহ আর।
রায় কহে দাস্য প্রেম সর্ব্বব সাধ্য সার।।৭১

**পদ অর্থঃ-**

প্রভুনা হায় মদু ওইরে অমগা হায়খোদা।
রায়না হায়খি দাস্য প্রেম্না থোইনবু হেল্লেদা।।৭১

তথাহি শ্রীমদ্ভাগবতে ৯-স্কঃ৫-অঃ১১ **শ্লোকঃ-**

যন্নাম শ্রুতি মাত্রেণ পুমাণ ভবতি নির্ম্মলঃ।
তস্য তীর্থ পদঃ কিংবা দাসা নামবশিষ্যতে।।৭২

তথাহি- শ্রীযামুনা চার্য্য স্তোত্রে-
ভবন্ত মেবানুচরন্নিরন্তরঃ-
প্রশান্ত নিশেষ মনোরথান্তরঃ।
কদাহমৈকান্তিক নিত্য কিঙ্করঃ
প্রহর্ষয়িষ্যামি স নাথঃ জীবিতং।।৭৩

**অন্বয়ঃ**।- ভক্ত (হে ভক্তঃ) আর্তবন্ধো (অন্নাবগী মরুপ ওইবা) [শ্রীকৃষ্ণগী] হৃদযে (থম্মোইদা) প্রেম্না (নুংশিবা প্রেমগা লোযননা) নানোপচাব কৃত পূজনং (পূজাগী পোৎলম কযানা পূজা তৌববদা) এব (লেপ্পা) সুখবিদ্রুতংস্যাৎ (নুঙাইবনা মহি চেনবা ওই) যাবৎ (অদুক্কি মখৈ) জঠবে (গর্ভদা) জবঠা (কল্লবা) ক্ষুৎপিপাসা(অবাম্বা খৌবাংবনা) অস্তি (লৈববদা) ননুতাব্য (মদুনা লাম্না কোক্রিবা ফাওবা) ভক্ষ্য পেযে (চিঞ্জাক পুন্নমক্না) সুখায ভবতঃ (নুঙাইবা অপেনবা ওই)।৬৯

**অন্বয়ঃ** ।- যদি কৃতঃ অপি (মতম অদুদা কবিগুম্বা উপায় অমনা) সভ্যতে (ফঙ্গদবা লৈববদি) কৃষ্ণ ভক্তি বস ভাবিতা (কৃষ্ণ সেলা বস ব্রাখলগী মশক ওইবা প্রেম সেবাবু) মতি (পুকচেল চেনবা ওম্নবা ব্রাখল অসিবু) ক্রীযতাং (লৈগদবা ওই) তত্র (মদু লৈনবগি মবমদা) লৌল্যম অপি (থম্মোইগী পামজবনসু) একমং (অমত্তা ওইবা) মূল্যং (মমল্লি)তভু (অদুগুম্বা অপাম্বা অদুদি) জন্মকোটি সুকৃতৈঃ (মপোক কোটিদা তানবা পুণ্যনসু) ন লভ্যতে (ফংবা ঙমদে) ৭০

**অন্বয়ঃ** ।- যন্নাম স্ফূর্তি মাত্রেন (মহাক্কী মীংবু তাজবদনা) পুমান (মীওইবসিংগী) নির্ম্মলঃ (পাপ পুম্বা কোকপনা) ভবতি (ওই) তস্য তীর্থপদঃ (অসিগুম্বা ভগবানগী) দসানাং (মনাই ওইবর্বশিংগী) কিংবা (কবিনো) অবশিষ্যতে (ফংলোইদববু)৭২

**অন্বয়ঃ** ।- হে প্রভু (হে ইবুঙো) সঃ অহম (অসিগুম্বা ঐনা) কদা (কবম্না নুমিত্তা) তে

(ইবুঙো নঙ্গ) ঐকান্তিক নিত্য কিঙ্করঃ (অনিলোংদনা চংজদুনা তত্তনা সেবা তৌদুনা) [সন](লৈবা মীওই ওইজদুনা) জীবিতং (পুন্সিবু) প্রহর্ষয়িষ্যামি (নুঙাইজরসিবা) ভবন্তং এব (নহাক্তবু) নিরন্তরং (মতমপুম্বদা) অনুচরণ (সেবা তৌজরদুনা) প্রশান্ত নিশেষ মনো রথান্তর; (অতোপ্পা অপাম্বা ৱাখল কয়াবু থাদোক্তুনা) স নাথ জীমিতং (ঐগী ইবুঙোনি হায়না হিংজরসিগবা কৈদৌঙেদা)৭৩

---

টীকা:-

যজ্ঞ তৌবা, বেদ তম্বা ঈশ্বর থিবা শাস্ত্রবু মীঙোন্দা তাকপিবা পিথোকপা লৌসিনবা অসিনা ব্রাহ্মণগীনি। ক্ষেত্রিয়গী ধর্ম্মনা কৎথোকপা, তম্বা, যজ্ঞ তৌবা কৎপা, মরাল লৈববু দণ্ডি পিবা, য়েক্লবা লাম্বা পাবা, ব্রাহ্মণ প্রজা থাক্লবা থৌরাংবা ।। বৈশ্যগীনা দান তৌবা, তম্বা, যজ্ঞ তৌবা, লৌ-উবা, ললোনবা, অসিনী। শূদ্রগী ধর্ম্মনা ব্রাহ্মন, ক্ষত্রীয়, বৈশ্যবু শেবা তৌবা অসিনি। আশ্রম ধর্ম্ম হায়বনা ব্রাহ্মণগী ব্রহ্ম চারি, বৈশ্যগী বালপ্রস্থ, ক্ষত্রিয়গী গার্হস্থ, শূদ্রগীনা ভিক্ষুক মরি অসিনি। অসিগুম্বা আশ্রম মরি অসিগীদমক্তা শাস্ত্রনা তাক্লিবা তৌফম থোকপা কর্ম্মবু আশ্রম ধর্ম্ম কৌই। ব্রাহ্মচারী আশ্রমগী মথৌদি-(উপনয়ণ) লুগুন থাংবা, গায়ত্রী তমনবা গুরুগী য়ুমদা মনাক্তা লৈবা, শাংজৎ অসেংবা চৎপা, গুরু অমদি ঈশ্বরগী সেবা তৌবা, ব্রত ঙাকনা চৎপা, বেদ তম্বা হৈবা, অয়ুক, নুমিয়ুংবা, নুমিৎ তারকপা অহুমগী মথৌ চোর্কশিন্না ঙাকপা, নুমিৎ পূজা তৌবা, মৈ পূজা তৌবা গুরুনা তাকপা তাবা লৌবা, নোংমগী বেদ পাঠ তৌবা, মসিনি ব্রাহ্মচারিগী মথৌ গার্হস্থ্য আশ্রমগি মথৌদি মতম চানা বিবাহা তৌবা, মানা শুবা নোম্বনা লন তাম্বা, নুমিৎসিং, দেবতাসিং, ইপা-ইপু, অসিনচিংবগি পেন্ননবা পূজা তৌবা অসিনি। বান প্রস্থ আশ্রমগী মথৌনা মনা মহৈ মরূনচিংবানা চিঙ্গাক ওইবা, শম কোইনচিংবা কক্তবা, লৈপাক্তা তুম্বা, ৱারেম ঙাংদবা, শবেং মউন, উগী মকু কুশনাচিংবনা শেংনবা ইন্নবা ফি ওইবা সিজিন্নবা, অয়ুক-নুমিৎয়ুংবাৱনুমিৎ তাবদা ইকজবা, ঈশ্বরবু পূজা তৌবা, হোম তৌবা যজ্ঞ তৌবা, অরাকপা অতিথিবু পূজা তৌবা, ভিক্ষা কৎপা, মনা মশীং পাম্বীবু লুনা তৌবা, খাংবা কনবা, অয়িং-অশাবু খাংবা, অসিনা বান প্রস্থগী মথৌনি। ভিক্ষুক আশ্রমগিদি ধর্ম্ম অর্থ-কাম অহুম থাদোকপা, হৌরুরবা থবক পুম্বা তোকনবা মরম হেক লৈবদা মতোন লোমদ্রবসু তোকপা, মরুপনাচিংবদা থম্বা পুকচেনগুম থৱাই পানবা পুম্বদা থম্বা মীচং মীখাই নাইদবা (জরায়ুজা)অপুম অশানা পোকপা হয়িংগুম্না জীবা (অণ্ডজা) মরুমদগী পোকপা জীবদসু পুক্লিং হকচাং য়াথং অহুম্না য়েক্লদবা পুম্নমক্কা তিন্নবা থমদবা মসিমক ঐগা তিন্নবনি হায়বা থমদবা মৈদা হোম তৌবা তোক্তবা মসিনি বর্ণা আশ্রমগী ধর্ম্মা মসিবু ঙাক্তুনা চৎলবদি বিষ্ণু নীংবা ওই, বিষ্ণুনা পেনবসু ওই মসিনা, বিষ্ণু পেন্ননবা থৌরাংনি অতোপ্পা অমল লৈতে। শ্লোক অসিগী মনুং মপানগী ওইবা অর্থ অমদি কান্নবা করিনো ? মসিদা হায়প্রিবা শ্রী বিষ্ণুগী পেন্নননবা তৌবনি বর্ণ আশ্রম ধর্ম্ম মসিনা অথোইবা মরমনী, অতোপ্পা করিগুম্বা উপাইনা শ্রীকৃষ্ণগী পেন্ননবা থৌরাং লৈতে। ভক্তি শাস্ত্রদা হায়রিবনা সেবা নত্তনা অতোপ্পা করিনসু শ্রীকৃষ্ণ অমদি শ্রীকৃষ্ণগী পেনবিনবা লৈতে। অদুবু বিষ্ণু পুরান্দদি বর্ণ আশ্রম ধর্ম্ম ঙাকপনা শ্রীকৃষ্ণনা পেন্নবনি অতৈ লৈতে হায়রি। ভক্তি

**পদঃ-**

প্রভু কহে এহো হয় আগে কহ আর।
রায় কহে সখ্য প্রেম, সর্ব্বসাধ্য সার।।৭৪

**পদ অর্থঃ-**

প্রভুনা- হায় মদু ওইরে অমগা হায়খোনে।
রায়না হায়- মরূপগী প্রেম্না হেন্না থোইবনিনে।।৭৪

তথাহি শ্রীমদ্ভাগবতে ১০স্কঃ১২অঃ১৩ শ্লোকঃ-
পরীক্ষিতং প্রতি শুকবাক্যং-
ইত্থং সতাং ব্রহ্ম সুখানুভূত্যাঃ
দাস্যং গতানাং পরদৈবতেণ।
মায়া শ্রিতানাং নরদারকেন সার্দ্ধং
বিজহ্রুঃ কৃত পুণ্য পুঞ্জাঃ।।৭৫

**অন্বয়ঃ**।- ইত্থং (মতৌ অসুম্না) সতাং (নির্ব্বিশেষ জ্ঞানিসিঙ্গি মফমদা) [মূর্ত্তি লৈতবা ব্রহ্মজ্ঞানং নিংবসিঙ্গি মবিদা] ব্রহ্ম সুখানুভূত্যা (ব্রহ্মগী নুঙাইলতবু পিবিবা) দাস্যং গতানাং (মনাইনি ঐ অসে হায়না নীংবসিংদনা) পব দৈবতেন (অথোইব দেবতা ওইবিবা) মায়াশ্রিতানাং (মায়াগী মখ পোন্নসিঙ্গিদনা) নবদাব কেন (মীপোক্তা পোক্লবা অঙাংগুম্না শ্রীকৃষ্ণগা) সার্দ্ধং (লোইনদুনা) কৃতপুণ পুঞ্জা (অথোইব পুণ্য চেল্লবা গোপা মচাসিংগা) বিজহ্রুঃ (লোইননা সান্নমিন্নখি) ।।৭৫

---

**টীকা:-**

শাস্ত্রনা মসিদা অমুক হায়বি বর্ণ আশ্রমধর্ম্ম অসে ভক্তিগী মচেৎ ওইবা ৱাফম ফাওবা হায়দে। তৌইগুম্নসুং ভক্তি শাস্ত্রনা হায়বি বর্ণাশ্রমধর্ম্ম হায়বাস ভক্তিগী সকক নত্তে হায়বদি সাধন ভক্তিগী মবমদি সেবা তৌবনি শ্রীকৃষ্ণগী পেন্নবসু সেবা অদ্দান। মবম অসিনা বিষ্ণু পুৱান্না "বর্ণাশ্রমচাব বতা" হায়বা প্রমাণ পিবে হায়দুনা মসিমক হেক্তা লেপফম ওইদে, বামানন্দসু অহাম্বা প্রভুগী ৱাহংগী পাওখুম ওইবিবা কবি মবম লৈবনো? হংবা যাবা ৱাহংনি মর্সিগ মবমদা খুমনিংবদি গীতাগী "যে যথা মাং প্রপদ্যন্তে তাংস্তথৈবা ভজাম্য হম" হায়বিবা শ্লোক্কি ভাষাদা খংবা ওম্নে শ্রীভগবান্দি অনিংবগী

পদঃ-

প্রভু কহে- এহোত্তম আগে কহ আর।
রায় কহে- বাৎসল্য প্রেম সর্বব সাধ্যসার।।৭৬

পদ অর্থঃ-

প্রভুনা হায়ৱ মদু থোইরে অমগা হায়খোদা।
রায়না হায়ৱ বাৎসল্যনা অথোইবা ওইরেদো।।৭৬

তথাহি শ্রীমদ্ভাগবতে (১০স্কঃ৮-অঃ৪৬শ্লোক)
শ্রীশুক প্রতি পরীক্ষিত বাক্যং-
নন্দ কি মকরোদ্ব ক্ষন! শ্রেয় এব মহোদম।
যশোদা বা মহাভাগাপপৌ যস্যাঃ স্তনং হরিঃ।।৭৭

তথাহি তত্রৈব (১০স্কঃ৯অঃ২০শ্লোকঃ-)
নেমং বিরিঞ্চির্নভবো ন শ্রীরপ্যঙ্গ সং শ্রয়া।
প্রসাদং লেভিরে গোপী যত্তৎ প্রাপ বিমুক্তি দাৎ।।৭৮

পদঃ-

প্রভু কহে- এহোত্তম আগে কহ আর।
রায় কহে- কান্তা প্রেম সর্বব সাধ্য সার।।৭৯

পদ অর্থঃ-

প্রভুনা হায় মদু থোইরে অমগা হায়খোনে।
রায়না হায় কান্তা প্রেমসিনা খ্বাইদগী থোইরে।।৭৯

তথাহি শ্রীমদ্ভাগবতে ১০স্কঃ৪৭অঃ৬০ শ্লোকঃ- উদ্ধব বাক্য
নায়ং শ্রিয়োদুঙ্গ উ নিতান্তরতেঃ প্রসাদঃ স্বর্যো
ষিতাং নসিন গন্ধরুচাং কুতোহন্যাঃ।

রাসোৎ সবেঽস্য ভুজদণ্ড গৃহিত কণ্ঠ লব্ধা
শিষাং য উদগাদ ব্রজ সুন্দরীণাং ।।৮০

**অন্বয়ঃ** ।- ব্রহ্মণ (হে মুনি) নন্দঃ (নন্দ মহাবাজনা) মহোদযং (অথোইবা কর্ম্ম ওইবা) এবং (অসিগুম্বা) কিং (কবম্বা) শ্রেযং (মঙ্গলগি থবকপু) অকবোৎ (তৌখিবগে) মহাভাগা (লাইবক ফববি) যশোদাবা (যশোদানসু) [কিংশ্রেযঃঅকবোৎ] (কবম্বা অথোইবা মঙ্গোলগী থবকপু তৌখিবগে) হবিঃ (শ্রীকৃষ্ণনা) যস্যা (মহাক্কি) স্তনং (স্তন অমৃতবু) পপৌ (থকখ্রিবা) ৭৭

**অন্বয়ঃ** ।- বিমুক্তিদাৎ (মুক্তি পিনহৈবা শ্রীকৃষ্ণদগী) যৎপ্রসাদং (অসিগুম্বা থৌজাল অসি) গোপীঃ (যশোদানা) প্রাপ (ফংখিবা) তৎ ইমং (অসিগুম্বা থৌজাল অসি) বিবিঞ্চঃ(ব্রহ্মানা) ন লেভিবে (ফংখিদে) ভব (মহাদেবনসু) অঙ্গসং শ্রযা (থবাতা পক্কনা লৈবি) শ্রীঃ (লক্ষ্মীনসু) ন আপ (ফংব্রা হাযবদা ফংখিদে যশোদাতনা ফংখি থৌজাল অসে) ৭৮

**অন্বয়ঃ** ।- বাসোৎ সবে (বাসগী কুম্মৈদা) অস্য (অসিগুম্বা কৃষ্ণগী) ভুজদণ্ড গৃহীত কণ্ঠ লব্ধাশিষঃ (পাম্বোমনা ঙক্কা কোনবিদুনা নিংবা থুংহনবিখিবা) যঃ (মানা) প্রসাদঃ (থৌজালিবা অসে) ব্রজ সুন্দবীনাং (ব্রজগোপীসিঙ্গি মবদা) উদগাৎ (থোকখি অসিগুম্বা প্রেম অসি গোপীতদা থোকখি) অঙ্গনিতান্তবতে (শ্রীকৃষ্ণগী থবাক্তা লৈতনমকপু থোইনা অচানবীসু ওইবিবি) শ্রিযঃউণঃ (লক্ষ্মী দেবীনসু লেপনমক ফংখিদে) নলিন গন্ধ কচাং (থম্বালগী মনম নম্লবী) স্বর্যোষিতাং (লাইগী নুপী ওইবিসিংনসু মদু ফংখিদে) অন্যা কুতঃ (অতোপ্পনদি কদাইদগী ফঙ্গান কৈদৌনুংদা ফংলোই ।।৮০

---

**টীকা:-**

মতুং ইর্নবি মানা নিংবা নিংবগী মহৈপিবি, অদুনা ঈশ্বববু নীংবা মনিং মান্নদবনা মহৈসু তোঙান তোঙাল্লি, ঈশ্বববু নিংবসিমক ঈশ্বব মানা পের্নবিনর্বনি অমদি মাগী কৃপা ফংনর্বনি, কৃপাবু ফংগে খল্লবদি ঈশ্ববগী পেন্নবা তৌগদবনি, নিঙবা পুম্বদা ফল মান্ননা পিদে মনা মান্নদবনা। অদুনদি মানা মীওইবা মখল বর্ণ মবি অসি অহান্বা শেম্বদা ঈশ্বব মাগি হকচাংদগী পৃথোকখি মদুমক শ্রীমদ্ভাগবতকী "মুখ বাহুরুপাদেভ্য" হাযবা শ্লোক্লা মীওইববু ঈশ্ববনা হেক সেম্বদা আশ্রমগা ধর্ম্ম জাতী খাযনা সেম্মি অদুনা মাব্মাগী অপাম্বর্গী মতুং ইন্না ঈশ্ববু নিংর্বাননা অহানবদা ঈশ্ববনা শেম্বদা যাওনক্লবা আশ্রম ধর্ম্মনি মবম অদুনা মসি ঙাক্লা চৎপনা ঈশ্ববগী মযাথং থৌদা ইনবা ওইবনা শ্লোক অসি উত্তুনা বামানন্দনা প্রভুদা হাযবনি অহানবদা য়াথং ঙাকপা পেন্নবা থৌবাংনি। মীওইবদসু হাযবা ইনববু লুনা তৌনে। মবম অদুনা বিষ্ণু পুবাণগী শ্লোক "বর্ণাশ্রম" হাযদুনা খুম্বনি। মসি ভক্তি বসামৃত সিন্ধুনচিংবা ভক্তি গ্রন্থসিঙ্গি মনুং চনবা অপাম্বা অনিংবা বিষ্ণুগী পেন্ননবা বিষ্ণু ভক্তিমক্তি নত্তে মসিদি স্বর্গ লোক ফংনবনি, অমনা হিংদুনা লৈবিঙৈদা নুঙাইবা সম্পাতিগীনি, নির্ব্বাণ মুক্তি ফংনবা ভক্তিনি। মসিবু ভক্তি নত্তে হাযবদি য়াদে মবম অদুনা অহানবদা হাযবা ইনবা মীওই অমা ওইগদবনি পুবাণগী ব্রাফম

তথাহি শ্রীমদ্ভাগবতে ১০-স্কঃ৩২-অঃ২শ্লোকঃ-

তাসামাবিরভুচ্ছৌরিঃস্ময়মান মুখাম্বুজঃ।
পীতাম্বরধরং স্রগ্বী সাক্ষান্মন্মথমন্মথ ।।৮১

**পদঃ-**

কৃষ্ণ প্রাপ্তির উপায় বহু বিধ হয়।
কৃষ্ণ প্রাপ্তির তারতম্য বহুত আছয় ।।৮২
কিন্তু য়াব সেই ভাব সেই সর্ব্বোতম।
তটস্থ হৈয়া বিচারিলে আছে তার তম ।।৮৩

**পদ অর্থঃ-**

কৃষ্ণ ফংনবা উপায়সে মখল মখা য়াম্মি।
কৃষ্ণ ফংবগি মফংসু অৱাৎ অহেন য়াম্মি ।।৮২
অদুবু মাগি ৰাখন্না ফৈ হায়বনা হেল্লে।
ময়াইদা লেপ্তুনা য়েঙু অৱাৎ অহেন্দু লৈ ।।৮৩

তথাহি ভক্তি বসামৃতসিন্ধৌদক্ষিণ বিভাগে স্থায়িভাব লহর্য্যাং ২২ শ্লোকঃ-

যথোত্তরমসৌ স্বাদ বিশেষোল্লাস ময্যপি।
রতির্বাসনয়া স্বাদ্বীভাসতে কাপি কস্যাচিৎ ।।৮৪

**অন্বয়ঃ** ।- স্ময়মান মুখাম্বুজঃ (মো মোন্নোকপনা থম্বালগুন্না ফজববা মাইথোং ওইবা) পীতাম্বব ধবঃ (গ্নাফিগে গুঞ্জানা ঙক্তা যেৎলগ' তাবকপা ফিদোন্দা খুৎনা পাইদুনা) স্রগ্বী (বাস হৌবকপদা গোপীনা হুকখিবা লৈ পবেং থোলবা) সাক্ষাৎ মন্মথ (তবংনা কাম্ব নৈহৎপা মহাদেববু) মন্মথ (নৈহৎপ) শৌবি (শূব বংশদা পোকপা কৃষ্ণনা) তাসাং (গোপীগী নৌববা প্রেমদা খাংদুনা লোৎপা ঙমদ্রদুনা মখোই গোপীগী মমাংদা) আবিবভুৎ (ফাউবকাখ) ।।৮১

**অন্বয়ঃ** ।- অসৌ বতি (মখল মবিশুবা বতি হাযবদি দাস্য, সখ্য, বতি বাৎসল্য অমদি মধুব

বতিসে) যথোতবং (অদুগুম্না মথং মথং) স্বাদ বিশেষোল্লাস ময়ী অপি (মহাও অথোইবা অহেনবা অৱাৎপা ওইদুনমকপুসু) বাসনয়া কা অপি (পুকচেন্ খেন্নবা কনাগুম্বৰ্দদি) কস্যাচিৎ (বতি অমনা) স্বাদ্বী ভাসতে (মহাওবে হায়না লেপ্পি।।৮৪

ঢাকা:-

উত্তুনা খুম্বনি। কান্নবনা ঐনা কবিসু তৌবা ঙমদে ঈশ্বব মাতগী থৌদা ইনবনি হাযবা মনুংদা লৈবা অর্থনা শ্লোক অসিগী কান্নবনি।

বামানন্দগী ৱাহে অসি তাবদা প্রভূনা অমূকসু হংখিজ্জ বামানন্দ ! নংনা হাযবিবা অদুদি যাম্না মপানগি ৱানি মাস নত্তবা হৌজিক হিংলিঙৈ অমদি সিববা কানগিসু নত্তবা অমত্তং হাযখো। নংনা হার্যাখ্রনা বর্ণাশ্রমধর্ম্ম হাযবসি যাথং ঙাকপতগী ৱানি পেন্নননা থৌবাং যাওদে অদুনা মসি মপান্নি ঈশ্ববনা পেন্দ্রবদি মহৈসু ফংদে পিদে মবম অসিনা নংনা হার্যাবিবসি মপান্নি অমত্তংগা হাযখো মহৈ ফংবা অমগা হাযখো অসুম্না তাক্কুনা হংঙি। এহ বাহ্য বিষ্ণু ভক্তিনা জীবগি খ্বাইদগী অথোইবা ওইনা যংলিবদি শ্রাকৃষ্ণনি তৌইগুম্বসুং বর্ণাশ্রম ধর্ম্মগী মচত্তী বিষ্ণুগী মযাথং ঙাকপদনি মদুনা জীবনা শ্রীকৃষ্ণ ফংনবদি নত্তে বর্ণাশ্রমধর্ম্ম ঙাকপগি মহৈদি হিংলিঙৈদ নুঙাইনা লৈবা ঙম্মি শিববগা মক্তি ফাঙ স্বর্গনচিংবগী নুঙাইবনি ফঙ্গদৌবিবা। জীবদি ঈশ্বব ফংনবা তানগদবনি হিংলিঙে অসিদা তালহৌদ্রবদ তোকলেদো অদুনা ঐনা হংলিবদি অসিনি কবি থৌবাংনা শ্রীকৃষ্ণ ফঙ্গদগ নত্তাক্তা হাযবনা শ্রীকৃষ্ণ পেন্নবা আশ্রমধর্ম্ম ঙাক্লা চৎপা পেন্নবনি কৃষ্ণগী হাযবনিদো অদুনা নংনা হার্যাবিবদো মপান্নি জীবগী তৌফম থোকপা অমত্তং হাযখো। বায বামানন্দনা হাযজ্জ ঐনা তৌবা কর্ম্ম পুম্বা শ্রীকৃষ্ণদা কৎথোকপনা অথোইবনি। কর্ম্ম হাযবদি স্মৃতিনচিংবনা শাস্ত্রনা হায়বিবা নোংদমলিবা কর্ম্ম অমদি হকচাংনচিংনগী মহৌসাগি ওইবা ধর্ম্মনা খুদম চনবা কর্ম্ম পুম্নমক তৌফম থোকপা, পুম্নমক্কি বানি। বর্ণাশ্রমধর্ম্মগ মপান্নি হাযববদা বামানন্দ বাযনা শ্রীকৃষ্ণদ কর্ম্ম কৎথোকপগি বা হার্যাখি। মসিদা খংবা ঙম্লে, বর্ণাশ্রমধর্ম্মদাগ শ্রীকৃষ্ণদা কর্ম্ম কৎপনা হেন্লে, চুম্মি বর্ণাশ্রমধর্ম্মনচিংব

বেদনা থৌদাবিবসি মশাগি ওইজবা (সকাম) কর্ম্মন মসিদি কর্ম্ম তৌবা মীবু কর্ম্ম অদুগা মহৈনা পুল্লি। মসিমক গীতাদা হাযবি অধ্যায অস্তমগী শ্লোকনা মাপন্দা হার্যাবি "যজ্ঞার্থাৎ কর্ম্মনোদুন্যঃ লোকোযং কর্ম্মবন্ধনঃ। তদর্থং কর্ম্ম কৌন্তেয মুক্তসঙ্গঃ সমাচব।" পবমেশ্ববগী পেন্ননবা নত্তন তৌবিবা কর্ম্মগী মহৈনা কর্ম্ম তৌবিবা মাবু সংসাব অসিদা কর্ম্ম অদগী মহৈ অদুনা পুন্দুনা থাম্মি অদুনা হে অর্জ্জুণ! নংদি মহৈ অদো যেঙুনু পবমেশ্ববগী পেন্ননবতা খন্দুনা তৌ মহৈ খক নিকুনু অমুকসু গীতাগী অনিসুবা অধ্যার্যাগ যাঙ্খোমাথোইসুবা শ্লোক্তা হাযবিজ্জ 'কর্ম্মজং বুদ্ধি যুক্তাঃ ফলংত্যক্ত্বা মণীষিণঃ। জন্মবন্ধ বিনির্মুক্তাঃ পদং গচ্ছন্ত্য নামযণ।" বুদ্ধি লৈবা পণ্ডিৎসিংনা কর্ম্মগী মহৈবু থাদোক্লগা পোকপা শিবনচিংবা লিপুন্দগী নাম্থোক্তুনা অবোইবা মযেং তাবসু লৈতব ঈশ্ববগীনাক্তা পোকই। হৌজিক উবে, বেদনচিংবনা নোংদমলিবা কর্ম্মনা মবম ওইদুনা হাযবদি মহৈ ফংনবা তৌবা কর্ম্মনদি ঈশ্বব ফংনবা নৎত্রে, মহৈ অদুবু পাম্মুনা লৈতনা তৌফম থোকপগি তৌবা-

### পদঃ-

পূর্ব্ব পূর্ব্ব রসেরগুণ পরে পরে হয়।
দুই তিন গণনে পঞ্চ পর্য্যন্ত (বাড়য়) ।।৮৫
গুণাধিক্যে স্বাদাধিক্য বাড়ে প্রতি রসে।
শান্ত দাস্য সখ্য বাৎসল্যের গুণ মধুরেতে বৈসে ।।৮৬
আকা শাদির গুণ যেন পর পর ভুতে।
এক দুই গণনে বাড়ে পঞ্চ পৃথিবীতে ।।৮৭
পরি পূর্ণ কৃষ্ণ প্রাপ্তি এই প্রেমা হৈতে।
এই প্রেমার বশ কৃষ্ণ কহে ভাগবতে ।।৮৮

### পদ অর্থঃ-

মথক মথক রসগি গুণ মখা মখাদা লৈ।
অনি অহুম শিংথাবদা মঙাসিনা হেল্লে।৮৫
গুণ হেনবনা মহাও হেল্লে রস খুদিংমক্কি।
শান্ত, দাস্য বাৎসল্যগী গুণ মধুরদা লৈবনি ।।৮৬
অকাশনা চিংবগি গুণ মথং লৈ ভুটদা।
অমা অনি থিরকপদা হেল্লি পৃথিবীদা ।।৮৭
প্রেম অসিনা মপুং ফারে কৃষ্ণবু ফংবদা।
প্রেম অসিগী মখা পোল্লি হায়রি ভাগবত্তা ।।৮৮

তথাহি শ্রীমদ্ভাগবত ১০স্কঃ৮২অঃ৪৫শ্লোকঃ-
গোপি প্রতি শ্রীকৃষ্ণ বাক্যঃ-
ময়ি ভক্তির্হি ভুতানা ম মৃত ত্বায় কল্পতে।

দিষ্ট্যা যদা সীন্মৎস্নেহো ভবতীনাং মদানঃ।।৮৯

**পদঃ-**

কৃষ্ণের প্রতিজ্ঞা দৃঢ় সর্বব কালে আছে।
যে যৈছে ভজে কৃষ্ণ তারে ভজে তৈছে।।৯০

**পদ অর্থঃ-**

কৃষ্ণগি ৱাশক অমা লৈ অয়াম্বা মতমদা।
ঐবু মানা নিংবগুম ঐসু নিঙ্গনি মঙোন্দা।।৯০

তথাহি শ্রীমদ্ভগবদ গীতায়াং ৪অঃ১১ শ্লোকঃ

যে যথা মাং প্রপদ্যন্তে তাং স্তথৈব ভজাম্যহম।
মম বর্ত্মানু বর্তন্তে মনুষ্যাঃ পার্থঃ সর্ববশঃ।।৯১

**অন্বয়ঃ**।- ময়ি (শ্রীকৃষ্ণ ঐঙোন্দা) ভূতানাং (জীবসিংগী) ভক্তিঃ হি (লেপনা ভক্তিবু) অমৃতত্বায় (মুক্তি ফংনবগিদমক্তা) কল্পতে(তৌই) ভবতীনাং (নখোয়গীদি) মদাপনঃ (ঐতবু ফংনবগিদমক্তা) যৎ (অদুম্না) আসিৎ (ওইপ্রে) যৎ স্নেহঃ (ঐবু নংশিবনা) যৎ তৎদিষ্ট্যা (মসিমক অদুম্না লাইবক ফবদগি ওইখ্রবা মক্নি)৮৯

**অন্বয়ঃ**।- হে পার্থ (হে অর্জ্জুন') যে যথা (মখোয়না অদুম্না) মাংপ্রপদ্যন্তে (ঐবু নিংলিবা) অহং (ঐনসু) তথা এব (অদুগুম্না) তান ভজাম্মী (মখোয়বু নিংগনি) মনুষ্যা (মীখুদিংনা) সর্ববশঃ (মওং মবম খুদিংদা) মম বর্ত্ম (ঐবু নিংনবা লম্বীগী) অনুবর্তন্তে (মতুং ইন্দুনা লৈ)।।৯১

---

**টীকা:-**

ঈশ্বর মানা পেন্নবনি হায়না তৌকবা কর্ম্ম অদুনদি তৌবিবা মাবু পুনগনি হায়বসি অকিবা লৈত্রে।মবম অসিনা কর্ম্মগী মহে পাম্বা ৱাখল অদু থাদোক্তুনা কমকর্মবুদি তৌবনা ফৈ। কর্ম্ম তৌকবদগি ফংলক্কদবা মহে অদু শ্রীকৃষ্ণদা কৎথোক্লগা ঐনা মসি তৌবগা মদুমা ফঙ্গনি খন্দবা ঈশ্বর মাতনা পেনবিবসনু হায়না খল্লগা কর্ম্ম তৌবনা বর্ণাশ্রমধম্কর্মা ঙাক্না চৎপদগী হেল্লে। হায়বদি থবক্কি মহৈনা থবক্তৌবা মীবু পুনবা হায়বদু পুন্দ্রে। অদুনা বামানন্দনা প্রভুগী ৱাহংগী পাউখুম পিবদা "সাধ্য সাব" হায়বি শ্রীকৃষ্ণ ফংনবগি থৌবাংদা মসিনি কর্ম্মগী মহে কত্তুনা কর্ম্ম তৌবা অসিনা হায়বি। মদুগী প্রমানসু গীতাদা হায়বি ৯শুবা অধ্যায়গী শ্লোক১৭ বেত্তা "যৎকরোসি" অদুগুম্না অর্জ্জুন নংনা তৌ হায়বদি

**পদঃ-**

এই প্রেমার অনুরূপ নাপারে ভজিতে।
অতত্রব - ণী কৃষ্ণ কহে ভাগবতে ।।৯২

**পদ অর্থঃ-**

অসিগুম্বা প্রেমগুম্মা নিংবা ঙমদ্রে ঐ দো।
কৃষ্ণনা হায় ভাগবত্তা তোল্লে লমন্দো ।।৯২

তথাহি শ্রীমদ্ভাগবতে১০ স্কঃ৩২অঃ২২ শ্লোকঃ-
ন পারয়েঽহং নিরবদ্য সং যুজাং
স্ব সাধু কৃত্যং বিবুধায়ুষাপি বঃ।
যা মাভজন দুর্জ্জর গেহ শৃঙ্খলাঃ-
সং বৃশ্চ্য তদ বঃ প্রতি যাতু সাধুনা ।।৯৩

**পদঃ-**

যদ্যপি কৃষ্ণ সৌন্দর্য্য মাধুর্য্যের ধুর্য্য।
ব্রজ দেবী সঙ্গে তাঁব বাঢ়য়ে মাধুর্য্য ।।৯৪

**পদ অর্থঃ-**

শ্রীকৃষ্ণ ফজবা পুম্বদগী থোইবনি।
ব্রজগোপীগা লোইনবা কৃষ্ণনা হেম্বনি ।।৯৪

তথাহি শ্রীমদ্ভাগবতে ১০-স্কঃ ৩৩ অঃ ৭শ্লোকঃ-
তত্রাতি শুশুভে তাভির্ভগবান দেবকীসুতঃ।
মধ্যে মনীনাং হৈমানাং মহা মারকতো যথা ।।৯৫

**পদঃ-**

প্রভু কহে এই সাধ্য বধিসু নিশ্চয়।
কৃপা করি কহযদি আগে কিছু হয় ।।৯৬
রায় কহে ইহার আগে পুছে হেনজনে।
এতদিন নাহিজানি আছয়ে ভুবনে ।।৯৭
ইহার মধ্যে রাধার প্রেম সাধ্য শিরোমনি।
যাঁহার মহিমা সর্বব শাস্ত্রেতে বাখানি ।।৯৮

**পদ অর্থঃ-**

প্রভুনা হায় মসি সাধ্য অরেপ্পা মক্লিদো।
চানবিদুনা লৈরবদি অমত্তং হায়খোদো ।।৯৬
রায়না হায়খি মসিদগি হেন্না হংবা মীদি।
পৃথিবীদা লৈরমগনি খংজদরে ঐদি ।।৯৭
মসিগী মনুংদা প্রেমসে রাধীকানা থোইরে।
মাগি গুনবু শাস্ত্র পুন্বদা থাগত্তুনা লৈরে ।।৯৮

**অন্বয়ঃ** ।- অহং নিরবদ্য (ঐবু তাৎ য়াওদনা) সংযুজাং (ফংগে নিংলিবা) বঃ (নখোয়গী) স্বসাধুকৃত্যং (নখোয়গি নিংথিজবা প্রেম অদুমক্তুনা) বিবুধায়ুষা অপি (লাইমক্কি পুন্সিগুম্ পুন্সিদুনসু ) নপারয়ে (ঐনা লমন সিংবা ওম্লরোই) যাঃ দুজ্জয় গেহ শঙ্খলাঃ সংকৃশ্চৎ (নখোইনা ককথৎফদ্রবা য়ুম্বাম্বগী য়োংহ্লিংবু ককথত্তুনা) মা অভজন (ঐবু নিংখরে) বঃ তৎ সাধুনা (মরম অদুনা নখোয়গি নিংথিনা ঐবু কাউদবা অদুমক্লা) প্রতিযাতু (লমনসিংবা ওইরসনু) ।।৯৩

**অন্বয়ঃ** ।- তত্র (রাস সান্নফম রাস মণ্ডোন অদুদা) হৈমানাং (স্নানা সেম্বা স্নাগী মচুসিং) মণীনাং (মনী পুম্বগীসু) মধ্যে (ময়াইদা) যথা (অদুগুম্না) মহা মারকতঃ(পাদ্মরাগমনীনা) [ফজবগুম] তাভিঃ (গোপিসিংনা কৌই শিল্লগা) ভগবান (ঐশ্বর্য্য তরুক্লা তিল্লবা) দেবকীসুতঃ দেবকিগী মচা ওইবা কৃষ্ণনা) অসিশুশুভে (থোইদোক্লা ঙানখি) ।।৯৫

টীকা:-

হকচাঙ্গি ওইবা কর্ম্ম, মহৌশাগি ধর্ম্মগী মতুং ইন্না অমদি স্মৃতিনচিংবা শাস্ত্রগী ওইবা করিগুম্বা কর্ম্ম খর তৌরো, অমদি মীরম্বেলগী ওইবা কর্ম্ম খর ওইরবসু তৌরো। চংনবিগী মতুং ইন্ন চাবা থকপনচিংবা নংনা হেক তৌরিবা পুন্নমক্তো ঐঙোন্দা কংনবগী মওংদা লোইনমক তৌ। শ্লোক অসিগী টিকা হৌরকপদা বিশ্বনাথ চক্রবর্ত্তিনি হায়রি জ্ঞান কর্ম্মনচিংবসে থাদোকপা য়ারোই হায়দুনা পুন্নমক্তগী কেবলা ভক্তিনা থোই, অতোপ্পা ভক্তিদা মখোয়গি অধিকার লৈতে, সকামি ভক্তিদসু মখোয়গিদি অপাম্বদু লৈতে মরম অদুনা শ্লোক অসিদা হায়রিবা তৌফম থোকপা অসিমক নিষ্কাম কর্ম্মগা জ্ঞান কর্ম্মগা য়াম্পিন্নবা ভক্তিনি। মহাক্রসু হায় মসে নিষ্কাম কর্ম্মদি নত্তে, মরমদি নিষ্কাম-কর্ম্মদা তরংনা সাস্ত্রনা নোংদম্মীবা কর্ম্মসিংদা ঈশ্বরদা কথোকপগী ব্যবস্থা লৈ রায়েললৈ চংনবি কর্ম্মগী মরিদা ঈশ্বরদা কংনবগি রাফম লৈতে শ্লোক অসিদি চংনবিদা কর্ম্মবু কংপগি রাসু উংলি। মসিমক ভক্তি যোগ অমদি অনণ্য ভক্তিদি নত্তে, মরমদি ভক্তি যোগদদি ঈশ্বরদা কংলবা থবক অদুতবু তৌগদবনি হায়ৎ শ্রীমদ্ভগবত ৭ রেস্কেন্দ ৫শু বা অধ্যায়গি ২৩। ২৪ শ্লোক্তা প্রহ্লাদনা হায়খিবা প্রমান লৈ শ্রবণং কির্ত্তণং বিষ্ণোঃ স্মরণ পাদ সেবনম অর্চ্চনং বন্দনংদাস্যং সখ্য মাত্মনিবেদনম।। ইতি পুংসার্পিতাবিষ্ণৌ ভক্তি শ্চেন্নব ক্রিয়ত দক্ষিন ভগবত্যদ্ধা তন্মন্যেদুধীত মুতমম।। ৭।৫।২৩রা১৪দা শ্লোক তক্রয়ত মতুং ইন্ন চাবা থকপনচিংবা নংনা হেক তৌরিবা পুন্নমক্তো ঐঙোন্দা কংনবগী মওংদা লোইনমক তৌ। শ্লোক অসিগী টিকা হৌরকপদা বিশ্বনাথ চক্রবর্ত্তিনি হায়রি জ্ঞান কর্ম্মনচিংবসে থাদোকপা য়ারোই হায়দুনা পুন্নমক্তগী কেবলা ভক্তিনা থোই, অতোপ্পা ভক্তিদা মখোয়গি অধিকার লৈতে, স্বকামি ভক্তিদসু মখোয়গিদি অপাম্বদু লৈতে মরম অদুনা শ্লোক অসিদা হায়রিবা তৌফম থোকপা অসিমক নিষ্কাম কর্ম্মগা জ্ঞান কর্ম্মগা য়াম্পিন্নবা ভক্তিনি। মহাক্রসু হায় মসে নিষ্কাম ধর্ম্মদি নত্তে, মরমদি নিষ্কাম-কর্ম্মদা তরংনা শাস্ত্রনা নোংদম্মীবা কর্ম্মসিংদা ঈশ্বরদা কথোকপগী ব্যবস্থা লৈ রায়েল লৈ চংনবি কর্ম্মগী মরিদা ঈশ্বরদা কংনবগি রাফম লৈতে শ্লোক অসিদি চংনবিদা কর্ম্মবু কংপগি রাসু উংলি। মসিমক ভক্তি যোগ অমদি অনণ্য ভক্তিদি নত্তে, মরমদি ভক্তি যোগদদি ঈশ্বরদা কংলবা থবক অদুতবু তৌগদবনি হায়; শ্রীমদ্ভগবত ৭ স্কন্ধ ৫শুবা অধ্যায়গি ২৩। ২৪ শ্লোক্তা প্রহ্লাদনা হায়খিবা প্রমাণ লৈ শ্রবণং কির্ত্তণং বিষ্ণোঃ স্মরণ পাদ সেবনম অর্চ্চনং বন্দনংদাস্যং সখ্য মাত্মনিবেদণম।। ৎতি পুংসার্পিতাবিষ্ণৌ ভক্তি শ্চেণ ক্রিয়ত ভগবত্যদ্ধা তন্মন্যেদুধীত মুতমম।। ৭।৫।২৩-১৪দা শ্লোক অসিগি অচেৎপদি অহাম্বদা কর্ম্ম তৌরগা মতুংদা মদুদগী ফংলকপা মহে অদু ঈশ্বরদা কংকদবনি হায়বনি মরম অসিনা য়াম্না চংখোনবা ভক্তি যোগদি নত্তে, ভক্তি যোগগি মশা মনুং চনবসু ওইদে অদুনা প্রভুনা মখা অমুক তানা হংখি। ৬০ প্রভুনা হায়খি মদুসু মপানগি রানি মদুগি রাফম অদুদগি হেনবা অমত্তগা হায়খো। কৃষ্ণ কর্ম্ম কংপবু প্রভুনা মপান্নি হায়বগি মরম অমগসু লৈ পায়ার অসিগী টীকাদ বিশ্বনা থচক্র বর্তিনা অসিমসু হায়রি - "অত্র যৎকবোষী ত্যাদিকও বিরাড়ুপাসনাবদ ভজনানু সন্ধানং নির্গে তুমশক্তং প্রতি জ্ঞাতব্যং যথার্থ নির্ণয়ে

তথাহি লঘু ভাগবতামৃতে ৪১ শ্লোকে পদ্ম পুরান বাক্যং —

যথা রাধা প্রিয়া বিষ্ণোস্তস্যাঃ কুণ্ডং প্রিয়ং তথা।
সর্ব্ব গোপীষু সৈবৈকা বিষ্ণোরত্যন্ত বল্লভা ॥৯৯

তথাহি শ্রীমদ্ভাগবতে ১০ স্কঃ ৩০ অঃ ২৮ শ্লোকঃ

অনয়া রাধিতো নূনং ভগবান হরিরী শ্বরঃ।
যন্নোবিহায় গোবিন্দঃ প্রীতো যামনয়দ্রহঃ ॥১০০

পদঃ-

প্রভু কহে আগে কহ, শুনিতে পাই সুখে।
অপূর্ব্ব অমৃত নদীবহে তোমার মুখে।১০১
চুরি করি বাধাকে নিল গোপীগণের ডরে।
অন্যা পেক্ষা হৈল প্রেমের গাঢ়তা না স্ফুরে ॥১০২
রাধালাগি গোপীরেযদি সাক্ষাৎ করেত্যাগ।
তবেজানি রাধায় কৃষ্ণের গাঢ় অনুরাগ ॥১০৩
রায় কহে তাহাশুন প্রেমের মহিমা।
ত্রিজগতে রাধা প্রেমের নাহিকউপমা ॥১০৪
গোপী গণের রাস নৃত্য মণ্ডলী ছাড়িয়া।
রাধা চাহি বনে ফিরে বিলাপ করিয়া ॥১০৫

পদ অর্থঃ-

প্রভুনা হায় মখা তাখো, নুঙাইদো তাবদা।
তাংলবা অমৃত ইচেল চেল্লি নঙ্গি লৈয়েংদা ॥১০১
গোপী কিবদগী লোৎনা রাধা পুখিবরা।

অতোপ্পগি মমাংদা অচেৎপা প্রেম ফাওদবরা।। ১০২
রাধাগীদমক গোপীবু তরং থাদোক্লবা।
মদুদা খঙ্গনি রাধাদা কৃষ্ণ প্রেম চেৎলি হায়বা।। ১০৩
রায়না হায় মদু তাবিরো প্রেমগি মগুন্দো।
মরোল অহুমদা রাধাগি প্রেম মপা লৈতেদো।। ১০৪
গোপীসিঙ্গি রাস মকোই জগোয় থাদোক্লুনা।
রাধা থিখি বন্দা কোইনা বিলাপ্পু তৌদুনা।। ১০৫

**অন্বয়ঃ**।– বাধা (শ্রীবাধিকাবু) যথা (তৌবগুম্না) বিষ্ণো (শ্রীকৃষ্ণগী) প্রিয়া (অচাম্বি ওই) ওস্যাঃ (বাধিকাগী) কুণ্ডং (বাধা কুণ্ড কৌবী কুণ্ডবুসু) তথা (অদুগুম্না) প্রিয়ং (চাম্লি) সর্বব গোপীষু (অযাম্বা গোপী পুম্বগী মনুংদগি) একা (অমত্তা ওইবি) সাএব (অদুগুম্বী বাধাতনা) বিষ্ণোঃ (শ্রীকৃষ্ণগী) অত্যান্তবল্লভা (থোইনা অচানবিনি)।। ৯৯

**অন্বয়ঃ**।– অনযা (অসিগুম্বী হে অপংবী নগুণ ইগুণ খেন্নবা খংদনা নাপল তৌবি হে গোপী ') [প্রেমনিতি জ্ঞান শুন্যা] (প্রেমগি নীতিজ্ঞান যাওদ্রবী) ভগবান (সুন্দর্বাক্রিবাবচ) (শক ফজবা সান্নবদা পুক্লিং চংবী) ঈশ্বব (নখোয় পুম্বদা নমহৎপা ওম্বা) অযং (অসিগুম্বা) হবি (পুম্নমক্কি পুক্লিং হুবা ওম্বা) শ্রীকৃষ্ণনা নূনং (লেপ্পমক্) বাধিতঃ (বাধা মাতবু) বহ (অচিকপা মফমদা) অনয (পুদুনা চৎখ্রবনি) ।। ১০০

শ্লোক অসিগী অন্বয় অসি শ্রীমদ্ভাগবতা বাধা হাযবা মীং পন্দে ব্যাসনা ইবদা হায়দুনা প্রতিবাদ অমা তৌনৈ বাত ধাতু বাধনে বাধ ধাতুগী অর্থ নিংবা হায। বাধিকা বাধ ধাতুদগি থোকপ শব্দনি অদুনা রাকম অসি গোপীনা গোপীদা হায়বা শ্লোক্কি পক্ষ অনি থোকপা গোপী বাসদদি পুন্না থৌগন তৌখি, মদুদা শ্রীমতীগুন ফোংদোক্কে খন্দুনা পক্ষ অমদা চন্দ্রবলীগী কাংলুপ্তা হাযবনি, শ্রীকৃষ্ণগী মবম পুম্বদা নিংবা থুংনবা সেবা তৌবিবি কৃষ্ণ নিংবী মাবু বাধিকা বাধা কৌই অদুনা ভাগবত্তা বাধা পল্লে বাধা কৃষ্ণদি খাযদোকপা যাদে হাযর্বাগ অচেৎপসু লৈ অদুনা বাধা পনফম থোকই। বাসনা বাধিতঃ সমাস তৌদুনা ইবম্মি বাধা ইতো সন্ধি। অসুম্না অন্বয তৌজবি। বাধা পন্দ্রগা কবি বস ওইবা পল্লগা কবিনো অপাবনা অত্যাবনা বিচাব তৌবিগনি মসি তাবদা মহাপ্রভুনা হায়খি বায় ! নংনা বাধিকাগী প্রেম্না সাধ্যগী অথোইবনি হায়বিবে মসিদা ঐনা তবং নমক চুপ্লে হায়না লৌবা ঙমদবা নবম খব লৈবে মসি অমুক্তা হায়জগে নহাক্না অমুক্তগা ঐবু খংহনবিয়ু চুম্ববা হাযবদো। মদুদি অসিনি নহাক্না হায়বিবা শ্রীমদ্ভাগবত্তা থম্বীবম্লিবা মহাবাস অসিমক্তদা শ্রীকৃষ্ণনা শ্রীবাধিকাবু পুদুনা লেংখ্রিবা অসিমক্তদা গোপীবু কিবদগী ওইবনা হেল্লি হায়ফদববা ? হেন্দবা মবমনা বাস মগোন্দগী লোংনা

চৎলিবনি, কাবিগুম্বা বাধাগি প্রেম্মা হেল্লবদি ফোংনা পুদুনা লেঙ্গদবনি খল্লি হেন্দবা মবমনা লোৎনা লেংখিবনি থাগৎলিবি অদুসু মীচংনি মবম অসিনা ঐবু বাধিকাগী প্রেম্মা থোই হায়বসি য়াম্মা সেংনা লৌবা ঙমজদবে কবিগুম্বা বাস অদুদা বাধিকা য়াওবমদদুনা বাধাগীদমক্তা গোপীসিংবু থাদোকই হায়ববা মদুমা সেংলে বাধিকাগী প্রেম্মা ইথোই থোইহিবে হায়বদা। মসি বসন্ত বাস পুথোকহনগে হায়দুনা তাকপিখি। বামানন্দনা হায়বকই প্রভু ! ঐনা কবি অমুক হায়জগনি মবোম অহুম অসিদা বাধিকাগী প্রেমদি চাংদম্লিঙাই লৈতে, বাস লীলাগি মতমদা অতোপ্পী গৌপীগা ইবেম্মগা মান্নবগুম্না কৃষ্ণনা জগোয় শাবদু উবগা বাধিকানা শাওদুনা বাস থাদোক্নুনা লেংখ্রে, মতম অদুদা চাকোটি গোপীনা থৌগন্দুনসু বাসগী অপেম্বদু ফংদে মবম অদুনা অন্নাবা ওইদুনা বন-বন খুদিংদা থিদুনা চৎখি।১০১-১০৫

---

টীকা:-

এব বাহ্যং" মখোই অসি বিবাড উপাসনাগা মান্নে নিংলিবদু অসিনী হাযনা লেপ্লা ঙমদে মবম অদুনা যৎকবোষীনাচংবা শ্লোক অসিমক মপান্নি ভক্তিগী অবেপ্লা থমদে। তৌফম থোকপা জীবগী সোইফদ্রবা কৃষ্ণগী সেবা ফংনবা সাধনঅসিগী টীকাদা ধবস্মামীনা হায় বিষ্ণৌ অর্পিতা ভক্তিঃক্রিযতে, নতু কৃত্বা পশ্চাদ পোঁত ইতি।। তাজবা সোঞ্জবনচিংবা ভক্তি মল মাপল (৯) অসি অহানবদা বিষ্ণুদা কথোকনি, অদুগী তুংদা সাধকা তৌফম থোকপদু তৌগনি, তৌবগা মতুংদা কৎপা হাযবসিদি ভাগবর্তকি রাফম ওইদে।অদুনা কর্ম্ম পুম্বা হান্না ঈশ্বরদা কৎলগা মতুংদা ঈশ্বর অদুগী মনাই অমা ওইবগা কর্ম্ম অদু কোন্না তৌগদবনি মসিনা ভক্তি যোগাগ (অহু গুল্যানি) ফৌবোই ইনবনি। যৎকবোষি অসিনা চিংবা ওইনা ঙমদে। অদুগা সাধন অদুনা মবম ওইদুনা শ্রীকৃষ্ণবু ফংনবা নৎত্রবদি মদুসু জীবগী সোইদনা তৌফম থোকপা সাধন্ অদুদি নত্তে, অদুনা মপানি হায়বনি। কর্ম্মগী মহৈ অদুনা মাবু পুনবা অদু কোকননবা ঈশ্বরদা কর্ম্ম অদু কৎপনি মশাগি অপুনবা কোকপদি ভক্তি ওইদে নত্তে। মবম অদুনা অমত্তংগা হাযখো হায়বনি মদুদা বামানন্দনা হায়খি বর্ণাশ্রম ধর্ম্ম থাদোক্নুনা থবক অদুবুসু নিংশিংলুবা লৈতনা মহৈবুসু খল্লুবা নত্তনা ঈশ্বর মাতবু খন্দুনা তৌবিবদো শ্রীকৃষ্ণবু ফংবতবু নিংসিংদুনা তৌবিবদো মদুনা ফঙ্গদবা মাতবু ফংনবা তৌবনিনা সাধ্যগী মচি ওইগনি। মদুগী প্রমান্দি শ্রীভত্তাগবত ১১শুবা অধ্যাযগী শ্লোক ৩২দা শ্রীকৃষ্ণনা উদ্ধবতা হায়খি উদ্ধব! বেদনাচিংবা শাস্ত্রনা তাকলিবা বর্ণ অমদি আশ্রমগী ওইবা নুমিৎ খুদিঙ্গি তৌগদবা চহিগী ওইনা তৌগদবা থাগি মনুংদা তৌগদবা (নিত্যর নৈর্মিতিক) তাক্লিবা থবক পুম্বগি অফবা ফত্তবা পুম্বা নিংথিনা খংলগা পুম্নমক থাদোক্নুনা ঐবুতবু নিংালবা মহাক অদো অথোইবা ঐগী ভক্তনি। থাদোকপা হায়বসিসু মখল অহুমনি অহানবা মখল-ধর্ম্ম অধর্ম্মগী মবমদা কাবিমত্তা সুকখং খংদবগী তৌদবা থাদোকপা অমনি, অনিশুবনা- খংলবসু (তৌদ্রপ নাস্তিকসিংগী মতৌগুমনা থাদোকপা। অহুমশুবদনা-নাস্তিকসু নত্তবা ফংদবসু নত্তবা (তৌগদৌবিবা থবক অসিমক অসেংবা ভক্তি নত্তে হায়দুনা থাদোকপা মখল অহুম অসিনি কর্ম্ম ধর্ম্ম থাদোকপা।৮২।৮১।

তথাহি শ্রীগীত গোবিন্দে ৩ সর্গে ১ শ্লোক –শ্রীজয় দেব বাক্যং

কংসারি রপি সংসার বাসনা বদ্ধ শৃঙ্খলাং।
রাধা মাধায় হাদয়ে তত্যজব্রজ সুন্দরীঃ ।।১০৬

তত্রৈব ২ য় শ্লোকেচঃ–

ইতস্ততস্তামনুসৃত্য রাধিকা মনঙ্গ বান ব্রণ খিন্ন মানসঃ।
কৃতানু তাপঃ সক লিন্দনন্দিনী তটান্তকুঞ্জে বিষসাদ মাধব।।১০৭

**পদঃ-**

এই দুই শ্লোকের অর্থ বিচারিলে জানি।
বিচারিতে উঠে যেন অমৃতের খনি।।১০৮
শতকোটি গোপিসঙ্গে রাস বিলাস।
তার মধ্যে এক মূর্ত্তি রহে রাধা পাশ।।১০৯
সাধরণ প্রেম দেখি সর্ববত্র সমতা।
রাধার কুটিল প্রেম হইল বামতা।।১১০

**পদ অর্থঃ-**

শ্লোক অনি অসি বিচার তৌরগা খঙগনি।
বিচার তৌবদা থোকই অমৃত থোকফম্নি।।১০৮
গোপী কোটী চাম্মগনি রাস শান্নবদা।
মদুগী মনুংদা মূর্ত্তি অমদি রাধা নাক্তা।।১০৯
অচম্বা প্রেম্মু উরগা পুম্নমক্তা মান্নবা।
রাধাগী অথোইবা প্রেমদো ওইরে ওইয়োইনবা।।১১০

তথাহি উজ্জ্বল নীলমনৌ শৃঙ্গার ভেদ কথনে ৪২ শ্লোকে

অহেরিব গতিঃ প্রেম্নঃ স্বভাব কুটিলা ভবেৎ।
অতো হেতো রহেতোশ্চ যুনোর্মান উদঞ্চতি।। ১১১

**পদঃ-**

ক্রোধ করি রাস ছাড়ি গেল মানকরি।
তাঁরে না দেখিয়া ব্যাকুল হইলা শ্রীহরি।। ১১২
সম্যক বাসনা কৃষ্ণের ইচ্ছা রাসলীলা।
রাস লীলা বাসনাতে রাধিকা শৃঙ্খলা।। ১১৩

**পদ অর্থঃ-**

শাওরে রাস থাদোক্লুনা চৎখ্রে ওইনদুনা।
মাবু উদ্রবদা শ্রীহরি অৱাবা ওইদুনা।। ১১২
চংখোম্বা মচি ৱাখন্নি কৃষ্ণগী রাসসে।
রাস লীলা ৱাখন্দদি য়োৎহ্লিংনি রাধাসে।। ১১৩

**অন্বয়ঃ** ।- কংসারি (কংসগী য়েক্লবা) অপি (ওইদুনসু পাঙ্গল থৌনা লৈদুনসু) সংসার বাসনা বদ্ধশৃঙ্খলাং (চংখোম্বা মচি ওইবা ৱাখন্দদি চেৎননবা লিপুন্দা য়োৎহ্লিংগী মশক ওইবী) বাধাং (শ্রীমতি রাধিকাবু) হৃদয়ে (থম্মোইদা) আধায় (চংখোন্না) হাপলুবা অদুনা) ব্রজসুন্দরীঃ (ব্রজগী গোপী পুম্নবু) তত্যাজ (থাদোকখি।। ১০৬

**অন্বয়ঃ** ।- অনঙ্গবান খিন্নমানসঃ (কামদেবগি তেম্থানা থম্মোই ৱারদুনা) সঃ (অদুগুম্বা) মাধবঃ (শ্রীকৃষ্ণনা) ইতস্ততঃ (মাইকৈ পুম্বদা মফম পুম্বদা) তাং (অদুগুম্বী) রাধিকাং (শ্রীরাধিকাবু) অনুসৃত্য (থিরুবগা) ক্ষিংদ্রবদা কৃতানুতাপঃ (অনুতাপ তৌদুনা) কলিন্দনন্দিনী (যমুনাগি) তটান্ত কুঞ্জে মিপান্দা লৈবা(কুঞ্জদা) বন্দা বিষসাদ (অৱাবদো ফোংদোকখি) ১০৭

**অন্বয়ঃ** ।- অহে (লীনগি) ইব (মতৌগুম্না) প্রেম্নঃ (প্রেমগি) গতিঃ (মচৎ অসে) স্বভাব কুটিলাভবেৎ (মহৌশানা অখোয়বা ওই) অতঃ (মরম অদুনা) হেতো (মরম লৈবদগী) অহেতোচ (মরম লৈতবদগীসু) যুনোঃ(রাধা—কৃষ্ণ অনিগী) মানঃ (ওইনবা হায়বসে) উদঞ্চতি (হেক্তা থোকই) ১১১

টীকা:-

শ্রীকৃষ্ণনা অর্জ্জুন্দা হাযখি মসি গীতাগী অধ্যায ১৮গী শ্লোক ৬৬তা লৈবনি! মীনা ঐবু নোকনখিনি হায়দুনা কিবগা তৌবা ধর্ম্মগী ওইবা থবক, ঈশাগী নুঙাইনবা য়েংদুনা তৌবা থবক বর্ত্ত-স্নানগি নিযম কর্ম্ম কাণ্ড, যোগ কাণ্ড, জ্ঞান কাণ্ডগী ওইবা থবকসিং দেবা দেবী মযাম অমা হোং-হোংদুনা ইষ্টদেবমক্তি হায়দুনা নিংবা অসিনচিংবা ধর্ম্ম মযাম অসি থাদোক্তুনা ঐঙোন্দ' পুক্লিং থমদুনা চংজৌ, চংজবসিদা সিজিন্নগদবদি মখল তর্কাক্লব ১। শ্রীকৃষ্ণনা অযাবা থবক মখৈতং তৌবা, যাদবা মখৈ থাদোকপা, মানা ঐবু ঙাকশেনবিবা মপুনি খনবা, মঙোন্দা লোইনমক সিন্নবা, ঐগী চংজফমনি হায়না লেপ্পা, ঐ ইশামক মঙোন্দা লোযন' কংথোকপা, তকক অসিনি মসিবু হরি ভক্তি বিলাসগী ১১শুবা বিলাসগী শ্লোক ৪১৭তসু অসুম্না ইবিজ্ঞ "আনুকুল্যস্য গ্রহণং, প্রতিকূল্য বিবর্জ্জনম। বক্ষীষ্যতীতি বিশ্বাসো গোপ্তৃত্বে ববণং তথা। আত্মনিক্ষেপ কার্পন্যে ষড়বিধাশবনাগতিঃ॥" কনাশুম্ব মী অমনবু ঈশ্বব মঙোন্দা চংজববদি মী মহাক ঈশ্ববনা মমন পিদুনা ঙস্নবনি খনগনি, পুম্নমক্তা ঈশ্বব মাগি মথা পোনগনি ঈশ্বব মানা থৌদাবা অদুতা তৌগনি, পিজবা অদত' চাগান, মানা থন্বা মফমদা লৈগনি, কবিশুম্বা মবম অমদসু চংজবিবা মানা মাগি মনিং তৌনা কবিসু তৌফদেৎ ঈশ্বব অদুগী থৌদা নত্তনা। থৌদা অদু ইনবনা মাগি নুঙাইবা ওইগনি মাগী ওইবা মগি হাযবা কবিসু থমলোই মাগি হকচাং, মণ, ইন্দ্রিয, বুদ্ধিগী মচৎ অমসুং শক্তিনচিংবা পুমক্ল এক মাগ মবৃতোগ'দমক্তা সিজিন্নগনি, ঈশ্বর মাগী পেন্ননবা নত্তনা কবিসু তৌফবোই অসুম তৌববা মাবু ঐনা পাপ পুম্নমক্তগী কোকাপনি নংনা পাপ অদুগীদমক্তা ব্রাকনু। মসিদা তসেংবা মশাগ ওইবা ধর্ম্ম (স্বধর্ম্ম)বু থাদোক্লগা অদুগুম্না শ্রীকৃষ্ণবু প্রেম সেবা ফংবদা মতিক চাবা সেংলবা ভক্তগী পাম্লেনা নিংবা হাযবদুদি ওইদে মবমাদ "সর্বব পাপেভ্য" পাপ পুম্নমক্তগী লানবিগনি হাযবা ব্রাহৈ অসিনা প্রেম ভক্তিদদি পাপকি মমি ফাওবা তাদে অদুনা শ্রীচৈতন্য প্রভুনা পেন্দ্রদ্‌না মখা তানা অমুকসু হন্না হংখ। ৬৩ প্রভুনা হাযব ধর্ম্ম থাদোকপা অদুসু মপান্নি অদুনা মসি নত্তবা অমত্তঙ্গা হাযখো। হাযনা খুম্মি জ্ঞানগা য়ানসিন্নবা ভক্তিনা থোইবে মাবু ফংনবা থৌবাংদি। জ্ঞানগা লোইনদুনা ভক্তি তৌবা হাযবসিদা জ্ঞান মখল অহুমনি "তৎ পদার্থ জ্ঞান" ঈশ্বব তত্ত্বগী ওইবা জ্ঞান অমা, অনিশুবন' 'ত্বং পদার্থ জ্ঞান" জীবগী মশক্তি ওইবা জ্ঞান, জীবা অমদি ব্রহ্মগী জ্ঞানসু মনুংদা খংবা। অনিশুবনী অহুমশুবনা "উঙ য ঐক্যজ্ঞান জীব ঈশ্বব অমত্তনি হাযবা অসিমক হায়বা অসিনা অহুম সুবনি। অবোইবগি অহুমশুবা জীব ঈশ্বব অমত্তনি হায়বা অসিদি ভক্তিদা পল্লে। অহানবা অনিশুবা ঈশ্বব তত্ত্ব জীবগী মশক হাযবা জ্ঞান্দি ভক্তিন্দা কাইদ্রবসু মথক্তি "মিশ্র" অহুম অদু যানসিনবা হায়ননিনা ভক্তি মক্তি ওইদ্রে মদুগী প্রমাণ পিবদা উৎলিবা শ্রীমদভগবদগীতাগী অধ্যায ১৮গী শ্লোক ৫৪দা হাযবিবা হে অর্জ্জুন! ভক্তিগী মপান্না জ্ঞানি লম্বীদা সাধন্তৌনা তৌনা লাকপনা জড উপাধী অদু থাওখিদুনা গুনগী অমোংপা অদু কোকখিদুনা হকচাং হাযবা অমা থবাই হাযবা অমা অনি থোকপা অদু থাওখিদুনা মাযানা কুপ্তবা জ্ঞানগী মশক ওইবা ব্রহ্মবু ফংঙি, মতাং অদু যৌববা জ্ঞানি সাধনবু

**পদঃ-**

তাঁহা বিনা রাস লীলা নাহি ভায় চিতে।
মণ্ডলী ছাড়িয়া গেলা রাধা অন্বেষিতে।।১১৪
ইতস্ততঃ ভ্রমি কাঁহা রাধা না পাইয়া।
বিষাদ করেন কামবানে খিন্ন হৈয়া।।১১৫
শত কোটী গোপীতে নহে কাম নির্ব্বাপণ।
ইহাতেই অনুমানি শ্রীরাধিকার গুণ।।১১৬
প্রভু কহে যেলাগি আইলাম তোমাস্থানে।
সেই সব রস বস্তু তত্ত্ব হৈল জ্ঞানে।।১১৭
এবে সে জানিল সাধ্য সাধন নির্ণয।
অগে কিছু আর কহ শুনিতে মন হয়।।১১৮
কৃষ্ণের স্বরূপ কহ রাধার স্বরূপ।
রস কোন তত্ত্ব প্রেম কোন তত্ত্বরূপ।।১১৯
কৃপা করি এই তত্ত্ব কহত আমাবে।
তোমা বিনা কেহো ইহা নিরূপিতে নারে।।১২০
রাইকহে ইহা আমি কিছুই নাজানি।
যে তুমি কহাও আমি কহি সেইবানি।।১২১
তোমার শিক্ষায় পড়ি যেন শুকের পাঠ।
সাক্ষাত ঈশ্বর তুমি, কেবুদ্ধি তোমার নাট।।১২২
হৃদয়ে প্রেরণ কর, জিহ্বায় কহাও বানি।
কি কহিয়ে ভালমন্দ কিছুই না জানি।।১২৩
প্রভু কহে মায়াবাদী আমিত সন্ন্যাসী।
ভক্তি তত্ত্ব নাহি জানি মায়া বাদে ভাসি।।১২৪

পদ অর্থঃ–

মাবু য়াওদ্রবদা রাস লীলাসে পামদেদো।
মখোই থাদোক্তুনা চৎখি রাধাবু থিখিদো।।১১৪
কোইনা থিবদা কৈদসু রাধা ফংদ্রবদা।
ব্বারদুনা কামগি তেন্ন পান্দুনা সোল্লেদো।।১১৫
গোপী চাকোটীনসু ঙমদে কামগী মৈশা কোকপা।
মসিদা খঙলে রাধাগী প্রেমগি গুণ চেৎপা।।১১৬
প্রভুনা হায় মদুগীদমক্তা ননাক্তা লাকপনি।
রস ওইবা পুম্নমক্তো খংলে অরেপ্পনি।।১১৭
হৌজিক মদু খংলে সাধ্য সাধনগি নৈনবা।
খরগসু অমুক হন্না তাজগে হায়খোবা।।১১৮
কৃষ্ণগী শক হায়ুগবা শক্তো রাধিকাগী।
রসগি অরেপ্পা করিনো অরেপ্পা শক প্রেমগী।।১১৯
চানবিদুনা অরেপ্পসিং হায়বিয়ু ঐঙোন্দা।
নং নত্তনা কনা লৈতে মসিবু তাকপদা।।১২০
রায়না হায়খি মশে ঐদি করিমত্তা খংদে।
মদু নংনা হায়হনবনি ঐনা হাখিবদো।।১২১
নংনা তম্বীবা হায়বনি তেনব্রাগুম্ লোনবা।
নঙ্গি মবৈ কনানা খঙ্গনি নংদি ঈশ্বর তসেংবা।।১২২
থম্মোইদা ইঙ্গিল্লে লৈয়েংদা ব্রাদো হায়দোকহল্লি।
অফ ফত্তা কৈসু খংদে কবিবু হায়খরে।।১২৩
প্রভুনা হায় মায়া থাগৎপা সন্ন্যাসীদো ঐনি।
ভক্তি অরেপ্পা খংজদে মায়ানা ফৈ খনবনি।।১২৪

টীকা।—

ব্রহ্ম ওইববা কৌই। প্রসন্নাত্মা গুনগি অমোংপা লৈব্রবা যাম্না লুববা থম্মোইবু ফংলবদি হান্নগুম লৈবম্ব' পোং মাংখ্রগা ব্রাবদু লৈত্রে কবিগুম্বা ফংদবা পোংপু ফংনিংর্বাগ খৌবাংবা অদুসু লৈত্রে, হকচাং অমসুং থব্রাই অনি থোকপাগি ব্রাখল অদু লৈত্রবদি মপানগি ওইবা অভিমান অদুসু লৈত্রে অদুনা মহাক অদুনা ব্রহ্মগী মশক ওইববনিনা অঙাংগি মতৌগুম্না অফবা ফত্তবা অহেনবা অব্রাংপা পুম্নমক্তা, থব্রাই পানবা খুদিংদস্ চপ মান্ননা উবা ঙম্লে মদুনা জ্ঞান বৈবাগ্যান্নচিংবাগা যানসিন্নদুনা ঐগী ভক্তিবু ফংখিঙ। ভক্তি অদুগী ভক্তি অদুদি স্বরূপ শক্তিগী অথোইবা মচৎনি। ব্রহ্মগী স্বরূপ ফংলবসিংনা বিদ্যা অমসুং অবিদ্যা মাংখ্রবসু ভক্তিদি মাংদে অদুনা ঐগী অথোইবা ভক্তিবু ফংঙি। ৬৪-৬৫ মসি তাবদা প্রভুনা অমুকসু হায়জ্ঞ বামবায' জ্ঞান যানখাযনবা ভক্তিনদি শ্রীকৃষ্ণগী প্রেমসু পোক্তে "ঐক্য জ্ঞান" ঈশ্বরগা জীবগা মশা অমত্তনি হাযখ্রবনিনা জ্ঞান অহুম জীবগি মশক্কী ওইবা জ্ঞান, ঈশ্বর তত্ত্বগী জ্ঞান মবম অহুম অসিসু যানশিনখ্রবনিনা মহৈনিবদা ভক্তি হাযবদো ওইদে মদুনা ঐগী অপেনবা ওইদে প্রেম পোক্তবনা মপান্নি অদুনা মসি নত্তবা অমগা হায়খো। রামানন্দনা হায- প্রভু! অদু ওইববদি মহৈনিদবা হাযবদি জ্ঞান কাগুগী জীবগীতত্ত্ব ঈশ্বরগী তত্ত্ব জীবনা ব্রহ্মগা অমত্তা ওইনবা হোংনবা পুম্ন মক থাদোক্তুনা তসেংলবা ভক্তিনা মাবু নিংজবনা অথোইবা সাধ্যগী মচি ওইবে। মসিমক শ্রীমদ্ভাগবদ দশম স্কন্ধ (১০) অধ্যায তবামবিগী (১৪) শ্লোক অহুমদা (৩)দা হাযনি ব্রহ্মনা কৃষ্ণগী গুণ খংদদুনা গোপ অমদি শলনাউ হুদুনা লোৎলুববাগ মতুংদা শ্রীকৃষ্ণগী খংবা ঙমদ্রবা ঐশ্বর্য্য শা রুবু উববদা ঙক্লদুনা শ্রীকৃষ্ণদা হাযর্জখি হে ভগবান! মখোয কাংবু অমনা জীবা, ঈশ্বর, মাযা অসিপুম্নমক্কি খেন্নবা লৈতবা ব্রহ্ম জ্ঞানগী মবমদা থিবিবা নৈনবিবা অব্রাবা পুম্না থাদোক্তুন' নংবু নুংশীনা নিংলবা সাধুসাঙ্গ মনাক্তা লৈদুনা সাধাসিংবু খুকমজদুনা সাধুসিংনা হাযদোবকপা শোন্দোবকপা নাকোংদা মহাক মশানা চংখ্রবা ইবুঙো নহাক্কি নগুণ লীলা খিবিকপু পুক্নিংনা হকচাংনা যাথংনা য়াম্না থাজনা লুনা তৌদুনা লৌজবগা নিংদুনা শোন্দুনা সেবা তৌদুনা হিংজবিবা মখোয়না কনানসু ঙম্বীনবা লৈত্রবা ওইদুনসু মবোল অহুম অসিদা নহাকপু নিংজ শোঞ্জবিবা সেবা তৌবিবা মখোইনা ইবাই লাইনা ঙম্বা হাযবদো ওইবে। ৬৬-৬৭

মসিদা হাযখ্রিবসিগী মরু ওইর্বাদ মাযা কবিনো জীবনা কবিনো ঈশ্বরনা কবিনো মখোযগী মবি কবি লৈনবা হকচাংনা কবিনো অসিনচিংবা খংবদা ব্রাববা ব্রাখল মবম অসি থাদোক্তুনা থাজবা পুক্নিংগী অবেপ্পা মহাক পুম্নমক্কি ঈশ্বরনি হায়বসিদা লেপলগা মাবু নিংবা সাধুসিঙ্গা তিন্নদুনা মখোযদগী মখোযনা সোল্লবা মহাক্কি নাম, লীলা মগুন অদু নাকোংনা তাবদা লৌজদুনা মহাক্কি হিংনবগি যুমফমদা লৈদুনা হিংজবিবা মখোই অদুনা অদু নাকোংনা তাবদা লৌজদুনা মহাক্কি হিংনর্বাগ যুমফমদা লৈদুনা হিংজবিবা মখোই অদু পুম্নমক্লা ঙম্বীনবা লৈত্রবা নহাকপু মবোল অহুম অসিদা জয তৌবা ঙমলি। অসিনি অদুবু মসিদা জ্ঞান কাগুগী "ঐহাক জ্ঞান" অদু যাওদ্রবসু তাজবা সোঞ্জবা হায়বনচিংবসি ব্রায়েন থৌদাগী ব্রাতনি মসিদা ঈশ্বর অদুবু কনানি ঐগী মবি কমদৌন থাঙ্গবনো হাযবদুদি য়াওদ্রি জগৎকিনি হাযবন ঐনা তৌদ্রবসু মাগাদি ব্রাত্তে অদুনা তৌব্রিবদো মাগ নত্তে ঐগীনি মবম অসিনা

পদঃ-

সার্ব্বভৌম সঙ্গেমোর মন নির্ম্মল হৈল।
কৃষ্ণ ভক্তি তত্ত্ব কহ তাঁহারে পুছিল।।১২৫
তেঁহো কহে আমিনাহি জানি কৃষ্ণ কথা।
সবে রামানন্দজানে, তেঁহো নাহি হেথা।।১২৬
তোমার ঠাঁই আইলাম তোমার মহিমা শুনিয়া।
তুমি মোর স্তুতিকর সন্ন্যাসী জানিয়া।।১২৭
কিবা বিপ্র, কিবান্যাসী, শূদ্রকেনে নয়।
যেই কৃষ্ণ তত্ত্ব বেতা সেই গুরু হয়।।১২৮
সন্ন্যাসী বলিয়া মোরে নাকর বঞ্চন।
রাধা কৃষ্ণ তত্ত্ব কহি পূর্ণ করমন।।১২৯
যদ্যপিহ রায় প্রেমী মহাভাগবতে।
তাঁরমন কৃষ্ণ মায়া নারে আচ্ছাদিতে।।১৩০
তথাপি প্রভুর ইচ্ছা পরম প্রবল।
জানিতেহো রায়েরমন হৈল টল মল।।১৩১
রায় কহে আমিনট তুমি সূত্র ধার।
যেমত নাচাও, তেমত চাহি নাচি বার।।১৩২
মোর জিহবা বীনা যন্ত্র, তুমি বীনা ধারী।
তোমার মনে যেই উঠে তাহাই উচ্চারি।।১৩৩
ঈশ্বর পরম কৃষ্ণ স্বয়ং ভগবান।
সর্ব্ব অবতারী সর্ব্ব কারণ প্রধান।।১৩৪
অনন্ত বৈকুণ্ঠ, আর অনন্ত অবতার।
অনন্ত ব্রহ্মাণ্ড ইহা সবার অধার।।১৩৫

পদ অর্থঃ—

সার্ব্বভৌম তিন্নজবা ঐগী থম্মোই সেংলে।
কৃষ্ণ ভক্তি তত্ত্ব হায়ু মঙোন্দবু হংলে॥১২৫
মানা হায়বে কৃষ্ণগী ব্বাদি ঐদি খংদেদকো।
মাদি মফমসিদা লৈতে রায়না খংবনিকো॥১২৬
নগুন অদু তাবদা ঐ ননাক্তা লাকপনি।
নংনা খুরুম্বীবনিদো খন্দুনা সন্ন্যাসীনি॥১২৭
করি ব্রাহ্মণ সন্ন্যাসীনা করি ওইরোই শূদ্র।
মানা গুরু ওঁইবনিদো কৃষ্ণ তত্ত্ব খংবদো॥১২৮
সন্ন্যাসীনি হায়দুনা ঐবু নমহৎপিগনুনা।
রাধা কৃষ্ণ তত্ত্ব হায়ু নিংবা থুংহল্লুনা॥১২৯
রায় প্রেম লৈবনি বৈষ্ণবনি অদুম ওইরিবনি।
মাগি মনবু কৃষ্ণ মায়ান খুম্বা ঙমদবনি॥১৩০
অদুম ওইদুনসু মাগী অনিংবা কল্লিদো।
খংলবসু রায়গি পুক্লিং অদুম্মক ওল্লিদো॥১৩১
রায়না হায় ঐদি হংনিদো নংনা হংলি পাইবা।
শাহন্নিংবা জগোয়দুম্না ঐনা শাজরিবা॥১৩২
ঐগী লৈয়েং বিণা যন্ত্র, নংনা বিণা পায়বা।
নংনা হাযহন্নিংবা অদু ঐনা হায়জরিবা॥১৩৩
অথোইবা ঈশ্বর কৃষ্ণনি অরেপ্পা ভগবান্নি।
অবতার পুম্বা তৌবি মরম পুম্বা হানবনি॥১৩৪
মপান নাইদ্রবা বৈকুন্ঠ অবতার ময়াম।
পুম্নমক্কি তুংনফম্মি ব্রহ্মাণ্ড ময়াম॥১৩৫

টীকা:—

প্রভুনা পেন্দে অদুন সম্বন্ধ য়াওনা হায়রক্লবা হায়দুনা মখাত্তানা অমুকসু হংখি। প্রভুনা হায় জ্ঞানগি লম্বীনা খন্দুনা থিবা ব্রাখন্দন খঙ্বা নত্তবা ভক্তিনা থিবা হায়বদো লৌবা য়ারে অদুবু মদু নত্তবা অহেনবা অমত্তঙ্গা হায়খো (মরমদি মখত্তা প্রভুগী মট হায়শ্রে) মদুদা রামানন্দনা হায় প্রেমভক্তিনা থোইনা ফরে ঈশ্বরবু নিংবদি। মদুগী প্রমান্না পদ্যাবলীগী শ্লোক অনিনা প্রমান ওইরি পূজাগী পোৎ কয়ানা পূজা তৌরবসু প্রেম ভক্তি য়াওদ্রবদি পেন্দে প্রেম ভক্তি হেক য়াওবদা দিনবন্ধু শ্রীকৃষ্ণগী থম্মোয় অদু নুংশিবা পোকপা ওই, অদুগুম্বনি য়াম্ন য়ামলবা খৌরাংলবা মীওইনা চিঙ্গাক খুদিংবু চারুবদা হাওবগুম্বনি লামদ্রবদি করিগু চানীংদে।৬৮৬৯ সাধু সঙ্গগী মপান্দগি অমদি করিগুম্ব মরম অমনা শ্রীকৃষ্ণবু নুংশিবা পুকচেলবু লৈবদা ফংলবদি লৈবা য়াই মদু লৈবদা মমন্দি পামজবা থম্মোইতনা ওই, নত্তনা মপোক কোটীরক্কী পুণ্যনসু মদুখক ফংবা ঙমদে, য়োল্লিবদি শ্রীগুরুতনা য়োল্লি। ৭০ অতোপ্পা মখল কয়াগী অপাম্ববু অমদি মুক্তি ফাওববু পাম্মুবা লৈতনা যোগ, যজ্ঞ, ধ্যান, তপ, জ্ঞান অমদি ব্রত্তনচিংববুসু থাদোক্কুন অতোপ্পা দেবতা দেবী কয়াবু পুজা তৌরুদ্রবা অমত্তা ইবা শ্রীকৃষ্ণবু নিংবা সোনবা সেবা তৌবা মদুবু প্রেম ভক্তি কৌই। অসুম্না প্রেমভক্তিনা তত্তনা নিংজবনা ব্রাখল অদুনা চেৎপবুন নিষ্কাম ভক্তি কৌই মতৌদি নোঙ্গৌবীনা নোঙ্গৌ ঈশিং নত্তনা থক্তবা, সতীনা মপুরোইবা নত্তনা খন্দবা অদুগুম্না শ্রীকৃষ্ণ নত্তনা নিংদবা মদুবু প্রেম ভক্তিনি মসিদা প্রভুনা মদু ওইরে হায়রগা অমগা হায়খো মদুগী মরমদি প্রেম ভক্তিদগি পোকপা ব্রাখন্না সোম্বদি অর্থাৎ অহেনদি খর অদুম লৈ মসিগী খায়দোক্লা হায়নবা অমগা হায়খো হায়বনি। মসিগী অহানবা য়ুম্ফম খোঙনেৎফমদি শান্ত ভক্তিনি মরম অদুনা রামানন্দনা দাস্য ভক্তিবু পন্দুনা হায়বনি। মদুগী প্রমাণ শ্রীমদ্ভাগবত ৯ স্কন্ধ অধ্যায়গী শ্লোক ১১ দা হায়রি অম্বরিষনিংথৌদ দূর্ববাসান হায়খিবনি। তীর্থপদ ভগবানগী নাম্বু হেক তাবদা মায়া অমদি পাপ কোকই, অসিগুম্ব ভগবানগি মনাই ওইরবদা মানা ফংলোইদবা করিসু লৈতে।৭২ যমুনাচর্য্যগী স্তোতরদা হায়বনা বিষয় থাদোক্কুনা নহাক্কি সেবাবু তৌজরসিবা কৈদৌঙৈদা, পুক্লিং অনি লোংদনা নঙ্গি ননাই ওইজরসিবা করম্বা কান্দা, ননাইনি খনবনা পুক্লিং নুঙাইবা করম্ব কান্দা ফঙ্গনি মসিনা ব্বাইদগী অথোইবা নুঙাইবা ভজন্নি অদুনা দাস্য প্রেম্না হেল্লে। দাস্যদি সেবা তৌবা সেবা লৌবা অনিগী নুঙাইবনি মদুদা অমত্তা ওইনা চান্নবদি ওইদে অদুনা প্রভুনা মখা তানা হংখি। মসিনা কৃষ্ণ কাওদবা শান্ত ভক্তগী কাওদবনে দাস্য অসিসু ব্রজ রসনি।৭৩

মহাক্কি দাস্য রস অসিমক্তি দ্বারকা, মথুরা ব্রজ অহুমগী অপুনবা রসনি অদুনা ঐশ্বর্য্য জ্ঞান উবনা পুর দ্বারকাদদি সেবাদা চিংনবা অকিবা অসিনা মরক খল্লি, ব্রজদি ঐশ্বর্য্যদু লৈতে অদুবু ঐনা মাগি সেবা তৌগদবা মনাইনি মানা মবুঙোনি য়াবিরক্তুবদি হায়দুনা চিংনৈ অমসুং থৌদারকপা ঙাইদুনা লৈব তাই, মরম অদুনা মদু ওইরসনু মদু নত্তবা অমত্তঙ্গ হায়খো মাগি থৌদা ঙাইদবা য়াবিরকলোইদ্রা হায়বগি চিংনবসু লৈতবা। মদুদা রামানন্দনা (সখ্য) মরূপ ওইবগী প্রেম্না সাধ্যগী মচি ওইরে।৭৪ সখ্য প্রেমদা শ্রীকৃষ্ণনা ঐঙোন্দগী থোইদে ঐগা মান্নে অমত্তনি খনববু মরূপকি নুংশিনবা কৌই মসিদা শান্তগী কাওদবনে দাস্যগী সেবা তৌবনে অনিসু য়াওরে, সখ্য মশাগি চিংনদবা হঙ্গোইদবগা

পদঃ-

সচ্চিদানন্দ তনু ব্রজেন্দ্র নন্দন।
সর্বৈব শ্বর্য্যসর্ববশক্তি-সর্বব রসপূর্ণ॥১৩৬

পদ অর্থঃ-

সচ্চিদানন্দ হকচাংনি নন্দগি মচানি।
ঐশ্বর্য্য শক্তিনা তিনবনি রসনা থনবনি॥১৩৬

তথাহি ব্রহ্মসংহিতায়াং ৫অঃ ১শ্লোকঃ-
ঈশ্বর পরমঃ কৃষ্ণঃ সচ্চিদানন্দ বিগ্রহ।
অনাদি রাদি গোবিন্দঃ সর্ববকারণ কারম॥১৩৭

পদঃ-

বৃন্দাবনে অপাকৃত নবীন মদন।
'কামগায়ত্রী' 'কামবীজ' যাঁর উপাসন॥১৩৮
পুরুষ যোষিৎ কিবা স্থাবর জঙ্গম।
সর্বব চিতা কর্ষক সাক্ষাৎ মন্মথ মদন॥১৩৯

পদ অর্থঃ-

বৃন্দাবন্দা চমদ্রবা অনৌবা মদন্নি।
কামগায়ত্রীনা কামবীজনা মাবু নিংনবনি॥১৩৮
নুপা নুপী পুম্নমক্কি অচৎপা চত্তবা।
থম্মোইবু চিংশিনবনিদো তরং কাম্বু শুক্ষৎপা॥১৩৯

তথাহি শ্রীমদ্ভগবতে ১০ স্কঃ ৩২ অঃ২শ্লোকেঃ–

তাসামাবিরভূচ্ছৌরিঃ স্ময় মান মুখাম্বুজ।
পীতাম্বর ধর স্রগ্বী সাক্ষান্মন্মথ মন্মথ ।।১৪০

পদঃ-

নানা তক্তের রসামৃত নানাবিধ হয়।
সেই সব রসামৃতের বিষয়-আশ্রয়।।১৪১

পদ অর্থঃ-

মখল য়াম্বা ভক্তগী রস অমৃত মখল য়াম্মি।
রসামৃত পুম্বগিসু চংনবা মরমনি।।১৪১

**অন্বয়ঃ** ।– (পুম্নমকপু খুদুম চল্লিবা মহাকনি) পরম (অথোইবা মপুনি) সৎ (অরেপ্পা) চিৎ (অখংবা) আনন্দ (নুঙাইবা পুম্নমক্তগী হেন্না নুঙাইবা) বিগ্রহ (মসিনা মূর্ত্তি ওইবা) অনাদি (মাগি হৌরকফম লৈতবা) আদি (পুম্নমক্তগীসু হাম্বা) গোবিন্দ (পুনমকপু ঙাকপিবা) সর্ববকারণ কারণম (মরম পুম্নমক্কি মরম ওইবনি)।১৩৭

**অন্বয়ঃ** ।– স্ময় মান মুখাম্বুজঃ (থম্বালগুম মোমোন নোকপনা মকা লাম্লবা মাইথোং ওইরবা) পীতাম্বর ধর (মাফিগে ঙক্তা য়েত্তুনা) স্রগ্বী (লৈ পরেং থোন্দুনা রাস হৌবকপদা গোপীন কৎখিবা লাংসিন্দনা) সাক্ষাৎ মন্মথ মন্মথঃ (তরংনা কাম্বু কম্বা মহাদেববু ঙম্বা মূর্ত্তি ওইদুনা) শৌরিঃ (শ্রীকৃষ্ণনা সুরবংশদা পোকপা মানা) তাসাং (গোপীসিঙ্গি মাংদা) আবিরভূৎ (ফাওবিখি)।১৪০

---

টীকা:—

গুন অহম শুরে। মদুগী প্রমান্না শ্রীমদ্ভাগবত ১০ স্কন্ধ অধ্যায় ১২গী শ্লোক ১৩ দা পরিক্ষিৎ নিংথৌদা শুকদেব মুনিনা হায়খিব হে মহারাজ! মহাক্না ঈশ্বরদি মূর্ত্তি লৈতে মঙান্নি হায়না নিংলিবসিঙ্গি মরিদনা ব্রহ্ম ওইনা নুঙাইহনবিরিবা, মনাইনি খনবসিংগী মরিদনা অথোইবা দেবতা ওইদুনা মবুঙো ওইবিরিবা, অথোইবা নিংনফম ওইবিবা, মায়ানা পুল্লিবা মীওইবগি মরক্তনা অচম্বা অঙাং ওইদুনা লৈবীরিবা শ্রীকৃষ্ণ অসে গোপমচাসিংনা তৌজরকপা পুণ্য অদুমক্তনা মথোইগী মরক্তা চান্নজবা মরূপ অমা ওইদুনা চিংনবা হঙ্গোইবা য়াওদনা ঐগীনি মাগিনি হায়দুনা লোইননা শান্নমিন্নখি। হায়বদি শ্রীকৃষ্ণসে মী মানা মানা নীংবগী মতুং ইনবা মহে পিবনি মীওইবনসু মাবু নিংবদা চপ মান্নদে কনাগুম্বনা

## টীকা:-

ঈশ্বরদি ব্রহ্মনী মূর্তি লৈতবনি মঙাল্লি হায়না নিংঙিদো মদুদা ব্রহ্মগী নুংঙাইবা অদুতা মপি। কনা অমনা মহাক্না ঈশ্বর্বনি মপুনি ঐনা মনাইনি হায়না নিংবদনা মবুঙোগা লোইনবগি ফংফম থোকপা নুঙাইব অদু মনাইনি খন্দুনা নিংলিবা মাতনা ফংঙি, অদুগুম্বা ঈশ্বর অদুনা হৌজিক্তি মায়াগী মখা পোল্লিবা মীওইগি মবক্তা মীনা পোকপা অঙাং ওইদুনা লৈম্বিদুনা মপোক কয়াদা পুণ্য তৌজবক্লবা গোপমচাসিংগ লোইনদুনা মরূপকি নুংশিনব প্রেমদা তাওবদুনা শানমিন্নখি।৭৫ প্রভুনা হায সখ্য প্রেম মরূপকি নুংশিবা যাম্না থোইবে শান্তরদাস্য অনিদগী হেল্লে। সখ্যদা "সমা" গুণ মান্নবা গুন লৈবে শন্তরদাস্যদি কৃষ্ণনা ঐঙোন্দগী হেল্লি ঐনা মখা থাবনিনা ঐনা হাযনিংবা হাযজবা হেক্তা ঙমদে, মান্নবা থাক যৌনবদি হাযনিংবা পুম্বা হেক্তা হাযবা ঙমলে, অদুনা থোইবে, অদুবু মান্নবা অসিদগী হেনবা অমত্তগা হাযখো। মদু তাবদা বামানন্দনা খুম্মি মসিদগী হেনর্বদি "বাৎসল্য প্রেম" ইচাগুম্না নুংশিবা মসিনা হেল্লে সাখ্য মচি ওইবা। মচা নুংশিবা ঐনা মাবু যোক্লবা মাবু যোকপিনবা লৈতে, ঐনা ব্লাবক্লবসু মাবু ব্লাবকপিনবা লৈতে কৃষ্ণদি অঙাংনি ঐনা মাগি গুকনি ইখা পোনবনি মসি বাৎসল্য প্রেমনি। অদুনা শ্রীকৃষ্ণনসু ভক্ত অদুগী মখা পোল্লি খল্লি মসিমক বাৎসল্যদা থোকই। মদুগী খুদম শ্রীমদ্ভগবতকী ১০ স্কন্ধ ৮ অধ্যাযগী শ্লোক নিফু তবক্তা (৪৬) শ্রীশুকদেবদা পরীক্ষিৎনা হায়খি, হে মুনী হন্দক নন্দনা শ্রীকৃষ্ণবু অসুক নিংথিনা খুদুম চল্লির্বাস নহান অমুক্কি মপোক্তা কবম্বা অথোইবা পুণ্যগী কর্ম্ম তৌখিবগে ? যশোদানসু কবি তৌবক্লুনা মতম্পাক্তা পমদুনা কৃষ্ণবু অমৃত ইন্দুনা যোক্লিবা কৃষ্ণনসু থকপ্লিবা।৭৬-৭৭ মসিদা শুকদেবনা হাযখি মদুনা শ্রীমদ্ভাগবত ১০ স্কন্ধ ৯ অধ্যাযগী শ্লোক ২০দা লৈ মুক্তি পিন হৈবা কৃষ্ণদগী যশোদানা ফংলিবা থৌজালসিং অসে ব্রাহ্মানা মাহাদেবনা খংদে মখোইদি লাইবদুনা হকচাংদা স্নাগী মযি ওইনা পক্লুনা লৈবিবি ফাওবনসু ফংদে যশোদা মাতনা ফংখি থৌজাল অসি বাৎসল্য প্রেমদতা পিবনি মবমদি "মমতা" ঐমক্কি ইচান খল্বগি গুল্লি মসিনা ঐশ্বর্য্য শক্তি পুম্ববু জয় তৌই মসে নন্দসুনি অতৈদি ঙমদে। ৭৮ বাৎসল্য প্রেম হাযবসি ব্রজবর্সগি সেবা ফংলে মসিন সাখ্যদগি হেল্লে ইচানি হাযনা হন্দন্দুনা নুংশিবা অসিনি অহেনবা অদুনা প্রভুনা হায় মদু অথোইর্বনি অদুবু মমানা মপানা মচাদা থব্রাই হকচাং হেক্তা পুমকৎ কথোকপা ভক্তি মপানগী খুকম্ব হায়বা শকক অদুর্মদি য়াওদে অদুনা থব্রাই হকচাং পুক্লিং অহুম পুনবা লৈত্রববা কৃষ্ণ নুংশিবসিবু ? লৈবর্বদি অমত্তগ হাযখোবা মদু তাবদা বামানন্দনা কান্তা হাযব অসিনা পুম্নমক্তগী পুমহেল হেল্লে মদুগী খুদম্না শ্রীমদ্ভাগবত ১০ স্কন্ধগী অধ্যায ৪৭গী শ্লোক ৬০দা হাযবি উদ্ধবনা বৃন্দাবন্দা লাক্লুনা ব্রজবাসী পুম্বগী অল্লাবা কোক্লবা কৃষ্ণগী থৌদা ইন্দুনা পুম্নমক্তা উনবরগি তুংদা গোপীগা উনদুনা ব্লাবী কয়া শন্নবরগি মতুংদা উদ্ধবনা গোপীদা হাযখিল্লা হে ব্রজগোপী। বাসগি কুম্মেদা নখোয গোপীগী ঙকশমদা কৃষ্ণনা নুংশীনা কোনর্বিখিবা কৃপাসে শ্রীনাবায়ন ভগবানগি ওইথংবা থবাক্তা স্নাগী মযী ওইদুনা পক্লুনা লৈবি লক্ষ্মী মকনসু ফংদে, হকচাঙ্গি মনমনা থম্বালগী মনমগুম নমলবী (দেববামা) লাইগী নুপী ওইববি মখোযনসু ফংদে, অতোপ্পি কনানদি কদাযদগী ফঙ্গনি ? কনানসু ফংলোই হাযখি।৮০ অমনা শ্রীমদ্ভাগবত ১০ স্কন্ধ অধ্যাযনা ৩২গী শ্লোক ২দা হায় পরীক্ষিৎ নিংথৌদা শুকদেবনা হায়বনি বাস লীলাগী কৃষ্ণ

তথাহি ভক্তিরসামৃত সিন্ধৌ পূর্ব্ব বিভাগে সামান্য ভক্তিলহর্য্যাম (২) শ্লোকঃ

অখিল রসামৃত মূর্ত্তিঃ প্রসৃমর রুচি রু দ্ধতার কাপালিঃ।
কলিত শ্যাম ললিতো রাধাপ্রেয়ান্ বিধুর্জয়তি। ১৪২

**পদঃ-**

শৃঙ্গার রসরাজ ময় মূর্ত্তি ধর।
অত এব আত্মা পর্য্যন্ত সর্বব চিত্তহর।। ১৪৩

**পদ অর্থঃ-**

শৃঙ্গার রসরাজগী মশক মূর্ত্তি পুবা।
মদুমক্না মশামক্কি হুরি পুক্লিং ফাওবা।। ১৪৩

তথাহি শ্রীগীত গোবিন্দে ১সর্গেঃ ১১ শ্লোকেঃ

বিশ্বেষামনু রঞ্জনেন জনয়ন্নানন্দ মিন্দিবর–
শ্রেনী শ্যাম ল কোমলৈ রুপনয়ন্নঙ্গৈরনঙ্গোৎসবম্।
স্বচ্ছন্দং ব্রজ সুন্দরীভিরভিতঃ প্রত্যঙ্গমালিঙ্গিতঃ
শৃঙ্গারঃ সখি মূর্ত্তিমানিব মধৌ মুগ্ধো হরিঃ ক্রীড়তি।। ১৪৪

**অন্বয়ঃ** ।– অখিল রসামৃত মূর্ত্তিঃ (অয়াম্ব রস পুম্বগি চংনফম্ তুংনফম ওইবা অথোইবা নুঙাইবগি মূর্ত্তিনা) প্রসৃমর রুচি (ফুদোরকপনা মহৌশাগী ওইবা মঙাল্লা) রুদ্ধ তারকা পালিঃ (তারকা কৌবি পালিকা কৌবী গোপী অনিবু থিংদুনা নাক্তা থমলিবা) কলিত শ্যাম ললিতঃ (শ্যামা অমদি ললিতাবু মাগী মখা পোলহল্লিবা) রাধা প্রেয়ান (রাধাগী অচানবা) বিধুঃ (থাগি মশক ওইবা কৃষ্ণনা কৃষ্ণগী মশক ওইবা থানা) জয়তি (জয় ওইরি) ১৪২

**অন্বয়ঃ** ।– (শ্রীরাধিকানা সখীদা হায়বনি) সখী (হে ইতা) অনুরঞ্জনেন (পেলহনবনা মরম ওইদুনা) বিশ্বেষাং (অয়াম্বা গোপী পুম্নমক্কি) আনন্দং (নুঙাইববু) জনয়ন (পোকহন্দুনা) ইন্দিবর শ্রেনী (থরো অশংবা পরেঙ্গুম্বা) শ্যামল, কোমলৈ, (মেংলবা শ্যামনা) অঙ্গে (হকচাঙ্গি শাথেক শবাল্লা) অনঙ্গোৎসবং (প্রেমগি লীলাবু) উপনয়ন (থোকহন্দুনা) ব্রজ সুন্দরীভি (ব্রজগি ফজরবী

গোপিসিংনা) স্বচ্ছন্দং (চিংনবা নৈতনা অভিতঃ (গোপিমথোইগী হকচাং পুম্বনা) প্রত্যঙ্গং (ইবুঙো মাগি হকচাং পুম্বদা) আলিঙ্গিতঃ (সেবা তৌদুনা) মুগ্ধো (রাধা ঐবু থাদোকপনা অপংবগি মতৌসু ওইরবা) হরিঃ (শ্রীকৃষ্ণনা) মধৌ (বসন্ত অসিদা) মূর্ত্তিমান শৃঙ্গার ইব (মূর্ত্তি পাল্লবা শৃঙ্গার রসগী মশক অদুনা) ক্রীড়তি (শান্নরি)॥১৪৪

---

টীকা: —

মাংগ্রবদা গোপীনা গোপীগীত শকুনা থৌগন তৌরবগী মতুংদা শ্রীকৃষ্ণ গোপীগি নাক্তা লাকখি। কৃষ্ণনা লোৎতুনা খাংবা ঙমখিদে গোপীগী প্রেমদা মরম অদুনা থম্বাল্লা শাৎলগা মনম নুংশীবা মশক ফজবগুম্না মোমোন নোক্কুনা নুংশীবা গুন ফজবা গুন পুম্বা ফোংদোক্কুনা কনাগুম্বনা লাল্লে উৎনবা তোল্লি খংনবা ঙক্তা ফি য়েৎপগুম ম্না ফিগে গুঞ্জানা ঙক্তা য়েৎতারকপা ফিদোল্দা খুৎনা পাইদুনা ঐ লাল্লে হায়বা ভাব ফেংদোক্কুনা রাসগী অহৌবদা গোপীনা কপ্পুনা ঙক্তা থোনবা নৈগী পরেং লাংশিং দবনা কাগী শাম্নদে তাক্কুনা সুর বংশদা পোক্কুনা মপা নৈতবা কংসগি য়েক্কবা অদুক কনবা মানা গোপীগী প্রেমদদি ঐ অসি য়ৌনা সোল্লি তাক্কুনা কামদেববু নৈহৎপা মহাদেববু নৈহত্তুনা গোপীগী মাংদা ফাওখি।৮১ অসি হায়ত্রবগী মতুং তানা রামানন্দনা হায়খি প্রভু! শ্রীকৃষ্ণ ফংনবগি মরমসে শাস্ত্রনা মরম ময়ামুক থোক্লা তাকলি, ফংবসু কনানা মাধুর্য্যগী মশক ওইনা কনানা ঐশ্বর্য্যগী মশক ওইনা ফংলি মা মাগি ভাবনাগি মনুং ইনবনি, ঐশ্বর্য্য অমদি নিংবসু তোঙাল্লি। মসিদা ঐনা হায়বজরিব অসিনা মাধুর্য্যনা হেল্লি হায়জবনি। মাধুর্য্যদি বৃন্দাবন্দা নন্দগী মচা ওইবা কৃষ্ণনি। মাবু ফংনবদি সাধন মখল মখা কয়া লৈ, তৌইগুম্বসুং ভক্ত অদুনা মাগি ভাব অদুদা নিংলিবদো মাগিদি মদুনা অথোইবা ওইরেৎ অদুবু করিগুম্বা দাস্যনচিংবা ভাব য়ুমফম অমতা লেপত্রিঙৈ খন্দ্রিঙৈদদি কনানা হেনবগে হায়না খন্দুনা য়েংলবদি মথং মথং মধুর ফাওবসে য়াম্লা খেন্নৈ। অদুবু মাগি মাগি নিংবা মনিং খোন্নবনিনা কনানা বাৎসল্য কনানা সখ্য অসুম্না নিংনরি। ফংবা মফংসু মহাউসু মান্নদে। মদুগী প্রমান্দি ভক্তি রাসামৃত সিন্ধুগী দক্ষিনবিভাগ স্থায়ী ভাব লহরিদা শ্লোক ২২দা হায়রি- সান্ত, দাস্য, মখ্য, বাৎসল্য অমদি মধুর মখোয় মঙা অসি সান্তদগী দাস্যনা হেল্লি অসুম্না মথং মথং হেনগৎনরক্কুনা মধখুর রসনদি পুমহেল হেল্লে। অদুবু মীওইবগি অপাম্বা মখল মান্নদবনিনা পুম্নমক্তগী হেনবা মধুর রসতদা লোইনামক নিংদে, দাস্য পাম্বনা দাস্যবু অথোইবনি খন্দুনা নিংলি মসিদা দাস্যবু ফত্তে হায়নিংঙাই নৈতে মাগি অপাম্বা অদুনা অদুম্মক অক্ষবা ওইরে, লেপত্রিঙৈদদি অৱাৎ অহেন নাইবনিনা অম হায়বদগি ২নি হায়বনা হেল্লি অসুম্না ভক্তি রসামৃত্ত সিন্ধুদা কৃষ্ণদাসনা থেংনদুনা লৌখৎলগা হাম্লনি। ৮২-৮৪ মসিদা শান্তরস হায়দুনা শান্ত অসিমক রসগী য়ুমফমদা পুন্সিন্দুনা হাম্না অসিমক ভরত মুনীগী রস ভুমিকাদা হাপখিবনি হান্নদি রস মরিতমক ভরত মুনিনা পুথোকলম্মি শান্ত কাওদনা তত্তনা নিংবা মঙোন্দগী ইহান হান্না থৌগদবনি নিংবা হায়বসি খুদিংমক্তা লোইনা য়াউবনি॥

মথক্তা হায়ত্রিবা রস মঙা অসি অহানবা মথক খংবদা নৈবা গুন হায়বদি শন্তদা নৈবা কাওদবা হায়বা অদু মখাগি থংনবা দাস্যদা য়াওরে। শান্ত ভক্ত অসিমক্তি কৃষ্ণবু ঐগীনি হায়বা ৱাখল খনবা

**পদঃ-**

লক্ষ্মী কান্ত আদি অমতারের হরে মন।

লক্ষ্মী আদি নারীগণের করে আকষর্ণ।। ১৪৫

**পদ অর্থঃ-**

লক্ষ্মী কান্তনা চিংবা অবতারগী মণহুরি।

লক্ষ্মীনা চিংবী নুপীগী পুক্নিংবু চিংসিল্লি।। ১৪৫

তথাহি শ্রীমদ্ভাগবতে ১০-স্কঃ৮৯অঃ৫৮ শ্লোকেঃ-

দ্বিজাত্মজা মে যুবয়োর্দ্দিদৃক্ষুনা

ময়োপনীতা ভুবি ধর্ম্ম গুপ্তয়ে।

কলাবতীর্ণাববনে র্ভরাসুরান্-

হত্বেহ ভুয়স্ত্বরয়ে তমন্তি মে।। ১৪৬

**অন্বয়ঃ** ।- ধর্ম্ম গুপ্তয়ে (ধর্ম্মবু ঙাক্লবগিদমক্তা) কলাবতীর্ণৌ (শক্তি পুম্বনা তিন্দুনা অবতার তৌবিবা হে কৃষ্ণ অর্জ্জুন!) যুবয়োঃ (নখোয় অনিতবু) দিদৃক্ষুনা (উনিংবগী অপাম্বতনা) ময়া (ঐনা তৌববনি) মে (ঐগী) ভুবি (পুর- লোক অসিদা) দ্বিজাত্মজাঃ (ব্রাহ্মণ মচাসিং অদো ) উপনিতাঃ (পুবক্লুনা থমলি) ভুয়ঃ (অমুক হন্না) [যুবাং] (নখোয় অনিনা) অবনেঃ (পৃথিবীগি) ভাররাসুরান্ (লুমহল্লিবা হিংচাবা পুম্ববু) হত্বা (হাৎল হাৎলগা) মে (ঐগী) অন্তি (ইনাক্তা) ত্বরযেতং (থিন্দনা থারকলো)১৪৬

---

টীকা:-

ওম্বদি লৈতে অদুনা বৃন্দাবন্দা শান্ত ভক্তসি লৈতবগুম্মি। দাস্যরতিদা কাওদবা শান্তগী দুনে মশাগি সেবা তৌবনে অনি সুরে। অসুম্না সখ্যদা অহুম শুরে মরুপ ওইবগি চিংনবা হঙ্গোইবা লৈতবনে কাওদবনে সেবা তৌবনে। মসিদা দাস্যগি চিংনবা অকিবা বুদ্ধি অদু মাংখ্রে কৃষ্ণনা ইথক থোংবনি খনবদুসু মাংখ্রে। বাৎসল্যগী গুন মরি সুরে মচাবু কাওদবা য়োকপি থাকপিবা সেবা তৌবনি চিংনদবা হম্বনা ইচানি খন্দুনা নুংশীবা মরি অসিনি। মধুর রতি য়ৌরকপদদি গুন অদুম মঙা শুরে কাওদবা, সেবা তৌবা, চিংনদবা, ঐগীনি খনবা, থব্রাই হকচাং অসিমক পুন্না কৎথোকপা, মসিনা মধুর রসনা পুমহেল হেল্লি, প্রমান্দি অকাশনা চিংবগি মগুন, খোঞ্জেন তাবা অহাংবগি অতৈ অতৈ, নুংশিংকি

তথাহি তত্রৈবা ১০স্কঃ১৬অঃ ৩৬ শ্লোকঃ-

কস্যানু ভাবো২স্য ন দেব বিদ্মহে
তবাঙঘ্রিরেণু স্পর্শা ধিকারঃ।
যদ্বাঞ্ছায়া শ্রী র্ললনা চরত্তপো
বিহায় কামান সুচিরং ধৃত ব্রতা ॥১৪৭

**পদঃ-**

আপন মাধুর্য্যে হরে আপ নার মন।
আপনে আপনা চাহে করিতে আলিঙ্গন ॥১৪৮

**পদ অর্থঃ-**

মাগি ফজবনা হুখি মহাক্কি পুক্লিংবু।
মানা মাবু পামজখিদো আলিঙ্গন তৌববু ॥১৪৮

তথাহি ললিত মাধবে ৮অঃ৩২ শ্লোকঃ

অপরি কলিত পুর্ব্বঃ কশ্চমৎ কার কারী
স্ফুরতি মম গরীয়ানেষ মাধুর্য্য পূরঃ।
অয় মহমপি হন্ত প্রেক্ষ্য যং লুব্ধ চেতাঃ
সরভসমুপভোক্তুং কাময়ে রাধিকেব ॥১৪৯

**অন্বয়ঃ** ।- দেব (শাম্নবিবা হে ইবুঙো) শ্রীর্ললনা (যাম্না নৌববি লক্ষ্মীনা) যদ্বাঞ্ছয়া (মাগি পাদদা পক্পা উফুল অদুবু পাম্বনা) কামান (অপাম্বা পুম্নবু) বিহায (থাদোক্লুনা) ধৃত ব্রতা (নিয়মগি মখা পোন্দুনা) সুচিবং (মতম য়াম্না কুইনা) তপঃ আচবৎ (তম্নু তৌজখি) অস্য (অসিগুম্বা কালিয় কৌবা ইপুবোইবা লিল্ অসিদা) তব (নহাক্কি) অনুভাবঃ (মহৈন ফংবনো?)নবিদ্মহে (ঐখোয়না খংদ্রে) ॥

**অন্বয়ঃ** ।- অপবি কলিত পুর্ব্বঃ(মথক্তা উখিদ্রিবা) চমৎকাব কাবী (অঙকপবু ওইহল্লিবা) গবীযান (আথৌবা ওউববা) মাধর্য্য পবঃ (মাধর্য্যনা থল্লবা মশক অসে) কঃ এষ (মসি কনানো?)

মম (ঐগী ইমাংদা) স্ফুর্বতি (ফোংদোকপিববে) অযম্ অহমপি যৎপ্রেক্ষ্য (অসিগুম্বা অসিবু ঐনা উকবগা) লুব্ধচেতাসন (পুক্লিং অপাম্বা ওইদুনা) হন্ত (অরাবনি) সবভসং বাধিকা ইব (বসনা তিনবি বাধাগী মতৌগুম্না) উপভোক্তুং কাময়ে (নুঙাইবগা লোইননা মসিবু থৌগন্ তৌগে হায়না ঐনস্ পামলি)॥১৪৯

---

টীকা: -

শোকপনি, নুংশিৎনা শিংলকপদা মখোন তাবা ফঙি হকচাংদা য়ৈবৈ , মদুনা শোকই হায়না খঙি। মৈগী মগুন মশক উবনি, অদুবু মৈদা চাকপদা মখোন থোকই, পাইবদা অশাবা ফাওই, যেংবদা মিৎনা উবা ফাঙ। ঈশীং যৌবকপদা ঈশীং মশাগি মগুন মহাও খংবনি, ঈশীং চেনবদা মখোন তাবা, পাইকবদা খংবা, যেংবদা মশক উবা, থকপদা মহাও খংবা মবি গুবে লৈপাক্কি মগুন মনমনি, অদুবু মথক্তা চৎপদা দং দং লাওবা মখোন, পাইবদা খংবা শোকপাগ, যেংবদা উবা মশাক্কি চাবদা মহাও খংবনা মহাওগী মশাগি মনম নম্বা পুন্না মঙা সুবে, অসুম্না মধুব বসদসু মগুন মঙা গুনা পুম্লে মসিনা কৃষ্ণফংবদা অরাৎপা লৈতে, অদুনা মপুং ফাবা হায়বনি, প্রেম অসিনা কৃষ্ণণু খুদুম চাল্লি। মসিমক শ্রীমদ্ভাগবত ১০স্কন্ধ ৮২ অধ্যায় শ্লোক৮৫দা গোপীদা শ্রীকৃষ্ণমক্লা হায়খিজ্ঝ থরাই পান্ন পুম্নমক্লা ঐঙোন্দা ভক্তি তৌনৈ মদু মুক্তি ফংননবনি গোপী নখোইদি ঐবু নুংশীবা অদুসু ঐঙোন্দা পিথোকই ঐবু ফংলগা ঐগী সেবাগিদমক্তা নিংঙি মসিমক নখোয়গী লাইবক ফবনি নশাগি ওইজবা য়াওদে অদনা ঐবু নখোইনা খুদুম চনবনি। মসিদা শ্রীকৃষ্ণগী রাশকপা অমসু লৈ মদুদি মীওইবা কনাগুম্বনা ঐবু নিংলিবদো মদুমক্কুম্না ঐনস্ মাবু নিঙ্গনি মসি মতম পুম্নমাক্কনি। মসিমক গীতাগী ৪ অধ্যায় শ্লোক্লা ১১দা মার্জুন্দা কৃষ্ণমক্লা হায়খবনি ঐবু মানা নিংলিবা অদুগুম্না ঐনসু মাবু নিংগনি ভাব পুম্নমক্তা মী খুদিংমক্লা ঐবু নিংলি মদুমক কনিসু কাইদে মাগ মাগ অপাম্বনি হে অর্জ্জুন। ঐবু মচানি নিংলিবগা মচা মদু ঐনা ওইবিবিব মকপনি থনবাগ মরূপ ওইবি যেক্লবনি থনবগিনা যেক্লবা ওই আসনি ঐগী রাশক হায়খি।৮৫ ৯১ গোপীনা কৃষ্ণবু নিংবদা মশাগি নুঙাইবা পাম্বা রাখল অদুগী মমি ফাওবা গ্রাদবনা অমনা শ্রীকৃষ্ণতনা নুঙাইশ্রগা পেননিশ্রগা লোইবে হায়না নিংজবা অমসুং যুম্নানবা সংসাবগি মায়াগি থৌবি থদৎপা মাসগুম্না কৃষ্ণনা গোপীবু নিংবদা পুম্নমক থাদোকপা কৃষ্ণদি ঙমদে কবিনা মাদ জগৎকি মবুঙো ওইবনা মবম অসিনা গোগীগী লমন তোল্লে হায়না কৃষ্ণমক্লা হায়নি শ্রীমদ্ভাগবত্তা ১০স্কন্ধ ৩২ অধ্যায়গি ২০শুবা শ্লোক্তা গোপী নখোয়গী প্রেমগি মতৌগুম্না নখোয়বু নিংবা ঙমদে নখোয়গি প্রেমগি লমন অসে তোল্লে নখোয়না সংসাবগী চৎনবী যুমগী থৌবি থদত্তুনা ঐবু অসুক নাংথিনা নিংখি মখোয়না ঐগী পেলহল্লিবা অসিগুম্না নখোয়বু ঐনা পেলহনবা ঙমদ্রে নখোইনা নশাগী ওইজবা থাদোকপা নুঙাইবা পামদবনা মবম অদুনা লাইমক্কি পুক্কি ওইনা সাংনা হোৎনদুনসু ঙমলবোই। ঐবু কাওদব অদুমক্লা লমন সিংবদো ওইবসনু।৯২-৯৩ মসিদা শ্রীকৃষ্ণদি ফজবা পুম্বগী অথেইবনি মীপুক হুবগীসু অথোইবনি অদুম ওইদুনস্ ব্রজগোপীগী প্রেম অঙকপনি মখোইনা থৌগল তৌবগা কৃষ্ণগী ফজবা পুম্বদো ফল হেক্তা চোংখৎখি। ৯৪ মদু শ্রীমদ্ভগবত্তা ১০ স্কন্ধ ৩৩ অধ্যায়৭ শ্লোক্তা শুকদেবনা হায়খি হে মহারাজ ! লৈ পবেংগুম গোপীগী ময়াইদা শ্রীকৃষ্ণনা স্নাগী ফজনা মচু

**পদঃ-**

সংক্ষেপে কহিল এই কৃষ্ণের স্বরূপ।
এবে সংক্ষেপে কহিশুণ রাধা তত্ত্ব রূপ।।১৫০
কৃষ্ণের অনন্তশক্তি, তাতেতিন প্রধান।
চিচ্ছক্তি, মায়া শক্তি জীবশক্তি আন।।১৫১
অন্তরঙ্গা বহিরঙ্গা তটস্থা কহি যারে।
অন্তরঙ্গা স্বরূপ শক্তি সবার উপরে।।১৫২

**পদ অর্থঃ-**

শমলপ্না হায়জরিবসে কৃষ্ণগী মশক্তো।
হৌজিক শম্না হায়জগে রাধী কাগী তত্ত্ব।।১৫০
কৃষ্ণগী শক্তি ময়াম্নি অথোইবা অহুম্নি।
চিচ্ছক্তি, মায়াশক্তি জীব শক্তি কৌবনি।।১৫১
মনুংচনবী মপাম্থংবী মরক্তা লৈবিনি।
মনুং চন্বি স্বরূপ শক্তি ময়ামগী মথক্নি।।১৫২

তথাহি বিষ্ণুপুরাণে(৬।৭।৬১ শ্লোক)

বিষ্ণু শক্তিঃপরাপ্রোক্তা ক্ষেত্রজ্ঞাখ্যা তথাপরা।
অবিদ্যা কর্ম্ম সংজ্ঞান্যা তৃতীয়া শক্তিরিষ্যতে।।১৫৩

**শ্লোকঅর্থঃ-**

মদুমক বিষ্ণুপুরাণদা(৬।৭।৬১ দা হায়রি)

বিষ্ণু শক্তি অথোইবনি ক্ষেত্রজ্ঞ তোপ্পনি।
অবিদ্যা কর্ম্ম কৌবিনা অহুমশুবি শক্তিনি।।১৫৩

**অন্বয়ঃ** ।– বিষ্ণু শক্তিঃ পরা প্রোক্তা (বিষ্ণু মাগী মনুংচনবি শক্তিবু পরা অথোইবি হায়)তথা(অদুগুম্না)ক্ষেত্রজ্ঞাখ্যা অপরা (ক্ষেত্রজ্ঞা কৌবি শক্তিনা অপরা অতোপ্পা খব হঙ্গনি শাক্তনি) অন্যা অবিদ্যা কর্ম্ম সংজ্ঞা(অতোপ্পা অবিদ্যা কর্ম্ম কৌবি শক্তিদুনা)তৃতীয়া ইষ্যতে (মাবুনা অহুমশুবীনি হার্যাববনি)॥১৫৩

---

টীকা:

মনি খুদিঙ্গি মচু মযার্মগ মযাইদা পদ্ম বাগমাননা ফজবগুম শ্যাম নটবব দেবকীগী মচানা হেন্না ফংখি। ৯৫ মদু তাবদা প্রভুনা হায়খি রামানন্দ। মদুনা লোইবেকো সাধ্যগী অবেল্পা ঐসু মদদা যাবে অদুনা নং অসি হংল হংলগা তাকই হংদ্রবদি তাক্লে অদুনা পাম্মুদনাককা লোওুনা থমগে খনবা লৈববাদ অমন্দগা হায়খোবা। অসি তাবদা রামানন্দনা হায় মসিদগী হেনবা লৈবিববা হায়দুনা হঙ্গদনা মাওই অসি ওসি ফাওবা ব্রহ্মানন্দসিদা লৈবমগনি হায়না ফাওবা খঙ্গদে অদুবু ওসিদি খংজবে হংনবা মীশক অদু ল ক্রুনা হ ানবরে গোপিবো কান্তা প্রেম পুম্বদগী শ্রীমতি রাধিকাগি প্রেম্না মহেল্লে, মবমদি পৃথিবীদা শ্রীকৃষ্ণ নিংবা পুম্বগী লমন তোন্দে কৃষ্ণ পুম্নমক সিংথ ব্রজগোপীগি লমন্দি সিংবা ডমদে . গাল্প এথওু হায়জখরে, গোপী পুম্নমক্কি মনক্ত শ্রীমতি রাধিকানা কৃষ্ণ নিংবন অমুকস্ হেল্লি মসি শাস্ত্র খুদিংদা লাউদুনা ইবেম্মগী গুনবু শিংথাদুনা লৈবিবান মবম অদুনা পুম্নমক্তগা হেনবদি শ্রীরাধিকাগী প্রমান।৯৬-৯৮ রামানন্দনা হায়খি এথওা গীত গোবিন্দগী শ্লোক অমি সর্গ অহুমগি অহানবা শানসুবগী মতু হায়বদি শ্রীকৃষ্ণ পাঙ্গল যাম্না কনবান কংসাগ য়েক্লবা হায়বনা ফোংদোক্লি অদবু শ্রীমতি রাধিকাগী প্রেমগী পাঙ্গলবুনা যোংহল্লু, হায়না হেল্লা অকনবদু উৎলি অদুনা রাধিকাগী প্রেম্না হাল্লি বাস লীলাদা রাধিকা যাওদ্রবদা বাস মণ্ডলী থাদে ক্রুনা কৃষ্ণনা রাধাবু কোইথ খি হায়বনা গোপী পুম্বগী প্রেমদগী খেল্লি হায়বদো ফোংদোক্লি মসিগী শ্লোক অসিবু বিচার তৌবগা খংব ডমলে অমসং অম খোকফাম্লি হায়বদসু। ১০৬ ১০৮ কৃষ্ণগা বাস অসি গোপী কোটী চাম্মনা থৌগল্লৌবান, অদুবু "এক গোপী এক শ্যাম" গোপী অমগা কৃষ্ণ অমগা মসিং মান্নবা লীলা ওইলকখিবদা শ্রীমতি রাধিকানা এন ইংহন হেল্লা মাবু নিংজবগা চপিদ চপ মান্নবগুম তৌবে অদুনাদ এনা মাবু নিংজবনা হাল্লি খল্লুব অসি কান্নদে খন্দুনা রাস মণ্ডলদা এগা ইনাক্লা লৈবানবসু গোপীসাংগাস্ মনাক্ত লোগ্নে হাইনা খনখি। ১০৯ মদদা রাধিকাগী প্রেমগি মচাংক খোয়না চৎপানিনা ওই ওইনবা লাখল অদ থোক্লকখি। ১১০ অদুমক উজ্জ্বল নীল মনি শৃঙ্গারগা তোঙানবা মশকসীং তাকপা মতাঙ্গি ৮২ শ্লোক্তা অসুম্না তযজ্ঞ প্রেমগী মচৎ অসি মঙ্গীশানা লিনগী মচং কৃপা খোইবাননা মবম লৈবা লৈতনা হেক্লা ওইথি রাধা কৃষ্ণ অনিগী শাওনবা ওইনবা হায়বদা॥১১১ প্রমান অসিনা শ্রীমতি রাধিকানা শাওখিদুনা রাস মণ্ডলি থাদোক্লুনং চৎখ্রে ওইনখ্রে মদুদা শ্রীকৃষ্ণনা রাধাবু উবক্লবদা অন্নানা ওইখি, কৃষ্ণগী রাসলীলা হায়বসিদি যাম্ন চংথোনবা মচি ওইবা রাখননি লীলানি লীলা অসিগী রাখন্দদি রাধিকানা যোংহল্লিংগুম্না পুন্দুনা থম্বান লৈ পবেং হায়বনু মনুংগী লংশুংনা ফাদুনা লৈ খুদিং পম্বদগী হায়বানি লংশুং অদু যাওদ্রবদি লৈ পবেং মমিং মাংখিবগুম্বান।১১২-১১৩ রাসলীলা হায়বসিদা শ্রীরাধিকাবু যাওদ্রবদি শ্রীকৃষ্ণগী অপেনবা সুকওইমক ওইদে অদুনা রাসকী মকোই

পদঃ-

সচ্চিৎ-আনন্দময়-কৃষ্ণের স্বরূপ।
অতএবস্বরূপশক্তি হয়তিনরূপ॥১৫৪
আনন্দাংসেহলাদিনী, সদংশেসন্ধিনী।
চিদংশেসংম্বিৎ-যারে জ্ঞান করি মানি॥১৫৫

পদ অর্থঃ-

অরেপ্পা অখংবা নুঙাইবা কৃষ্ণগী মশক্লি।
মরম অদুনা স্বরূপ শক্তিনা অহুম্নি॥১৫৪
নুঙাইবদগী হরাওবা অরেপ্পদগী তিন্নবা।
অখংবদগী সংবিৎনি মাবু জ্ঞান্নি হায়বা॥১৫৫

তথাহি বিষ্ণুপুরাণে(১।১২।৬৯ শ্লোকে)
হলাদিনী সন্ধিনী সংবিৎত্বয্যেকা সর্ববসংস্থিতে।
হলাদতাপকরী মিশ্রাত্বয়ি নোগুণবর্জ্জিতে॥১৫৬

শ্লোক অর্থঃ-

অসিগী অওইবনা বিষ্ণুপুরান্দা(১।১২।৬৯ শ্লোক্তা)
পুম্নমক্কি চংনফম ওইবা নঙোন্দা হলাদিণীসন্ধীনী সংবিৎসুলে।
হরাওবা মৈশালাংবা পুনবদি গুণ লৈত্রবা নঙোন্দা লৈতে॥১৫৬

পদঃ-

কৃষ্ণকে অহলাদেরতাতে নাম হ্লাদিনী।
সেই-শক্তিদ্বরে সুখ-আস্বাদ আপনি॥১৫৭
সুখ রূপ কৃষ্ণ করে সুখ আস্বাদন।

ভক্তগণে সুখদিতে হ্লাদিনী কারণ ॥ ১৫৮
হ্লাদিণীর সার অংশ-তার প্রেম নাম।
আনন্দৱচিন্ময়রস-প্রেমের-আখ্যান ॥ ১৫৯

## পদ অর্থঃ-

কৃষ্ণবু হরাওহল্লি হায় অদুনা হ্লাদিনী।
শক্তিদুনা নুঙাইববু মহাক্না চাবনি ॥ ১৫৭
নুঙাইব ওইবা কৃষ্ণনা চারি নুঙাইববু।
ভক্তবুসু নুঙাইহনবা হ্লাদিনী মথৌবু ॥ ১৫৮
হ্লাদিনীগী মচিওইবা শরুকপু প্রেম কৌই।
নুঙাইবা খংবা মহাওবু প্রেমগী মমিং কৌই ॥ ১৫৯

**অন্বয়ঃ** ।- (হেভগবান)(হে তৌবা ঙমদবা লৈতবা ইবুঙো)একা(পুম্নমক্তংগী থোইবানংতনা)হলাদিনী(হরাওহল্লিবী)সন্ধীনী(অরেপ্পগী মরিওইবী)সম্বীৎ(জ্ঞানগী মরিওইবী)(শক্তি)(শক্তিনা)সবসং স্থিতৌ(পুম্নমক্কি তুংনফম ওইবা)ত্বয়ি(ইবুংঙো নঙোন্দা) এব(লেপনা)(অস্তি-( লৈয়ে)হলাদকরি(পুক্নিংগী মকালাম্ববু পিরীবা সত্বগুণগী ওইবা নুঙাইবা)তাপকরী(বিষয়গী ওইবা কাইনবনা চিংবদগী মৈশালাংবা তবগুণগী ওইবা অৱাবা)মিশ্রা (অনি অদু তিন্নবদগী বিষয়না পোকপা রজগুণগী ওইবা শক্তিনা) গুণবর্জ্জিতে (সত্বনা চিংবা গুণ মায়াগী গুণসিংনা লৈতবা)ত্বয়ি (নঙোন্দদি)ন (অৱাবা নুঙাইবা অনিগী অপুনবসু লৈতে) ॥ ১৫৬

---

**টীকা:**—

থাদোক্কুনা রাধাবু থিবা কোইনা চৎখি কৃষ্ণনা। ১১৪ মাইকৈ খুদিং কোইনা চত্তুনা লৈরমগনি খনবা মফম পুম্বদা থিবা ফংদ্রবদা কামগি তেন্না পান্দুনা থিবা খংদবগি অৱাবাগা পুনখিদুনা চিন্তা তৌদুনা লৈখি। ১১৫ চাকোটী ওইবী গোপী পুম্বনসু কামগী মৈশা অদু কোকহনবা ঙমখিদে। কামগী তেন মঙানি সম্মোহন সণ্ডাপনা, শোসনা, স্তম্ভনা, অমদি মারণ তেন মঙা অসিনি উদ্রবদা ঙকইদো, ফংদ্রবদা মৈশা লাংই, খল্লুবদা খম্মোই কংঙি নিংসিংলুবদা যুম্বীগুম্ জ্ঞান মাংদুনা লেপ্লি ভাবনা সারুবদা ৱাম্বুবা মঙা অসি পুক্নিংদগী পোকপনি প্রেমদগী থোকপনি মরম অসিনা শ্রীকৃষ্ণগী অৱাবা কোকহনববু গোপীসিংনা ঙমখিদে। মসিনা খংলে অচেৎপা রাধাগি প্রেমগী মগুনবু। ১১৬ প্রভুনা

**পদঃ-**

প্রেমের পরম সার-মহাভাব জানি।
সেই মহাভাব রূপা রাধাঠাকুরানি।। ১৬০

**অর্থঃ-**

প্রেমগী অথোইবা মচিবু মহাভাব কৌবনি।
মহাভাবকী মশক অদু ইবেম্মা রাধানি।। ১৬০

তথাহি উজ্জ্বল নীতা মনৌ-শ্রীরাধা প্রকরণে(২) শ্লোকঃ
তয়োরপ্যু ভয়োর্মধ্যে রাধিকা সর্ব্বথাধিকা
মহাভাব স্বরূপেয়ং গুণৈ রতিবরীয়সী।১৬১

**শ্লোক অর্থঃ-**

মসিগী অওইবা উজ্জ্বল নীল মনিদা শ্রীরাধা হায়বা প্রকবন্দা(২) হায়রির
রাধা চন্দ্রা অনিদসু রাধিকানা হেল্লি।
মহা ভাবকি মশক্কি গুণ পুম্নমক্তা হেল্লি।।১৬১

**পদঃ-**

প্রেমের স্বরূপ দেহ প্রেম বিভা বিতা।
কৃষ্ণের প্রেয়সী শ্রেষ্ঠ জগতে বিদিতা।।১৬২

**পদ অর্থঃ-**

প্রেমগী মশক্কি হক্চাংসু প্রেমতনা ঙানবনি।
শ্রীকৃষ্ণগী হেন্না চানবিনি জগৎনা খংবনি।।১৬২

**অন্বয়ঃ ।–** তয়ো(শ্রীরাধা চন্দ্রাবলী অনি)উভয়ো(মখোয় অনিগী)মধ্যে(মনুংদসু) অপি(অমদি) বাধিকা(শ্রীরাধিকানা) সর্ববথা (মরম পুম্বদা) অধিকা (হেল্লি)(যত)(মরম অদুনা)ইয়ং (অসিগুম্বী রাধিকানা)মহাভাব স্বরূপা (মহাভাবকী মশক্তি) গুণৈঃ(গুণ খিবিক্লা মরম ওইদুনা)অতিব্র বরীয়সী(থোইনা হেল্লি) রাধা অমদি চন্দ্রাবলী অসিগুম্বী অনিগী মবক্তাগীসু অমুক শ্রীবাধানা মরম পুম্বদা হেল্লি,মবম অসিনা অসিগুম্বী রাধা অসি মহাভাবকি মশকনি অমদি গুণগী মরমদা মঙান্দসু য়াম্না নিংথিনা হেল্লি।১৬১

**অনুবাদ ।–** গোপী পুম্নমক্কি মনুংদা শ্রীরাধা চন্দ্রবলী অনিনা পুমথোই, থোই। অদুবু রাধা চন্দ্রাবলী অনিগী মরক্তসু বাধিকানা থোই, মরম পুম্বদা। গোপী পুম্বদা মহাভাব লৈ অদুম ওইদুনসু মহাভাবকি অথোইবা মশক মাদন কৌবা মহাভাব অদুদি কনাদসু লৈতে শ্রীরাধিকাদদি মাদন কৌবা মহাভাব লৈ মহাক অদুবু মহাভাবকি মশক হায়বনি। প্রমাণ অসিনা শ্রীবাধিকাবু মহাভাবকী মশক্তি হায়বনি।১৬১

**অনুবাদ ।–** শ্রীবাধিকাগী হকচাং অদুসু প্রেমগী মশক্তি অমদি প্রেমগী মশক অদুগা মান্নবা মূর্ত্তিনি। প্রেম অদুমক্লা ফোংদোকপনি, অমদি প্রেম হায়বা অদুমক্লা অথোইবগী মশক অমা ওইদুনা থোক হল্লবা, শ্রীমতি রাধিকাগী হকচাংনি মহাকমক্লা প্রেম্মক্লা ওইবনি মহাকপু শ্রীকৃষ্ণগী অচানবি পুম্বদগী মহাক্লা অথোইবনি হায়না জগৎনা খংনরিবী শ্রীবাধিকানি। মসিনা খংলে শ্রীরাধিকা শ্রীকৃষ্ণগী প্রেম্না ওইবনি শ্রীকৃষ্ণগী প্রেমদগী পোকপনি শ্রীবাধিকাগী থম্মোয় ইন্দ্রি পুম্না অমদি হকচাংসু অদুগুম্না নন্দগী মচা ওইবা শ্রীকৃষ্ণগী প্রেমতনা থোকহনবনি অমদি শ্রীরাধিকাসে শ্রীকৃষ্ণমক্কি মশাগী শক্তিনি হায়না ব্রহ্ম সংহিতাগী শ্লোক্লা হায়বি মদুসু মতাং অসিমক্তদা ইজবি হাপলি প্রমাণগীদমক্তা।

---

টীকা:—

হায বামানন্দা! মরম অদু খংনিংদুনা নঙ্গি নাক্তা লাকচবনি হৌজিক্তি বস পুম্বগী অবেপ্পদো লোয়নমক খংজরে।১১৭ হৌজিক্তি সাধ্যসাধনগি নৈনবা অরেপ্পা পুম্বসু খংজবে, অদুবু পুক্লিংদা তাজনিংবদি লৈরী অদুনা হৌজিক খরদঙ্গা অমুক্তা হায়বিখো।১১৮ শ্রীকৃষ্ণগী অরেপ্পা শক্লে শ্রীরাধিকাগী শক্লে বসগী অরেপ্পা করিনো খরদংগ অমুক্তা হায়বিখো।১১৯ চানবিদুনা অরেপ্পা পুম্বদো ঐঙোন্দা লোয়না অমুক্তা তাকপিয়ু, নহাক নত্তনা কনাসু লৈতে মসিগী অরেপ্পা তাকপিনবা মীওই।১২০ মসি তাবদা বায়না হায়- মসে ঐদি হান্নদগী করিমতা খংজদবনি অদুম্না ইবুংঙো নংনা হায়ু হায়ু ইনসিনবিবা নহাক্লা হায়হনবিবা অদুতনি ঐনা হায়খিবসি। নহাক্লা তম্বীবা অদুনা ঙাংজখিবনি প্রমান্দি তেনব্রানা তম্বীবা মরোলতমক্তা লোনবগুম্বনি, নহাক্তি অসেংবা ঈশ্ববনি নহাক্কি মরৈ মবাবু কনানা খঙনি থম্মোইদা ইঙ্গিনবিয়ু মদুবু অমুক লৈয়েংদা হায়দোকহনবিয়ু পুম্নমক ইবুংঙো নহাক্কি থৌজান্নি অদুগা হায়খ্রবগি মতুংদা অফা ফত্তা করিসু খংহৌদে হায়খিবদো করি হায়খ্রবগে হায়বদু ফাওবা খংদ্রে।১২১-১২৩ প্রভুনা হায়- ঐদি মায়ানা অথোইবনি মায়া নত্তনা ঈশ্বর উবা ফংদে হায়রিবা কাংবুদা তোংদুনা

তথাহি ব্রহ্ম সংহিতায়াম(৫।৩৭) শ্লোক

আনন্দ চিন্ময়রস প্রতিভাবিঃ-
স্তাভির্য এব নিজরূপতয়া কলাভিঃ।
গোলোক এব নিবসত্যখিলাত্মভূতো
গোবিন্দ মাদি পুরুষং তমহং ভজামি।। ১৬৩

**শ্লোক অর্থঃ-**

গোলোক্তা লৈবা নুংশিবা পুম্বগী অথোইবা।
গোবিন্দমাগী প্রেমরসনা মাগী অচানবি ওইবা।।
মাগী অশেংবা শক্তিনা হ্লাদিনী কৌরিবা।
মাবু নিংজরি ব্রজগোপী সিঙ্গাঁ লোয়নবা।।

**পদঃ-**

সেই মহাভাবহয় চিন্তামণিরসার।
কৃষ্ণরবাঞ্ছাপূর্ণকরে এই কার্য্য য়ার।। ১৬৪
মহাভাবরচিন্তামণি রাধার স্বরূপ।
ললিতাদি সখী তাঁর কায়ব্যুহররূপ।। ১৬৫

**পদ অর্থঃ-**

মহাভাব অদো চিন্তা মণিগী মচি ওই।
কৃষ্ণগী নিংবা থুংহনবা মাতগী থবক ওই।। ১৬৪
মহাভাব চিন্তামণি রাধাগী মশক্তি।
ললিতা সখীসিং মাগী মমিগুম্বী মক্তি।। ১৬৫

**অন্বয়ঃ।-** অখিলাত্মভুত (পুম্নক্কি গোলোক্তা লৈবগীসু অমদি অতোপ অতোপ্পা চান্নব। পুম্বগী) যঃ (অদুগুম্না) (গোবিন্দ) এব (মানা) আনন্দরচিন্ময় বসরপ্রতি ভাবি তাভিঃ (নুঙাইবা

থম্মোয়গী মহাও ওইবা মানা মরমওইদুনা থোকহল্লবা) নিজরূপতয়া (মামক্কি অচানবি মনাই ওইদুনা ফাওরবি) কলাভি (হ্লাদিনী শক্তিগী মশক ওইবী) তাভি (অদুগুম্বী)(গোপীসিঙ্গ লোয়নদুনা) গোলোক এব (গোলোক ধাম অদুমক্তদা) নিবসতি (লৈরিবা) তং (অদুগুম্বা) আদি পুরুষং (অহানবা পুরুষ ওইবা) গোবিন্দং (গোবিন্দবু) অহং (ব্রহ্মা ঐনা) ভজামি (নিংজরি)।।

অনুবাদ ।- গোলোক্তা লৈবগীসু অমদি অতোপ্পা অনিংবা পুম্বগীসু পুম্নমক অসিগী অথোইবা নিংনফম ওইরবা অদুগুম্বা গোবিন্দনি, মহাক্কি নুঙাইবা থম্মোয়তনা খংলবা মহাও অদুনা মরম ওইদুনা থোকহল্লবা মহাক অদুগুম্বী হায়বদি মহাক্কি গোবিন্দ অদুগী নুঙাইবা থম্মোয়তনা খংলীবা রস অদুনা ওইরকলবী শ্রীরাধিকা, অমসুং মগোন্দগী রাধিকাদগী অমুক ওইরক্লবি হায়বদি হ্লাদিনীগীদমক ওইরবি অদুগুম্বী ব্রজদেবি পুম্নমক্কা লোইনদুনা গোলোক্তা ঙান্দুনা লৈরি অদুগুম্বা পুম্নামক্তগী অহানবা পুরুষ গোবিন্দবু ব্রহ্ম ঐনা নিংজরি।।১৬৩

**১৬৪**-অসিগুম্বী মহাভাবকী মশক ওইবি শ্রীরাধিকা মানা কবি তৌবগে? মদু হায়রি চিন্তা মণিনা অদুগুম্না শ্রীকৃষ্ণগী অপাম্বা অনিংবা পুম্ববু থুংহল্লি। মহাভাবকি মশক ওইবী শ্রীরাধিকানসু অদুগুম্না অপাম্বা খুদিংমক থুংহল্লি রাধ ধাতুগী অর্থ নিংববু হায়বনি। রাধ ধাতুদগী বাধিকা শব্দ অসি থোকপনি অদুনা শ্রীকৃষ্ণগী পেন্নবত নিংবি রাধানা শ্রীকৃষ্ণবু পেলহল্লি নিংবা খুদিং থুংহল্লি মসিতনা মাগী মথৌ ওই। চিন্তমনিনা পুম্নামক পিবা ঙম্মি অদুবু প্রেমদি পীবা ঙমদে অদুনা রাধিকাদি প্রেমপিবা ঙম্মি চিন্তামণিগী মচিনি হায়বনি।

**১৬৫**-শ্রীরাধিকা মতোমতনা শ্রীকৃষ্ণগী অপাম্বা নিংবা পুম্বা থুংহল্লবদি রাস লীলাদা গোপী মযাম য়াওবগী মরম করিগীনো? মশক্তা মগুন্দা পুকচেন্দা তোঙানবা মওং ওইবি ময়ামগা লোয়নদুনা শান্নগে খনবা শ্রীকৃষ্ণগী রাখল অদু থুংনবা শ্রীরাধিকাদগী পুথোকপা ললিতানা চিংবিনি গোপী পুম্ন মকসুনি কায় ব্যুহগী মশক্কি কায়ব্যুহে মক্কি নত্তে মরমদি শক মান্নদে সাজত্তসু খেন্নবা অদুম য়াওই অদুনা রাধিকা মহাভাব চিন্তামণিদগী হেল্লি মচিনি মথক্তা হায়খ্রে ললীতানচিংবী প্রেমলীলাবু সন্দোর্কাপবু সখী শব্দনা ঙম্মি ময়াম্বু খংনবা অর্থনি।।

---

**টীকা:-**

ঈশ্বরগা জীবগা খেন্নবা লৈতে ব্রহ্মজ্ঞানগী মশক ওইবনি, জগৎ অসি মীনম্বনি হায়ফরোই হাযদবা মিনম্বনি । জগৎ পুম্বা ব্রহ্মগী মশকনি, ঐহাকসু ব্রহ্মনি মসিগী মরম ২জ্ঞ৬তা ইশ্বরনা অমুক ইজদ্রে মসিমক ভক্তিদদি ওন্নবনি। মসিদা হায়রিবা অদুমক্তি নত্তে মহাপ্রভুদি অদুবু হায়রিবসিদি মশা মগুন মশক লোৎনবগিদমক্তা ঐ মদুনি হায়বতনি অমনা নোল্লুকপা মতৌ তাকপিবনি।১২৪ ঐ মায়াবাদীদা তাওদুনা লাকপনি সার্ববভৌমগা তিন্নবদগী ঐগী পুক্লিংগী অমোৎপা খব কোকখি মবম অদুনা কৃষ্ণ ভক্তি তত্ত্ব খিনিংদুনা মঙোন্দা হংজরুবনি। ১২৫ মানা হায় ঐসু কৃষ্ণ তত্ত্ব কথাদি খংদে পুম্নমক অদু খংবদি রামানন্দনি মাদি মফম অসিদা লৈতে।১২৬ নঙ্গি নগুন তাবদগি ননাক্তা লাকপনি মসিদা নংনা ঐবু সন্ন্যাসীনি খন্দুনা ইগুন থাগৎপিবনি। ১২৭ ব্রাহ্মণ সন্ন্যাসী শূদ্র ওইরবসু কৃষ্ণগী তত্ত্ব খংলবদি গুরু ওইফৈনা মসি পদ্ম পুরান্দ হায়বা খ্রানি (মহাভাগবত শ্রেষ্টো ব্রাহ্মনো বৈগুকর্নৃনাং। সর্বেবষা

পদঃ-

রাধাপ্রতি কৃষ্ণ স্নেহ সুগন্ধি উদ্বর্ত্তন।
তাতে অতি সুগন্ধি দেহে উজ্জ্বলবরণ।। ১৬৬

পদ অর্থঃ

রাধাগী মরিদা কৃষ্ণ নুংশিবনা থাউ ওইরে।
মদুনা নুংশিবা লংলি হকচাং ফজরে।। ১৬৬

পদঃ-

কারুণ্যামৃতধারায় স্নান প্রথম।
তারুণ্যামৃতধারায় স্নান মধ্যম।। ১৬৭
লাবণ্যামৃতধারায় তদুপরি স্নান।
নিজলজ্জাশ্যামপট্ট শাটী পরিধান।। ১৬৮

পদ অর্থঃ

থৌজালহৈবনা ইচেন্নি অহানবা স্নান্তৌই।
ইনখৎলকপা ইচেন্দুদা অনিশুবাস্নোন্তৌই।। ১৬৭
অকুইবা ইচেন্দা অমুক অরোইবা স্নান্তৌই।
ইকাইবনা অশংবা ফী হকচাংদা লৈতেংই।। ১৬৮

---

টীকা:-

মেব লোকনামসৌ পুজ্যো যথাহরিং) খাকচবা লৈতনা বৈষ্ণব ধর্ম্মদা পুক্লিং চংলবা শ্রীভগবানগি তত্ত্বা পুন্না খংলবা ব্রাহ্মন অদুদি মীওইবা পুম্নগী গুরুনি মাবুদি শ্রীহরিমক্কি খন্দুনা পূজা তৌগদবনি। অদুগা ভক্তিগী ৱারি থিবদি অখংবদগী থিগনি ব্রাহ্মণ সন্যাসী শূদ্র হায়না খায়ফদে খংদ্রবদি করম্না তাক্কনি

**পদঃ-**

কৃষ্ণ অনুরাগ দ্বিতীয় অরুণ বসন।
প্রণয় মান কঞ্চুলিকায়বক্ষঃ আচ্ছাদন॥১৬৯
সৌন্দর্য্য কুঙ্কুম সখী প্রণয় চন্দন।
স্মিতকান্তিকর্পূর তিনে অঙ্গ বিলেপনা॥১৭০
কৃষ্ণের উজ্জ্বল রস মৃগমদভর।
সেই মৃগমদে বিচিত্রিত কলেবর॥১৭১

**পদ অর্থঃ**

কৃষ্ণবু খৌরাংবা ৱাখল ঙাঙ্গ্রানবা ফি থোল্লি।
নিংজবা অশাওবনা বক্ষ আচ্ছাদ থোল্লি॥১৬৯
মশাগী ফজবা কুঙ্কুম সখী প্রেম্না চন্দন।
নোকপনা কর্পূর অহুম্না হকচাং তৈবা চন্দন॥১৭০
কস্তুরীগুম কৃষ্ণ রসনা মাইকৈ পুম্বা থুংলি।
অদুগুম্বা অঙকপা রসনা থম্মোই অদু থল্লি॥১৭১

---

**টীকা:—**

অদুনা খংদ্রবদি ব্রাহ্মণ্নি হায়দুনসু মঙোন্দা হংলোই অদুনা সার্ব্বভৌমদা হংবদা মানা খংদে হায়বনা মাবু ঐনা থাদোকলগা অখংবা নঙোন্দা হংজবনি।১২৮ মসিদা নহাকনা সন্ন্যাসীনি মাদি অসুম খন্দুনা লৈথোকপিগনু রাধাকৃষ্ণগী তত্ত্বপুম্বা তাকপিদুনা ঐগী পুক্লিংবু পেলহন্বিয়ু।১২৯ বায় রামানন্দদি প্রেমসু লৈবনি বৈষ্ণব ভক্তিসু লৈবনিনা মায়ানা মাবু মাইথিবা পীবা ঙমদ্রবনি অদুনা মহাপ্রভুবু তরংবা ঈশ্বরনি হায়বসে খংলবনি, রামানন্দনা।১৩০ অদুম ওইদুনসু প্রভুনসু মতম মতমগি মতুং ইন্না পুক্লিং ওল্লি চিংনবসু অদুম্মক চিংনৈ।১৩১ অদুম তৌনা রামানন্দনা হায় ঐ অসে হঙ্গি লাইগুর্ম্বনি হংগী থৌরি পাইবনা ইবুঙোনি অসুম্না জগোই শাহনগে খনবীবদো হঙ্গি লাইনা য়াবনিদো।১৩২ ঐগী লৈয়েং বীনা যন্ত্রনি ইবুঙোনা বীনা অদু পাইদুনা খোবিবনি থোকহনগে নিংবা মখোল অদু থোকচবনি বীনা যন্ত্রদি নহাক্না খোংবীবা মখোল অদু তাবিবো।১৩৩ অরেপ্পা অথোইবা পুন্নমক্কি ঈশ্বব হায়বসি

পদঃ-

প্রচ্ছন্ন মান বাম্য ধম্মিল্ল বিন্যাস।
ধীরা ধীরাত্মক গুণ অঙ্গে পটবাস।।১৭২
রাগতাম্বুল রাগে অধর উজ্জ্বল।
প্রেম কৌটিল্য নেত্র যুগলে কজ্জল।।১৭৩

পদ অর্থঃ-

শাওবা লোৎপা থম্মোই খোয়বা শমজি হুক ওইদুনা।
কপ্তুনা চৈবনা ওইরি ইন্নফি ইন্দুনা।।১৭২
অনুরাগনা পান্নচাবা চিনবান ঙাংবা ওইদেদো।
মানগী অখোয়বা ভাবতুনা মীত্তা কাজ্জ্বলনিদো।।১৭৩

---

টীকা:—

শ্রীকৃষ্ণনি হেক লৈরিবা মরম পুম্নমক্কি অথোইবা মবমনি অবতার পুম্নমক মঙোন্দগী পুথোকখিবনি মঙোন্দা অমুকসু তিনফমনি ব্রহ্মাণ্ড ময়াম মপান নাইদ্রবা বৈকুণ্ঠ পুম্নমক্কিসু তুংনফমনি।১৩৩-১৩৫ অরেপ্পা অখংবা নুঙাইবা অহুমনা তিনবা ব্রজনিংথৌগী মচা ওইনা অবতার তৌবিরবিবা শ্রীকৃষ্ণসে ঐশ্বর্য্য শক্তি অমদি রস পুম্বনা তিনবনি।১৩৬ মসিগী প্রমান্দি ব্রহ্ম সংহিতাগী ৫শুবা অধ্যায়গব ১বা শ্লোক্তা হায়বি শ্রীকৃষ্ণসে লৈরিব পুম্নমকপু খুদুম চম্বা পুম্নমক্কি মপুসু ওইবনি মহাক্তনা অবেপ্পনি, অরেপ্পা হায়বদি করিগুম্বা লম অমদা খংলগা লম অমদনা খংদবা মদুবু দেশ পরিচ্ছিন্ন কৌই। মদু লৈতবা মফম পুম্বদা ফংবা, কালা পরিচ্ছিন্ন কৌবনা কালেন্দা হৈনৌ ফংলগা নিংথমথাদা ফংদবা, পোৎকি পরিচ্ছিন কৌবনা চিনীগী অথুম্বা মহাও থুমদা লৈতব মসিনি অসিগুম্বা পরিচ্ছিন্নাসিং অসি লৈতবা, মতম্না পোৎশক্কা শম্না খাইদোকপা য়াদবা অসিবু সৎ কৌই অরেপ্পা। সৎকাল বস্তু দেশাদ্য পরিচ্ছিন্নং, চিৎস্ব প্রকাশং,আনন্দশ্চা তুল্যাতিশায় সুখং- গোং তাপীনি শ্রুতি পূর্ব্ববাঅং।। মতম্না, পোৎ মশক্কা, অমনসু খাইদোকপা য়াদবা অদুবু সৎ কৌই। চিৎ "স্ব প্রকাশত্বেনা পর প্রকাশকত্বং" মানা ফোংদোকপনা অতোপ্পবুসু ফোংহনবা, আনন্দ নুঙাইব হায়বদি চাংতম্নিংঙাইতনা নুঙাইবা। মসিসু গোপাল শ্রুতিনা হায় পূর্ব্ব বিভাগকি শ্লোক৩৪ টিকাদা বিশ্বেশ্বর টিকাদা ইরি "ত্বং বিশুদ্ধ পদাত্ম কং একং স জাতীয় বিজাতীয় স্বগত ভেদ রহিতং সাচ্চিদানন্দ পদাত্মকং স্বরূপং" (ভেদ) খেন্নবা অহুম লৈতবা হায়বদি জাত তিন্নবদা, তিন্নদব্দা মশা মতোমদা খেন্নবা লৈতবা, থৈবোং

**পদঃ-**

সূদ্দীপ্ত সাত্ত্বিক ভাব, হর্ষাদি সঞ্চারী।
এই সবভাব ভূষণ সব অঙ্গে ভরি॥১৭৪

**পদ অর্থঃ-**

সূদ্দীপ্ত সাত্ত্বিক ভাব, হর্ষ সঞ্চরীনা।
হকচাংদা থল্লি লৈতেংবা ভাব পুম্বা অসিনা॥১৭৪

---

**টীকা:—**

পাম্বীগা হৈনৌ পাম্বীগা খেন্নবা, জাতি তিন্নবগী মান্নদবনি, উচেক্কা উ পাম্বীগা মান্নদবনা জাতী তোঙানবগী খেন্নবনি, মশা মতোমতদা মান্নদবা খেন্নবনা পাম্বী অমগী মনা মশা মপাম্বী মবা মহৈ অমসুং মপাল পুম্বা অসি অমত্তা মান্নদে, অসুম্না খেন্নবা মখল অহুম অহুম অসি লৈতববু সৎৱ অরেপ্পা কৌই। মতম অহুমৱ হৌগ্লবা লোইরবা ওইরক্কদবা অহুম অসিদা লেংদনা লৈবা, মসিদা ন্যায় শাস্ত্রনা হায়বনা "ভাব" "অভাব" অনি থোকই লৈবা হায়বা অমা লৈতবা হায়বা অমা, লৈতবা হায়বা অসিসু মখল অনি থোকই, মদুদি সংসর্গ তিন্নখ্রগা মহৈ মহৈ লৈনদবা সংসর্গ অসিসু মখল অহুমনি হায়রি প্রাক হান্নদগি, অত্যন্ত মশাদা সুকলৈ লৈতবা, প্রধবংশ কাইখ্রগা লৈতবা খুদমদি চফু হান্নদগী লৈরক্তে শাক হৌবদা লৈতবা অরোইবা নাইবনি শাক হেক লোইখিবদা খমগ্রে মসিসু অভাব কৌই,। প্রধবংশ অভাবনা চফু অদু হেক থুগাইবদা অভাব হৌরে লোইবদি নৎত্রি মসিবুনা প্রংধবশনি অত্যন্ত অভাবনা মৈদা অঈংবগি শরুপ শুকলৈমক লৈতে মৈ অদু হেক মুটখিবদা মৈদা অইংবা লৈতবদু মাংগ্রে, অন্যোন্য অভাবনা চফু হায়বসি ফি নত্তে ফিগী খেন্নবা অদু চফুদা লৈ চফু মাংখ্রবদি খেন্নবা অদুসু মাংগ্রে মসিবুনা অন্যোন্য অভাব কৌই। মরম অসিনা লমনা, পোৎনা, মতমনা খাইদোকপা য়াদবা ভেদ অহুমসু লৈতবা অভাব মরিসু লৈতবা মতম অহুম্মক্তা লেংদনা লৈবা অদুবু (সৎ) অরেপ্পা কৌই। 'আনন্দ' নুঙাইবা (অতুল্যাতিশয় সুখ) করিগুম্বা অমা চাংদম্নিঙাই লৈতনা নুঙাইবা, মসিবুনা তৈত্তিরীয়োপষদকি ব্রহ্মানন্দ বল্লিগি ৮শুবা অনুবাক্কি মনুংদা আনন্দ অসি বিচার তৌরি (সৈষা আনন্দস্য মীমাংসা ভবতি যুবাস্যাৎ সাধু, যুবাধ্যায়ক অশিষ্টো দ্রঢিষ্টো বলিষ্ঠো স্তস্যেয়ং পৃথিবী সর্ববা বিত্তস্য পূর্ণাস্যাৎ স একো মনুষ আনন্দ:) অসিগী অর্থদিদ্মা মথোৎ কাবকপা ইনখৎলকপা পাখং মশা মউ য়াম্না ফবা, বেদ পুম্বা নিংথিনা তমলদুনা হৈবা, করিগুম্বদা নিংবা কাইবা লৈতবা, পাঙ্গনসু কনবা, পৃথিবী পুম্বগি লন থুমনা থল্লা লৈবা মী অমগী নুঙাইব অদো মীওইবগি নুঙাইবনি। অসিগুম্বা নুঙাইবা শরুক চাম্ম অদুমক মানুষগন্ধর্ববগী নুঙাইবনি মসিগী শরুক চাম্মনা দেব গান্ধর্ববগীনি, অসুম্না মথং মথং শরুক চাম্ম চাম্মা হেনগত্তুনা পিতৃশিং,দেবতাশিং, অদুদগি

**পদ।**

কিল কিঞ্চিতাদি ভাব বিংশতি ভুষিত।
গুণশ্রেণী পুষ্প মালা সর্ববাঙ্গেপূরিত ॥ ১৭৫

**পদ অর্থঃ-**

কিলকিঞ্চিতনা চিংলবা লৈতেংবা ভাব কুন্নি।
গুনসিংনা লৈ পরেং ওইনা হকচাঙ্গি লৈতেংনি ॥ ১৭৫

---

টীকা:—

ইন্দ্র, বৃহস্পতি, প্রজাপতি, ব্রহ্মা, ফাওবগি নুঙাইবদা ওই, ব্রহ্মাগী নুঙাইবা অদুমক পরমানন্দ হায়বা নুঙাইবগিদি (মাত্রা) লেস অমত্তনি, শ্রীকৃষ্ণনা নুঙাইরীবা অসিনা পরমানন্দ অদুমক্নি। অসিগুম্বা নুঙাইবা, অখংবা, অরেপ্পা অসিনা মাগি মূর্ত্তি ওইবা, মহাক্কি অতৌবা লৈতে, পুম্নমক্কগি মাতনা অহানবনি, মাগি মীংবু গোবিন্দ কৌই মসিগী অর্থ 'গো' হায়বসিগী অর্থ য়াম্না য়াম্মি শলবু হেক্তা খংনবনা অভিধাবৃত্তিনি, মঙানবুসু, পৃথিবী, জীব, শক্তি অসিতা নত্তে সম্না খুদম ওইনা পনবতনি পুম্ন মক অদুবু (বিন্দয়তি) ঙাকই হায়বনি অসিগুম্বা শ্রীকৃষ্ণ অসি মরম পুম্নমক্কিসু মবমনি মহাক্কা বৃন্দাবন দা 'অপ্রাকৃত' মাযাগা মবি মতেং লৌদবা লৈতবা, মাবু (চিন্ময়) থম্মোইতগী ওইবনি অদুনা থাজবা থাজদবা অনি থোক্কা খাইরিবনি, অনি অসিনি ঈশ্বর দর্শনগি অহানবা য়ুম্নফম নৈনফম, (নবীন) মতম পুম্বদা অনৌবা অরেপ্পা, অহোংবা নাইদবা নৌদুনতা লৈবা মহাক্কি, মদন অদুম্না মায়াই কাববু পোকহনবা, অদুগুম্না অপাম্বুবুসু পোকহনবা, অদুনা কাম কৌইং নিংবগী কল্লবা পাঙ্গনবু পোকহন্দুনা থম্মোইদা নুঙাইবগী ময়াই কাহম্ববু পোকহনবা, অদুবু মদন কৌই। হকচাং পুক্লিংদা অপাম্বা পোকহল্লিবা অদুবুনা অচম্বা অপাম্বা কৌই মাবুনা কামদেব হায়না মিংথোল্লি, চমদ্রবা জ্ঞানগি পোং অদুবু অমসুং মাগি ভক্তিসেবা অদুতবু ফংনিংবা মদুদসু ঐ ঈশাগি নুঙাইগনি খন্দবা মাতগী নুঙাইহনবা খনবা অদুবুনি অপ্রাকৃতকাম মদুবু মদনসু হায়না কৌই,। শ্রীকৃষ্ণগী সৌন্দর্য্য মাধুর্য্যনচিংবাগ মহাও অদুনা মী অদুগী থম্মোইদা কাওবা লৈতনা নিংশিংদুনতা লৈ মদুনা সেবা তৌনবগি থৌনা পাঙ্গনবু তৎতনা হেনগৎহল্লি, হৌজিক্তা উম্বনদো অমুকসু হেক্তা উনিংঙি, উদুনা লৈরিবা অদুমক্তদসু উনিংবদু খক মাংখিদে, অদুনা মাবু অপ্রাকৃত নবীন মদন কৌই শ্রীবৃন্দাবন্দা লৈবনা। তৌইগুম্বসুং অদুম ওইবা মাবু মায়ানা ঙমদুনা শুদ্ধংলবা জীবগী থম্মোইনর্দি মাবু কাওথোকই, মরম অসিনা জীব খুদিংনা মাবু নিংবা হায়বসে তঙাই ফদ্রবা থবক্কি মদু করিনা কমদৌনা নিঙ্গদগে হায়বদু রামানন্দনা হায়রি (কাম বীজ কাম গায়ত্রী) অসিনচিংবনা। কামবীজ চমদ্রবা কামদেব শ্রীকৃষ্ণ নিংনবা (বীজ)নি মরুনি

পদঃ-

সৌভাগ্য তিলক চারু ললাটে উজ্জ্বল।
প্রেম বৈচিত্ত্য রত্ন হৃদয়ে তরল॥১৭৬
মধ্য বয়ঃ স্থিতি, সখী স্কন্ধেকর ন্যাস।
কৃষ্ণলীলা মনোবৃত্তি সখী আশপাশ॥১৭৭
নিজাঙ্গ সৌরভালয়ে গর্ব্বপর্য্যঙ্ক।
তাতে বসি আছে সদা চিন্তে কৃষ্ণ সঙ্গ॥১৭৮
কৃষ্ণ নাম গুণ যশ অবতংস কানে।
কৃষ্ণ নাম গুণ যশ প্রবাহ্ বচনে॥১৭৯

পদ অর্থ ঃ-

লাইবক ফবা চন্দন ওইনা লাইবক্তুদা ঙাল্লি।
উনা উদবা ৱাখন্না ঙক্তা লিকপু থোল্লি॥১৭৬
অনৌবা যোবন্নি সখী লেংবান্দা খুৎহাপ্লি।
কৃষ্ণগা লোইনবা লীলা খনবিনা কোইসিল্লি॥১৭৭
হকচাঙ্গি নুংশীবা মনম লাইবক ফবা ফিদাদা।
মদুদা ফমদুনা খল্লি কৃষ্ণ লোয়নবদা॥১৭৮
কৃষ্ণ নাম্ গুণ মিংচৎতনা নাচোম থোল্লি নাদা।
কৃষ্ণ নাম গুণ মিংচৎতনা ৱাঙাং ওই লৈয়েংদা॥১৭৯

টীকা:।-

কামগায়ত্রীসু মাগি (উপাসনা) নিংনবগি গায়ত্রীনি "গায়ন্তং তায়তে যস্মাৎ গায়ত্রী ত্বং ৩তঃ দেহস্মৃতঃ" মীওইবা মানা শক্লগা সোল্লগা মদুনা মবম ওইদুনা মায়াদগী নাম্বোকলগা মাগি সেবা য়াবা হকচাং ওইহনবি মরম অদুদগী মাবু গায়ত্রী কৌবনি। গায়ত্রীগী অর্থদিৱ২।২১।গী ১২৫-৩৪

**পদঃ-**

কৃষ্ণকে করায় শ্যাম রস মধু পান।
নিরন্তর পূর্ণ করে কৃষ্ণের সর্বব কাম।।১৮০
কৃষ্ণের বিশুদ্ধ প্রেম রত্নের অকার।
অনুপম গুণগণ পূর্ণকলেবর।।১৮১

**পদ অর্থঃ-**

কৃষ্ণবু শৃঙ্গার রস পিথকই অমৃত।
তৎতনা থুংহল্লি নিংবা অপুন্বা অদুত।।১৮০
কৃষ্ণগী সেংলবা প্রেমগি রতনগি মশক্লি।
চাংদম্লিঙাই লৈতবা গুণগি মপৈনা তিনবনি।।১৮১

তথাহি গোবিন্দ লীলা মৃতে১১ সর্গে ১২২শ্লোকঃ
কাকৃষ্ণস্য প্রণয়জনিভুঃ শ্রীমতীরাধিকৈকা।
কাস্যপ্রেয়স্য নুপমগুণা রাদিকৈকা ন চান্যা।।১৮২
জৈহ্ম্যং কেশেদৃশি তরলতা নিষ্টুরত্বং কুচেহস্যাঃ।
বাঞ্ছাপূর্ত্যৈ প্রভবতি হরেঃ রাধিকৈকা ন চান্যা।।১৮২

**শ্লোকী অর্থঃ**

কৃষ্ণগী প্রেম পোকফম লৈমাই কনানো রাধানি।
মাগী চান্নবি কনানো চাংদমনিঙাই লৈতবি রাধানি।।১৮২
শমদা খোইবা মিৎ তথকপা স্তন্দনা অকন্বা
অনিংবা থুংহল্লি কৃষ্ণগী লৈতে রাধা নত্তবা।।১৮২

**অন্বয়ঃ** ।- কৃষ্ণস্য (শ্রীকৃষ্ণগী) প্রনয় জনিভঃ (প্রেমগী পোকনফম ওইবা লৈমাইদা) কা

(কনানো)? একা (অমত্তা ওইরবি) শ্রীমতিরাধিকা (শ্রীমতি রাধিকাতনি) অস্য (শ্রীকৃষ্ণগি) প্রেয়সী (চান্নথোইরবিনা) কা (কনানো)? অনুপমগুনা (চাংদম্নিঙাই লৈতবা গুণ্না তিন্নরি) একা রাধিকা (রাধিকা মা মতোমতনি) নচঅন্যা (অতোপ্পী কনা অমত্তা লৈতে) অস্যা (অসিগুম্বী রাধাগি) কেশে (শমদা) জৈক্ষাং (অখোইবা) দৃশি (মিৎয়েংদা) তরলতা (তথক তথকপা) কুচে স্তনে (থবাক্কী মাইয়োক্তা) নিষ্টুরত্বং (অকন্বা ওইবি) একা (অমত্তা ওইবি) বাধিকা (রাধিকানা) হেবং (শ্রীকৃষ্ণগী) বাঞ্ছা পূর্ত্তৈ (অনিংবা পুম্নবু থুংহল্লি) প্রভবতি (ঙমলিবিনি) ন চ অন্যা (অতোপ্পা কনা অমত্তা লৈতে)।।১৮২

---

## টীকা:--

ফাওবগি ত্রিপদী পায়াব য়েঙো (কামবীজদিক্লী হায়বা অসিনি) কব্লবঈব্ব অসিগুম্বা মযেকসিং অসিনা তিনবনি, মসিগী মরমদা বৃহদ গৌতমীয় তন্ত্রদা হায়রি- "ক কার পরেম পুরুষ কৃষ্ণ সচ্চিদানন্দ বিগ্রহঃ ল শ্চা নন্দাত্মক: ঈকাব প্রকৃতি রাধা নিত্য বৃন্দাবনেশ্বরী চুম্বনানন্দ মাধুর্য্যং নাদ বিন্দু সমীবিতম।" (চুম্বনাশ্লেশ বিন্দুনাশ্চসমন্বিতং) ক গী অর্থনা- অথোইবা পুরুষ ওইবা অবেপ্পা, অখংবা নুঙাইবাতনা মূর্ত্তি ওইবা শ্রীকৃষ্ণবু হায়বনি, ল গী অর্থনা নুঙাইবতনা আত্মা অনিগী খাইদোকপগি অব্বাবা লৈতবা, ঈ গী অর্থনা অরেপ্পা বৃন্দাবনগী মবেম্মা, অথোইবী অচাম্বী পুম্নমক্কি কোক্কী লৈতেং ওইবী, শক্তি পুম্নমক্তগি মাগী শক্তিনা পুমহেন হেন্বী রাধাবু হায়, ঁনাদ বিন্দুগী অর্থনা শ্রীবাধা গোবিন্দগী মহৈ মহৈ খেন্নদবা মতৌ উত্তুনা মান্নবদা মশা অমতনি হাযদুনা চপ্পা কোন্নবা হায়বদি রস রাজ মহাভাব অনিপুনবা হায়বনি। মসিদা খংলে কামবীজদগী স্বয়ং ওইনবা সাধন্তৌবনি লীলা পুরুষদগী মসিদা অহানবদা লীলা পুরুষবু হান্ননা উরগা স্বয়ং ফংনবা হোৎনগনি হায়বা নিংবাগি পন্থাং অনিশুবসু তাকলে। মসিদা শ্রুতিগী ব্রাফম অমনা- "ক্লীমোঙ্কার স্যৈ কত্ত্বং পঠ্যতে ব্রহ্মবাদিভিঃ" গোপাল তাপীনি উঃ৫৯দা ওঁ কাব অমদি ক্লী অনি অসি তোঙান্দে মশা অমতনি হায়না ব্রহ্ম খংবসিংনা হাযবি। বৃহদেগীতমীয তন্ত্রনা হাযবনা "ক্লীমোঙ্কারাদ সৃজাদ বিশ্বমিতি প্রাহ শ্রুতেঃ শিরঃ। ক্লীঁনে ওঁকাবদগীসু ভগবান্না জগৎ অসিবু সেম্মি হাযনা হায়রি শ্রুতি কোক্না- হায়বদী ক্লীঁদগীসু জগৎ সেম্মি অনি অসি মশা অমত্তনি। মরম অসিনা কামবীজগা ওঁকাব প্রনবকা অনি অসি তোঙান্দ্রবনি হায়না লেপ্পবদা প্রনবতগী ওইববা ক্লীঁদগী ওইববা করিগীদমক কামবীজতা হাযবনো হংবা যাবা ব্রাহংনি চম্না খুমলগনা মশা অমত্তনিনা অমা হাযরগ লোইরেদনা। অর্থ লৈনা খুমলগাদ কামবীজদগী শ্রীবাধা গোবিন্দগী অথোইবা যুগল মূর্ত্তি ওইবা অপ্রাকৃত্ত নবীনমদন ওইবা শকপু কুপসিন খুমজিন্দনা পুথোকই হায়দুনা কামবীজবু প্রনবগী রস আত্মাগী মশকনি হায়না লেপকনি। অসিগুম্না বৈদিক গায়ত্রীগীসু বস আত্মানি কামগায়ত্রী। মসিদা অঙকপা ব্রাফমদি নন্দ যশোদা অনিগী য়োকপা থাকপা ঙাকশেনবা, থৌজান্বা ব্রারক ব্রাতেম্বা মতিক চাবা মচানি হাযবা শ্রীকৃষ্ণসে ঐ শ্বর্য্য-শক্তি-রস পুম্নমক্না মপুং ফানা থৌগন তৌবনি অদুবু নন্দ যশেদাগী নুংশীবগী মশক অঙাং ওইবা মূর্ত্তি ওইদুনা লৈবিবসে স্বয়ং ভগবান অদুনি। অদুবু স্বয়ংভগবানগী জ্ঞান অদু মচানি খনবা ব্রাখলগী মনুংদা চংদুনা লোত্তুনা অদুম্মক লৈখি, লীলা শক্তিগী গুণ অদুনা মহাক মশামক্রুসূ ঐ ভগবান্নি হায়না খন্দে।

**পদঃ-**

যাঁহার সৌভাগ্য-গুণ বাঞ্ছে সত্য ভামা।।
যাঁর ঠাঁই কলাবিলাস শিখেব্রজরামা।। ১৮৩
যাঁর সৌন্দর্য্য গুণ বাঞ্ছে লক্ষ্মী পার্ব্বতী।
যাঁর পতি ব্রতা ধর্ম্ম বাঞ্ছে অরুন্ধতী।। ১৮৪
যাঁর সদগুণ গনের কৃষ্ণ নাপান পার।
তাঁর গুণগনিবে কেমনে জীব ছার।। ১৮৫
প্রভু কহে জানিল রাধা কৃষ্ণ প্রেম তত্ত্ব।
শুনিতে চাহয়ে দোঁহার বিলাস- মহত্ত্ব।। ১৮৬

**পদ অর্থ ঃ**

মাগুম লাইবক ফবদুবু সত্য ভামানা পাম্মি।
মঙোন্দগী সান্নবা কলাবু গোপীনা তম্মি।। ১৮৩
মাগী লাইবক ফবা গুণ পাম্মি লক্ষ্মী পার্ব্বতীনা।
মাগী সতী ধর্ম্ম পামি সতী অরুন্ধতীনা।। ১৮৪
মাগী অরেপ্পা গুনসিংবু খংদেদো কৃষ্ণনা।
মাগি গুনবু করম হায়গনি তোল্লবা জীবনা।। ১৮৫
প্রভুনা হায় খংলে রাধা কৃষ্ণ প্রেম তত্ত্ববু।
তানিংঙি অনিগী সান্নবা লীলাগী তত্ত্ববু।। ১৮৬
রায়না হায় কৃষ্ণনা ওইদো ধীর ললিতবু।
তৎতনা কামগী লীলাবু মচৎনি সান্নববু।। ১৮৭

টীকা:-

শ্রীকৃষ্ণগী ঐশ্বর্য্য শক্তি খক্তনা লোইনা তেংনা মাধুর্য্যনচিংবা ফোংদোকপবু পূর্ণতোম কৌই হায়বনিনা বৃন্দাবন্দদি পূর্ণতোম কৃষ্ণনি। অদুবু ঐশ্বর্য্য শক্তি পুম্বদো মাধুর্য্যগী মনুংদা লোত্তুনা অদুম্মক লৈবনি। মফম অতৈদনা ঐশ্বর্য্য শক্তিগী মনুংদা মাধুর্য্যনা লোত্তুনা লৈবনি। মসিনি ওঁ কাব ক্লীঁ অনি থোকপদা কামবীজতা হায়বা রামানন্দগী পাউখুমগী অচেৎপা অর্থ। শ্রীকৃষ্ণ রসগি মশক ওইবা মূর্ত্তিনি, যশোদা নাক্তা মতম্পাক্তা লৈরগা আমৃত্ত থকই মচানি হায়দুনা, গোপীগী কান্তা প্রেমগি নাক্তা লৈরগা নবীন কৈশ্বব নটববনি। অদুনা ঐখোয়না নীংবদি মধুব রসনা নিংবা হায়ববনিনা কামগায়ত্রীনা মাবু নিঙ্গনিতা হায়বনি মথক্তা শান্তদগী বাৎসল্য ফাওবা পল্লবসু প্রনব কামবীজ মশা অমত্তা ওইবনা নসবু পুথোকপনি। অদুগুম্বা কামগায়ত্রী কামবীজনা নিংবদা উরীবা মহাক্তি নুপা নুপী অচৎপা চওবা খাইদে পুম্নমক্কি থম্মোইবু চিংশিনবীবা কামদেববু শুক্ষৎপা মহাদেব ফাওববু শুক্ষৎপনি। অপ্রাকৃত নবীন মদনি শ্রীকৃষ্ণগী মাধূর্য্য ওইবা শক অদু উবদা ঙক্তবা লৈতে। মসিবু মদন মোহন কৌই, মদুমক গোবিন্দ লীলা মৃতগী শুক শাবী খৎনবদা শুকনা হায়- "রাধাসঙ্গেযদা ভাতি তদা মদন মোহনঃ" শ্রীমতি রাধিকানা থৌগল তৌরবদতা শ্রীকৃষ্ণ মদন মোহন ওই। অপ্রাকৃত নবীন মদনগী অবোইববু ফোংদোকই, মাধুর্য্যগী (চংখোল্লবা চানবা রসগী) অরোইবা শকফম ফোংদোকপা ওইৎ শ্রীরাধিকাগী মথোইবা পুম্বব্ব ফোংদোকহন্নবা প্রেমগী অসিগুম্বা মশক্কি মরম অদুনা মাধুর্য্য পুম্বাগ ফোংদোক্লবগি মবমস্ প্রেমগি মর্ত্তি অদুমক্কি। তৌইগুম্বসুং যাম্না চংখোন্না শ্রীকৃষ্ণগী মন্মথ-মদন-মূর্ত্তি অসিনা শ্রীরাধিকাগী প্রেম হায়বদুগী মতিক মঙ্গনবুসু তাকলি। শ্রীকৃষ্ণ "মন্মথরমন্মথ" হায়বসিমক শ্রীমদ্ভাগবতনা প্রমান্নি "তাসা মাবিবভুৎ সৌরি" রাসমণ্ডোন্দগী শ্রীকৃষ্ণ মাংখ্রবদা গোপীনা থিবা কংদ্রবাগ তুংদা যমুনা পুলিন্দা অমুক লাক্তুনা (পুলিন জলান্তরোত্থিতং পুলিনং) (শৈকতমং) পুলিন হায়বনা ঈশং মনুংদগী ফাওবকপা কংফাল ঈথৎপু হায় তুরেনগী মপানবুনা শৈকতম শব্দগী অর্থনি, অদু গোপী পুম্বনা কৃষ্ণ লেঙকুবা কপ্তুনা লৌখি মতম অদুদা গোপী পুম্বাগ প্রেম অদু উরদুনা মথোই শম্বগী মমাংদা অব্রাবা কোকহনগে হায়দুনা ঙক্তা ম্লাফিগেনা মরাল লৈরবা মীওইগুম্না যেত্তুনা তারকপা ফিদোন খুৎনা পায়দুনা তরংবা মন্মথ মন্মথ ওইদুনা ফাওখি হায়বা শ্লোক্লা প্রমান্নি। মসিদা হায়রিবা মন্মথ মন্মথ মসিগী অর্থদা ভগবানগি ব্যুহমরিগী মনুং চনবা প্রদ্যুম্না অসি অপ্রাকৃত মন্মথ অমদি মদন কৌই, দ্বারকা ব্যুহ্ মরিগি মনুং চনবা প্রদ্যুম্নানা অতোপ্পা মফম পুম্বদা লৈবা ব্যুহমরমক্কি নকনি অদুনা দ্বাবকাদা লৈবা প্রদ্যুম্নবু মুল অপ্রাকৃত মন্মথ কৌই। ব্রজনিংথৌগী মচা ওইবা কৃষ্ণাদ অসিগুম্বা মন্মথ শক্তিগী চংনফম্নি মিৎনা উনবা চংজরিবা শক্তিবু মিৎকি মিৎ হায়নৈ, অসিগুম্না শ্রীকৃষ্ণবু মন্মথ মন্মথ হায়দুনা ব্যাসদেবনা ইবনি। প্রদ্যুম্নাগী মশক অপ্রাকৃত মন্মথগী থম্মোই পুম্বব্ গুক্ষৎপা শক্তি সমুদ্রগুম্বনি, মসিগী মরিক মচেৎ থজিক্তং ফংজবদাগ কামদেবনা ঙকহনবাগ শক্তি লৈবনি। তবংবা হায়বা (সাক্ষাৎ) শব্দগী অর্থদি প্রদ্যুম্নাবু খংহনবনি, অচম্বা কামদেববু নত্তে। মরমদি অচম্বা কামদেববু তরংবা হায়বা যাদে মাদি প্রদ্যুম্নাগি শক্তি মচেৎ অমত্তং ফংজবনী (প্রাকৃত) অচম্বা

তথাহি ভক্তিরসামৃত সিন্ধৌ দক্ষিন বিভানো বিভাব লহর্যাং ১১৫ শ্লোকঃ-

বিদগ্ধো নবতারুণ্যঃ পরি হাসৱবিশারদঃ।
নিশ্চিন্তোধীর ললিতঃ স্যাৎ প্রায়ঃ প্রেয়সীবশঃ।।১৮৮

## শ্লোক অর্থঃ

ফজবা মথোৎ কারকপা লক্রবদা হৈবা।
চিন্তা লৈতবা চানবিব ওস্বা ধীর ললিত কৌই।।১৮৮

**অন্বয়ঃ**।- বিদগ্ধো (অফুইবা ফজদুনতা লৈবা নবতারুণ্য (নৌনা মথোৎ কারকপা ওইবা) পবিহাস বিশাবদঃ (মীবু লংনবদা হৈশিংবা) নিশ্চিন্তঃ (চিন্তা অৱাবা খল্লুবদা) প্রায়ঃ (চংখোন্না) প্রেয়সীবশঃ (অচানবীনা খুদুম চন্দুনা থস্বা)মদুবু ধীরললিতঃ স্যাৎ (ধীব ললিত কৌই) ১৮৮।।

---

টীকা:—

মায়াগী মপোৎ ওইবা জগৎপু শুদ্ধৎপা ওস্বনি, অদুনা তরংবা সাক্ষাৎ হায়বা য়াদে। তৌইগুম্বসুং (অপ্রাকৃতধাম) চমদ্রবা মফমদদি কামদেবগি শক্তি পুথোক্তুনা থবক তৌবা য়াদে থবক তৌবদি লাইবদুনা মফম অদুদদি চংবা ফাওবা ঙমদে। অদুনা মন্মথ শব্দগী যৌগিক বৃত্তিনা মন্মথ মন্মথ শব্দনা প্রদ্যুম্নগি মশক মন্মথ পুম্বগী থম্মোই লাংতকনহম্বা ওস্বা গুনবু ফোংদোকই। শ্রীকৃষ্ণবু বর্সাগ মশক্তি হায়বদো উৎলি। বসতত্ত্ব (অরেপ্পা রস মখৈ) হায়ু প্রভুনা হংখি মদুগী পাউখুমদি শান্ত, দাস্য, নচিংবা ভাব মযাম্নি ভাব খুদিঙ্গি ভক্তশিঙ্গি মতৌ মহাও তরানিথোই হাস্য, অদ্ভুতনচিংবা তরেৎকা মদুদা তরেৎনা অৱাৎপা রসনি অথোইবনা মঙানি মর্সিগি ছন্দোকপদি ২।১৯।১৮৪ৱ৮৭ পাযাবদা লৈবনা মতাং অদুদা য়েঙু। শ্রীকৃষ্ণ বস তবানিথোইগী বিষয়নি অমদি চংনফমনি। শান্তনচিংবা রর্সাগ ভক্তসিংনা মতম অদুদা মা মাগি ভাবকি মতুং ইন্না সেবানা মরম ওইদুনা মহাকপু শান্তনচিংবা বস আস্বাদন্তৌহল্লি, মরম অদুনা মতম অদুদা মহাক্লা রস পুম্বগী বিষয় ওই, অমুক্লা শ্রীকৃষ্ণনা মতম অদুদা মতিক চাবা থবক্লা মরম ওইদুনা মখোয়পুম্বদা শান্তনচিংবা ভাবকী ভক্ত পুম্বগী মা মাগি ভাবগি মতুং ইন্না রসপু চার্হল্ল মতম অদুদা কৃষ্ণ মানা অদুগুম্বা রস পুম্বগি চংনফমসু তুংনফমসু ওই। শান্নবদা সখানা কৃষ্ণবু নঙ্কন্দা তোংর্হল্লি, করিগুম্বা উহৈ হেক্রুগা চিক্তুনা য়েংলগা খ্বাইদগী হাউই খংলবদু কৃষ্ণদা ইন্দুনা পিজৈ মদুদনা শ্রীকৃষ্ণসে রসগি আশ্রয় ওই, অদুগা কৃষ্ণনা মখোয়দা অমুক হন্না ইনবি পিজৈ মদুদনা বিষয় ওই, মদুগী প্রমান্দি শ্রীরূপ গোস্বামীনা ভক্তি বসামৃত সিন্ধুগী অহাম্বা মঙ্গাচবন্দা ইদুনা থস্বীরিম্মি অয়াম্বা বস অমৃতগী চংনকম তুংনফম নি হায়না, হায়বিবা শ্লোক্কি মনুংদা "বিধুর্জয়তি" কৃষ্ণগী মশক ওইবা থানা জয় ওইবি। মসিদা "বিধু" শব্দগী অর্থদা থা হায়দদুনা বিধুনোতি খণ্ডয়তি সর্ববদুখং

**পদঃ-**

রাত্রি- দিন কুঞ্জ ক্রীড়া করে রাধা সঙ্গে।
কৈশোর বয়স সফল কৈল ক্রীড়া রঙ্গে।।১৮৯

**পদ অর্থঃ-**

অহিং নুংথিল শান্নরি রাধাগা লোইননা।
কৈশোরবু মহৈ য়ালহল্লি নুঙাইনা শান্নদুনা।১৮৯

তথাহি ভক্তিরসামৃত সিন্ধৌ দক্ষিণ বিভাগেবিভাব লহর্য্যাং ১২৪ শ্লোকঃ-

বাচা সুচিত শর্ব্বরী রতি কলা প্রাগল ভ্যায়া রাধিকাং
ব্রীড়া কুঞ্চিত লোচনাং বির চয়ন্নগ্রে সখী নামসৌ।
তদ্বক্ষোরুহ চিত্রকেলি মকরী পাণ্ডিত্য পারং গতঃ
কৈশোরং সফলীকরোতি কলয়ন্ কুঞ্জে বিহারং হরিঃ।।১৯০

---

টীকা:-

অতিক্রমতি সর্ববঞ্চেতি। যদ্বা বিদধাতি করোতি সর্বসুখং সর্ববঞ্চ ইতি (শ্রীজীব)মহাক্লা অরাবা পুম্বা মাংহল্লি (ককথংলি) পুম্নমক্তগীসু হেন্দোকই। অমদি পুম্নমক্তগী মানা হেন্দোকই মানা নুঙাইবা পুম্বব্র থোকহল্লি পুম্নমক মাতনা তৌই মবম অদুনা বিধু হায়বনি শ্রীজীবী টীকানা, হায়রিবা অর্থ পুম্বা কৃষ্ণতবুনি। হিংচাবা পুম্বব্র মুক্তি পিদুনা সংসারগী অরাবা কোকহনখি, মাগ তৌবা ওম্বা শাক্তিগি নাক্তা তৌবা ওম্বা শক্তি পুম্বনা মাইথি, অথোইবা মাগি বিষয়দগিতা ওইবা প্রেমসুখ পিদুনা পুম্ন মকপু অথোইবা নুংঙাইবা সমুদ্রদা লুপহল্লি হায়রিবা অর্থ অসি মীরম্বেন্দা খজিক খজিক থাদসু ওইবা য়াবা অর্থ লৈ। থানা অহিংগী অমম্বা নুংশাগি মৈশা কোকহল্লি। অদুনা থাম্ভকৃষ্ণ উপমা তৌবনি। থাদতা পুরগা (তারকা) থরামিচাক (পালি) মপৈ (শ্যাম) অহিং (ললিত) সান্নবা (রাধা) বিশাখা নক্ষত্র অসুম্না লৌই শ্রীজীবনা। মসিগী শ্লোক্কি অর্থ অসিদা বিশেষন অহুমনি অমনা তাবকা পালিকা, অনিসুবনা ললিতা শ্যামা অহুমশুবনা বাধা মসি গোপী পুম্নমক্তা অহুমথোক্লা খায়বনি।১৩।৪২ মদু ওইরসনু শ্রীকৃষ্ণবু মূর্ত্তি পাল্লবা শৃঙ্গার বসনি হায়রে। মখোয়গি থম্মোই মনুংদা শৃঙ্গাব রসতবু খন্দুনতা লৈ, মখোয় পুম্বনা শ্রীকৃষ্ণদা থল্লাই হকচাং পুম্নমক কৎথোক্লুনা মাগি

## শ্লোক অর্থঃ-

অহিংদা রতি কলাগি থৌনা ফববু য়াথংনা
ফোংদোকপদা ইকাইদুনা পিশুম খোইনা
য়েংলিবি রাধাগী মায়োক্তা পত্রাবলি য়েক্কুনা,
হৈবগী মতৌ উত্তুনা কুঞ্জদা শান্নদুনা
কৈশোরগী ফিভম্বু মহৈ য়ালহল্লি শ্রীহরিনা ॥১৯০

**অন্বয়ঃ।-** সখীনাম অগ্রে (সখীসিঙ্গি মমাংদা) সূচিত শর্ব্বরী রতিকালা (ফোংদোক্কুনা অহিঙ্গি রতি লীলাদা) প্রাগলভ্যয়াবাচা (য়াথংনা থৌনা ফববু হায়বা তাবদা) রাদিকাং ব্রিডা কুঞ্চিত লোচনাং বিবচয়ন্ (শ্রীরাধিকাবু ইকাইবা মিৎকুপ্পা পিশুম সুকপনা চিংবনা তৌদুনা) তদ্বক্ষোরুহ চিত্রকেলি মকরী পণ্ডিত্য পারংগতঃ (মাগী মায়োক্তা পত্রাবলীনচিংবা ঙাকিয়োম মকব য়েকপদা হৈসিংববু ফোংদোক্কুনা) অসৌ হরিঃ কুঞ্জে বিহারংগ্র কলয়ন (অসিগুম্বা হরি ঃ না কুঞ্জদা সান্নদুনা) কৈশোরং ফকলি করোতি (কৈশোরগী ফিভমবু মহৈ য়ালহল্লি)১৯০

---

**টীকা:।-**

সেবাবু খৌরাংদুনতা লৈ, খোদোকপদি শ্রীকৃষ্ণ মশাফাওবা মাগি শৃঙ্গার রস রাজগি মূর্ত্তিদা পুক্রিং চংঙি, মাসি মখাদা লাক্কদবা ৱাফমনি। মধুর রতিদা শান্ত, দাস্যনা চিংবা রতি পুম্নগী গুনসু লৈ হায়দুনা মধুর রসবু রসরাজ হায়বনি। শৃঙ্গার মধুর মশা অমত্তনি অদুনা রস পুম্বনা মাগি মনাক্তা লৈ। প্রমান্দি নিংথৌগী মনাক্তা প্রজা মীয়াম লৈ মীয়ামগী মরক্তা নিংথৌ অদুতমক নিংথৌনি। মধুর রসনা অদুম্মক নিংথৌনি, মাগি মনাক্তা শান্ত হাস্য পুম্নমক অদুম লৈ, শ্রীকৃষ্ণদা রস পুম্নমক লৈবনা ৱাখল তোঙানবা ভক্তসিঙ্গি মাগি মাগি ৱাখলগী মতুং ইন্না রস পুম্না চাবা ফংঙি। অর্মাদি মা মাগি ৱাখলগি মতুং ইন্দুনা শ্রীকৃষ্ণনসু মা মাবু অদুম্মক চিংসিনবা ঙম্মি, অসুম্না পুম্নমাক্ক পুক্রিং হুবি, মদুগী প্রমান্না।১৪৩ শ্রীগীতগোবিন্দ অহাম্বা সর্গ তবামাথোইসুবা শ্লোক্তা হায়রি মসি শ্রীমতি রাধিকানা সখিদা হায়বনি য়েংঙ্ হক্তা! অপেনববু তত্তনা পিনবিবা অদুগুম্না গুন অদুনা অয়াম্বা গোপী পুম্নমকপু নুঙাইহন্দুনা থবো অশংবা পরেংনা তৌবগুম কুচুনা শ্যাম ওইবা মেংলবা হকচাং পুম্বনা প্রেমগী লীলাবু থোকহন্দুনা চিংনবা লৈতনা গোপীসিংনা মখোইগী হকচাং শাথেক শাওং খিৰিক্লা ইবুঙো মাগি হকচাং পুম্নদা সেবা তৌবীবা, রাধা ঐবু থাদোকপনা অপংবাগি মতৌসু ওইরবা শ্রীকৃষ্ণনা বসন্ত - তু অসিদা মার্ত্ত পাল্লবা শৃঙ্গার রসগী মশক ওইদুনা শান্নরি মাসদা তাক্লে শৃঙ্গার মূর্ত্তিনি হায়বদো। ১৪৪ শ্রীকৃষ্ণগী মাধুর্য্যগী শক্তি অসিদা নত্তে নারায়ণ পুম্নগি পুক্রিং হুবি, লক্ষ্মীনচিংবা পুম্নমাক্ক পুক্রিংবুসু

### পদঃ-

প্রভু কহে এহো হয়, আগে কহ আর।
রায় কহে ইহা বই বুদ্ধিগতি নাহি আর।। ১৯১
যেবা প্রেম বিলাস বিবর্ত্ত এক হয়।
তাহা শুনি তোমার সুখ হয়কিনা হয়।। ১৯২
এতকহি আপন কৃতগীত একগাইল।
প্রেমে প্রভু স্বহস্তে তাঁর মুখ অচ্ছাদিল।। ১৯৩

### পদ অর্থঃ-

প্রভুনা হায় মদু ফরে মখা অমা হায়খো।
রায়না হায় মসি নত্তবদি বুদ্ধি শক্তি খমখ্রে।। ১৯১
অদুবু প্রেমবিলাস বিবর্ত্ত অমা লৈরি।
মদু তাবদা প্রভুগী পেন্নি পেল্লোই খংদরে।। ১৯২
অসি হায়রগা মানা সেম্বা ঈশৈ অমা শকখি।
প্রভুনা প্রেমদা খুৎমক্লা মাগী মুখ মেনখি।। ১৯৩

---

### টীকা:।-

হ্রি, মাসিগী মবমদা পায়ার অসিগী টীকা চক্রবর্ত্তিনা হৈবি "শ্রীঃপ্রেক্ষ্য কৃষ্ণ সৌন্দর্য্যং তবলুব্ধা ততস্তপঃ। কুর্ব্বতীং প্রাহতাং কৃষ্ণঃ কিংতে তপসি কারণম।। বিজি হীর্ষে ত্বয়া গোষ্ঠে গোপী রূপেতি নাব্রবীৎ। তদ্দুর্ল্লভ মিতি প্রোক্তা লক্ষ্মীস্তং পুনরব্রবীৎ। স্বর্ণরেখৈবতে নাথ বস্তু মিচ্ছামি বক্ষসি। এবমস্তিতিসা তসা তদ্রূপাবক্ষসি স্থিতা।। সদা বক্ষঃ স্থল স্থাপি বৈকুণ্ঠে শিভু বিন্দিবা। কৃষ্ণোবঃ "পৃতয়াস্যেব রূপং বিবৃণুতেদুধিকম"।। অর্থ- লক্ষ্মীদেবীনা কৃষ্ণগী সৌন্দর্য্যবু পামদুনা ফংনবা তপ তৌখিং মতম অদুদা শ্রীকৃষ্ণনা মাগি মনাক্তা লাক্তুনা তপ তৌবগি মবম হংখি। মদুদা লক্ষ্মীনা হায় গোপী মবক্তা নত্তাক্কি লীলা সান্নবিবা অদো ঐসু যাওজগে। মদুদা কৃষ্ণনা হায়খি মদুদি ফংবা যাবোই, লক্ষ্মীনা অমুক হন্না হায়খি স্নাগী মযিগ্রুম ইবুঙো নত্তাক্কি থবাক্তা পক্তুনা লৈজগে। কৃষ্ণনা যাবিনদুনা নায় মদুমক লেপ্পা ওইবসনু। মদুদগি হৌনা লক্ষ্মী দেবী স্নাগি মযি ওইদুনা পক্লুনা লৈখ অদুগুম্বী লক্ষ্মী

তথাহি গীতং শ্লোকঃ-

পহি লহি রাগ নয়নঁ ভঙ্গ ভেল।
অনুদিন বাঢ়ল অবধি না গেল ॥১৯৪
না সো রমণ, নাহাম রমণী।
দুঁহু মন মনোভব পেষলজানি ॥১৯৫
এ সখি! সোসব প্রেম কাহিনী।
কানু ঠামে কহবি বিছুরহ জানি ॥১৯৬
না খোজলুঁ দূতী, না খোজলুঁ আন।
দুঁহু কেরি মিলনে মধ্যত পাঁচবাণ ॥১৯৭
অব সোই বিরাগ, তুঁ হুভেলিদূতী।
সুপুরুখ প্রেমকি ঐছন রীতি ॥১৯৮
বৰ্দ্ধনরুদ্র নরাধিপ মান।
রামানন্দ রায় কবি ভাণ ॥

**শ্লোক অর্থঃ-**

অহানবা পূর্বব রাগদা মিৎচিনা উনখি।
মদুগী নুঙাইবদো নুমিৎ খুদিং হেনগৎখি ॥১৯৪
লোয়বা নাইদে শ্রীকৃষ্ণদো ঐগী পতিমক ওইদে
ঐসু মাগী রমনিমক নত্তে অনিগী পুক্লিংবু ॥১৯৫
কামদেবনা কুপ্না তকখায়দুনা য়াম্বিনখি।
ইতা! পুম্নমক অসিনী প্রেমগী ৱারী ॥১৯৬
কৃষ্ণদা হায়বিরু কাইনরবা অসিদা খংলে।
পাউজেল ফম্বু থিরুদে অতোপ্পা কনাবু থিদে ॥
অনিগী উননবগী ময়াইদা কামগী তেন মঙানি ॥১৯৭
হৌজিক শাওনরবদা নংবু পাউ চৎপা ওইরেদো।
অথোইবা পুরুষগী প্রেমগি মচৎ অসিনিদো ॥১৯৮
বৰ্দ্ধন রুদ্র নিংথৌ ওইবা রামানন্দ রায় কবিনা হায়জে ॥

## টীকা:—

নারায়ন্না শ্রীকৃষ্ণগী সৌন্দর্য্যবু খৌরাংঙি মদুগী প্রমান শ্রীমদ্ভগবত ১০ স্কন্ধ অধ্যায় ৮৯, ৫৮ শ্লোকতা হায়রিব্র দ্বারিকাদা ব্রাহ্মন মচাসিংবু ভৌমা পুরুষ নারান্না হেক পোকপগা হুদুনা হেক হেক পুখি মদুদা ব্রাহ্মন্না কৃষ্ণগী নাক্তা লাক্লুনা কৃষ্ণবু চৈরে মদু মমৈদা অর্জ্জুন্না তীর্থযাত্রা লাকপদা থেংনবে শ্রীকৃষ্ণ নিন্দা তাবদগী অঙাং কনগনি ঙমদ্রগা মৈনুংদা চোংসিন্দুনা শিগে ব্রাশকপদা অর্জ্জুন শিব তাববদা কৃষ্ণনা দোলাই থৌদুনা মহাকালপুরিদা ভৌমা পুরুষগী নাক্তা লাকখি মদুদা ভৌমা পুরুষনা হায়খিজ্ঞ ধর্ম্মবু ঙাক্লবা শক্তি পুম্বনা তিন্দুনা অবতারবু তৌরবা হে কৃষ্ণ অর্জ্জুন ! নখোয় অনিতবু য়েংনিংখিবনা ব্রাহ্মণগী মচা পুম্নমকপু ঐনা হুদুনা মফম অসিদা থম্বনি হৌজিক্তি উনিংবদো মফম অসিদা উবা ফংলে অদুনা অঙাং পুম্বসে পুবিখরো, পৃথিবীদা অরুম্বা পীরীবা হিংচাবা পুম্বাবু হাৎল হাৎলগা ঐগী নাক্তা নখোয়না থাবিবক্লো।।১৪৪-১৪৬ মসি লক্ষ্মী কাগুগী মন হুবগী ব্রানি । কালিয় দমন লীলাদা শ্রীকৃষ্ণনা কালিবু দণ্ডি পিধা অমনা ব্রজবাসিবু পেন্নবগিদমক্তা কালিয়গী মকোক খুদিংদা নেত্তুনা চোংল চোংলদুনা জগোয় শারকপা কান্দা কালিগী মকোকশিংনা কাযখি মতম অদুদা মপুরোইর্বগি মতৌ উরবী কালিযগী নুপীনা কৃষ্ণগী আশাউবদু থদোকপিনবা মপুরোইবা কনবিনবা কৃষ্ণদা হায়জখিবসিঙ্গি মনুংদা মসিমস্ হায়খি- হে শান্নবতনা থৌরাং ওইরিবা ইবুংঙো নহাক্কি তাংলবা চরণ্ থম্বান্না কালি মাগি মকোক খুদিংদা চোংল চোংলদুনা নেত্তুনা জগোয শার্বিরি মহাকপু দণ্ডি পিবিবনি খনবিরি, মসে কালি মাগি কবম্বা পুণ্যগী মহৈনা ফংজরিবা? মদু ঐখোয়না খংবা ঙমজদরে, মসিমক খবতা ওইবা তপস্যাগি মহৈতনদি ওইরোই, মরমদি ঐখোয়না হান্ননা খংজবনি অসিগুম্বা ইপুবোইবা কালি মাদি থমখিসি শ্রীনারায়ণ ভগবানগি থবাকমক্তদা স্বর্গাগ ময়ি ওইনা পক্তুনা লৈরিবী লক্ষ্মী দেবীমক্লা শ্রীবৃন্দাবন্দা শান্নরিবা ইবুঙো নঙ্গি চরণ অসিবু শোক্লা সেবা তৌজবা অদুবু পামদুনা অতোপ্পা অপাম্বা পুম্বা থাদোক্তুনা নিয়মগী মখা পোন্না মতম কুইনা তপ তৌদুনা নিংখি অদুম্না নিংদুনসু নহাক্কি চরণ শোক্লা সেবা তৌবদি ফংখিদে, কয়াদ লাইবক ফগ্রবনো কালি হাযবা ইপুরোইবা, মানা ইবাই লাইনা ফংজরিবা মসিবু করম্বা পুণ্যগী মহৈননো ঐখোয়না খংজদ্রে। মসিনা লক্ষ্মীগী পুক্লিং হুবনি।১৪৭ মাগি ফজবনা মাগী মনবু হুই মানা মাবু নুংশিনা কোঞ্জববু পামজখি।১৪৮ মদুগী প্রমান্না ললিত মাধব নিপানসুনা অং ৩২ শ্লোক্তা হাযবিজ্ঞ দ্ববিকাদা নোংমা শৃদাম্না গোপ বেশ পুবক্তুনা থোনবদা ফকলাংগী মিংশেন্দা য়েংলুবদা উরুবা শক অদুদা হায়খি মথক্তা অমুক্তসু উখিদ্রীবা অঙকপা ওইহল্লিবা ফজবা পুম্বগী তুংনফম ঐ ফাওববু ঙকহল্লিবা কনানো মাবু উরুবদগি ঐনা মাবু শ্রীরাধিকাগুম্না নুঙাইনা মাগি সেবা তৌনিংববু পোক্লি। মসিনা মশানা মশাবু খৌরাংবা হায়বগি প্রমান্নি।১৪৯

পায়ার অসিনা অচম্বা ভাবতা প্রেমবু নুঙাইবা চিন্ময় রস হায়দুনা খংহল্লিব্রপ্রেমগী অদুগুম্না কবিগুম্বা অঙকপা মচৎ অদুবু আনন্দ চিন্ময় রস হায, মদুনা ভাবপুম্বগী প্রেম রসবু বসিক শেখর ওইবা শ্রীকৃষ্ণগী চাননবগীদমক্তনি। ব্রহ্ম সংহিতাগী আনন্দ চিন্ময় রস প্রতি ভাবিতাবি হাযবা শ্লোক্তি টীকাদা শ্রীজীবগোস্বামীনা হায়(আনন্দ চিন্ময় রসব্রপরম প্রেম ময় উজ্জ্বল রস) অথোইবা প্রেমগী

## টীকাঃ-

মশক ওইবা লংলবা রস হায়, মরমদি,ব্রজ সুন্দরী সিঙ্গি প্রেমগী ৱাফমবু শ্লোক অসিনা হায়রি অমদি প্রেম অদুগী অঙকপা মতৌবু মখোয় গোপী সিঙ্গি মনুংদা ফোংদোকই,মদু লংলবা প্রেম্নি,অদুনা কান্তা প্রেম হায়বসিনা প্রেম পুম্নদগী য়াম্না হেন্না লংলবা ফজরবা প্রেমনি। অমদি(আখ্যান) হায়বসিগী অথোইবা বিবরণ্নি। প্রেমগী মগুণবু নিংথিনা নৈনরবদি মদুদা খংগদবদি অদুগুম্বা প্রেম অদু নুঙাইবগী মশক ওইবা অথোইবা চানবা পুক্লিংতনা মহাও তঙ্গদবা পোৎ শক অমনি। পায়ার অসিদা য়াম্না শম্না প্রেমগী মশক মওং স্বরূপ লক্ষণ অমদি তটস্থ লক্ষণ হায়রে স্বরূপগী লক্ষণদানা প্রেম্ন হ্লাদিনী সার(মচি)নি হায়রে,অমনা মহাক্তি তটস্থরলক্ষণ(অমদি থবক)তি মসিনি, নুঙাইবগী মশক শ্রীকৃষ্ণগী মরিদা ওইবা চিন্ময় বসগী মহাওতবু চাহনবনি,অমনা প্রেম অদুবু থোইদোক্লা চানবগী ওইবা চিন্ময় ওইবা পোৎশক্তি।১৬০

প্রেমেব পরম সারব্প্রেম অদুগী অচেৎপা মতৌ অদুবুনা মশক অমা ওইরকই। প্রেম অদুগী য়াম্না হেন্না ফোংদোক্লবগী ফিভমবু ভাব হায়না কৌই। তৌইগুম্বসুং ভাবকী মওং (লক্ষণ) করিনো? নৈনবদি অসিনি প্রেম অদুনা অথোইবা মওং অদু য়ৌরক্লবদি প্রেম মানা ওইগদবা মওংশিং অদু ফোংদোকক্লকই অমদি থম্মোয় অসি মহি চেনবগুম্মি মতম অদুদা মহাকপু স্নেহ কৌই প্রেমগী থাক্তি মাবু খনবগী অবেপ্পনি, তৌইগুম্বসুং থাওনা চিংবগা শমনববা দোসিদা চাক্লবা মৈ ঙানবগুম প্রেমগী তোঙানবা মমিং স্নেহ কৌই। মদুদা মাতবু খনবা অদুদগী ফংনিংবা অমা হেনগৎলকই। স্নেহ অসি লাকপদগী শ্রীকৃষ্ণবু উবনা চিংবনা মরম ওইদুনসু উনিংবা অমদি উবগী অপেনবা নাইদে। মদু ওইরসনু, স্নেহ অসিনা মতম অদুদা য়াম্না হেল্লক্লবদা মানা হান্ননা খংগ্রবা নুঙাইবা পুম্নবু নিংশিংলুবদগী থম্মোয়দা মদুওইদে খনবগী অখোয়বা ওইনবা ৱাখল অমা থোরকইৱমদু মাতগী কান্নবা খনবগী ওইনদি নত্তে, মসি অপেনবগী অঙকপনি মদুম ওইরবদা, ঐগীনি হায়বা ৱাখন্না য়াম্না চেৎখিবনা ৱাখল অদুগী ফিরেপ অমা ওইবকই মদুদা মাগী প্রাণ,মন,বুদ্ধি,হকচাং অমদি লৈজবা পুম্নগা লোয়নবা নিংজবিবা শ্রীকৃষ্ণগী প্রাণ,মন,বুদ্ধি,হকচাং অমদি লৈজবা পুম্নগা অমত্তা ওইনা খল্লি,মতম অদুদা ৱাখল অদুবু প্রনয় হায়না কৌখি। অসিগুম্বা প্রনয় অসিগী অয়ৌবা থাক অদুদগী অথোইবা অমা ফংলবদা শ্রীকৃষ্ণবু ফঙ্গদবা লৈরবদা য়াম্না হেন্না ৱাগদববু নুঙাইবনি হায়না খল্লি অমদি শ্রীকৃষ্ণবু ফংদ্রবদা য়াম্না নুঙাইববুনা য়াম্না ৱাবনি হায়না খল্লি মদুনা ৱাখল অদুবু রাগ কৌই। বাগ অসিনা অমুক হেনগৎলক্লগা মতম পুম্নদা উববা সেবা তৌরবা শ্রীকৃষ্ণবু মিকুপ খুদিঙ্গি অনৌবতা ওইবগুম্মি পুক্লিংদা ঙসিতা ফংবা সেবানি খল্লি,ফিভম অসিনা হেনগৎলবা প্রেম অদুবুনা অনুরাগ হায়না কৌই। অসিগুম্বা অনুরাগ অসিগী অয়ৌবা অরোইবা ফিভম অদুবুনা ভাব হাযনা কৌই। মসিদা করিগুম্বা ফংদবগী অৱাবা অদু ওইরবদি থৱাই থাব য়ানা ৱাবদগীসু য়াম্না হেল্লি। শ্রীরূপ গোস্বামীনা ভাব অমদি মহাভাব অনিসি অর্থ অমত্ত ওইনা লৌই। তৌইগুম্বসুং শ্রীকবিরাজনদি অনি থোক্লা হায় ভাবকী ফিভমদগী অহেনবা শকক অদুবুনা মহাভাব হায়না লৌই। শ্রীরূপনা ভাব অসিগী ময়োন অনি থোক্লা ইরি মদুদি

## টীকাঃ-

রূঢ়। কবিরাজনা রূঢ়বুনা ভাব হায়না অধিরূঢ়বুনা মহাভাব হায়না লৌত্রা? মদু শেংনা খংবা ওমদে, মরমদি করিগুম্বা মফমদা মওং অমনা মদুগী ওমথৈ সিনি হায়না পন্দবনা। প্রেমগী অথোইবা ফিভমগী মচিবু মহাভাবনি হায়রে মহাভাবরপ্রেম অদুনা ফোংদোরক্নুনা অথোইবা থাক য়ৌরববু মহাভাব কৌরে। মসিদা কবিরাজনা মাদন কৌবা ভাব অদু মহাভাবনি হায়রি। মসি উজ্জ্বলনীল মনিদা মাদন মওংবু অসিনি হায়দুনা ইবি সবর্ব ভাবোদগমোল্লাসী মাদনো ইয়ং পরাৎপবঃ। রাজতে হ্লাদিনী সারো রাধায়া সেব যঃসদা(শ্লোঃ১১৪) হ্লাদিনীগী মচিগীমশক প্রেম অদুদা ভাব পুম্নমক্না ফোংদোক্লবদা ওাম্লোকই মদুদা মদুগুম্বা ভাবপুম্বা ওাম্লোলকপা অদুবু মাদন কৌই,মাদন অসিনা মোদন্নচিংবদগী হেল্লি মসিদি শ্রীমতিরাধিকাতদা ওান্দুনা লৈ,অতোপ্পদদি মসি খক ওইদে। মাদন ভাব লাক্লবদি শ্রীকৃষ্ণনা চানবিখিবা পিবিবা কৃপা খুদিঙ্গি নুঙাইবা পুম্বা মতম অমত্তদা হকচাং অমত্তদা(ফাওরকপগী মতৌ নত্তবা) খংলবগী মতৌ ওইনা লৈ, মসি মাদন ভাবকী অথোইবা মওংনি।ভাব মহাভাব অসিদি কান্তা প্রেমতদা লৈ দাস্য-বাৎসল্যদদি লৈতে। সখ্যদদি অচম্বা ভাব-মহাভাব ফাওবা লৈতে, সুবলনচিংবদদি মরুপওইবগী নুংশীবতনি মসিদা ভাব খরদি ফোংদোকই। দাস্য রতিদদি বাগনা লোই সখ্যবাসল্যদদি অনুরাগগী চাং ফাওবতনি। সুবলতদা ভাব রতি য়ৌবনি।

৬০-মহাভাব-স্বরূপ-মাহাভাব(মোদন)কী মশক ওবদো মখোযবু মহাভাব স্বরূপ কৌই,মহাভাবকী মশক হায়না কৌই মখোয়না শ্রীকৃষ্ণগী মবমতদা ওইবা মহাভাবগী মচৎ প্রেমগী মশক অদুনা শ্রীমতীরাধিকাগী প্রেমগা খেন্নে রাধিকাদদি মদুবু মাদন কৌবারমহাভাবনা মতোল্লোমনা ফোংদোকই,মাদন কৌবা মহাভাব অসিদি মখোয়না কৃষ্ণদা থমলিবা কৃষ্ণগী ওইবা প্রেমদি চমদ্রবা অথোইবনি.মরম অসিনা শ্রী রাধিকাবু(মাদন কৌবা)(মহাভাব স্বরূপা)মহাভাবকি মশকনি হায়না শিংথারিবনি ঠাকুরাণী অথোইববু ফোংদোকপা শব্দনি,শ্রীকৃষ্ণগী অচানবি পুম্বগী মনুংদগী শ্রীমতিরাধিকানা মরম পুম্বদা পুম্নমক্তগী হেল্লি হায়দুনা ঠাকুরাণী হায়বনি। মসিগুম্বী শ্রীমতি রাধিকানা হ্লাদিনী মচি ওইরবা প্রেম অদুনা মূর্ত্তি পান্দুনা শ্রীকৃষ্ণগী সেবাতবু খন্দুনা শ্রীকৃষ্ণ অরেপ্পা,অখংবা অমদি নুঙাইবনা মূর্ত্তি ওইববা মাতগী পেন্নবা খন্দুনা মাদন কৌবা- মহাভাবগী মশকসু ওইদুনা গোপী পুম্বগী মবেম্মা (ঠাকুরাণী)ওইদুনা শ্রীবৃন্দাবন্দা শ্রীবাধিকা হায়দুনা ওাল্লি। অদুগুম্বা শক্তি অদুমক্না শ্রীকৃষ্ণবু নুঙাইহল্লি হায়দুনা মাগী মমিংবু হ্লাদিনী কৌবনি,হ্লাদিনী মচিবুনা প্রেম কৌরে প্রেম অদুগী মচিবুনা মহাভাব কৌরে,চংখোন্না অদুগুম্বা অথোইবা শক্তি(সচ্চিদান্দ)অরেপ্পা নুঙাইবা অমদি অখংবগী মশক ওইরবা অমদি শৃঙ্গার রস রাজময় মূর্ত্তিবু পুরিবা শ্রীকৃষ্ণবু অদুগুম্বা শৃঙ্গাররসগী নুঙাইববু ফংহল্লিবনি,মরম অদুনা মহাকপু মহাভাবকী মশকনি মহাভাব অদুমক্না মূর্ত্তি অসিমক ওইদুনা ওান্দুনা লৈরবি রাধা ঠাকুরাণীনি। পুম্নমক্না চাংদমনবা য়াদ্রবী মাতনা থোইদুনা লৈরবিনি মহাক নত্তনা শ্রীকৃষ্ণগী অৱাৎপা করি অমত্তা লৈতে মহাক অদু ওইনবা প্রেম অদুবু শ্রীকৃষ্ণনা স্বরূপ শক্তিদা শিন্নখি স্বরূপ শক্তিদগী মশক অমা কৃষ্ণদগী তোঙান্না খায়দোকখি মদুবু হরাওহনবী শক্তি হ্লাদিনী কৌখি, স্বরূপ শক্তিদি(আনন্দ)নুঙাইবা হায়বদুনি কৃষ্ণদা লেংদনা লৈরগনা আনন্দ কৌই

টীকা:—

শ্রীকৃষ্ণবু নুঙাইহনগে থন্দুনা শ্রীকৃষ্ণদগী তোঙান্না খায়দোক্লবদি হ্লাদিনী কৌখি, অদুগুম্বা হ্লাদিনী মক্ক সু রাধা ওইদে হ্লাদিনীগী সার মচি ওইবা মাবু প্রেম কৌরগা প্রেম অদুমক্কসু শ্রীরাধিকা ওইবা ঙমদদুনা প্রেম অদুগী অরোইবা থাক অদু হেক খংবদা জগৎপুসু লোইনমক খঙলে হায়না উক্তুনা প্রেমগী থাকপুনা অথোইবা থাক য়ৌবগা ভাব অমদি মহা ভাব কৌই মদুনা মূর্ত্তি অমা ওইদুনা অরেপ্পা ওইনা লৈ। মহাক অদুবু শ্রীমতি রাধিকা হায়না কৌই।

শ্রীকৃষ্ণগী মশক অমদি তত্ত্ববু হায়বদা ঐশ্বর্য্যা অমদি মাধুর্য্যাগী(রস তত্ত্বগী)ব্রাফমসু হায়খ্রে মহাক্কি অসুক ওইবা ঐশ্বর্য্যানি মদুদি মানা অবতার পুম্বগী, অয়াম্বা ভগবানগী, স্বরূপাকী, ধাম পুম্বগী মফম্সু অমদি মপান্নাইদ্রবা কোটি ব্রহ্মাগীসু মরদনি অমদি চংনফমনি।অসুক ওইবা শ্বর্য্যানা তিনবনি, মহাক্কি শক্তিবু অতোপ্পা কনানা খুদুম চনবা ঙমদে, তৌইগুম্বসুং মহাক অদুবুদি শ্রীরাধিকাগী প্রেমগীদি মখা পোল্লি, অসুক ওইবা রাধিকাগী মগুন্নি, অমুকসু মথক্কি পায়ারদা শ্রীকৃষ্ণগী ঙমখৈ লৈত্রবা মাধুর্য্যাগী(রসগী মতৌগিসু)হায়খ্রে মহাক্কা খাকচবা লৈতবা রস অমৃতগী সমুদ্রনি, মশামক্কি পুক্রিং ফাওবা হুবনি তরংবা মন্মথ- মদন্নি অসিগুম্বা মাগী মাধুর্য্যগী মিপুক হুবা শক্তিনি, মহাক্কা অসুক য়াম্বা শক্তিনা তিন্দুনসু রাধিকাগী প্রেমগিদি মখাপোল্লি মসিদা রাধিকাগী প্রেমগী ওইথোক্লবা মগুণবু ফোংদোকলে, মসিদা লোয়বনাইদ্রবা শ্রীকৃষ্ণগী মাধুর্য্যাবু ফোংদোকপগী মরমসু শ্রীরাধিকাগী প্রেম অদুতননি, মসিনা রাধিকাগী মশক কবিনো মদুমক হৌজিক হায়বি শ্রীকৃষ্ণগী মশিংনাইদ্রবা শক্তিগী মনুংদা অহুম্না অথোইবনি মদুদি চিচ্ছক্তি মায়াশক্তি, অমদি জীবশক্তি কৌই। চিচ্ছশক্তিবু মনুংচনবী শক্তিসু কৌই, মায়াশক্তি মায়া শক্তিগী মীং অতোপ্পা অমনা মপান্থংবী শক্তি কৌই, জীবশক্তিবুনা মরক্তা লৈবীশক্তি কৌই অন্তরঙ্গ মনুংচনবী শক্তিবুনা স্বরূপ শক্তিসু কৌই মানা পুন্নমক্তগী হেল্লি মদ বিষ্ণুপুরাণগী (শ্লোক।৬।৭।৬১)তা লৈবা প্রমাণ অসিনি। বিষ্ণু ভগবানগী শক্তি পুন্নমক্তগী মনুংচনবী অথোইবি শক্তি অমনি হাযবি মানা পুন্নমক্তগী ইথোই খোইবিনি, মদুদগী খরহম্বুবি ক্ষেত্রজ্ঞ লৌফমখংবি অসিনা মঙোন্দগী মনুংচনবী শক্তিদগী খজিক্তুং হন্থবি শক্তিনি, মসিদগী অতোপ্পি অবিদ্যা কর্ম্ম কৌবি শক্তিবুনা অহুমগুবি শক্তিনি হায়রি হায়রিবা শক্তি অহুম অহুম অসিগী মনুংদা স্বরূপরশক্তিদি মশাদ পক্তুনা লৈ অদুনা মনুংচনবি হাযবনি মায়া শক্তিনা মঙোন্দগী মপান থোকপুবী শক্তিনি মপান্থংবী কৌই, জীব শক্তি হায়বি অসিমদি মরক্তা লৈ মাদি ঈশ্বরগা নকনবসু য়াই অদুগা মায়াগী মখা পোন্দুনা মায়াগসু নকনবা য়াই অদুনা মাবু মরক্তা লৈবী শক্তি হায়বনি।।১৫০-১৫৩

সচ্চিৎ-আনন্দময় অবেপ্পা জড় জগতগী তোঙানবা ( চৈতন্যা) জ্ঞানবু খংনরিবা চিৎ শব্দনি শ্রীকৃষ্ণগী অসেংবা শক্তু মসিনি নুঙাইবা পুম্বনা তিনবা, হায়বদি অরেপ্পা থন্না লৈবা, জ্ঞান্নসু নুঙাইবনসু থন্না লৈবা। অবেপ্পা পুম্বগী, নুঙাইবা পুম্বগী অখংবা পুম্বগী তুংনফম ওইবা শ্রীকৃষ্ণনি। শ্রীকৃষ্ণর মায়াদগী তোঙানবা জ্ঞানগী পোৎনি, চংখোন্না মহাক্কি মশক্কি অরৈবা শক্তি অসি মায়ানা শোক্তবা জ্ঞানগী পোৎনি। মরম অসিনা মাগী মশক্কি ওইরকলিবা শক্তি অদুবুনি স্বরূপ শক্তি হায়রিবা শ্রীকৃষ্ণ চিৎ স্বরূপরজ্ঞান তত্ত্বনি, ময়াদগী তোঙানবা পোৎনি। অসিগুম্বা জ্ঞান অসিনা অমুকসু নুঙাইবগী

টীকা:—

মশক ওই অমসুং অরেপ্পগী মশকসু ওই। সৎ হায়বনা অরেপ্পনা লৈ হায়বসিনি অসিগুমলবা জ্ঞানগী পোৎশক ওইবা শ্রীকৃষ্ণ মতমগী মমাংদগী মশামক্তা তসেংনা সিদ্ধগী মশক ওইদুনা ঙান্দুনা লৈ, মসিদা মহাক্কি চাংদমনিঙাই লৈতনা অরেপ্পা ওইববু প্রমাণ তৌরবনি, অমুকসু মফম পুম্বদা লৈরিবা পোৎপুম্নমক্কি অবেপ্পা পুম্বগী তুংনফম শ্রীকৃষ্ণনি,চংখোন্না অসিগুম্বা চিৎ ওইবা পোৎ শ্রীকৃষ্ণসে অরেপ্পনি। অমুকসু অসিগুম্বা চিৎবস্তুসে মশানা নুঙাইবনি, নুঙাইবা পুম্বগী তুংনফমনি,চংখোন্না জ্ঞানগী পোৎশক শ্রীকৃষ্ণসে নুঙাইবগী মশকসু ওই। মতৌঅসুম্না অসিগুম্বা অমত্তা ঙাইরবা জ্ঞান ওইবা অখংবা হায়বসিনা অরেপ্পসু নুঙাইবসু মানা খংবনিনা অসুম্না অসিগুম্বা অমত্তা ঙাইরবা জ্ঞান ওইবা অখংবা হায়বসিনা অবেপ্পসু নুঙাইবসু মানা খংবনিনা মাবু স্বরূপ শক্তি কৌই মরমদি অখংবদগী নুঙাইবসু অরেপ্পসু তোঙান্না খাইদোকপা য়াদে। অদুনা অমত্তা ওইবা সৎ,চিৎ,আনন্দগী শক্তি অহুম পুথোক্নে। শ্রীকৃষ্ণগী সৎ-অংশগী শক্তিগী মমিংবু সন্ধিনী কৌই হায়বদি শ্রীকৃষ্ণগী চিৎশক্তি অদুনা অরেপ্পগী মাইকৈদা চংদুনা জ্ঞান অদুনা অরেপ্পা অদুবু হেক ফোংদোকহল্লি. অরেপ্পগী মবি ওইবা মরমদা মশামকপু ফোংদোকই, মতম অদুদা মহাকপু সন্ধিনী শক্তি কৌই। শ্রীকৃষ্ণগী জ্ঞান শক্তিগী মচেৎ অদুবুনা সংবিৎ কৌই-শ্রীকৃষ্ণগী চিৎ শক্তিনা মতম অদুদা চিৎ মামাক্কি মাইকৈদা হেকফোংদোকলবা চিৎকি মরিওইবদা মশানা ফোংদোকলকপা অদুবু সংবিৎ শক্তি কৌই। অমুক মহাক্কি আনন্দগী অংশ ওইব অদুবুনা হ্লাদিনী কৌই,মদুদি চিৎশক্তিনা মতম অদুদা নুঙাইবগী মাইকৈদা হেক চংখিদুনা নুঙাইবা হায়বদু অসিনি হায়দুনা হেক ফোংদোবক্লবদা, নুঙাইবগী মবি ওইখ্রে চিৎ জ্ঞান অদু মদুদা মাসু যাওনা মশা অমত্তা ওইনা ফোংদোবক্নে মদুদা মাবু হ্লাদিনী শক্তি কৌরে। সচ্চিদানন্দ ওইবা পূর্নতোম শ্রীকৃষ্ণগী অদুগুম্বা অংশগী মমিং আনন্দ হায়বা অংশ অদুগী শক্তিগী মমিংনা হ্লাদিনী শক্তি কৌই। শ্রীকৃষ্ণগী সৎ হায়বা অংশ অদুগী শক্তিগী মমিংনা সন্ধিনী শক্তি কৌই। শ্রীকৃষ্ণগী চিৎ অংশগী শক্তিগী মমিংনা সংবিৎ শক্তি কৌই। অদুগুম্বা সংবিৎপু জ্ঞান কৌই সংবিৎ মানা মরমওইদুনা খংহল্লি খংবা ঙম্মি হাযদুনা মাবু পুক্লিংদা জ্ঞান হায়। সৎ,চিৎ অমদি নুঙাইবা অহুম অসে অমবু অনি অদুদগী তোঙান্না খায়দোকপা য়াদে অসিগুম্না সন্ধিনী ,সম্বিৎ অমদি হ্লাদিনী অহুম অসিসু অহুম অসিদগী অনি থনম্লগা অমবু খাযদোকপা য়াদে, মফম অদুদা চিচ্ছক্তিগী ফোংদোরকপবু হেক উবদা মফম অদুদা হ্লাদিনী সন্ধিনী সম্বিৎকী মচৎ অহুম্না পুল্লপ ফোংদোরকপা উই। চিৎ হায়বা পোৎ অসিদি মতোমতা ফোংদোকচৈ অদুগুম্না মাগী বৃত্তিদুসু মতোমতমক ফোংদোকই। মতোমতা ফোংদোকপা পোত্তি মা মশামকপুসু ফোংদোকই অতোপ্পা পোৎপুসু ফোংদোকহল্লি। মদুদি মতোমতা থোক্লকপা নুমিৎনা প্রমান্নি নুমিৎ মানা মতোমতা হেক্তমক থোরকপদা ঙাল্লে মঙান্না পোৎ-পুম্ববুসু ঙালহল্লে। মসিবু মায়ানা শোক্তবনা বিশুদ্ধ সত্ত্ব কৌই হায়। অসিগুম্লবা বিশুদ্ধ সত্ত্ব হ্লাদিনী, সন্ধিনী অমদি সংবিৎ শক্তি অহুমসে চপমান্ননা ফোংদোক্লুনা লৈরবসু মখোগী ফোংদোকপগী চাং অসি পুম্নামক্তা মান্ননা লৈতে কবিগুম্বা মফমদা চপ মান্ননা লৈদুনা ফোংদোকপসু য়াওই করিগুম্বদা মান্নদনসু ফোংদোকই। বিশুদ্ধ সত্ত্বদা মতম অদুদা সন্ধিনী শক্তিনা হেন্না ফোংদোক্লবদি

**টীকা:–**

মাবুনা আধার শক্তি কৌই, মসিদা মাগী ধাম মাতা পিতা শয্যা অসীনচিংবগী মগুণ পুথোকই। সংবিৎ শক্তিনা হেন্নগনা আত্মবিদ্যা কৌই। আত্মবিদ্যা অসি মচৎ অনিনি অমনা জ্ঞান অমনা জ্ঞানবু শব্দে দাকপা, মসিনা মরম ওইদুনামাবু নিংজবগী মরিদা জ্ঞানবু ফোংদোকই।হলাদিণীনা হেন্নবদি গুহ্য বিদ্যা কৌই।মাসু ভক্তি হায়বা অমা ভক্তিবু শব্দোকপা হায়বা অমা, শব্দোকপা হায়বা অসিনা প্রীত্যাত্মিকা ভক্তি(প্রেমভক্তি)হায়বসি শব্দোকই। অহুম অসিনা হেন্নদ্রবা চপমান্ননা ফোংদোকলবদি মদুদা বিশুদ্ধ সত্ব অদুবু মূর্ত্তি হায়না কৌই। ভগবৎ-সন্দর্ভদা ১১৮ দা হায়রি -ইদমেব বিশুদ্ধসত্বং সন্ধিন্যংশ প্রধানং চেদা ধারশক্তিঃ। সম্বিদংশ প্রধানমাত্মবিদ্যা। হলাদিণী সবাংশপ্রধানং গুহৎবিদ্যা। যুগপৎ শক্তি এয় প্রধানং মূর্ত্তিঃ-। শক্তিং অহুম্না চপমান্ননা থোইরবা বিশুদ্ধ সত্ব অদুনা মরম ওইদুনা শ্রীভগবানগী(শ্রীবিগ্রহ)মূর্ত্তিবু ফোংদোকপা ওই (অদুনা ভগবানগী শ্রীবিগ্রহ অসিমক শক্তি অহুম্ন অথোইবা শুদ্ধ সত্বগী মশক্কি) হায়দুনা মাহাকপুসু মূর্ত্তি হায়বিবনি। ভগবদাখ্যায়াঃ মচ্চিদা নন্দ মূর্ত্তেঃপ্রকাশ হেতু ত্বাং মুর্ত্তিঃ। ভগবৎ সন্দর্ভদা ১১৮ দা শক্তিপুম্না অসি মখল অনি থোকই- অমনা শক্তিগী মপুতগী মশক ওইদুনা মূর্ত্তি পানবা। মূর্ত্তিপান্দ্রবদা বিগ্রহনাচিংবগী মনুংদা চংদুনা বিগ্রহগা অমত্তা ওইখি মূর্ত্তিগী মপুগী মশক ওইদুনা ভগবৎকী পবিকর সয্যা,ভক্তনা চিংবগী মশক ওই মসিসু ভগবৎব্রসন্দর্ভদা ১১৮ দা হায়বি তাসাং কেবল শক্তিমাত্রত্বেন অমূর্ত্তানাং ভগবৎ বিগ্রহাদ্যৈকাত্মেন স্থিতিঃ,তদধি ষ্ঠাত্রীরূপত্বে মূর্ত্তানাং তু তত্তদাবরণতয়েতি দ্বিরূপত্বমপি জ্ঞেয়মিতি দিক। অসুম ওই শ্রীকৃষ্ণগী অদুগুম্বা হ্লাদিণীনচিংবা শক্তি অহুম লৈ, মদুগী প্রমাণনা হায়রি মদুগী শ্লোক অদু হাপলি। মথক্তা ১৫৬ তা লৈখ্রে(১২০গী) হলাদিণী,সন্ধিনী,অমদি সংবিৎ অহুম অসি স্বরূপ শক্তিগী মচৎনি মরম অদুনা শ্রীভগবান্দা লৈ,জীবদদি লৈতে,তৌইগুম্বসুং অচম্বা জীবদদি অচম্বাগুণগী মশক ওই শক্তি অহুম লৈ মখোয়গী মমিংনা সাত্বিক,তামসিক অমদি রাজসিক কৌই। মায়াগী ওইবাসত্ব গুণগী শক্তিবু সাত্বিকি শক্তি হায়না কৌই,মসিনা থম্মোয় পুক্রিংবু পেন্নবগী থবক তৌই। মায়াগী জগৎ অসিদা মায়াগী পোৎতগী জীবনা অদুগুম্বা মায়াগী নুঙাইববু ফংঙি,মদুবু অসিগুম্বা সত্ব গুণদগী পোকপা সাত্বিক অদুগী শক্তি ওইবা থবক্তি হলাদিণীগী থবক নত্তে। মায়া তমগুণগী শক্তিবুনা তামসী শক্তি হায়। বিশয়দা চংদুনা অমদি ইচারইরলনচিংবা বিষয়সিংবু কাইনবদগী থোকপা পুক্রিংগী মৈশালাংববু তামসীক শক্তিগী থবকনি, মরম অসিনা শক্তি অসিবুনা মৈশা লাংহনবী কৌই। মায়াগী ওইবী রাজগুণগী শক্তিবুনা রাজসিক শক্তি হায় বিষয় চাবদগী পোকপা নুঙাইবগী মনুংদসু মদু চাবগী ওইরকপা মখল অমগী অরাবা মৈশা লাংবা থোকই,মদুবুনা রাজসিক শক্তিগী থবক ওই, মসিদা সাত্বিক শক্তিগুম্না(সুখত্ত)নুঙাইবসু লৈ,অমুকসু তামসীক শক্তিগী মতৌগুম্না অরাবসু লৈ, মরম অসিনা মহাকপু য়ান্নবা হায়বনি। ঈশ্বরদদি মায়াগী শক্তি অহুম অসি লৈতে মরমঅসিনা মহাক্তি মায়াগী রাংমনি,মায়াগী গুণ সিংনা ঈশ্বরদা লৈতে।১৫৭) কৃষ্ণকে অহ্লাদে হ্লাদিণী শক্তিগী অর্থ(আহ্লাদিণী)হরাওহনবা,শক্তি অসিনা শ্রীকৃষ্ণবু অমদি ভক্তসিংবুসু হরাওহনবগী থবক্তৌই হায়দুনা হ্লাদিণী মমিং থোল্লি অসিগুম্বা শক্তিনা মরম ওইদুনা শ্রীকৃষ্ণনা মশামক্তা মহাক্কি নুঙাইবা অদুবু চায় হ্লাদিনীনা শ্রীকৃষ্ণবু নুঙাইববু ফংহল্লি থোইদোক্না গোপিনা(আদিরস)অহানবা বসবু কৃষ্ণদা কৎলি

## টীকা:—

ভক্তনা মাবু সেবা তৌবদা শ্রীকৃষ্ণনা নুঙাইবা ভাব অদু ফোংদোকই মসি হ্লাদিনীনা তৌবনি অদুগা শ্রীকৃষ্ণনা হ্লাদিনী অদুনা মরম ওইদুনা ভক্তবুসু য়োকই মহাক্না ফোংদোকইবা নুঙাইবা অদু উবদা ভক্তন মাগী সেবাতবু মিকুপ খুদিংগী পামদুনতা লৈ হ্লাদিনী হায়বা অসিগী অথোইবা মমিংবু ভক্তি কৌই অসিগুম্বা ভক্তিবু ভগবান্না য়োকই। অমদি ভক্তগী থম্মোয়দা শ্রীকৃষ্ণনা মতম পুম্বা মহাক্কি শক্তি হ্লাদিনীবু ইনসিন্দুনা থম্মি,শ্রীকৃষ্ণনা পিরিবা হ্লাদিনী শক্তিনা ভক্তগী থম্মোয়দা লৈদুনা শ্রীকৃষ্ণবু পেন্নবতা খল্লিবনি। শ্রীকৃষ্ণনা পেনবিবা অদুমক্না ভক্তনসু নুঙাইজদুনা মাগী সেবাতবু খৌরাংবা ভক্ত অমা ওই মসি মহৈ মহৈয়োক্লবা থৌরাংনি মসি হ্লাদিনীনা তৌবনি(প্রীতিসন্দর্ভ৬৪)১২১-সুখরূপ কৃষ্ণকরে শ্রীকৃষ্ণদি মশানা নুঙাইবগী মশামক্কি রস পুম্বগীসু মশক্কি হায়দুনা লৈরবনি। তৌইগুম্বসুং নুঙাইবগী মশক ওইরবদসু মহাক্না মহাক্কি নুঙাইববু চারি। মসিমক শ্রুতিগী বসো বৈসঃহায়বা অদুগী অর্থনি। শ্রীকৃষ্ণনা বসগী মশক ওই ভক্তনা বস অদু চারিবনি অমদি রসবু খংবগী মতৌসু ওইদুনা রস খুদিংবু চাবি। ভক্তসিংনসু অদুগুম্বা নুঙাইবা অদু চারি মদু পুম্বদু হ্লাদিনী শক্তিগী মগুণতননি। হ্লাদিনীনা শ্রীকৃষ্ণবু নুঙাইহল্লি,ভক্তবুসু য়োকই।

১২২হ্লাদিনীর সার অংশ-হ্লাদিনী শক্তিগী অথোইবা মশক ওল্লকপবু শ্রীকৃষ্ণ সন্দর্ভদা হায়(১৮৮)আসাং(গোপীনাং)মহত্তন্ত হ্লাদিনী সারবৃত্তিবিশেষ প্রেমরস সারবিশেষ প্রাধান্যাৎ।। ভগবানবু ভক্তিনা মরম ওইদুনা অদুগুম্বা নুঙাইবদু পি ফংহল্লি। সাংখ্যাগী মতনা অচম্বা সত্বগী মশক ওইবা মাযাগী নুঙাইবগুমম্বদি নত্তে হায়। মরমদি মদু শ্রুতিদগী খংবা গুম্মী ঈশ্বরদি করিগুম্বদা মায়াগী মখাপোন্দে,থোইদোকপদি ঈশ্বর মশানা পেন্দুনতা লৈবনি অদুবু হ্লাদিনী অদুনা মাবু পেনবা থৌগনতৌগে হাযদুনা ভক্তদা লৈ। আনন্দ নুঙাইবা অদুনা নুংশিবগী মশক ওইদুনা মঙোন্দগী থোরক্তুনা মূর্ত্তি অমা ওইরৈ মদুবু গোপী কৌই অদুগুম্বা গোপী অদু শ্রীরাধিকানি। শ্রীকৃষ্ণগী ইন্দ্রিবু পেলহনগে খনবা অদুবু প্রেম কৌই। নুঙাইববু মহাও তংবদি থম্মোয়তগী মথৌনি। নুঙাইববু খংবদি থম্মোযতগী মহাওনি,অসিগুম্বা নুঙাইবা খংববু প্রেম কৌই,প্রেম অদুতনা নুঙাইবগী শরুকপু খংবনা নুঙাইরিবা অদুবু প্রেম কৌবনি, মদুগী মনুংগী অর্থদি প্রেম অদুনা নুঙাইবগী মশক ওইবা থম্মোয়গী মনুংদা মহাও অদু পোকহল্লি প্রেম অদুনা নুঙাইবগী মশক ওইবা শ্রীকৃষ্ণগী লীলা রসগী মহাওবু চাহনবা গুম্মি,প্রেম অদু লৈত্রবদি কনানসু লীলারস অদু চাবা ঙমদে। শ্রীকৃষ্ণনা হায়-ঐগী মাধুর্য্য অসি নুমিৎ খুদিংগী নৌদুনতা লৈ। মা মাগী প্রেম অদুগী মতুংইন্না ভক্তনা মদুবু চাবনি। প্রেমগী মমিং অমনা নুঙাইবা চিন্ময় বস কৌই। মদুবু হ্লাদিনীগী মচি ওইবনি হায়দুনা প্রেম চানবা পোৎ অমগুম্না হায়। শান্ত দাসানা চিংবা বত্তি মঙা অসি প্রেমগী তোঙান তোঙানবা অঙকপা মশকনি মখোয়পুম্বা চানবনি। মদুদা বিভাবর অনুভাবনা চিংবা য়ানশিল্লবদি মখোয় অদুসু অঙকপগী মতৌ ওইবা চানবা রসগী মতৌ ওই,মতৌ অসুম্না প্রেম অসিবু ইচম চম্না অথোইবা চানবা মহাও হায়বনি,তৌইগুম্বসুং মসে চিচ্ছক্তি ওইবী হ্লাদিনীগী মচিওইবী পোৎনি হায়দুনা চিন্ময় রস হায়বনি অদুবু অচম্বা মায়াগী(জড প্রকৃত)অচম্বা রসদি নত্তে। অমুক্না,সৎ,চিৎ,আনন্দগী মশক ওইবা শ্রীকৃষ্ণগী আনন্দগী শরুক ওইবা শক্তিবু হ্লাদিনী কৌই শক্তি অমদি শক্তিগী তুংনফমগা খেন্নদবনি হায়বনা হ্লাদিনী হ্লাদিনীগী মচি ওইবা

টীকা:—

প্রেম অদুসু আনন্দগী মশক্তি। মতৌ অসুম্না প্রেম অসি আনন্দ চিন্ময় রস ওই। অদুনা আনন্দ চিন্ময় রস হায়বসিসু প্রেমগী মমিং অমনি।১৬৬ শ্রীরাধিকাগী মরিদা শ্রীকৃষ্ণগী লৈরিবা প্রেম অদুনা হকচাঙ্গি অমোংপা কোক্লবা তৈননবা থাউ মখল অমা ওইরে, মদুনা হকচাং অদু থোইনা হেন্না নৌরবা লংলবা ফজরবা হকচাং অমা ওইরে অঙ্গগী গন্ধসু ওন্থোক্লা মনম নুংশীরে, মসিদা মথক্তা শ্রীরাধিকাবু প্রেমতনা ওইবনি হায়স্রে হৌজিক প্রেম মহাভাব অনি অদু মূর্ত্তি অমা ওইরে মদুগী কুচু অমসুং গন্ধ অনি তাকলে অদুনা কুচু হকচাংগীনি মনমসু পোংকি মনমনি অদুনা মহাভাব প্রেম অনি অদুদা শ্রীকৃষ্ণনা রাধিকাদা থমলিবা নুংশিবা অদু অমুক হাপচিল্লকপদা মশক মূর্ত্তি মনম কুচু ফজববু হায়রে নুংশীবা প্রেমদগী ওইবা মশক ওন্থোকপা অমনি মথক্তা পনস্রে। উজ্জ্বলনীলমনি।(আরুহ পরমাং কাষ্ঠাং প্রেমা চিদ্দীপ দীপনঃ। হৃদয়ং দ্রাবয়েন্নেষ স্নেহ ইত্যভিধীযভে)

অথদি অদুগুম্বা প্রেম অদুনা অথোইবা মতৌগী থাক্তা কাবকলগা থম্মোযবু নিংথিনা ঙাম্থোকহনবা হায়বদি প্রেম অদুগী ফংফম থোকপা থাক অদু যৌরবদা থম্মোয় কবিগুম্না মওং খবা ফোংদোবকই মদুগী মওংদি থম্মোয় অসি মঠি লাংথোরকই মদুবু স্নেহ নুংশীবা মমিং থোল্লি। মসিনা ফাওরক্লবদা কবিগুম্বদা মানা নুংশিরিবা পোৎ অদু উবতনদি পেন্দে মনম নুংশীবা চন্দোয়া হকচাংদা তৈববদা হকচাং অদু থোংনৌবে মনমসু নুংশিবে কুচু অদুসু লংখংলে শ্রীকৃষ্ণগী স্নেহ অমদি সখী শিঙ্গি প্রেম অসি ফংবদা শ্রীরাধিকাগী হকচাং অদু ফজবা হেল্লে নৌরে মনমসু নুংশীরে। ইবেম্মগী ভাবভূষা অসিগী মবিদা শ্রীদাস গোস্বামীনা ইবা প্রেমাম্ভোজমক বন্দ কৌবা স্তবরাজদা অসুম্না ইরিব্র

মহাভাববোজ্জ্বলচিন্তা রত্নোদ্ভাবিত বিগ্রহাম।
সখীপ্রণয় সদগন্ধ বরোদ্বর্ত্তণ-সুপ্রভাম।।১
কারুণ্যামৃত বীচীভি স্তারুণ্যামৃত ধারয়া।
লাবণ্যমৃত বণ্যাভিঃ স্নপিতাং স্নপিতেন্দিরাম।।২
হ্রী পট্ট বস্ত্র গুপ্তাঙ্গীং সৌন্দর্য্যঘুসৃনাঞ্চিতাম।
শ্যামলোজ্জ্বলকস্তুরীববিচিত্রকলেবরাম।।৩

কম্পাশ্রু পুলকস্তম্ভস্বেদগদগদবক্ততা। উন্মাদোজাড্যমিত্যেতৈ রত্নৈর্নবভি রুত্তমৈ।।৪ কপ্তালধৃতি সংশ্লিষ্টাং গুনালীপুষ্পমালিনীম। ধীরা ধীরা ত্বসদ্বাস পটবাসৈঃ পরি স্কৃতাম।।৫ প্রচ্ছন্ন মান ধাম্মিল্লাং সৌভাগ্য তিলকোজ্জ্বলাম। কৃষ্ণ নাম-যশঃশ্রবাবতং সোল্লাসিকর্নিকাম।।৬ বাগ তাম্বুল রক্তৌষ্ঠীং প্রেম কৌটিল্য কজ্জ্বলাম। নর্ম্ম ভাষিতরনিঃ স্যান্দ-স্মিত কর্পূর বাসিতাম।।৭ সৌরভান্তঃ পুরে গর্ব পর্য্যাঙ্কোপরি লীলয়া। নিবিষ্টাং প্রেম বৈচিত্ত্র বিচলত্তরলাঞ্চি তাম।।৮ প্রনয়রক্রোধসচ্চোলী বন্ধ গুপ্তীকৃতস্তনাম। সপত্নীবক্ত্র হৃচ্ছোষি যশঃশ্রীকচ্ছ পীববাম।।৯ মধ্যতাপ্তসখী স্কন্ধ লীলা ন্যস্তর কবাম্বুজাম। শ্যামাং শ্যামাস্মারা মোদ মধুলী পরি বেশিকাম।।১০ ত্বাং নত্বা যাচতে ধৃত্বা তৃণংদন্তৈরয়ং জনঃ। স্বদাস্যমৃত সেকেন জীব য়ামুং সুদু খিতম।।১১ নমুঞ্চে চ্ছব নারাতমাপি দুষ্টবদয়া ময়ঃ আতো গান্ধর্বিবকে হাহা নমুঞ্চেনং নৈব তাদৃশম।।১২ অসুম্না থম্বিরম্বা শ্লোক পুম্বগী অর্থ মখাগী পাযার পুম্বা খর অসিনি।।১৬৭

তথাহি উজ্জ্বল নীলমণৌ স্থায়ি ভাব কথনে ১১০ শ্লোক:-

রাধায়া ভবতশ্চ চিত্ত জতুনী স্বেদৈর্বিলাপ্য
ক্রমাদ যুঞ্জন্নদ্রি নিকুঞ্জ কুঞ্জরপতে নির্ধুত
ভেদভ্রমং চিত্রায় স্বয়মন্ব রঞ্জয়দিহ ব্রহ্মাণ্ড
হর্ম্ম্যোদরে ভুয়ো ভির্নবরাগ হিঙ্গুলভরৈ:-
শৃঙ্গার কারুঃ - কৃতী ।।১৯৯

## শ্লোক অর্থঃ-

রাধাগী নহাক্কিসু থম্মোইগী চাবু স্বেদা মৈসানা
শৌদোক্কুনা তিসিলখ্রে গোবর্দ্ধন কুঞ্জদা নিংতম্না।
শান্নব হে কৃষ্ণ! খেন্নবগী মতৌবু মাংহন্দুনা
ব্রহ্মাণ্ডগী য়ুমগী মনুংদা য়েক্লবগিদমক্তা চেৎনা
হিংমহিনা মচু লোক্কুনা শৃঙ্গার শিলপনা
হৈশিংনা য়েক্কুনা লীলাবু খমখ্রে ।।১৯৯

## পদঃ-

প্রভু কহে সাধ্যবস্তু অবধি এই হয়।
তোমার প্রসাদে ইহা জানিল নিশ্চয় ।।২০০
সাধ্যবস্তু সাধনবিনু কেহো নাহি পায়।
কৃপা করি কহ রায়! পাবার উপায় ।।২০১
রায় কহে সে কহাও সেই কহি বানী।
কি কহিয়ে ভাল মন্দ কি ছুইনা জানি ।।২০২
ত্রিভুবন মধ্যে ঐছে আচে কোনধীর।
যে তোমার মায়া নাটে হইবেক স্থির ।।২০৩

## পদ অর্থঃ-

প্রভুনা হায় সাধ্যগী পোৎ মসিনা ঙমখৈনি।
নঙ্গি থৌজান্দগী মসে খংজরেদো লেপ্পা ॥২০০
সাধ্য পোৎসে তান্দনদি কনাসু ফংনদে।
চানবিদুনা হায়ু নংনা ফংনবা উপায়দো ॥২০১
রায়না হায় হায়হলবদো মদুতা হায়বনি।
করি হায়খ্রে অফ ফত্তা করিসু খংদনা ॥২০২
মরোল অহুমদা সিগুবা অখংবা কনানো।
নঙ্গি মায়াগি মরৈসে করম খাংবা ঙম্মি ॥২০৩

**অন্বয়ঃ** ।-আদ্র নিকুঞ্জ কুঞ্জরপতে (হে গোবৰ্দ্ধ নিকুঞ্জদা নিংতম্না শান্নবিবা হে কৃষ্ণ) কৃতী (মশাগী মথৌদা হৈ শিংবা মিংনা) শৃঙ্গার কারুঃ (শৃঙ্গারশিল্পী) (শৃঙ্গার যেকপনা) স্বেদৈঃ (স্বেদ কৌবা সাত্ত্বি ভাবকি মশক ওইবা মৈশানা মবম ওইদুনা) রাধাযাঃ (শ্রীমতি রাধিকাগী) অমদি ভবতশ্চ (শ্রীকৃষ্ণ উবুঙো নাঙ্গি) চিত্তজতুনী (থম্মোইগী মশক ওইবা চা অদুবু) ক্রমাৎ (মথং মথং) বিলাপ্য (মহি চেলহন্দুনা) নির্ধুত ভেদ ভ্রমং যুঞ্জন (তোঙান তোঙাল্লা খনবা নাখনবু কোকহন্নবা অমত্তা ওইনা তিনসিন্দুনা) ইহ (আসগুম্বা) ব্রহ্মাণ্ডহৰ্ম্মোদবে (ব্রহ্মাণ্ড ফুরা অসিদা) চিত্রায় (য়েকুবা) ভগোভি (যাম্লবা) নবরাগ হিঙ্গুলশ্চৈঃ (অনৌবা অণুরাগ হিং মচিনা মবম ওইদুনা) স্বয়ং (মশামক্তা) অশ্বনঞ্জসং (মচু লোক্তুনা ফজহনাখ) ॥১৯৯

টীকা:—

কারুণ্য। করুনা নুংশীবা পরদুঃখ সহেতোযস্তুকরুণঃ সনিগদ্যতে। ভঃরসামৃতসিন্ধু ২।১।৬৪॥ মীগী অন্য বেদ উবগা খাংবা ঙমদবা মীগী মত্তৌ য়েংবা ঙমদবা মদুবু করুনা কৌই, মীনুংশী চাউবগী মশক ওইবা রাখলগী ইচেন্দা অহানবা স্নাতৌই হায়বদি নোংমগী স্নান অহুমগী প্রাত স্নান অযুক্তি ঈকজব হায়বদু ওইবে মসিবু শ্রীমতী রাধিকাগী বয়সগী প্রাত অহানবা বয়সন্ধিগী মতৌবু ফোংদোকলে মাসিগী মনুংচনবা ভাবতি শ্রীমতি রাধিকা প্রেম্না মত্তাভাবনা মূর্ত্তি ওইরে মূর্ত্তি অদু যাম্না নৌনা লংনা ফজবে হকচাংঙ্গি গান্ধস যাম্না নুংশীবা গন্ধ ওইরে মদুগী মথক্তা মীনুংশি থংবা। অত্তাং ওইবগী ভাব থাদোক্তুনা বয় সন্ধিগী ফিভম ওইরে মদুদা মীগী অন্নাব উবগা খাংবা ঙমদবা ভাব ওইরে হায়বনি। সুকুমারী ওইবিসিংনা যুমগী থবক্তা হেন্দুনা চত্তুনা স্নান ঙমদবদগী মনাই সিংনা শোক্তুনা পুবকপা

## টীকা:-

ঈশিংনা যুমদা মধাহনগী স্নান্তৌই মদুদা প্রমান্তৌদুনা মীনুংশি খংলবগী মতুংদা সখী সিংনা পুবকপা শ্রীকৃষ্ণগী গুণ তারগা শ্রীমতি রাধিকাগী থম্মোয়দা অনৌবা যুবতিগী ৱাখল পুম্বা ফাওবকপগু মধ্যম স্নান মথোৎ কাবকপগী মতৌ ফোংবগু হায়না ফোংদোকই।

১৬৮লাবণ্যামৃত-লাবণ্য-মুক্তাফলেষু ছায়ায়াস্তবলত্ব মিবান্তরা। প্রতিভাতিয়দঙ্গেষু লাবণ্যংতদি হোচ্যতে।। অর্থ অথোইবা মুক্তাসিংদা মঙানগী ঈথক তৌই, অদুগুম্না হকচাংদসু কুচুগী ইথক অমা লৈ মদুবু লাবণ্য কৌই উঃনীলমনি১৭।। সাযংগী স্নান্তৌবা নুংশাগী ওল্লাংবা কোক্রবা নুমিদাংৱাইদা ইকুজর্বান মদু শ্রীমতি রাধিকাগী লাবণ্য কৌবা অমৃতগী ঈচেল ফোংদোরকপা অদুবু হায়র্বনি। ইবেম্মাগী ফিভম অহুম্বু কাকুণ্য,তারুণ্য লাবণ্য অসুম্না মা অমগী সন্ধ্যা' অহুমগী ইকুজবদা হায। মহৌশানা কুমাদি ওইবীসিংগী স্নানবু খংনৈ। মসিমক্তি শ্রীমতি রাধিকাগী অঙাং ওইবিঙৈদগী চাংদমনিঙাই লৈতনা মীনুংশি খংবি ওই, মদু স্নান্তৌরগা হকচাংদা ঈংবা অমদি ফজবা লুবা ওই মদুগুম্না মথং মথং মথোৎ কাবকপা অমদি কৈশোর ওইবা অবস্থাবু হায়র্বনি। ইরুজরবগী তুংদা ফিজেৎ লৈতেং তৌই,অসুম্না স্নান্তৌনগা কবি ফিশেৎপগী মশাগী ইকাযবা খংবা ৱাখলগী ফি সেৎলি মদুমক কারংগী মচু শ্যাম বন্ন ওইর্বনি মবমদি রাধিকানা শ্যাম নট্টবর কৃষ্ণ নত্তনা কনাবু নিংদে মবম অদুনা শ্যামপট্ট শাবী খোল্লি। শাম্ভীনা হকচাং পুম্বা কোয়শিল্লি যোমশিল্লি অদুগুমম্না ইকাইবনা মহাক্কি হকচাং পুম্বা যেমদুনা লৈ,মহাক যাম্না ইকাইখংর্বিনি হায়বনি।।

১৬৯ - "কৃষ্ণ বসন" অনুরাগ- উঃ নীলমনি ১০২- সদানুভূ তমপি যঃ কুর্য়ান্নব নবংপ্রিয়ম। রাগো ভবন্নবনবঃ সোঽনুরাগ ইতীর্য্যতে।। অদুগুম্না রাগনা ইনৌত নৌদুনা লৈবা ওইদুনা মতম পুম্বদা নিংজবা অদুগী মশক মতৌতপ তনৌ তনৌবদা ওইদুনা লৈহল্লিবা অদুগুম্বা ৱাখল অদুবু অনুরাগ কৌই। ফিজেৎ অমনা অশংবা শাড়ী অমনা অঙাংবর্নি। অদুগুম্বা অনুরাগনা মতম পুম্বদা খোকহল্লিবা শ্রীকৃষ্ণগী শক থুম্নচিংববু মিকূপ থুদিংদা শ্রীরাধিকাগী মফমদা ইনৌতা নৌদুনা লৈ হায়না খনবগী ৱাখল অদুনা হকচাঙ্গা তেক তাইনবা অঙাংবা ফি থোল্লি। মদুগী মচুনা অঙাংবা ওইবগী মবমদি হলেম্মগী শ্রী অঙ্গনা ৱাখল অদুনা মবম ওইদুনা ইরং ইরং লংবদু হায়বর্নানি। প্রনয- আচ্ছাঁদন মানব্ব "স্নেহস্তু্ৎকৃষ্টতা ব্যাপ্ত্যা মাধুর্য্যং মানযন্নবম। যোধারয়ত্যদাক্ষিন্যাংস মান ইতি কির্ত্ত্যতে।" অদুগুম্না মীওইবনা অমবু নুংশীকবা অদুনা যাম্না তেনগৎলক্লবদগী হান্নবা খংবা লীলা থৌরম খিবিকপু নৌনা খল্লুবদগী মপান্দা পিশুন সুকপনচিংনা খাচিকপা মতৌবু ফোংদোকই মদুবু মান কৌই (উঃনীঃস্থাঃ৭১) খুদমদি- নোংমা রাধা-কৃষ্ণ অনিনা নন্দ সাঙ্গে, মদুদা শ্রীরাধিকানা প্রেম্না খন্দুনা খম্মোই মাই চেন্দুনা মীং অনিদা পী তাবকই। মাকৈ অমবোমদা মতম অদুদা শা মযাম চৎপগী উফুন্না থন্না কাবকই মদু উবগা তাবিবা পীগী মরম অদু লোংনবগীদমক্তা উফুল অদুদা মবাল পিশিন্দুনা চৈবকই চৈবিবদি কৃষ্ণবুনি- উফুল অসিনা মিত্তা চংখিদুনা ঐ পী তাহল্লেদো। মদুদা শ্রীকৃষ্ণনা হায় ঐনা হৌজিক মাবু থুবনা কামথোক্কনি হায়দুনা কামথোকই মদুদা শ্রীরাধিকানা হায় কাম্বিরুনু নর্তাক্কি তাৎ ওইবা প্রেমদো ঐ পামজদে অসি হায়দুনা মানগী মতৌ উৎলি। মসিদা অমনা শ্রীকৃষ্ণবু উজবদা অনৌবা বসনা পী

পদঃ-

মোর মুখে বক্তা তুমি তুমি হও শ্রোতা।
অত্যন্ত রহস্য শুন সাধনের কথা ।।২০৪
রাধা কৃষ্ণের লীলা এই অতি গূঢ়তর।
দস্যে বাৎসল্যাদি ভাবের নাহয়গোচর ।।২০৫
সবে একসখীগণের ইহাঁ অধিকার।
সখী হৈতে হয় এই লীলারবিস্তার ।।২০৬
সখী বিনু এই লীলা পুষ্টি নাহি হয়।
সখী লীলা বিস্তারিয়া সখী আস্বাদয় ।।২০৭

পদ অর্থঃ-

ঐগী লৈয়েংদা প্রভু নংনা হায়বা তাবিবসু নংনা।
চেৎলবা সাধনগি ৱাদো তাবিরোকো নংনা ।।২০৪
রাধা কৃষ্ণগি লীলাদো য়াম্না চেৎসিন্বনি।
মনাইগুম মচাগুম নিংবনা ফংবা ঙমদবনি ।।২০৫
পুম্নমক সখীসিংতনা মদু ফংজবনি।
লীলা অসি চাউহন্বসু সখীনা ওইবনি ।।২০৬
সখী নত্তনা লীলাসে চাউথোরকপা ঙমদে।
সখীনা লীলা চাউহল্লগা সখীনা চাজেদো ।।২০৭

টীকা:—

তাবা মদুবু উফুলদা থংজিন্দুনা লোৎনবা হোৎনবা মসিনা প্রেম। অদুগা উফুল কাম্বদু খাম্বনা মানগী মংনি। প্রনয- মানোদধানো বিস্রম্ভং প্রনয়ঃ পোচ্যতে বুধৈঃ ।। মান অদুনা মতম অদুদা য়াম্না থাজবগী মতৌ অদু লাল্লবদা রাখল অদুবু প্রনয় কৌই উঃনীঃস্থাঃ৭৮।

টীকা:—

প্রনয় মান কঞ্চুলিকা- প্রনয অমদি মান গী মশক ওইদুনা কঞ্চুলিকানা শ্রীরাধাগী বক্ষবু খুমলি। মসি খুমজিল্লি হায়বতনি মদু লৈত্রে হায়হনবদি য়াদে। অদুগুম্না মান্না হেন্দুনা মপান্দা থম্মোইগী ভাব পুথোক্তুনা লোৎকে হোৎনববু ঙমদদুনা প্রনয় ভাবনা লৈতেংবদা হেন্না ফজে মদুবু মপানগী লৈতেঙ্গা কোন্ননা হায়বতনি।

১৭০ সৌন্দর্য্য কুঙ্কুম, সৌন্বদ্য অদুনা কুঙ্কুম সসিঙ্গি মরিদা লৈবা প্রেম্না চন্দন নোকফেত্তৌবনা কর্পূর, কুঙ্কুম অমদি চন্দন অহুম য়াঙ্গিন্দুনা হকচাংদা তৈনবা সেম্মি। হকচাংবু নিংজবা মানা চানবিবনা চন্দল ওই নীংশীনা মোমোন নোকপনা কর্পূর ওইদুনা তৈনবা মনম নুংশীবা ওইদুনা ফজবিনী।১৭১- শ্রীকৃষ্ণগী মধুর রসনা কস্তুরী চন্দন ওইদুনা হকচাংদা ফজরি ইবেম্মগী থম্মোইদা ধুব বসনা থন্না লৈদুনা ফজে।।

১৭২ প্রচ্ছন্ন- লোৎসিনবা খুমজিন্বা মান বাম্য মানগী অখোয়বা। উদাহরণ খুদমদি রাস লীলাদা শ্রীকৃষ্ণনা লোত্তুনা লৈকুরবগী তুংদা অমুক গোপীগী মাংদা চংলকপা উবদা গোপীনা পিশুম মাই শুক্তুনা শ্রীকষ্ণবু য়েংঙি, মসিদা মপান্দনা শাওদুনা পিশুম সুকপা মনুংদনা উজবগী পেন্দুনা য়েংজবা। শাওদুনা য়েংদবা ঙাংদবা অদু তৌদবা য়েংবনা শাওদবা মালহন্বা। মসিনা শমগী শমজী হুক ওই। নুমি চুপ্পা মূর্ত্তি অসিনা কৃষ্ণবু পেলহল্লি। খণ্ডিতাগী মতৌ ওইবি নায়িকানা কপলা কপলদুনা মবুঙোদা মীচৈ ব্রাহৈ কয়ানা তানবা ঙাংবা মদুবু ধিরা অধিরা কৌই অসিগুম্বা ভাবনা হকচাংদা শ্রীমতি বাধিকানা লৈতেংই মসিনা ইনফি ওই ১৭৩- রাগ- অম্বুল- বাগে- অনুরাগ অদুগী মশক্লা পান্ন চাবগী চিনবান্দা অঙাংবা ওই শ্রীকৃষ্ণগী অহরাগতবু ফোংদোক্তুনা লৈবনা চিনবাল অদু নুমিৎ চুপ্পগী তঙাং তঙাংদুনতা লৈ। দুখম প্যাধিকং চিত্তে সুখ ত্বেনৈব ব্যজতে। যতস্ত প্রণয়োৎ কর্ষাৎ সরাগ ইতি কীর্ত্ত্যতে উংনীঃস্থাঃ৮৪। অব্রাবা ওইদুনসু থম্মোইদা নুঙাইবাতববু ফোংদোকই মদুদা প্রেমগী অয়ৌবা খুদম ওই মদুবু রাগ কৌই খুদমদি শারবা নুংশানা মৈগুমলবা লৈঙোয়দা শমকোক থাংগুম থৌববা মযাসিংদা নেত্তুনসু শ্রীমতি রাধিকাগী নৌরবা খোংনা শ্রীকৃষ্ণগী মূর্ত্তিবু উববদি অব্রাবা অনাবা অসাবা পুম্নবু থম্মোইদা খংদনা শ্রীকৃষ্ণবু উবগী নুঙাইবনা নেৎপা ঙম্মিবি মসি রাধাগী মওংনি। প্রেম কৌটিল্য প্রেমগী খোযরবা মিৎয়েং অদুনা শ্রীরাধিকাগী মিৎ অনিদা কাজ্জল ওইনা লৈতেংদুনা লৈ মতম পুম্নদা অমাংবা লৈতবা অদুগুম্বা ভাব অদুনা চেৎনা পুম্দুনতা লৈরিবা অদো প্রেম কৌই। হাযবদি কাইনববা ফাওবদা ব্রাখন্দা কাইনদবগুম খল্লিবা অদুবু প্রেম কৌই। "সর্ববথা ধবংসরহিতং সত্যাপিধবংকাবণে। যদ্ভাব বন্ধনং যুনোঃ স প্রেমা পরী কীর্ত্তিতাঃ।উঃনীঃস্থাঃ৪৬।।

মাত্বিক ভাব- মসিগী মঃ ২গী ত্রিপদি ৬২গী টীকাদা য়েংঙু। শ্রীকৃষ্ণতগী মবমদা খননববু সত্ত্ব কৌই সত্ত্ব অদুদগী থোবকপা ভাব অদুবুনা সাত্ত্বিক ভাব কৌই, মখল নিপান্নি সাত্ত্বিক ভাব। অহুম, মরি অমদি মঙা সাত্ত্বিক ভাবনা মতম অমত্তদা ফোংদোক্লকলবদুনা উদ্দীপ্ত সাত্ত্বিক ভাব কৌই। মসি শ্রীকৃষ্ণ কাইনরবা ব্রজবাসী পুম্নমক হুমাং শৌই, হকচাং নিকই, অমদি তু চুঙ্ঙি চপ লেপ্পি লেংদে যুম্বীগুমই ব্রাকিবদগী মমৈদা বিলাপ তৌই মাইথোং লাংসিল্লি, পী তারকই ব্রাখল পুম্বা ফকচিনখি

**পদঃ-**

সখী বিনু এই লীলায় নাহি অন্যের গতি।
সখী ভাবে তাঁরে যেই করে অনুগতি।।২০৮
রাধা কৃষ্ণ কুঞ্জসেবা সাধ্য সেই পায়।
সেই সাধ্য পাইতে আর নাহিক উপায়।।২০৯

**পদ অর্থঃ-**

সখী নত্তনা লীলাসি অতোপ্পদি য়াওদে।
সখী ভাবতা চংলবদি সখী তুং ইনবদা।।২০৮
রাধা কৃষ্ণ কুঞ্জসেবা ফংজৈ অরেপ্পদো।

তথাহি গোবিন্দ লীলা অমৃতে (১০।১৭)**শ্লোকঃ-**

বিভুরতি সুখরূপঃ স্বপ্রকাশো২পি ভাবঃ
ক্ষণ মপি নহি রাধা কৃষ্ণয়োর্যা - তেস্বাঃ।
প্রবহতি রস পুষ্টিং চিদ্বি ভুতীরিবেশঃ
শ্রয়তি ন পদমাসাং কঃ সখীনাং রসজ্ঞঃ।।২১০

**শ্লোক অর্থঃ-**

রাাধা কৃষ্ণগী লীলা য়াম্না চাওই নুঙাইবগী মচিনি
মতোমতা ঙান্দুনসু মাগি সখী নত্তনা ঙাহাক্তা ফাওবা
নুঙাইবা ওইদে ঈশ্বরন চিৎভূিতিবু তৌবগুম্মি
রস খংবা কনানা সখীগী চরন্দা চংদবগে।।২১০

**অন্বয়ঃ** ।- রাধা কৃষ্ণযোঃ (শ্রীবাধা কৃষ্ণ অনিগী) ভাবঃ অপি (চিদ্বিলাস অসি) বিভুঃ (অচৌবা মফম পুম্নমক্তা থনবা পাক চাউখ্রবা পরম মহান্নি) সুখরূপঃ (খম থেংবা নুঙাইবগী মচি আনন্দচিদ ঘনিনি) স্বপ্রকাশঃ (স্বয়ংপ্রকাশর মাতনা ঙানবা অমগী মতেংনা ঙানবা নত্তে অদুম অদুম

ওইদুনসু) স্বাঃ (শ্রীরাধা কৃষ্ণগী মশক ওইবী) যাঃ (অদুগুম্বী সখীসিং) ঋতে (নত্তনা) রস পুষ্টিম্ (আনন্দগী নুঙাইবগি পাক চাওখৎপবু) ক্ষণম্ অপি (ঙহাক্তসু) নহি প্রবহতি (পুদে সখী য়াউদনা রস পুষ্টি চাউখৎপা ওইদে) ঈশ (ঈশ্বরনা) চিদ্বি ভুতীঃ ইব (চিদ্বভুতীসিংবু তৌবাগুমই) মরম অসিনা রসজ্ঞঃ (রস খংবা) কঃ (কনানা) আসাম্ সখীনাম্ (অসিগুম্বী সখীসিংগী) পদম্ (চরন্দা) ন শ্রয়তি (চংদবগে ?) [চংবসি শ্রীরাধাকৃষ্ণগী ভাব অস্বাদন তৌনিংবা রসতনা সখীগী পাদ আশ্রয় তৌগদবনি] ॥২১০

---

টীকা:—

মসিনা ব্রজবাসীগী উদ্দীপ্তা সাত্বিক ভাবকি মওংনি। অসিগুম্বা উদ্দীপ্ত সাত্বিক ভাবকি মহাভাব য়ৌববদি সূদ্দিপ্ত কৌই মসিগীনা মঃ অঃ৬কী পদ ১১গী টীকাদা ইখ্রে। সঞ্চারী সঞ্চরী ভাব- রা ঙাংদা, পীগুম, মিৎয়েং, হকচাংনচিংবদা অমদি সত্ত্বদগী থোকপা পোকপা অনুভাবনা মরম ওইদুনো অদুগুম্লবা ভাব পুম্বা ফোংদোকপা অদুবু ওইরবদা, মখোয় অদুগী মমিংবু ব্যভিচাবী ভাব কৌই, অসিগুম্না ব্যভিচাবী ভাব অমুক হন্না ভাবসিঙ্গি খোংচৎপু চৎহনখি থোকহল্লি হায়দুনা মখোয় পুম্নবু সঞ্চারী ভাবসু কৌই। সঞ্চরী ভাব অসি কুন্থ্রা হুমদোইনি (৩৩) হর্ষদি সঞ্চরী- হর্ষনা চিংবা ভাব পুন্থ্রা হুমদোইগী মমিংদি অসিনিঃ- নির্বেবদ, বিষাদ, দৈন্য, গ্লানি, শ্রম, মদ, গর্বব, শঙ্কা, ত্রাস, আবেগ, উন্মাদ, ব্যাধি, মোহ, মৃতি, আনস্য ব্রীড়া, অবহিথা, স্মৃতি, বিতর্ক, চিন্তা, মতি, ধৃতি, হর্ষ, ঔৎসুকা, ঔগ্র, অমর্ষ, অসূয়া, চাপল্য, নিদ্রা, সুপ্তি অমদি বোধ মখোয় অসিনি মসিগী অথোইবা মবর্মদি ভক্তি রসামৃত সিন্ধুগী ২।৮ লহবীদা য়েংলগা খঙ্গনি। দৈন্য, উন্মাদ, ঔৎসুক্য, অমর্ষ, চাপল্য মখোয় অসিগী মরম ২-২গী ৬৩ ত্রিপদীগী টীকাদা ইখ্রে। গর্বব- না ৬৫কী টীকাদা নির্ববদ, বিষাদ, ধৃতি হর্ষ অসিসু ৭৬তা ইখ্রে। অবহিথা, মতি, ঔগ্র্য অসিসু মথক্তা ইখ্রে।

গ্লানি- (শ্রম) চোকথবা পুক্লিং রাবা অমদি বতিনচিংবনা মরম ওইদুনা হকচাং শক্তিগী সরুক ময়েং তাবদগী পাঙ্গল সোনথবা থোকই, মদুবু গ্লানি কৌই। গ্লানি অসিদা নিক্পা হকচাং পংথবা, চু ওনবা, য়াংকংথবা অমদি মিৎয়েং তথকপনচিংবা ওই।

শ্রম- লম্বী চৎপগী, জগোয় শাবা অমদি বতি ক্রিড়াগী অৱাববু শ্রম কৌই। মসিদা তুমনিংবল, হুমাং শৌবা, হাকাম চনবা, স্বব সাংনা হোবনাচিংবা ওই।

মদ- মধু পাণ অমদি অকনবা কামগী রাখল মৈশাদা জ্ঞান মাংববু মদ কৌই। মসিদা মিৎ ঙাংবা, খোংথাং সোইবা, রা ঙাংবা ফিংবা ওই।

গর্বব- লাইবক্ ফবা, শক ফজবা, মথোৎ কাবকপা, অপাম্বা নিংবা থংবদগী অতোপ্লবু থ ওইদববু গর্বব কৌই। নমহত্নুনা ঙাংবা, পাওখুম পিদবা, অনিংবা লোৎসিনবা মীগী রা তাদবা মসিনা চিংবা তৌই।

শঙ্কা- মঙোন্দা হুবাম্বা সিজিনবা, মবান লৈকবগী, অমদি অতোপ্পনা লৌনম তৌবদগী অদুগুম্না মাগী ফত্তবগী মতৌ উরকপা, মখোয় অসিবু শঙ্কা কৌই। চিনবান কংবা, কুচু ওনবা, মাইকৈ কদোমদনো হায়দুনা য়েংবা লোৎতুনা লৈবা অসিনচিংবা মওং ওই।

**পদঃ-**

সখীর স্বাভাব এক অকথ্য কথন।
কৃষ্ণ সহ নিজ লীলায় নাহি সখীর মন।।২১১
কৃষ্ণ সহ রাধিকার লীলা যে করায়।
নিজ কেলি হৈতে তাহাকোটি সুখ পায়।।২১২
রাধব স্বরূপ কৃষ্ণপ্রেমের কল্পলতা।
সখীগণ হয় তাব পল্লব পুষ্প পাতা।।২১৩
কৃষ্ণ লীলামৃতে যদি লতাকে সিঞ্চয়।
নিজ সেবা হৈতে পল্লবাদ্যেব কোটি সুখ হয়।।২১৪

**পদ অর্থঃ-**

সখীগী লিচৎ অসিদি হায়বা ঙমদবনি।
কৃষ্ণগা মখোইগা লীলা শান্নানিংদবনি।।২১১
কৃষ্ণগা রাধাগা লীলা অদুম্না শান্নহল্লি।
মশানা শান্নবদগী শরুক কোটী হেল্লি।।২১২
বাধাগী শক্তি কৃষ্ণগী প্রেমগী উর্বিনিদো।
সখীসিংনা মাগী মনা মশা মপান্নিদো।।২১৩
কৃষ্ণ লীলা আমৃতনা উরীদা খিল্লবা।
মশাদা খিকপদগী হেল্লি মনানা নুঙাইবা।।২১৪

---

**টীকা:**

ত্রাস- নোংথাং, কিবা যাবা জীব অর্মাদ অযাকপা খোঞ্জেন্দগী পুক্লিং লাংবা পোকপা মসি পুম্নবুনা (ত্রাস) মীপাইবা কৌই। নাক্তা নৈবা পোৎকি মতেং লৌবা তু চুংবা নিকপা চঙক্লদুনা লেপ্পা ঙকপনা চিংলনা মাগী মওংনি।

তথাহি গোবিন্দ লীলামৃতে (১০।১৬) শ্লোকে:-

সখ্যঃ শ্রীরাধিকায়া ব্রজকুবুদবিধোর্হলাদিনী নামশক্তেঃ
সারাংশ প্রেম বল্ল্যাঃ কিসলয়দল পুষ্পাদিতুল্যাঃ স্বতুল্যাঃ।
সিক্তায়াং কৃষ্ণ লীলামৃতরসনিচয়ৈ রুল্লসন্ত্যামমুষ্যাং।
জাতোল্লাসাঃ স্বসেকাৎ শতগুণমধিকং সন্তিযতন্ন চিত্রম্।।২১৫

## শ্লোক অর্থ ঃ-

মসিগী প্রমাণ গোবিন্দ লীলামৃতদা (১০।১৬) হায়রি-

ব্রজথরোগী থা ওইবা কৃষ্ণগী হলাদিনী শক্তিগী মচী ওইবি
প্রেমগী মশক উরীনি রাধিকানা সখীনা মনা মপান্নি রাধাগী
লীলা অমৃতনা উরীদা খিল্লবদা উরীনা হরাওবগুম্না
মনা মপান্না হরাওই মশাদা খিপদগী হেন্না
মসিদা থোইনা ঙকফম থোক্তে।।২১৫

**অন্বয়ঃ** ।- ব্রজকুমুদ বিধো (ব্রজথরোগী অচানবা থা ওইবা শ্রীকৃষ্ণগী) হলাদিনী নামশক্তে (হলাদিনী কৌবি শক্তিগী) সারাংশপ্রেম বল্ল্যাঃ (মচী ওইবা প্রেম্না উরিগী মশক ওইবি) শ্রীরাধায়াঃ (শ্রীরাধাগী) স্বতুল্যাঃ (মহাক্কা মান্নবী) সখ্যঃ (সখীসিং অসি) কিশলয় দল পুষ্পাদি তুল্যাঃ (মনা অনৌবা, ময়োন মপানগুম্বনি) শ্রীকৃষ্ণ লীলামৃত রসনিচয়ৈঃ (কৃষ্ণগী লীলামৃত রসগী মপৈনাব সিক্তাযাম (চাইরবী) অমুষ্যাম্ (শ্রীরাধা অসিনা) উল্লসন্ত্যাম (পেল্লবদা) স্বসেকাৎ (মাঙোন্দা চাইবদগী) শতগুণম্ অধিকম্ (শকক চামা হেন্না) জাতোল্লাসাঃ (হরাউদুনা) সন্তি (লৈ) যৎ (মবম অদুদগী) তৎ (মদুদা নুঙাই হায়বাসি) ন চিত্রম্ (ওঙ্গোকপা অঙকপা নত্তে অর্থাৎ মরুদা পাম্বীদা ঈশিং চাইবগা মশা, মনা, মপান মহৈনা চিংবা লোইনা অফবা ওই।।২১৫

ব্রজবাসি অমদি গোপীসিং অসিনা থবো ওইবা থবো অদুগী শাৎনবগী মবম্না শ্রীকৃষ্ণ থানি, থানা থোক্লগা থবোনা হবাউদুনা শাৎপগুম্না শ্রীকৃষ্ণবু উবদা বৃন্দাবন্দা লৈবা পুম্বনা নুঙাইজে থোইনা গোপীসিংনা নুঙাইবা ফংজে অসিগুম্বা কৃষ্ণগী হলাদিনী শক্তিগী মচি ওইবা শরুক অদুনা ওইবী শ্রীরাধীকাগী সখীনি উবি মপাম্বীগা মনা, মপানগা ময়োনগা মান্নবগুম্না রাধিকা সখী চপ মান্নে মরম অদুনা রাধানা নুঙাইবগা সখীসু নুঙাই, শ্রীকৃষ্ণগী লীলামৃতনা উরিদা চাইবক্লবদা মনা, ময়োল মপাল

পুম্নমক্না পেল্লি সখী মখোয় মশা মশামক্না থৌগন তৌগনবদগী রাধিকানা থৌগত্তৌবনা শরুক চান্মা হেল্লি নুঙাইবা মসিদা থোইনা ওহ্নোকপা অঙকপা নত্তে।।২১৫

---

**টীকা:–**

আবেগ- পুক্নিঙ্গি অঙকপা (কৌবদগী থোকপা থিনথদবা) মহাকপু (আবেগ) পুক্নিংগী অইনবা কৌই। মসিদি নুংশীবা, নুংশীদবা, মৈ, মীনস্বা, নোং, নুংশীৎ, শামু অমদি যেক্লবা মখোয় নিপান্দগী থোকই। নুংশীবদগী পোকপনা তুচুংবা ৱাঙাংবা নুংশীবা ঙাংবা অফিংবা ফম ফমদগী হৌগৎপা ওই, নুংশীদবদগী পোকপানা হেক লৈপাক্তা তুবা, লাওবা, চেনবনা চিংবনি, (অগ্নিজ) মৈদগী পোকপনা খোংথাং কাইবা, নিকপা মিৎ উইসিনবা পী তাবা অসিনা চিংবনি। (বায়ুজনিত) নুংশীত্তগী পোকপনা হকচাং কুপ্সিনবা, কন্না চেনবা মীৎ নোইবা। (উৎপাত জনিত) উৎপানগী থোকপনা মাইথোং মকশিনবা, অঙকপা হকচাং নিকপনচিংবনী। শামুদগী পোকপনা চেনবা মীপায়বা হন্না য়েংবনা চিংবনি বর্ষা জনিত) নোংদগী পোকপা নিকপা নিংথস্বানচিংবা অমদি য়েক্লবদগী থোকপনা খুৎলাই লৌবা, যুমদগী চেন্থোকপনচিংবা অসিনি।

অপস্মৃতি- দুঃখজনিত অৱাবদগী পোকপা পুক্নিং লাকসিনবা ঙমদবা। মসিদা লৈপাক্তা তুবা, চেনবা, নিকপা অমদি লাউখোংবনচিংবা তৌই।

ব্যাধি- থোইদোকপগী মশক ওইবা দোষ অমদি কাইনবচিংবনা মবম ওইদুনা হকচাংদা অদুগুম্না নাবগুম্বা ভাব ওইববু ব্যাধি কৌই। মসিদা নুংসাম্বর সাংনা হোনবা মৈশা লাংবা অমদি হকচাং চোকথবনচিংবা ওই।

মোহ- হরাওঁবা, ৱাবা, কাইনবা অমদি অকিবনচিংবদগী পুক্নিংনা খংবা ঙম্বগী শক্তি লৈতববু মোহ কৌই। মসিদা লৈপাক্তা তুবা অমদি ইন্দ্রিয় পুম্না ফকচিনবনচিংবা তৌই।

মৃতি- ৱাবা, ব্যাধি, অমদি মীপাইবনচিংবদগী অদুম্না থৱাই থাদোকপা মাগী মম্নীংনা মৃতি কৌই। অরেপ্পা ভক্ত লোইনতনদা লৈবদা মৃতি হায়বসিদা শিবগা মান্নবা ফিভম ওই। মসিদা ৱা ঙাংদবা, কুচু ওনবা স্বর পিকথবা অসি ওই।

আলস্য- ঙমদুনসু থবক তৌদবা, চোকথবনচিংবা থমক তৌনিংদববু অলস্য কৌই। মসিদা তিংলি য়াংলীবা, হাকামচনবা, মীৎ নোয়বা, ফমদুনা লৈবা, উইবা তৌই।

জাড্য- অপাম্বা অমদি পামদবা উবদা, পাউ তাবদা অমসুং কাইনবগী মতমদা অদুম্না বুদ্ধি মাংববু জাড্য কৌই। মসিদা তুম্মিন্না লৈবা অমদি নিংশিংদবা অকাওবনচিংবা ওই।

ব্রীড়া- (নব সঙ্গম) নৌনা উনবা তিন্নবা ইগুণ থাগৎপা অমদি থওইদবনচিংবদগী চিংনবা ভাব ওই মদুবু (ব্রিড়া) ইকাইবা কৌই। মসিদা মাই লুকথবা খুমজিনবা ৱা ঙাংদবা অমদি লৈপাক্তা লয়ীচিংবা তৌই।

স্মৃতি- মান্নবা পোৎ অমবু উবদা পুক্নিংদা মদুবু হেক্তা নিংসিংলকপা, অমদি চেৎনা ওৱাইবদগী

**টীকা:—**

থক্তা হান্না খংগ্রববু অদুগুম্না থাজবা, অর্থ নিংশিংবা মদুবু (স্মৃতি) কাওদনা নিংশিংবা কৌই। মসিদা ঙক নোম্বনা চিংবা তৌই।

বিতর্ক- চিংনবদগী পুক্লিংদা মাওন মাওন খন্দুনা, মদুবু বিতর্ক কৌই। মসিদা কোক অমসুং খুদোম্বীনচিংবা খুৎ হাইবনচিংবা তৌই।

চিন্তা- অপাম্বা অনিংবা পোৎ ফংদবদগী মদুতবু খনবা, মদুবু চিন্তা কৌই। মসিদা নুংশাম্বর সাংনা হোনবা, তুম্বা য়াদবা অমদি তেংথাবনচিংবা তৌই।

অসুয়া- মীতোপ্পা লাইবক ফখিবা অমদি মগুন হেনখিদুনা যেক্লবা ওইনা খনববু অসুয়া কৌই। মসিদা খম্বন্বা, থৌওইদবা, মগুণ্ডা দোষ পিসিনবা তৌই।

নিদ্রা- ৱাবদগী, তনথরুকপদগী অমদি চোকথবনা খুদুম চনখিবদগী মপানগী ৱাখল জ্ঞান মাংথরকপা ওই। মসিবু (নিদ্রা) তুমবা হায। মসিদা মিৎ উইসিন্বা নুংশা শ্বর সাংনা হোনবা অমসি ফর্ক্চিনবা তম্বনচিংবা তৌই।

সুপ্তি- য়াম্না চেৎনা কন্না তুম্ববু সুপ্তি কৌই। মসিদসু মিৎ উইসিনবা তৌই ইন্দ্রিয় পুম্বা পংথবগুম্মী।

বোধ- খংদবা, অঙকপা, অমদি তুমনিংবনা চিংববু লাপথোকখিনবা চোকসিনবা থৌরাং তৌবা অমদি জ্ঞান ফাওরকপা মসিগী মমিংবু বোধ কৌই।

মৃদ্দীপ্ত সাত্ত্বিক.. ভবি- মথক্লা হায়খিবা সুদ্দীপ্তা সাত্ত্বিক ভাব অমদি হর্ষনচিংবা সঞ্চরি ভাবকী মশক লৈতেং ময়াম অসিনা শ্রীরাধিকাগী হকচাং খুদিংদা পুরি লৈতেংদুনা লৈ হায়খিবা ভাব পুম্নমক্লা শ্রীমতি রাধিকাগী হকচাং খুদিংদা লৈতেং পোৎ অমগুম্না লৈতেংদুনা য়াম্না হেন্না শ্ররাধিকানা ফজে মিকুপ খুদিঙ্গি ভাবনা লৈতেং ওইদুনা ফজবা হেল্লি।

হর্ষ- হবাওবা অনিংবা অপাম্ববু ফংবদগী পোকপা হেন্না নুঙাইবা ওইবনা মসিদা মহাকপু অহানবদা থম্ননি।

অবহিত্থা- কবিগুম্বা শেম্বা ভাব অমনা মবম ওইদুনা লোৎফম থোকপা ভাবকি অনুভাবপু হঞ্জিন্দুনা থম্ববু অবহিত্থা কৌই। ভাব ফোংদোকপা হকচাংনচিংববু উহন্দবা লোৎপা, মাইকৈ ওন্নবদা য়েংবা, অরেম্বা খনবা, ৱাঙাং মবৈ মবা তৌনা ঙাংবনচিংবা তৌই।

মতি- লাইরিকসিঙ্গি বিচাব পোকপা অর্থ লৌখৎপবু মতি কৌই। মসিদা চিংনবা অঙকপা কোক্লবা তৌফম থোকপ তৌবা পাওতাক পিফমদা পিবা তৌই।

ঔগ্র- লাল্লবদগী অমদি ৱাঙাং থিবদগী শাওববু ঔগ্র কৌই। হাৎপা, পুনবা, কোক নিকপা, চৈহৎপা ফুবনচিংবনা মাগী মতৌনি।

সুদ্দীপ্ত সাত্ত্বিক...ভরি সুদ্দীপ্তবসাত্ত্বিক কৌবা ৱাখল অমদি হরাওখ্রবা সঞ্চারি কৌবা ভাবকী

**পদঃ-**

যদ্যপি সখীর কৃষ্ণ সঙ্গমে নাহি মন।
তথাপি রাধিকা যত্নে করায সঙ্গম ॥২১৬
নানা ছলেকৃষ্ণে প্রেবি সঙ্গম করায।
আত্মা কৃষ্ণ সঙ্গ হৈতে কোটি সুখপায় ॥২১৭

**পদ অর্থঃ-**

তৌইগুম্বসুং সখীনা কৃষ্ণগা শান্নগে খন্দে।
অদুম ওইনসু রাধানা থৌগল তৌহল্লিদো ॥২১৬
মবৈ তৌদুনা কৃষ্ণদা থাদুনা সিন্নেদো।
মশানা সেবা তৌবদগী শরুক কোটি ফংল্লিদো ॥২১৭

---

**টীকা:-**

মশক ওইবা লৈতেং পোৎ খিনক্লা শানাধকাগা চকচাং পুন্নদা লৈতেং ওইদুনা পানবা-ন হায়বনে ভাব পুন্সনা ফিভেৎ লৈতেং পোৎকুম্না মহাক্কি চকচাংনা নিংথিনা ফজবা হেনগৎহল্লি।২১৮

কিল কিঞ্চিৎ-[illegible]- কিলকিঞ্চিৎ [illegible] ২০) গা মশক [illegible] অলঙ্কারনা মহাক্কি চকচাংগী লৈতেং পোৎনা- মহাক্কি থম্মোইদা [illegible] পুন্স অসি মপ [illegible] লৈ। [illegible] কিলকিঞ্চিৎ কৌবাদ হাব-ভাব, হেলা, শোভা কান্তি, দাপ্তী, মাধুর্য [illegible], ঔদার্য্য, ধৈর্য্য, হাব, ভাব মসিদি হেলা মঙ্গম অসিনা চকচাংদগী পোকপা। শোভাদগীন বৈর্য [illegible] অসিনা চোকসিন্দবদগী ফিভেৎ[illegible] চোকাশনহৌদনদগী মশান [illegible] ফোংদোক্লকপা। লীলা, বিলাস, বিচ্ছিত্তি, বিভ্রম, কিলকিঞ্চিত, মোট্টায়িত, বিব্বোক, ললিত অমাদ বিকৃত অসিগুম্ব [illegible] (২০) অসিনা স্বভাবতগী পোকপানি।

মসি উজ্জ্বলনীলমণিঃ অনুভাব প্রকরণদা ৫৭ তা হায়বি- যৌবনে সত্ত্ব জাস্তা সামলঙ্কারাস্তুবিংশাত উদয়ন্ত্যদ্ভুতাঃ কান্তে সর্বথাভিনিবেশত ॥ নুপী ওইবসিঙ্গ মথোৎ কনককপা মতমদা চাংজনসিংদ পুক্নিং চংলুবদগী মশানা পোকচৈ (সত্ত্ব-জনিত) ভাব মখল কুনথক্লি মসি থোবকই, মখোয অদুনা মখোযসিংগী অঙকপা লৈতেং পোৎকি মশকান, হায়বাদ লৈতেং পোৎকুম্না চকচাংগী ফজবা হেনগৎহল্লি ॥

## পদঃ-

অন্যোন্যে বিশুদ্ধ প্রেম করে রস পুষ্ট।
তা সভার প্রেম দেখি কৃষ্ণ হয়তুষ্ট।।২১৮
সহজেগোপীর প্রেম নহে প্রাকৃত কাম।
কামক্রীড়া সাম্যে তার কহি কাম নাম।।২১৯

## পদ অর্থঃ-

মহৈ মহৈ অসেংবা প্রেম্না রসবু চাওহল্লি।
মখোয় পুম্বগী প্রেম উবদা শ্রীকৃষ্ণনা পেল্লি।।২১৮
মহৌশানা গোপীগি প্রেম চমলবা কাম নত্তেদো।
কামলীলাগা মান্নে হায়না মাবু কাম কৌইদো।।২১৯

তথাহি ভক্তি রসামৃত সিন্ধৌ পূঃ সাধন ভক্তি লহর্য্যাম- (২।১৪৩)
প্রেমৈব গোপ রামাণাং কাম ইত্যগমৎ প্রথাম্।
ইত্যুদ্ধবাদয়ো প্যেতং বাঞ্ছন্তি ভগবৎ প্রিয়া।।২২০

## শ্লোক অর্থঃ-

গোপীগী প্রেমসে কাম হায়না ফাউখরে।
অসিনা উদ্ধবনচিংব ভক্তনা পামনরি।।২২০

**অন্বয়ঃ** ।- মসি গৌতমী তন্ত্রদা গোপ রামাণাং (গোপরামসিঙ্গি) প্রেমা এব (প্রেমত্তনা) কামঃইতি (কাম অসুম্না) প্রথাম্ (মিংথোল ফাওববু) অগমৎ (ফংখি) ইতি (মরম অসিনা) উদ্ধাবাদয়। (উদ্ধবনচিংবা) ভগবৎ প্রিয়াঃ (ভগবৎ ভক্তসিংনা) এতম (প্রেম অসিবু) বঞ্ (পামই) ।।২২০

## টীকা:—

গুণশ্রেনী...পূরিত" মখোয়পুম্বগী মপান্নাইদ্রবা গুণগী মপৈনা লৈগী পবেং ওইদুনা শ্রীরাধিকাগী হকচাংদা থোনবনা লৈগী পরেং থোনবগী ফজবদগী হেন্না ফজৈ, মরম অদুনা হকচাং ফজনবা লৈ পরেং থোল্দ্রবসু য়াই, মাগী মশিং নাইদ্রবা গুণগী মপৈনা লৈ পবেং ওইবি। শ্রীমতিরাধিকাগী গুণ

**পদঃ-**

নিজেন্দ্রিয় সুখেহেতু কামের তাৎপর্য্য।
কৃষ্ণ সুখ তাৎপর্য্য গোপী ভাব বর্য্য।।২২১
নিজেন্দ্রিয় সুখবাঞ্ছা নাহি গোপিকার।
কৃষ্ণে সুখদিতে করে সঙ্গম বিহার।।২২২

**পদ অর্থঃ-**

ইশাগী নুঙাইবতবু কামগী অচেৎপনি।
কৃষ্ণগী নুঙাইবতবু গোপী ভাব অচেৎপনি।।২২১
মশাগী নুঙাইবা খন্দে গোপি পুন্নমক্না।
কৃষ্ণবু নুঙাইহনগে খন্দুনা সান্নবনি।।২২২

তথাহি শ্রীমদ্ভাগবতে ১০ স্কন্ধে ৩১ অঃধ্যায় ১৯ শ্লোকঃ-

যত্তে সুজাত চরণাম্বুরুহং স্তনেষু।
জীতাঃ শনৈঃ প্রিয়! দধীমহি কর্ক শেষু।
তেনাটবীমটসি তদ্ব্যথতে ন কিং স্বিৎ
কুর্পাদিভি ভ্রমতি ধীর্ভবদা য়ুষাংনঃ।।২২৩

**শ্লোক অর্থঃ-**

হে কৃষ্ণ! নঙ্গি চরণ থম্বান্না ঐখোয়গী
কল্লবা স্তন্দা হাপ্পদা নাগনি কিজবি ঐখোইনা
তপ্না হাপচৈ অদুগা বনগী নাপী মরক্তা
লেংবদা নুংকুপ্নচিংবনা নাদবরা নহাক্লা
পুন্সি ওইবি ঐখোয়না ঙকলে।।২২৩

**অন্বয়ঃ ।–** গোপীসিংনা স্তুতি তৌবা রাহৈনা প্রিয় (হে অচাম্বা ওইবা কৃষ্ণ) তে (নংগী) যৎ (অদুগুম্বা) চরণাম্বু রুহম্ (নখোং থম্বানবু) কর্কশেষু (অকম্বা) স্তনেষু (স্তন খিবিক্তা) ভীতাঃ (নাখিগনি হায়না কিরবী ঐখোযনা) শনৈঃ (কাইদং কাইদংনা) দধী মহি (হাপচরি) তেন (অদুপ নৌরবা নখোং থম্বান্না) অতবীম (নাপী মবক্তা) অটসি (কোইনা চপদা) কুর্পা দিভিঃ (নুঙ মকুপনচিংবনা মবম ওইদুনা) তৎ (নখোং থম্বাল অদুনা) কিংস্বিৎ নব্যথতে (করিনো নাদবরা) ভবদায়ু ষাম (নহাক্কা পুনসি ওইদুনা হিংজবিবী) নঃ (ঐখোয়গী) ধীঃ (বুদ্ধিনা) ভ্রমতি (অঙকপা ওইবে) ।।২২৩

---

**টীকা:–**

মযাম অদুদি খব অসিনি শ্রীকৃষ্ণগুম্না শ্রীমতি রাধিকাগীসু অতৈ মসিং নাইদ্রবা গুণ মযাম লৈ, মদুগী মনুংদগী অথোইবা খরদংনি মীপুকহুবা, মথোৎ কারকপা, মিৎযেং তথকপা, মেঙনা নুংশীনা নোকপা, ফজবা লাইবক ফবগী মযি, কৃষ্ণবু ঙাওহন্নবা হকচাঙ্গি মনম নুংশীবনা থনবা, ঈশৈদা হৈ শিংব, রাঙাং ফজবা মেংবা, মনুং শোক্লা নুঙাইহনবা হৈবা, নোল্লুকপা, মীনুংশি খংবা, বসখংবদা পণ্ডিৎ ওইবা, তৈ শিংবা ইকাই থিবা লমচৎ ফজবা, মীগী মগুণ মাংহন্দবা, খাংবা কনবা, চিংলেম্না, সান্নবদা হৈশিংবা, মহাভাবকী অথোইবনা খৌরাঙ্গনবা, জগৎ পুম্বদা ফাওবা মীংচৎ ওইবা, অসি নত্তবা গুণ মযাম অমসু কৃষ্ণগুম্না লৈ মসিদগী অহেনবদি অপাকপা ব্যাখ্যাদি ২।২৩।৮০গী শ্লোক্কি ব্যাখ্যাদা যেংঙু।

"সৌভাগ্য" মপুরোইবদগী হেন্না চানবিবা ফংবনা নুপীগী লাইবক ফবনি। কৃষ্ণগী অচান্বি পুম্বদগী অহেন্না ওইবগী লাইবক ফবগী মঙান্না মাগী লাইবক্তা চন্দন ওইনা লংনা ঙাল্লি শ্রীকৃষ্ণগী নাক্তা লৈদুনসু, প্রেমগী অথোইবা রাখন্না তেন্না খল্লুবদগী, শ্রীকৃষ্ণ নাক্তা লৈত্রে অসুম্না খল্লুবদগী পুনিংদা অরাবা পুম্না পোকপবু প্রেম বৈচিত্ত্য কৌই, মদুদি উজ্জ্বল নীলমনিনা হায- "প্রিয়সা সান্নিকর্ষেহপি প্রেমোৎকর্ষ স্বভাবতঃ। যা বি শ্লেষ ধিয়ার্তিস্তৎ প্রেম বৈচিত্তামুচাতে।। অসুম্না হায। অসিগুম্না রাখলনা শুক্তা সিবা লিক্তা যাওবা মণীনা লংবগুম্না লংলি। প্রেম বৈচিত্ত্য ভাবনা লিক্কি মযাইদা যাওবা লংলবা মণীগুম্না রাধাগী থবাক্তা য়াম্না ফজববু উৎলি হাযবদি রাধাগী থম্মোইদা প্রেমবৈচিত্ত্য অসি মতম পুম্বদা লৈ। ১৭৬ "মধাবয়ঃ- স্থিতি" মহাক অদুনা মতম পুম্বদা (বালা) অঙাং ওইবা অমাদি (যৌবণেবসন্ধি) মথোৎ কাবকপগী লোন্নবা তিন্নবা মতম হাযবদি অনৌবা মথোৎ কাবকপগী ফিভম ওই, মদুবু নিত্য কিশোরী কৌই অদুগুম্না নিত্যকিশোরী ওইবি সখীগী লেংবান্দা শ্রীরাধাগী পাস্লেম হাপুনা লৈ, শ্রীকৃষ্ণগী লীলাতবু খনবা রাখন্না পুক্নিংগী মচৎ অদুনা সখীগী মশক ওইদুনা নাক যেং মাং তুং মাইকৈ পুম্বদা কোইনা লৈ।১৭৭

"নিজাঙ্গ সৌবভালযে" মাগী হকচাঙ্গি মনম নুংশীবগি মশক ওইবা যুমদা (গর্বব) হাযবদি লাইবক ফবা, শক ফজবা, মথোৎ কাবকপা, নিংবা থুংবা অসিনচিংবনি নাপন হাযবসি অসিগুম্না শয্যাদা ফমদুনা শ্রীকৃষ্ণগী লীলাতবু খন্দুনা লৈ। গবব হাযবসি ভক্তি বসামৃত সিন্ধুনা হাযব্র সৌভাগ্য রূপ তরুণ্য গুণ সর্বেবতেমাশ্রয়ৈঃ। ইষ্টলাভাদিনা চান্য হেলনং গর্বব ঈর্ষাতে।। হায়রিবা অসিনা মী অতোপ্পবু থওইদবা অদুবু গর্বব কৌই।১৭৮

**পদঃ-**

সেই গোপী ভাবা মৃতে যার লোভ হয়।
বেদ ধর্ম্ম লোক ত্যজি সেইকৃষ্ণে ভজয় ।।২২৪
রাগা নুগা মার্গে তাঁরে ভজে যেইজন।
সেইজন পায় ব্রজে ব্রজেন্দ নন্দন ।।২২৫
ব্রজলোকের কোনভাব লঞাযেইভজে।
ভাব যোগ্য দেহ পাইয়া কৃষ্ণ পায় ব্রজে ।।২২৬
তাহাতে দৃস্তান্ত উপনিষদ শ্রুতিগন।
রাগ মার্গে ভজি পাইল ব্রজেন্দ্র নন্দন ।।২২৭

**পদ অর্থ ঃ-**

অসিগুম্বা গোপী ভাব অমৃতদা পামলবা।
বেদ ধর্ম্ম মীগিসু থাদোক্তুনা নিংলবা ।।২২৪
রাগা নুগানা নিংলবদি মী মহাক অদুনা।
বৃন্দাবন্দা ব্রজরাজগী মচা ফংই মানা ।।২২৫
ব্রজগী মীগী মতৌবু তমদুনা নিংলবা।
ব্রাখলগী হকচাংনা ফংই বৃন্দাবন্দা কৃষ্ণবু ।।২২৬
মদুগী প্রমান্নি শ্রুতি উপনিষদসিংনা।
বৃন্দাবন্দা কৃষ্ণ ফংই রাগনা নিংবনা ।।২২৭

---

টীকা:—

"কৃষ্ণ নাম গুণ্ যশ" শ্রীকৃষ্ণগী নাম গুণ অমদি মিংচৎপু তাবতনা নাকোংগী লৈতেং ফজবা নাচোমগুম্না থোল্লি। শক ফজবি মথোৎ কাবকপীসিংনা নাকোংদা ফজবা নাচোম শেমদুনা চিল্লি মদু শ্রীমতি রাধিকাদি সেম্মুবা নাইদবা মন্থবসু লৈতবা শ্রীকৃষ্ণগী নাম গুণতনা থোল্লি মদু তাবতনা

তথাহি শ্রীমদ্ভাগবতে ১০ । ৭৮। ১৯ শ্লোকঃ শ্রীভগবন্তং প্রতি শ্রুতি বচনং

নিভৃত মরুন্মনোঽক্ষ দৃঢ়যোগ যুজোহৃদি
যন্মুনয় উপাসতে তদরয়োঽপি যযুঃ স্মরনাৎ।
স্ত্রিয় উরগেন্দ্র ভোগ ভুজদণ্ড বিষক্তধিয়ো
য়মপি তে সমাঃ সমদৃশোঽঙ্ঘ্রি সরোজসুধাঃ২২৮

**শ্লোক অর্থঃ-**

প্রাণ মন ইন্দ্রিয় ফাজিন্দুনা চেৎনা যোগ তৌবা
মুণিনা থম্মোইদা নিংবা অদু য়েক্লবা ওইবা।
মাবু নিংবনসু ফংই লিগুম্বা পাম্বোম্বু
পামজবা গোপীসিংনা চরণগী লৈহিবু ।।
গোপী গুম্না পামলিবী শ্রুতি ঐখোয়বু
ফংহনবিয়ু গোপীগী মতুং ইন্নবু ।।২২৮

**পদঃ-**

'সমুদৃশ' শব্দে কহে সেই ভাবে অনুগতি।
'সমা' শব্দে কহে শ্রুতির গোপীদেহ প্রাপ্তি ।।২২৯
'অঙ্ঘ্রি পদ্মসুধা' কহে কৃষ্ণ সঙ্গা নন্দ।
বিধিমার্গে না পাইয়ে ব্রজে কৃষ্ণচন্দ্র ।।২৩০

**পদ অর্থঃ-**

সমদৃশ শব্দনা হায় ভাবকি তুং ইনববু
সমা শব্দনসু হায়দো শ্রুতিনা গোপী ওইববু ।।২২৯
অঙ্ঘ্রি পদ্ম সুধা না হায় কৃষ্ণ সেবা নুঙাইববু
বিধিগী লম্বীনা ফংদে ব্রজদা কৃষ্ণবু ।।২৩০

**অন্বয়ঃ।**- নিভৃত মরুন্মনোক্ষদৃঢ় যোগ যুজঃ (প্রাণ কৌবা নুংশীৎ, মন ইন্দ্রিয় পুম্নমক অসি চেৎনা ফাজিন্দুনা চেৎনা যোগ তৌরবা) মুনয়ঃ (মুনিসিংনা) হৃদি (থম্মোইদা) উপাসতে (মাবু নিংবা হায়বদি অদুগুম্না নির্বিশেষ ব্রহ্মগী আনন্দবু ফংবা) তৎ (মদুদি) অরয়ঃ অপি (মাগী য়েক্লবসিংনসু স্মরনাৎ (এংথিনবা ওইনা নিংলুবদগী) যযুঃ(ফংখি) উরগেন্দ্র ভোগভুজ দণ্ডবিষক্তধিয়ঃ (লিন অথোইবগী মশা মানবা নংগী পাম্বোমদা পামজবী) স্ত্রিয়ঃ (গোপীসিংনা) তে (নংগী) অঙ্ঘ্রিসরোজ সুধাঃ (চরণগী মশক ওইবা থম্বানগী লৈহিবু) সমাঃ (গোপীসিঙ্গা মান্ননা পাম্নবা) বয়ম্ অপি (শ্রুতি ঐখোয়সু) সমদৃশঃ (গোপীসিঙ্গি ভাব্কি মতুং ইন্না ফংই)।।২২৮

---

টীকা:—

নাকোংগী ফজবা ওই, অমনা ইবেম্মাগী মুখদা লৈয়েংদা অতৎপা লৈতনা শ্রীকৃষ্ণগী নাম গুণ অমদি মিংচৎ কয়াবু শোন্দুনা লৈবনা ব্রাহৈগী ইচেন ওইরিবিনি।১৭৯

পদ ১৬৫-১৭৭ ফাওবা অসি শ্রীল রঘু নাথ দাস গোস্বামিনা ইবা প্রেমাম্ভোজমরন্দাখ্য স্তবরাজ কৌবা লাইরিক্কি পাম্বৈনা পয়ারসিং অসি ইবনি স্তব অসি শ্রী শ্রী বৃহদ্ভক্তি তত্ত্বসার ৫শুবা সংস্করণগী ২নি শুবা খণ্ডগী লামাই ১০২৭তা য়েংঙু।

"শ্যাম রস-মধু" শৃঙ্গার রসগী সেবানা মরম ওইদুনা কন্দর্প কামদেববু মথোই ফানবগি মশক ওইবা মশক ওইবা অমৃতবু শ্রীকৃষ্ণদা য়েন্দুনা পিজবি। শৃঙ্গার রসগী মচুদি শ্যামনি অদুগা দেবতানা বিষ্ণুনি মরম অদুনা শৃঙ্গার রসবু শ্যামরস হায়বনি সাহিত্য দর্শন্দা ৩।পরিচ্ছেদগী ২১০ শ্লোক্তা শ্যাম বর্নোইয়ং বিষ্ণুদৈবতং অসি হায়। অতৎপা লৈতনা নিংবা পুম্নবু থুংহল্লি শ্রীকৃষ্ণগি কৃষ্ণের বিশুদ্ধ প্রেম- রত্নের" শ্রীরাধিকাতনা শ্রীকৃষ্ণগী মরমদা সেংলবা প্রেমগি মশক ওইবা রত্নগি মশক ওইবীনি। চাংদম্নিঙাই লৈতবা গুণ পুম্নগী তুংনফম ওইবি হকচাংনি ।।১৮০।১৮১

শ্রীকৃষ্ণগী প্রেম পেকফম ওইবা লৈমাই কনানো? অমত্তা ওইবি রাধিকাতনি। শ্রীকৃষ্ণ চাংদমনিঙাই লৈতবা গুন্না তিনবি অচাম্বি কনানো? রাধিকা মাতনি, অতোপ্পা কনা লৈতে। রাধিকাগী শমদা অথোইবা, মিৎয়েং মিৎচিদা তথক তথকপা, থবাক্কি মায়োক্তা অকন থম্মোইদা লৈগদবা পুম্নবু মপান্দা থমদুনা থম্মোই খোইদবি কন্দবী তথক্তবি ওইদুনা শ্রীকৃষ্ণগী অনিংবা পুম্নবু থুংহন্না গুমলিবি রাধানি অতোপ্পা কনাসু লৈতে।।১৮২

"যাঁহার...সত্য ভামা" দ্বারকাগী ইবেম্মা শ্রীসত্য ভামাদেবীনা অদুগুম্বী শ্রীরাধিকাগী লাইবক ফবা গুণ অদুবু ফংগে হায়না নিংখি, "কলাবিলাস" জগোই শাবা ইশৈসকপনা চিংবা বিদ্যা হুন্দ্রু মরিবু ব্রজগোপী পুম্বনা শ্রীমতি রাধিকাদগী তম্মিদো।১৮৩

"যারসৌন্দর্য্য শ্রীলক্ষ্মী অমদি দূর্গা অনি অসি শক ফজবি পুম্নদগী হেন্না ফজবিনি অদুবু শ্রীরাধিকাগা চাং তম্নবদি মখোয়গী ফজবদো সিংথাদে রাধানা হেল্লি, মরম অদুনা দূর্গানচিংবী মখোয়না শ্রীরাধাগুম্না শক ফজবি ওইগে হায়না খল্লি। ইবেম্মগী ফজবা শক অদুবু পাম্মি। অমনা

তথাহি শ্রীমদ্ভাগবতে ১০স্কন্ধ ৯অঃ শ্লোকঃ পরিক্ষিত প্রতি শুক বচনং

নায়ং সুখাপোভগবান দেহিনাং গোপিকাসুতঃ।
জ্ঞানিনাঞ্চাত্মভুতানাং যথা ভক্তি মতামিহ।।২৩১

যশোদাগী মচা কৃষ্ণ ফংই ভক্তি লৈবনা
তপ হৈবা জ্ঞাণীসিংনদি ফঙ্গনি কমদৌনা
মাগী ওইবা লক্ষ্মী ব্রহ্মা মহাদেবনসু
অদুগুম্না ফংখিদেদো মাবু নিংদুনসু।।২৩১

**পদঃ-**

অতএব গোপীভাব করি অঙ্গীকার।
রাত্রি দিন চিন্তে রাধা কৃষ্ণের বিহার।।২৩২
সিদ্ধদেহ চিন্তি করে তাঁহাই সেবন।
সখীভাবে পায় রাধা কৃষ্ণের চরণ।।২৩৩
গোপী অনুগতি বিনা ঐশ্বর্য্য জ্ঞানে।
ভজিলেহ নাহি পায় ব্রজেন্দ্র নন্দনে।।২২৩৪
তাহাতে দৃষ্টান্ত লক্ষ্মী করিলাভজন।
তথাপি না পাইল ব্রজে ব্রজেন্দ্র নন্দন।।২৩৫

**পদ অর্থঃ-**

মরম অসিনা গোপীগী ভাবতবু লৌদুনা।
অহিং নুংথিল রাধাকৃষ্ণগী লীলাবু খন্দুনা।।২৩২
সিদ্ধদেহ খঞ্জদুনা মদুদা সেবাবু।
সখী ভাবতা ফংই রাধা কৃষ্ণগী চরণবু।২৩৩
গোপী তুংইনজবা নত্তনা ঐশ্বর্য্য জ্ঞান্দা।

নিংলবদসু ব্রজদা কৃষ্ণবু ফংদেদা।।২৩৪
মদুগী খুদম লক্ষ্মীনা নিংজরবদসু।
অদুম ওইনা ফংখিদেদো ব্রজদা কৃষ্ণসু।।২৩৫

**অন্বয়ঃ**।- ভগবান (ভগবান ওইবা) অয়ম গোপীকা সুতঃ যশোদাগী মচা অসি) ইহ (সংসারদা) ভক্তি মতাম (ভক্তসিংদা) যথা (ওইবা অদুগুম্মা০ দেহি নাম (জীবসিংগী মরিদা) জ্ঞানিনাম (হকচাংগী নুঙাইবাবু খল্লিবসিংগী মরিদসু) নসুখাপঃ (নুঙাইনা ফংবা ওইদে) ।।২৩১

---

টীকা:—

বশিষ্ঠ মুণীগি নুপী ওইবি অরুন্ধতীনা সতী পতিব্রতা পুম্বদগী অথোইবিনি, তৌইগুম্বসুং অরুন্ধতী অদুফাওবনা শ্রীরাধিকামক্কুম্মা পতিব্রতা ধর্ম্মবু ফংননবগিদমক্তা পাম্মি। পতিব্রতা ধর্ম্ম হায়বদি আর্ত্তার্ত্তে মুদিতে হৃষ্টা প্রোষিতে মলিনা কৃশা। মৃতে ম্রিয়েতযাপত্যৌ সা স্ত্রীজ্ঞেয়া পতিব্রতা।। মপুরোইবনা য়াবদা য়াজবি হরাওবদনা মাসু হরাওজবি ওইবা, মপুরোইবনা লংফৈদা চৎখ্রবদা হকচাং ময়েং তাবা চমোৎনদুনা লৈবি, মপুরোইবনা শিরবদা মতুং ইন্দুনা থবাই থাদোকপী মপুরোইবগা লোয়নদুনা মদুবু পতিব্রতা কৌই।১৮৪

"যাঁর সদগুণ" শ্রীরাধিকাগী গুণ মপান নাইদে, মরম অসিনা লোইনা খংবা শ্রীকৃষ্ণ ওইদুনসু শ্রীরাধিকাগী অরোইবা গুণগী সিমাবু খংবা ঙমদে অসিগুম্বা গুণগী মপৈবু তোল্লবা মীপোক্তসু পোক্লবা ঐনা কমদৌনা সিংথাগনি ইত্তিক নত্তে মসিদা কৃষ্ণগী লোইনা খংবা গুণবু ময়েং তাহল্লি হায়ফতে মরমদি রাধাগী গুণ অরোইবা লৈতে অদুনা অরোইবা লৈতবগী অরোইবা করম খঙ্গনি?

"প্রভু কহে জনিল" প্রভুনা তারগা হায়রকই রামানন্দ! ঐ তাবে খংলে রাধাগী তত্ত্ব কৃষ্ণগী তত্ত্ববু অমদি প্রেমগী তত্ত্ববু হৌজিক অমুক তাজনিংলে রাধা কৃষ্ণ অনিনা শান্নরিবা লীলাগী মগুণ অদু।।১৮৫-৮৬

"রাই কহে- কৃষ্ণে" রামানন্দনা শ্রীকৃষ্ণ অসি অতপ্পা নৌদুনতা লৈ মথোৎ কারকপা মীপুক হুবা ধীর ললিতনি অতৎপা লৈতনা গোপীগা লোইনদুনা শান্নবতনা মাগী মচৎনি ধীর ললিত হায়বগী ব্যাখ্যাগি শ্লোকতা লৈরে।।১৮৭

অদুগুম্বা রস মশক খংবা, নুমিৎ চুপ্পগি তনৌ তনৌবা মথোৎ কারকপদা ওইদুনা লৈবা, মীবু শাওহন্দনা নোক্লবা লংনবদা হৈশিংবা, করিগুম্বা চিন্তাগী অবাবা লাক্লবদসু মদুগীদমক্তা ব্রাকবা লৈতবা, মহাকপু নিংজবীগী প্রেম অদুগুম্মা মাবুসু মানা খুদুম চন্দুনা থম্বা অসিগুম্বা মাবু ধীর ললিত হায়না কৌই।

বিদগ্ধো (কলাগী শান্নবা খুদিংদা হৈশিংবা কলা হায়বদি হুম্ফুমরিনি মদুদি- শ্রীমদ্ভাগবতগী

তথাহি শ্রীভাগবতে ১০স্ক ৪৭অ ৫০ শ্লোকে:-

নায়ং শ্রিয়োঽঙ্গ উনিতান্ত রতেঃ প্রসাদঃ
স্বর্যোষিতাং নলিন গন্ধ রুচাং কুতোঽন্যাঃ।
রাসোৎ সবেঽস্য ভুজদণ্ড গৃহীত কণ্ঠ
লব্ধাশিষাং যউদগাদ ব্রজসুন্দরীন্যাম্ ।।২৩৬

শ্লোক্ অর্থঃ-

রাসদা কৃষ্ণগী পান্বোম্না কোন্দুনা
ব্রজ গোপীগী ওইখি লাইবক ফবনা
থম্মোইনা পামজবি লক্ষ্মীদদি ওইখিদে
থম্বালগী মনম নম্লবী দেব রামাসিংদা ওইদে
অসিগুম্বা থৌজাল ওম্থোকপনি
অতোপ্পনদি করমনা ফঙ্গনি ।।২৩৬

পদঃ-

এত শুনি প্রভু তাঁরে কৈল আলিঙ্গন।
দুই জনে গলা গলি করেণ ক্রন্দন ।।২৩৭
এইমত প্রেমাবেশ রাত্রি গোঙা ইলা
প্রাতঃ কালে নিজ নিজ কার্য্যে দোঁহে গোলা ।।২৩৮
বিদায় সময়ে প্রভুর চরণে ধরিঞা।
রামানন্দ রায় কহে মিনতি করিয়া ।।২৩৯
মোরে কৃপা করিতে প্রভুর ইহাঁ আগমন।
দিন দশ রহি শোধ মোর দুষ্ট মন ।।১৪০

**পয় অর্থঃ-**

মদু তাবদা প্রভুনা মাবু কোনবিরেদো।
অনি কোন্নদুনা হিক্রা কপমিন্নরক্রেদো।।২৩৭
অসুম্না প্রেমদা তাওদুনা অহিং লেনমিন্নখি।
নোংঙাল্লবদা মাঃ মাগী মথৌগী চৎনখি।।২৩৮
বিদায় মতমদা প্রভুগী চরণবু কোন্দুনা।
রামানন্দনা হায়জখি নোঞ্জব উত্তুনা প্রভু লেঙঙকপনি।।২৩৯
ঐবু চানবিগে হায়দুনা প্রভু লেঙঙকপনি।
ঐগী ফত্তবা পুক্লিং সেংবিয়ু লৈবিদুনা তরানি।।১৪০

**অন্বয়ঃ** ।- রাসোৎসবে (রাসগী কুম্মৈদা) অস্য (শ্রীকৃষ্ণগী) ভুজদণ্ড গৃহীতকণ্ঠলব্ধা শিষাম (পাম্বোনা খৌরিদা কোন্দুনা মঙ্গোল ফংপ্রবি) ব্রজসুন্দরীনাম (ব্রজসুন্দরী গোপীসিংগী) যঃ (অদুগুম্বা)লাইবক ফবনা উদগাৎ (থোকখিবা) অয়ম প্রসাদঃ (অদুগুম্বা শ্রীকৃষ্ণগী থৌজাল অদু) উ (ওম্মোকপনি) নিতান্তরতেঃ (অনি লোংদনা থোইদোক্লা পামজবা রতিনা তিল্লবী) শ্রীয়ঃ (লক্ষ্মীগী মরিদা) ন (ওইদে) নলিনগন্ধরুচাম্(থম্বালগী মনম নম্বী) স্বর্যোষিতাম্ (লাইগী নুপীসিংগী মরিদসু ওইদে) অন্যাঃ (অতোপ্পীসিংন) ফংবদি কুতঃ (করিদগী ওইগনি) ।২৩৬

---

**টীকা:—**

১০।৪৫।৩৬ শ্লোক্কি ব্যাখ্যাদা শ্রীধর স্বামীনা শিব তন্ত্রদগি লৌদুনা ইবিরম্মিব ১গীত ২- বাদ্য, ৩নৃত, ৪- আলেখ্য, ৫- নাট্য, ৬- বিশেষকচ্ছেদ্য, ৭- তণ্ডুলর কুসুম বালি বিকার, ৮- পুষ্পাস্তরণ, ৯- দশনর বসনাঙ্গরাগ, ১০- মণিভুমিকার কর্ম্ম, ১১- শয়ণ রচন, ১২ উদক বাদ্য, উদক ঘাত, ১৩- চিবযোগ, ১৪র মাল্য গ্রথন বিকল্প, ১৫র শেখরাপীড় যোজন, ১৬- নেপথ্যযোগ, ১৭- কর্ণপত্র ভঙ্গ, ১৮- সুগন্ধ যুক্তি, ১৯- ভুষণযোজন, ২০- ইন্দ্রজাল, ২১- কৌচুমার যোগ, ২২- হস্তলাঘব, ২৩- চিত্রশাকা পূপ ভক্ষ্য বিকারক্রিয়া, ২৪- পালক রস রাগসব যোজন, ২৫র সুচ রায় কর্ম্ম, ২৬- সূত্র ক্রীড়া, ২৭- বীনা ডমরু কবাদ্যাদি, ২৮- প্রহেলিকা, ২৯- প্রতিমালা, ৩০- দুর্ববচক যোগ, ৩১- পুস্তক বাচন, ৩২- নাটকা খ্যায়িকাদর্শন, ৩৩- কাব্যসমস্যা পূরা, ৩৪- পট্টিকা বেত্রবান বিকল্পা, ৩৫- তর্ক কর্ম্ম সমুহ, ৩৬- তক্ষন, ৩৭- বাস্তু বিদ্যা,৩৮- রূপ্য রত্ন পরীক্ষা, ৩৯- ধাতুবাদ, ৪০- মনিরাগ জ্ঞান, ৪১- আকার জ্ঞান, ৪২র বৃক্ষায়ুর্ব্বেদ যোগ, ৪৩-

টীকা:-

মেষ কুক্কুট লাবক- যুদ্ধবিধি, ৪৪- শুক- সারিকা প্রলাপন, ৪৫- উৎসাদন, ৪৬- কেশ মার্জ্জনের কৌশল, ৪৭- অক্ষরর মুষ্টিকা কথন, ৪৮- ম্লেচ্ছিত কুতর্কর বিকল্প, ৪৯- দেশ ভাষা জ্ঞান, ৫০র পুণ্য শক্তিকা- নির্ম্মিতিজ্ঞান, ৫১- যন্ত্র মাতৃকা ধারণ মাতৃকা, ৫২- সম্পাট্য, ৫৩- মানসীকাব্য ক্রিয়া, ৫৪- অভিধান কোশ, ৫৫- ছন্দো জ্ঞান, ৫৬- ক্রিয়া বিকল্প, ৫৭- ছলিতক যোগ, ৫৮- বস্ত্র গোপন, ৫৯- দ্যূত বিশেষ, ৬০- আকর্ষ ক্রীড়া, ৬১- বালক্রীড়নক, ৬২- মৈনায়িকী বিদ্যা জ্ঞান, ৬৩- বৈজয়িকী বিদ্যা জ্ঞান, অমদি ৬৪- বৈ তালিকী বিদ্যা জ্ঞান, মসিবু কলাবিদ্যা হুম্ফুমরি কৌই মসি পুন্না হৈববু বিদগ্ধ কৌই॥১৮৮

নোংঙাল্লদুনা ইবেম্মনা কুণ্ডলতাগী মতুং ইন্দুনা নন্দলয়দা কৃষ্ণগীদমক্তা চাকথোংবা লাকপদা লমখাংদা শ্রীকৃষ্ণগা থেংনদুনা শ্রীকৃষ্ণনা সখীসিঙ্গি মমাংদা অহিং রতি লীলাগী মতমদা শ্রীমতিরাধিকাগী থৌনা ফবা পুম্ববু য়াথংনা ফোংদোকপদা শ্রীরাধিকাবু ইকাইবা মিংকুপ্পা পিশুম সুকপনা চিংববু তৌহন্দুনা হায়হননিংদবগী খাম্বা মওং তৌদুনা লৈরিভৈদা শ্রীরাধাগী মায়োক্তা পত্রাবলি অমদি ঙাকিয়োম য়েক্তুনা য়েক খোংপা হৈবগী মতৌবু ফোংদোক্তুনা অসিগুম্বা হৰি কৃষ্ণনা কুঞ্জদা শান্নদুনা কৈশোরগী ফিভম্বু মহৈ য়ালহন্দুনা শান্নরি।১৯০

প্রভুনা মদু তারগা হায়- হোয়! রামানন্দ রাধাকৃষ্ণ অনিগী শান্নবা লীলাগী মরিদা নংনা হায়রিবদো য়াম্না অথোইবনি, তৌইগুম্বসুং মদু নত্তবা লৈরবদি অমত্তগা হায়খোবা। মদুদা রামানন্দনা হায়, ঐগী বুদ্ধিনা লাম্না ফংবগী পাঙ্গল্দি মদুদা খমলে, মদুদগী হেক্তিরবদি ঐনা হঙ্কংনবগী শক্তি বুদ্ধি লৈজদ্রে, অদুবু প্রেমগী মশক ওইবা শান্নরিবা লীলাগী অয়ৌবা থাক্তি মরমদা শ্রীকৃষ্ণবু পুম্নমক্তা অমত্তা ওইনা নুঙাইনবগিদমক্তা খনবা চেংলবা (বিলাসগী) শান্নবগী মগুন্না প্রেমবু ফোংদোকপা লীলা অমত্তং হায়জগে, তৌইগুম্বসুং মদু তাবগা প্রভুগী থম্মোইনা পেনবিগদ্রা পেনবিরোইদ্রা মদুমদি খংদ্রে মসি হায়রগা মানা শেম্বা ঈশৈ অমা শকলকই মদু তাবদা প্রভুনা খুৎমক্তা রামানন্দগী মচিল অদু ওক্লে তোক্লো হায়দুনা মেনখি।

"প্রেম বিলাস বিবর্ত্ত" প্রেমগী মশক ওইবা শান্নরিবা লীলাগী অয়ৌবা ফিভম। প্রেমগি মশক ওইরবা নায়োক নায়িকা নুপা নুপী অনিনা মতম অদুদা প্রেমগী মশক ওইবা শান্নবগী অয়ৌবা থাক অদু ফংলকই, মতম অদুদা মখোয় অনিগি মনুংদা অমুক খেন্নবগী রাখল লৈরক্তে হায়বদি নীপা অদুমক্তা ঐনা নুপানি হায়বা রাখল অদু খদ্রে নুপী অদুনসু ঐ নুপীনি হায়বা খদ্রে মতম অদুদা মখোয় অনিমক্তা অমত্তা ওইনা খনখি মখোয় অনিনা শান্নরিবা লীলা অদুগী নুঙাইবা অদুতা খল্লি মদুনা লীলা অদুগী মশক ওইদুনা মখোয় মশাবু সুক্রিংমক নিংশিংদে। তরংবা প্রেমগী অয়ৌবা থাক অদুগী ফিভমদা মতৌ অসুম্না খন্দুনা শান্নবা হায়বসি ওইবা ঙম্মি, মতম অদুদা শান্নরিবা লীলা অদুবু "বিপরিত বিলাস" হায়না কৌই। নিপানসু ঐ নুপানি খদ্রে নুপী অদুনসু নুপীনি খদ্রে হায়বদি ঐনা রমনি ওইবি নুপী অমগা শান্নরিবনি হায়বা খন্দে নুপীনসু ঐনা কনাগুম্বা নুপা অমগা শান্নরি হায়বা রাখল অদু খদ্রে। অসিগুম্বা মশা মশাগী ওইবা রাখল অদু মাংখি, মখোয় অনি অদুনা মহৈ মহৈ খ্বাইদগী অথোইবা নুঙাইবা রস অদুতা চাদুনা শান্নবগী আনন্দ অদু ফংলবদি জ্ঞানগী অয়ৌবা থাক্তা

পদঃ-

তোমা বিনা অন্যনাহি জীব উদ্ধারিতে।
তোমাবিনা অন্যনাহি কৃষ্ণ প্রেম দিতে।।২৪১
প্রভু কহে আইলাম শুনি তোমার গুণ।
কৃষ্ণকথা শুনি শুদ্ধ করাইতে মন।।২৪২
যা শুনিল, তাদেখিল তোমার মহিমা।
রাধা কৃষ্ণ প্রেমরস জ্ঞানের তুমিসিমা।।১৪৩
দশদিনের কা কথা যাবত আমি জীব।
তাবৎ তোমার সঙ্গ ছারিতে নারিব।।২৪৪
নীলাচলে তুমি আমি থাকিব এক সঙ্গে।
সখে গোঙাইব কাল কৃষ্ণ কথা রঙ্গে।।২৪৫
এত বলি দোঁহে নিজ নিজ কার্য্যে গেলা।
সন্ধ্যাকালে রায় পুনঃ আসিয়া মিলিলা।।২৪৬
অন্যোন্যেমিলিঞাদোঁহে নিভৃতে বসিঞা।
প্রশ্নোতর গোষ্ঠী করে আনন্দিত হৈঞা।।২৪৭
প্রভু পুছে, রামানন্দ করেন উত্তর।
এইমত সেই রাত্রি কথা পরস্পর।।২৪৮
প্রভু কহে কোনবিদ্যা বিদ্যা মধ্যে সার।
রায় কহে ভক্তি বিনা বিদ্যা নাহি আর।।২৪৯
কীর্তিগণ মধ্যে জীবের কোন বড় কীর্তি।
কৃষ্ণ প্রেমভক্ত বলি যার হয় খ্যাতি।।২৫০

## পদ অর্থঃ-

নহাক নত্তনা অতোপ্পা লৈতে জীবা লান্নবা।
নহাক নত্তনা অতোপ্পা লৈতে কৃষ্ণ প্রেম পিবা।।২৪১
প্রভুনা হায় নগুণ তাদুনা লাকপনি ঐসে।
কৃষ্ণগী ৱারী তাদুনা সেংজগে পুক্লিংসে।।২৪২
তারকপদুমক উরেদো নহাক্কি নগুণদো।
রাধা কৃষ্ণ প্রেম রস জ্ঞাণগী ঙমখৈনিদো।।২৪৩
তরানিদি কৈদৌননি হিংলিফাও পুন্সিনা।
নংগা তিন্নবা থাদোকপা অদুকপু ঙল্লোইনা।।২৪৪
নীলাচলদা নং ঐ পুন্না লোয়নদুনা লৈরুসি।
কৃষ্ণগী ৱারিদা নুঙাইনা মতমদো লেল্লুসি।।২৪৫
অসি হায়দুনা অনিনা মথৌগী চৎনখি।
সন্ধ্যাদা রায়সু অমুক হন্না লাক্কুনা উনখি।।২৪৬
মহে মহে উনদুনা অনি চিক্লা ফমদুনা।
অহং অখুম অপাম্বদো তৌনখি নুঙাইনা।।২৪৭
প্রভুনা হংই, রামানন্দনা পাউখুম পিখি।
মতৌ অসুম মথং মথং ৱারি শাদুনা লেনখি।।২৪৮
প্রভুনা হায় করম্বনো বিদ্যাদগী অথোইবদো।
রায়না হায় ভক্তি নত্তনা অতোপ্পা লৈতেদো।।২৪৯
মীং চৎপগী মনুংদদি জীবগী থোইবনো।
কৃষ্ণ প্রেম ভক্তনি হায়বা মানা অথোইবনি।।২৫০

**টীকা:–**

লাকই মসি য়াম্না ইরুরগা লাইরিক যাম্না চাওখিনবনি। অসিগুম্বা মীরম্মেন্দা ওইথোক্তবা ভাব অসি শ্রীরাধা কৃষ্ণতদা লৈ মী অতোপ্পদদি খক লৈতে।।

অসিগুম্বা ঈশৈ অসি শ্রীবিশ্বনাথ চক্রবর্ত্তি পাদগী মত্তদি মথুরা বিরহদা পান্দুনা হায় অদুগা শ্রীরাধা মোহন ঠাকুরগী মত্তনা কলহন্তরিতাদা পান্দুনা হায়। শ্রীকৃষ্ণনা রাধিকাগী কাইনবগী অন্নাবা খাণ্ডমদববু খল্লদুনা অমদি দুর্জ্জয় মাণগী মতুংদা য়াম্না ৱারিগনি হায়না খন্দুনা শ্রীকৃষ্ণনা থাবকলবা দূতী পাউ চংপনা ইবেম্মগী নাক্তা লাক্লুনা কৃষ্ণগী ৱাবু তম্লরবদা রাধানা দূতীদা অসি হায়না হায়খি, ইবুঙোদা অসি হায়বিয়ু ইবুঙো মাগি মিৎচিনা য়েংবিবা মতম অদুদা ইবুঙো মাগী মফমদা রাধা ঐগী অহানবা অনুরাগ মাবু নিংজবগি ৱাখল অমা ঐঙোন্দা ফাওবকখি, অদুগুম্বা অনুবাগ অদু নুতি নুমিৎ খুদিঙ্গি অসুম অসুম হেনগৎলকই, মদুগী অরোইবা খক নাইদে, অসুম হেনগত্তুনতা লৈ। মসিদা মহাকমক্রঐগী অফোংবা ইপুবোইবা হায়বদো ওই হায়না ফোংদোক্তে। অমদি ঐ অসিবু মাগী অসেংবা ৱমনি লোইনবী মনাইনি হায়না ফোংনা খন্দে, ঐখোই অনিগী মরক্তা কবিগুম্বা খেন্নবা ৱাখল জ্ঞান অমতা লৈতে, ঐখোয় মশেল মহৈ মহৈ অমত্তনি খন্দুনা লৈ, মসিদা কাম দেবনা মরক্তো লাক্লুনা ঐখোয় অনিগী পুক্লিং মনবু য়াম্না কুপ্না তকখাইদুনা অমত্তা ওইনা তিনশিলহনখি। হে ইত্তা! হায়বিবা পুম্বসে কৃষ্ণদা তম্মু কাওগনু, অমগা হায়ু মদুদি, ঐখোইগি ঐখোই অনিনা উননবগিদমক্তা ঐগী পাউ পুনবা মীওই কনাবুসু ঐনা থিরুদে, কামদেবনা লাক্লুনা ঐখোই অনিগী ময়াইদা লৈদুনা ঐখোই অনিগী মহৈ মৈ উনহনখি। ঐখোইগী অহানবা উনবা মতমদা ঐগী মবিদা মহাক্তা নুংশীবীবা চানবিবা নিংশিংবীবা লৈরম্মী, মরম অদুনা দূতি পাউ চৎনব মীবু থিরুদে, অদুগা হৌজিক্তি নহাক্পু দূতি পাউচৎনবা ওইনা ঐঙোন্দা থারক্লে, মসিদা ঐনা খংলে মর্দুদি মানা ঐবু (অনুরাগ চানবিবা অদু লৈত্রে, মসি (সুপুরুষ) চংবিরগা মমৈদা পুম্নমক অদু লোয়না কাওব্রা? ১৯৪-৯৮

বর্দ্ধণ রুদ্রগী নিংথৌগুম্বা রামানন্দ রায় কৌবা কবিনা হায়জবনি।।

নোংমা গোবর্দ্ধনগী কুঞ্জ অমদা শ্রীরাধা অমদি শ্রীকৃষ্ণগা মহৈ মহৈ মাধুর্য্য বসবু অস্বাদন্তৌবদা পুক্লিং চংদুনা লৈ, মদুদা উদ্দীপ্ত সাত্ত্বিক্ ভাবনা অনিমক্তি হকচাংদা লৈতেং ওইখি, শ্রীরাধা গোবিন্দ অনিগী অসিগুম্বা মহাভাবগী ফজবা অদুবু থাগত্তুনা শ্রীবৃন্দা দেবীনা হায়খিবদু শ্লোক অসিনি। গোবর্দ্ধনগী মনাক্তা লৈবা উরী উপালগী নিংথিজববা বন্দা (কুঞ্জরপতি) ময়াই কাববা শামুনা শামু অমোম ময়ামগা মনিং তম্বা শান্নবগুম্না শ্রীকৃষ্ণনা প্রেমদা ময়াই কারদুনা শ্রীরাধাগা লোইননা শান্নরি মদুদা বৃন্দা দেবীনা শ্রীকৃষ্ণবু সম্বোধন্তৌদুনা হায়- হে গোবর্দ্ধণগী কুঞ্জদা শামুগুম্না ননিং তৌনা শন্নরিবা হে কৃষ্ণ শ্রীরাধিকা অমদি শ্রীকৃষ্ণ ইবুঙো নহাক্কি থম্মোইনা চামপাক ওইববু) স্বেদৈঃ (স্বেদ কৌবা) সাত্ত্বিক ভাবকি অথোইবা মওং অদুনা মরম ওইদুনা, স্বেদগী মশক ওইবা মৈশানা মরম ওইদুনা মথং মথং শৌদোকহন্দুনা মহী চেলহল্লগা পুক্লিং অদুগা তোংঙান তোংঙানবগী খেন্নবা মান্নদবা অদু মাংহল্লগা, অদুগুম্বা পুক্লিং অনি অদুবু অমত্তা ওইনা তিনসিন্দুনা অমত্তা ওইহল্লগা অচৌবগী মতৌ ওইহন্দুনা নববাগগী মশক ওইবা চামহিদা মচু লোক্তনা হায়বদি নুমিৎ খুদিঙ্গি

টীকা:-

অনৌবাগী মশক্তা ওইবা রাগ ওইহল্লে অদুগুম্বা রাগ অদুনা চামহি ওইদুনা মদুদা থম্মোইগী চামহি অদুগা হিং মচু ওইববা রাগ অদুগা পুন্না মচু শংলদুনা ফজহনখি। মদুবু সেম্মিবদি মাগি থবক্তা হৈ শিংলবা শৃঙ্গাব রসগী মশক ওইবা লাই য়েকপনা শ্রীরাধা অমদি শ্রীকৃষ্ণগী থম্মোই চামহি অদুবু হিং মচুগা নিংথিনা তিনসিন্দুনা সেম্লগা অসি গুম্বা ব্রাহ্মণগী মশক ওইরবা ফুবাগী ফকলাংদা য়েক্লবগীদমক্তা শেমখি। শিল্প সিংনা যুমগী ফকলাংদা ফজনবা য়েকপগুম্না হিংমচুনে চামহিনে অনিনা কোক্তনবা মচু চেৎনবা সৌদোকহন্দুনা মৈদা মহি চেম্পোহল্লগা নিংথিনা তিনসিন্দুনা সেম্বগুম শৃঙ্গার শিল্পনা বাধা কৃষ্ণগী থম্মোইবু অমত্তা ওইনা তিনসিন্দুনা সেমলগা অনিগী তোঙানবা মওং অদু মাংহন্দুনা অমত্তা ওইনা তিন্নহল্লগা অনৌ অনৌবা অনুরাগনা মদুদা লৈতেংদুনা য়েকখি। হায়বদি শ্রীরাধা গোবিন্দগী ফোংনা লীলা শন্নবা মতমদা ব্রহ্মাগুদা লৈবিবা ভক্তসিঙ্গি থম্মোইদা কাওদনবা নিংশিংহনখি। প্রেমগী অরোইবা থাকপু উত্তুনা শ্রীরাধা গোবিন্দগী তোঙান তোঙাম্বা অদু কাওহন্দুনা অমত্তা ওইবগী মতৌ অদু উৎখি মসি শৃঙ্গাব কৌবা রসনা ওইহনবনি হায়বদু শ্লোক অসিনা উৎলি। "দুহুঁ মন মনোভব পেষল জানি" পযাবগী প্রমান্নি সাধ্যবস্তুর প্রভুনা মসি তাবদা হাযখি নহাক্লা হাযবিবা অসিমক্ প্রেমবিলাস বিবর্ত অসিমক্লা ফংনবা পোৎকি মপুং ফানা ফোংদোক্লে, অদুবু হংঙুবা খুদিংদা খুমলিবা ওইবনা মসিদগী অহেম্বসু নহাক্লা পান্মুদুনা লোৎলমগদ্রা খল্লি অদুনা মদু লোৎকনু অমত্তগা হাযখো।অযৌবা থাক্কি ওইবা রাধাকৃষ্ণগী প্রেমবিলাস বিবর্ত অসিমক নহাক্কি থৌজান্দগী অরেপ্পা অসিমক ঐনা ফংজরিবনি মদুদগী হেনবা অমত্তগা নংনা লোৎকনু ঐঙোন্দা হাযবিযু তাক তাকবগা হেন্না খংনিংবা পোক্লি।।২০০

মসিদা হংফম থোক্লবদা হংবগি মরমদি "না সো রমন বা হাম রমণী" হাযব অসিদগীনি মরমদি মসিদি সাধন তৌবগসু ফংফম থোকপা ওইদেৎ শ্রীকৃষ্ণগী হলাদিনী শক্তিগী (অধিষ্ঠাত্রি) মপু ওইবি শ্রীমহাভাবনি অদুগুম্বা মহাভাবনা মূর্তি ওইরবি শ্রীমতি রাধিকানি মহাক্তি মতম কুইববদগী মাঙবা হোংবা যাদ্রবা অবেপ্পা শ্রীকৃষ্ণতগী ওইবিনি। শ্রীরাধাগী সেবা অসিসু মাগী মনিঙ তৌবিনী, মনিঙ তৌবা সেবানদি ইবেম্মনা কৃষ্ণবু খুদুম চল্লে অবেপ্পা কৃষ্ণগী মনাই ওইবা জীবনদি মনিং তৌনা সেবা তৌবা ঙম্বগী পাঙ্গল শক্তি লৈরোই মতৌ তম্বা মতুং ইনবা সেবানা জীবগি মথৌনি অদুনা ফংনবা উপায় অদু অমুক্তা হাযু।।২০১

"বায় কহে- সে কহাও" বামানন্দনা মসি তাবগা হায়- মদু হাযহনগে নিংদুনা ইবুঙো নংনা ঐগী লৈয়েংদা ব্রাহে পুম্বা অসি হায়হম্বনি করি হায়খ্রবা অফ ফত্তা পুম্বদু ঐনা করিসু খংহৌদে।।২০২

"ত্রিভুবন মধ্যে-" মরোল অহুম অসিগী মনুংদা অসিগুম্বা খাঙবা কনবা কনা লৈগনি লৈরোয় ইবুঙো নঙ্গি ময়াগী মরৈ অসিদা।।২০৩

মোমুখে- ঐগী লৈয়েংদা ইবুঙো নহাক্লা লেংসিন্দুনা লৈবিরগা ঈশ্বরগী গুণ অদুনা ব্রা ময়াম

**পদঃ-**

সম্পতি মধ্যে জীবের কোন সম্পতিগণি।

রাধাকৃষ্ণ প্রেম যায়, সেইবড় ধনী।।২৫১

দুঃ খ- মধ্যে কোন দুঃখ হয় গুরুতর।

কৃষ্ণ ভক্ত বিরহ বিনুদুঃখ নাহি আর।।২৫২

মুক্তে মধ্যে কোন জীব মুক্ত করিমানি।

কৃষ্ণ প্রেমযার সেইমুক্ত শিরোমণি।।২৫৩

**পদ অর্থঃ**

মরলগী মনুংদা জীবগী করিসিংথাগনি।

রাধা কৃষ্ণ প্রেম লৈবদো ইনাক খুল্লবনি।।২৫১

অব্লাবা পুম্বদগী হেন্না ব্লাবা করিনো।

কৃষ্ণ ভক্তনা কৃষ্ণগা কাইনবনা ব্লাবনি।।২৫২

মুক্তগী মনুংদা করম্বা জীবনা মুক্তনো।

কৃষ্ণ প্রেম ফংবনা জীবদো মুক্ত অথোইবনি।।২৫৩

---

**টীকা:-**

অসি ঙাংবিরি, অদুগা মপান্দনা মীগী মশক ওইদুনা অতাবা ভাবোকসু ওইবিরি। য়াম্না হেন্না চেৎত্রবা ওইবা সাধনগী ব্লাফমসে হৌজিক তাবিরো।।২০৪

বাধা কৃষ্ণেব লীলা" রাধা কৃষ্ণগী লীলা অসে য়াম্না হেন্না চেৎপা পুম্বদগী অথোইবা অচেৎপনি। শ্রুতিনা হায়, ওঁ কার প্রণব অসিবু খংবা ঙমলবদি মহাক্না অপাম্বা অদু ফংবা ঙম্মি। এ তদ্ধ্যেবাক্ষবং জ্ঞাত্বা যো যদিচ্ছতি তস্যাতৎ।। কঠ ১।২।১৬।। মীওইবনা হৌজিক হিংলিঙৈদা অমদি হয়েংশিরগা

পদ ঃ-

গানৱমধ্যে কোন গানজীবের নিজ-ধর্ম্ম।
রাধা কৃষ্ণের প্রেমকেলি যেগীতের মর্ম্ম।।২৫৪
শ্রেয়ো মধ্যে-কোন শ্রেয়ঃ জীবের হয় সার।
কৃষ্ণ ভক্তৱসঙ্গঁবিনা শ্রেয়ঃ নাহি আর।।২৫৫
কাহার স্মরণ জীব করিবে অনুক্ষণ।
কৃষ্ণ- নাম-গুণ-লীলা প্রধান স্মরণ।।২৫৬
ধ্যানমধ্যে জীবের কর্ত্তব্য কোনধ্যান।
রাধাকৃষ্ণ- পদাম্বুজ-ধ্যান প্রধান।।২৫৭
সর্ব্বত্যজি জীবের কর্ত্তব্য কাঁহা বাস।
ব্রজভুমি বৃন্দাবন-যাঁহা লীলারাস।।২৫৮
শ্রবণ-মধ্যে জীবের শ্রেষ্ঠ কোন শ্রবন।
রাধা কৃষ্ণ- প্রেমলীলা কর্ণ-রসায়ন।।২৫৯
উপাস্যের মধ্যে কোন উপাস্য প্রধান।
শ্রেষ্ঠ উপাস্য-যুগল-রাধা-কৃষ্ণ-নাম।।২৬০

পদ অর্থঃ-

ঈশৈ মরক্তা করন্বা ঈশৈনো জীবগী।
রাধা কৃষ্ণগী প্রেমলীলা অচেৎপা ঈশৈগী।।২৫৪
মঙ্গোলগী মনুংদা করিনো জীবগী মঙ্গোলবু।
কৃষ্ণভক্ত তিন্নবা নত্তনা মঙ্গোল অমা লৈতেবু।।২৫৫
কাওদনা জীবনা করিনো তত্তনা নিংগদবা।
কৃষ্ণ-নাম-গুণ-লীলাতনি থোইনানিংগদবা।।২৫৬

ধ্যানগী মনুংদা জীবগী কনা-ধ্যান্তৌগনি।
রাধা কৃষ্ণ চরন থম্বান্দো ধ্যানগি অথোইবনি।
লোইনা থাদোক্লগা জীবগী কদায়দা লৈগনি।
ব্রজবৃন্দাবনদো মদুদা রাস শান্নফমদনি।।২৫৮
তাগদবা মনুংদা জীবনা করি তাবনা ফৈ।
রাধাকৃষ্ণ প্রেমগী লীলা তাবনা হেন্না ফৈ।।২৫৯
উপস্যগী মনুংদা করি উপাস্যনা ফবগে।
অথোইব নিংবদি পুন্না নাম রাধা কৃষ্ণগি।।২৬০

---

টীকা:—

স্বর্গনচিংবগি নুঙাইববু নিংবা ঙম্মি, অমুকসু সাযুজ্যমুক্তিবুসু ফংগে নিংবা য়াই, অমদি ভগবানগি করিগুম্বা মফম অমদা ঈশ্বরগী সেবাবুসু পাম্বা য়াই মানাবু পান্নবদি মদুমক ফংবা ঙম্মিৎ চংখোন্না অনিংবা পোৎ অমবু ফংনবগি নিংবদি য়াম্না চমগুবা রাফম্মি। অমুক শ্রুতিগী উৎখ্রিবা শ্লোক অদুগী হেক থংনবদা অথোইবা পোৎ অমবু পাম্বগি রা হায়রি। "এ তদা লব্ধ নং জ্ঞাত্বা ব্রহ্মলোকে মহীয়তে"।। কঠ ১২।১৭।। অসিগুম্বা অথোইবা পাম্বে অসিগি মশক ওইবা ব্রহ্ম বাচক্) ওঁ কাব প্রনব অসিবু (নাম অর্মাদি মশাগী খেন্নদবনা মরম ওইদুনা ব্রহ্মবু অমদি শ্রীকৃষ্ণবু) খংবা ঙন্নবদি ব্রহ্মলোক্কী অথোইবা ওই। ব্রহ্মলোক হায়বদি পরব্রহ্মশ্রীকৃষ্ণগি মপান্নাইদ্রবা শক্তি মপান নাইদ্রবা ধামবু খংনগনি, করিগুম্বা ধাম অমদা ঈশ্ববগী সেবা ফংলবদা জীব অদু অথোইবা ওইরেৎ মরম অদুনা ঈশ্বরগী সেবা তৌবনা জীবগী মশাগী ওইবা ধর্ম্মনিৎ তৌইগুম্বসুং য়াম্না অচেৎপা ভাবতা চংখোন্না কবিগুম্বা ঈশ্বরগী ধামদা ঈশ্ববগী সেবা ফংবা হায়বসি য়াম্না চেকশিন্বা রহস্যঅমনি, তৌইগুম্বসুং অচম্বা অনিংবগী বিচাবদদি মসিনা অচেৎপা ওইববসু সেবাগি মরমদদি মসিমক অচম্বনি, ঈশ্বরগি ধাম খুদিংমক্তা সেবাগি মরম লোয়না লৈ মদুদা সেবা তৌবগি অৱাৎ অহেনগী মতুং ইন্না মাগী সেবাগি মগুণসু অৱাৎ অহেল লৈ। সেবাদা অনিথোক্লা খায়রি মদুদি ঐশ্বর্য্যজ্ঞাণগা লোয়নবা অমা অমনা ঐশ্বর্য্যজ্ঞান য়াওদবা। পরব্যোম অমদি দ্বারকা মথুরাদদি ঐশ্বর্য্য জ্ঞানগা য়ান্নবা ভাবনি, অমদি বৃন্দাবন্দানা ঐশ্বর্য্যজ্ঞান য়াওদবা তশেংবা মাধুর্য্যনা থল্লবা ভাবনি। চম্না নিংবদা ভাব অনি অসিমক অচেৎপনি, তৌইগুম্বসুং অনি অসিমক অথুপ্পা ওইববদসু মগুণগী মাইকৈদা য়েংলবদা খেন্নবদি লৈ। ঐশ্বর্য্যজ্ঞান ফংলিবা পরব্যোম দ্বারগা মথুবাদদি সেবাগী ৱাখল পুকচেন্দা তরংবা প্রেম ফাওবদি ওইদে, ঐশ্বর্য্যজ্ঞান্দা নিংদবা তসেংবা মাধুর্য্যগী সন্ধক্তা ওইবনা বৃন্দাবন্দনা তবংবা প্রেম ফাওবা ঙম্মি মবম অসিনা বৃন্দাবনগী ভাবনা হেন্না চেৎপা অথুপ্পদগীসু হেন্না অথুপ্পা ওই। ব্রজভাবকি মনুংদা মনাই ওইনা মরুপ মচা ওইনা সম্বন্ধগী মতুং

### পদঃ-

মুক্তি ভক্তি বাঞ্ছে যেই, কাঁহা দোঁহারগতি।
স্থাবর-দেহে দেব-দেহে যৈছে অবস্থিতি।।২৬১
অরসজ্ঞ কাক চুষে জ্ঞাননিম্বফলে।
রসজ্ঞ কোকিল খায় প্রেমাম্র-মুকুলে।।২৬২
অভাগিয়া জ্ঞানী আস্বাদয়েশুষ্ক জ্ঞান।
কৃষ্ণ প্রেমামৃত পানকরে ভাগ্যবান।।২৬৩

### পদ অর্থঃ-

মুক্তি পাম্বা ভক্তি পাম্বা অনি কদায়দা লৈ
উপানগুম লাইগুম অফ ফত্তদা লৈ।।২৬১
মহাও খংদবা ক্বাক্লচুপ্পী জ্ঞানৱনিমগী মহৈ
মহাওখংবা কোকিন্নচারি প্রেমদো হৈনৌ মপাল
লাইবক থিবা জ্ঞানিনা চারি কংলবা জ্ঞানবু।
লাইবক ফবনা চারিদো কৃষ্ণগী প্রেমতবু।।২৬৩

---

টীকা:-

ইন্না ইন্ননিংবা ভাবতগি মধুর বসনা হেল্লি, দাস্য সখ্য বাৎসল্য ভাব অসিমক অচেৎপা অথুপ্পা ওইবনা কান্তা ভাব অসিনা য়াম্না হেন্না চেৎপা অথুপ্পা ওইরে। মরম অসিনা রাধাকৃষ্ণ অসিনা শান্নবিবা কান্তভাবতগী ওইবনা লীলা অসিবু (অতি গূঢ়তর) থোইদোক্না হেন্না অচেৎপা অথুপ্পা হায়রুবনি। দাস্য বাৎসল্যাদি ভাবের কান্তা ভাবতনা ওইনা রাধা কৃষ্ণগী লীলা অসিদি দাস্য বাৎসল্যনচিংবনদি ফংবা ঙমদে। দাস্য বাৎ সল্যনচিংবগী ভাবতা লৈরিবা সেবাদা ফাওরিবা প্রেম অদুদি মখোযগি ৱ খল অদুগী শরুক্তনি, মদুনা মরম ওইদুনা কান্তা ভাবকি সেবা অদুদা মশা মন প্রাণ কখোকপা ঙম্বা অদু য়ৌদে। কান্তা ভাবকি লোয়নবী গোপীসিঙ্গি প্রেম (অমদি সেবাগী পুকচেল)দি মহাভাব য়ৌনা ফোংদোকই মহাভাব নত্তনা রাধাকৃষ্ণগী লীলাগি মতমদা সেবা য়াবদি ওইথোক্তে। বৃ

**পদঃ-**

এইমত দুই জনের কৃষ্ণ কথাৱরসে।
নৃত্যগীতৱরোদনে হইল রাত্রি শেষে।।২৬৪
দোঁহে নিজৱনিজৱকার্য্যে চলিলা বিহানে।
সন্ধ্যা কালে রায় আসি মিলিলা আপনে।।২৬৫

**পদ অর্থঃ-**

মতৌ অসুম্না অনিনা কৃষ্ণগী রসদা।
জগোইসা ঈশৈসক কপ্পুনা লেল্লে অহিং অদু।।
অনিগী মথৌ মথৌদা নোংঙাল্লগা চৎনখি।
সন্ধ্যাদা রায়না লাক্কুনা মহাক্লা উনখি।।২৬৫

টীকা:—

দাবনমক্কি দাসাৱ সখ্য বাৎসল্যাগি ভাব অদুনসু মহাভাব য়ৌনা ফোংদোকপা ওইদেৎ চংখোন্না অসিগুম্বা করিগুম্বা ভাব অমনা রাধা কৃষ্ণগী লীলাদা সেবা ফংবা ওইদে। বৃন্দাবন নত্তবা অতোপ্পা ধামদা সেংলবা মাধুর্য্যগী মশক ওইবা ঐশ্বর্য্যজ্ঞান য়াওদবা ভাবতি লৈতে, চংখোন্না অতোপ্পা মফমদা লৈবা অতোপ্পা ধামগী মনাইসিঙ্গি ভাবনদি রাধাৱকৃষ্ণগী লীলাগী সেবাদো সুকওইমক ওইদে। বৈকুন্ঠগী কান্তা ভাবনসু মসি ফংদেৎ করিগুম্বা ফংলমলবদি বৈকুণ্ঠগী মবেম্মা লক্ষ্মীদেবীমক্তা বৃন্দাবনগি শ্রীকৃষ্ণনা শান্নবা লীলা ফংনবগীদমক্তা য়াওনবগীদমক্তা কল্লবা তপ তৌবদুনা নির্ংঙ হায়বসি হায়রোইদৌবনি।অদুনা দ্বারকাগী ইবেম্ম রুক্মিনীনচিংবসিঙ্গি মফমদসু মসিদি ফংঙমদবনিৎ করিগী ফংদবনো হায়বদা মহাভাব হায়বসে মখোইগী মবিদা লৈতে য়াম্না তাঙি। মহাভাবকী মরিদা উজ্জ্বল নীলমনিদা হায়র "মুকুন্দ মহিষীবৃন্দের প্যাসাবতি দুর্ল্লভঃ"। শ্রীরাধারস সুধানিধি কৌবা লাইরিক্তা হায় "ন দেবৈর্ব্রহ্মাদ্যৈর্নখলু হরি ভক্তৈর্নসু হৃদাদিভি র্যদ্বে রাধা মধু নতি রহস্যং সুবিদিতম।২।১৪৯।। শ্রীরাধামাধব অনিগী অচেৎপা লীলাসে ব্রহ্মানা চিংবা লাইসিংগী (অম্বরীষ প্রহলাদনচিংবা) হরি ভক্তসিংদসু (নন্দ যশোদানচিংবদসু) চান্নবসিংদসু খংবা ঙম্বা ওইদে।। মথক্তা দাস্য বাৎসল্যাদি হায়বগি মনুংচনবা আদি শব্দগী অর্থনা মসিদা অতোপ্পা ধামগি লোইনবসিঙ্গি ভাব, অমনা দ্বারকাগী ইবেম্মা মহিষীসিংগী কান্তা ভাবপু ফোংদোকই।২০৫

সবে একত্র ব্রজগোপী পুন্নমক অসিগী মশাদা মহাভাব অসি লৈবনি মদুনা রাধা কৃষ্ণগী লীলা

টীকা:—

অসি থোকহল্লিবনি অমদি মখোয়তনা উবনা চিংবসু মখোয়তগীনি মখোইতনা সেবা তৌবনি। লীলা কয়া কয়াবু শস্তোকপনি।।২০৬

সখীবিনু সখী নত্তনা প্রেমগী লীলা অসি য়াম্না নিংথিনা পাক শন্না থোকহল্বা ঙমদে অদুনা সখীসিংনা লীলা অসি পাক্না সন্দোকলগা মখল কয়া থোক্না শন্নরগা মদুগী নুংঙাইবগী মহাও অদু সখী মখোইনা চাবসু চাবনি।।২০৭

সখীগী তুংইনববু ইসানা য়ানা নিংনবা ওই। সখী নত্তনা অতোপ্পা কনা অমত্তনা রাধাকৃষ্ণগী অসিগুম্বা য়াম্না থুপ্পবা লীলাদা চংদুনা য়াওনবা কনানা ঙমদে। চংখোন্না মখোয়না সখীসিঙ্গি তুং ইঞ্জদুন নিংলবদা, মখোয় অদুতনা শ্রীরাধা কৃষ্ণগী কৃষ্ণ সেবাগী সরুক ফংবা ঙম্মি মসিদগি অতোপ্পা কনা অমত্তগী উপায় লৈতে। অদুগুম্বা সখীগী মতুং ইন্নবু য়াজবগি রা হায়ম্রে, অদুগুম্বী সখী ললিতা-বিশাখানচিংবী অমদি শ্রীরূপমঞ্জরী নচিংবিসে শ্রীকৃষ্ণগী অরেপ্পা অথোইবা লোয়নরকপী অথোইবিনিং তৌইগুম্বসুং শুক্র শোগিৎনা তিন্দুনা শাবা অচম্বা রমনী নত্তে। সেবা তম্বিনবগিদমক্তা ওইবনা মখোইগী মতৌ তমদুনা মতুং ইন্দুনা চৎপসি ঐখোই পুম্বনা য়াফম থোকই, মখোয়না শ্রীকৃষ্ণগী মতম পুম্বদা লোয়নদুতা লাকপনি, মখোইনা শ্রীকৃষ্ণগী সেবা খংই অমসুং তম্বীবসু ঙমই। মতম কুইনদগী কৃষ্ণনিংদবা অচম্বা জীবনদি মতৌ কমদৌনা তম্বিগনি? মনুংদা খন্দুনা ফংলবা সিদ্ধদেহনা সখীগী তুং ইন্দুনা চংজরগা ফঙ্গদবনি। শ্রীরাধা গোবিন্দগী নিভৃত নিকুঞ্জগী সেবাবু। সিদ্ধদেহনা ফঙ্গনি।।২০৮-২০৯

পরমেশ্বর ওইবা পুম্নমক শিনথুংদুনসু গুণ পুম্বদগী অথোইবা ওইদুনসু মতৌ অদুগুম্না চিচ্ছ চিচ্ছক্তি নত্তনা অচৌবা ওইবা ঙমদে, অদুগুম্না শ্রীরাধা কৃষ্ণগী ভাব অসি যাম্না চাওই, য়াম্না নুঙাইবগী মশক্তি অমদি মতোমতনা ফোংদোকপা ওইদুনসু, মাগী সখী নত্তনা মতম খজিক্ত ফাওবগীদমক্তসু রস অদু চাওহনবা ঙমদে চাওরবা সমুদ্রদা ঈশীং থন্না লৈদুনসু নুংশীৎনা য়ৈদ্রবদা ইথক খক হৌদে অসিগুম্বনি। মরম অসিনা রস খংলবা ভক্ত কনানা সখীগী চরন্দা চংজরোইদৌবনো?।২১০

সখীর স্বভাব এক- সখীশিঙ্গি লিচৎ পুকচেল অসিদি মথক্তা কনানসু ওইখিদে, হায়বদা হায়ফম খংদবনি। শ্রীকৃষ্ণগা মখোয়গা লোইনদুনা লীলা শান্নমিন্নদুনা নুঙাইবদু সখী অমত্তনা ফংনিংবা অপাম্বা রাখল লৈতেৎ চংখোন্না কনাগুম্বী সখী অমত্তনা কৃষ্ণগী মশানা যৌগন তৌদুনা লীলা য়াওগে খম্বসু লৈতে। মখোয়না শ্রীরাধিকানা শ্রীকৃষ্ণগা লোইননা শান্নবা লীলা অদুতং থোকনবা শিনবদা থব্রাই খুবাক্তা হাপ্তুনা শিন্নবা হোৎনৈ মরমদি, শ্রীরাধিকাগা লোইননা শ্রীকৃষ্ণনা শান্নহল্লবু ঙল্লবদি মদুদা মখোয়না নুঙাইবা ফংই, মদুদা মখোইনা ফংলিবা নুঙাইবা অদুদি শ্রীরাধিকানা কৃষ্ণগী যৌগন তৌবদা ইবেম্মনা ফংলিবা নুঙাইবা অদুবু উরগা মদুদা মখোইনা যৌগন্তৌদুনা শান্নবা লীলাগী নুঙাইবদগি শরুক কোটি অমা হেন্না নুঙাইবা ফংইশ্রীরাধিকাগী সখীশিংনা মখোয় মশাগি নুঙাইবা রাখলদি মনম ফাওবা য়াওদে।।২১১-২১২ শ্রীরাধা কৃষ্ণগী লোয়ননা শানবা লীলা উবদা সখীনা মখোয় মশানা যৌগন তৌজবা লীলাদগী কোটিগুণ হেন্না ফংলিবা নুঙাইরিবা করিগিনো ? মদুদি মসি লৈবননি

টীকা:—

হায়বদো হায়জরি শ্রীরাধিকা অসি শ্রীকৃষ্ণগী প্রেমনা ওইবার কল্পলতাগী মশক্তি। অদুগা সখী পুম্বা অসিনা কল্পলতা অদুগী মনা অমদি মপান্‌গী মশক্তি। উরী অদুগী মখোংদা ঈশীং চায়বা নত্তনা তরং তবং মনাদা অমদি মপাল অসাংপা অদুতদা ঈশীং চায়বনদি কান্নদে উরী পাম্বী অদুগী মখোংতদা ঈশীং চায়রবদি মনা অমদি মপাল পাম্বী মশা মসা মচা অচৌবা পুম্নমক্ লোয়না ফংঙি। অদুগুম্না, শ্রীকৃষ্ণগা লোইননা সখী মখোয়না থৌগন তৌদুনা শান্নবদা নুঙাইবা ফংবা অদুনদি মপুং ফানা নুঙাইবা ফংদে শ্রীরাধিকাগা লোয়নদুনা শ্রীকৃষ্ণগা শান্নরুবতদা মথৌ পুম্নসু নুংঙাইবা ফংই মদুগী নুংঙাইবা অদুদি মখোইনা থৌগন্তৌবদা ফংলিবা নুঙাইবা অদুদগী হেন্না নুঙাইবনি। মরমদি মনা অমদি মপাল হায়বসি পাম্বীদগী তোঙানবা পোৎ নত্তে, সখীসিংসু অদুগুম্না শ্রীবাধিকাদগী তোঙাম্বা নত্তেৎ অসিগুম্না তোঙান্নবা ওইদবনা সখী পুম্বনসু হেন্না নুঙাইবা অসি ওইরিবনি। শ্রীকৃষ্ণগী প্রেম অদুগী অয়ৌবা থাক অদু মহাভাবনি, শ্রীরাধিকানা মহাভাবকি মূর্ত্তিনি, মশক্তি, চংখোন্না শ্রীকৃষ্ণগী প্রেম অদুমক্তা শ্রীরাধিকাগী মূর্ত্তি অসিনি মহাক্লা কৃষ্ণগী প্রেম মহাভাবনি। অসিগুম্বা কৃষ্ণগী প্রেম্ব কল্পলতা হায়না হায়বতনি পাম্বী অদুদা নিরুবা পুম্ববু ফংহল্লিবা অদুবু কল্পবৃক্ষ হায়বনি অদুগুম্না ওইবী রাধিকাবু কল্পলতা হায়বনি পাল্লবা মপাল মনা অনৌবা। শ্রীকৃষ্ণগা শ্রীরাধিকাগা শান্নবা লীলাবু অমৃত অদুনা রাধিকা কল্প লাতাদা খিক্লবদা মনা মপান্দা খিপদগী হেন্না নুঙাইবা ফংই।।২১৩ব২১৪

যদ্যপিব্ব তৌইগুম্বসুং সখীসিংনা শ্রীকৃষ্ণগা লোয়নদুনা লীলা থৌগন্তৌগে হায়না খন্দ্রবসু শ্রীরাধানা য়াম্না যোতোন তৌনা মরৈ কয়া তৌদুনা থৌগন তৌনবা শিল্লি মদদা ইবেম্মনা ওন্না হৌদুনা লৈ হেক্লগা পরেং লেংদুনা থম্মি মদু সখীদা শিন্নৈ কুইরগা লৈ অসি খুইথবক্তনি অদুনা ইতা নং কৃষ্ণদা অমুক্তা কৎলু অসিনচিংবা সখী সোল কয়া লৈ মদুদা সখী সেবা তৌবদু রাধীকানা য়াম্না নুঙাই মশামক্লা থৌগন্তৌবদগী শরুক চাম্মা হেল্লি মসি সখীনসু মখোয়না থৌগন্বদগী শ্রীরাধিকানা তৌবনা শরুক চাম্মা হেন্না নুঙাইবা ফংই। মতৌ অসুম্না প্রেম অসি মহৈ মহৈ হেনগৎহল্লি।।২১৬-২১৭

শ্রীরাধা অমদি মহাক্কী সখী সিংগী মহৈ মহৈ লৈনরিবা যাম্না সেংলবা মশাগী নুঙাইবা কান্নবা পাম্বা য়াওদবা প্রেম্নি। সখী অমদি শ্রীরাধিকানা শ্রীকৃষ্ণগী লীলা থৌগন তৌবসি মশাগী নুঙাইবা কান্নবা ৱাখল মরিক অমফাওবা য়াওদে সেংনা শ্রীকৃষ্ণগী পেন্নবগীদমক্তনি মতৌ অসুম্না সখীসিংনা মবুক্তা খল্লিবদি শ্রীরাধিকানা থৌগন্তৌরবতদা শ্রীকৃষ্ণনা নুঙাইবা অপেম্বা ওই, মরম অদুনা বাধা কৃষ্ণগী লীলা থোক্লবা সিল্লি। অমুক হন্না শ্রীরাধিকাগী পুক্লিংদা খল্লি সখীসিংগা লোয়ননা শ্রীকৃষ্ণগা লীলা শান্নরবদা শ্রীকৃষ্ণনা য়াম্না হেন্না নুঙাইগনি, খন্দুনা সখীসিঙ্গা লোয়ননা শান্ননবা সিল্লি। সখী অমসুং রাধিকা অনিমক্তি নিংলিবা ৱাখন্দি অমত্তনি চপ মান্নৈ শ্রীকৃষ্ণগী পেন্ননবা খনবতনি মশা মশাগি ওইবা ৱাখল মরিক অমফাওবা খন্দে অসুম্না প্রেম অসিনা শ্রীকৃষ্ণবু পেলহন্দুনারসবু মপুং ফাহল্লি। অসিগুম্বা সখী অমসুং রাধিকা অনিগী থৌরাং অদু উরগা শ্রীকৃষ্ণনা হেন্না নুঙাইবা ওমই।২১৮

সহজে গোপীর প্রেম- গোপীসিংনা কৃষ্ণগা লোয়ননা লীলা সান্নবা অসিমক কাম লীলাদি

**টীকা:-**

নত্তে, মরম অদুনা মসে মখোই গোপীসিংনা মশাগী নুঙাইনগীদমক্তা নত্তে, তৌইগুম্বসুং শ্রীকৃষ্ণগী পেন্নবা নুঙাইনবগীদমক্তনি মরম অসিনা প্রেম অসি অচম্বা ময়াগী ওইবা কাম অদু নত্তে। অদুবু অচম্বা কাম লীলাগা মান্নবা মরমনা গোপীগী প্রেম অসিবু কাম লীলা হায়, অদুবু কামদি নত্তে মদুগী প্রমান্দি গৌতবীয় তন্ত্রদা হাযবা প্রমাণ অসিনি গোপীসিংগী প্রেম্নসু কাম হায়বা মমীং অদু ফংই অদুগুম্বা গোপীগী লীলাবু কাম হায়ববসু প্রেমনি হায়না খংনৈ মবমদি প্রেম ওইবা মবমনা নিপা ওইবা উদ্ধবনচিংবা মনাইসিংনা অসিগুম্বা গোপীগী কাম লীলা (প্রেমকেলী) অসিবু পামলি।।২১৯-২২০

কামগী মরু ওইবা পান্দমদি মশাগী নুংঙাইবতা খম্বদুনি গোপিগী প্রেমগী পান্দমনা মদু নত্তে শ্রীকৃষ্ণগী পেন্ননবতা খনবনি গোপীদা মশাগী নুঙাইনবা ব্রাখন্দি মমী ফাওবা তাদে। গোপীনা কৃষ্ণগা লোইননা মখল কয়াগী লীলা থৌগল তৌই মদু পুম্ব কৃষ্ণগী নুঙাইনবা পেন্ননবতা খল্লি মদু য়োংকা ম্নাগা খেন্নবগুম্বনি। অপেম্বা অপাম্বদি মীওইবগী ব্রাখন্নি মসিবু কাম কৌই। মসিদা মশাগী ওইজবা ব্রাখন্না মপুংনি। অদুগা প্রেমদি কৃষ্ণগী পেন্ননবতা খনবনা মশাগী অব্রাবা ইকাইবা করিমত্তা খন্দে গোপীনা কৃষ্ণবু নিংবদি অধিরূঢ় মহা ভাবকী যুম্ফমনি অদুনা পুম্নমকপু শুমহৎলবা কৃষ্ণবু গোপীগী প্রেম্না ইবাউ লাইনা শুমহৎলি কৃষ্ণদি প্রেমগী মখা পোল্লি মরম অদুনা মশাগী ওইজবা নুঙাইববু খন্দ্রবা ব্রাখল অদুনা শ্রীকৃষ্ণগী নুঙাইনবা পেন্নবগীদমক্তা হকচাং ফাওবা পিথোকপা গুম্বা গোপীগা লোইনদুনা লীলা কয়া থৌগন্তৌই মদুগী প্রমাণ শ্রীমদ্ভাগবতকী ১০ শুবা স্কন্ধগী ৩১ শুবা অধ্যাযদা শ্লোক ১৯দা গোপীনা শ্রীকৃষ্ণদা হাযখি- হে কৃষ্ণ ! ইবুঙো নঙ্গি চরন্দি যাম্না নৌই মরম অদুনা ঐখোয়না আহেরি কুণ্ডদা থাজবা থম্বালবু কচ্চবদা চবণ অদু নাখিনি খন্দুনা য়াম্না কিনা তপনা তপনা হাপচৈ, অদুগুম্বা চবণ অদুনা বনগী নাপী মরক্তা নুঙকুপ মথক্তা নেত্তুনা লেংবদা ওহ্লোক্রা নারমগনি খনবদা অব্রাবা ওই, মদুদা নাদববা অনৌবা চরণগা তিন্নরুবদগী নুঙকুপনা নৌপ্রবরা? অকনবগা তিন্নরুবদগী চরন্না ফনখ্রববা ? নৎত্রেগা বৃন্দাবনগী শরু য়াওদ্রবা মরৈ তিংথোক্কুনা চরণবু ওক্কুনা থৌগন তৌপ্রববা? নহাক্না পুন্সি ওইবি ঐখোয়না অঙকপা ওইরে।।২২১-২২৩

অসিগুম্বা গোপী ভাবকী অথোইবা ভাব অমৃতবু ফঙ্গে খন্দুনা বেদগী অমসুং মীওইবগী ধর্ম্মবু থাদোক্কুনা স্বর্গ নোবোক খল্লবা লৈতনা ইচা ইশু বিষযগী অপাম্বা পুম্বা থাদোক্কুনা নিংলবদা।২২৪

রাগানুগা শ্রীমতীরাধিকানা শ্রীকৃষ্ণবু নিংবগুম্না ইবেম্মা মাগী লোয়নবি মনাই ওইনা ইবেম্মা মাগী মতুং ইন্দুনা নিংলিবা মী মহাক অদুনা শ্রীবৃন্দাবন্দা ব্রজনিংথৌগী মচা ওইবা মীগী মীপোক্তা লীলা শান্নরিবা শ্রীকৃষ্ণবু মহাক্না ফংই।।২২৫

মহৌশানা শ্রীকৃষ্ণগী অবতার খুদিংদা থৌগন তৌদুনা লোয়নদুনতা লাকলবা মনাইসিংগী পুকচেল শাজৎপু অমসুং থৌদৌ খুদিংবু মতৌ করম তৌবগে হায়না থিজবগা নিংথিনা মখোয়গী মতৌ তমদুনা নিংলবদি শ্রীগুরুনা পীবিবা ব্রাখল অদুগী মতিক চাবা সিদ্ধি দেহ ফংলগা বৃন্দাবন্দ শান্নরিবা ব্রজনিংথৌগী মচা ওইবা শ্রীকৃষ্ণবু ফংই।।।২২৬ ভাব যোগ্যদেহর মানা নিংলীবা ভাব অদুগী মতিক চাবা হকচাং হায়বদি মনাইনি খম্বা, (দাস্য) মরুপনিখম্বা, (সখ্য) ইচামক্লি খম্বা,

টীকা:—

(বাৎসল্য) অমদি ঐমক্কি প্রানগী মপুনি খনবা, (মধুর রস) অসিগুম্বা ভাব মরি অসিগী মনুংদগী করিগুম্বা ভাব অমদা সাধক ওইরিবা মানা পামজবা রতি অমদা নিংলুবনা মদুগী মতিক চাবা হকচাংবু হয়েং শিরবগী তুংদা বৃন্দাবন্দ পোক্নুনা অমদি মানা নিংলিবা ভাব অদুগী দেহ ফংদুনা সেবাগী মতিক চাবা দেহ ফংদুনা সেবা য়াউই। তাহাতে দৃষ্টান্ত উপনিষদ্ রাগা নুগাগী ভজন্দা মানা নিংজরবদি ব্রজরাজ নন্দন ওইবা কৃষ্ণগী সেবা ফংই মদুগী খুদমদি শ্রুতিবু লৌবা দেবতাসিংনা (শ্রুতিকণ) (উপানিষদ) উপনিষদপু লৌবা দেবতাসিংনা রাগা নুগা ভাবনা (রাগাত্মিকা নিত্য সিদ্ধি ওইবীসিং অদুগী) মতৌ তমদুনা অমদি মখোয়দা চংজদুনা মখোয়গী মতুং ইন্দুনা নিংলবদি শ্রীবৃন্দাবন্দা ব্রজরাজ নন্দন কৃষ্ণগী সেবা য়াওবা য়াবা সি দ্ধি দেহ ফংদুনা সেবা তৌবা ফংইব মদুগী প্রমান মখাদা শ্রীমদ্ভাগবতকী শ্লোক অমনা পিরি নিভৃত মরুন্মনোক্ষ হায়বা লাইগী মশক ওইবী শ্রুতিসিংনা শ্রীকৃষ্ণদা হায়খি হে কৃষ্ণ! প্রান মণ অমদি ইন্দ্রিয় পুম্ববু লাকশিন্দুনা মুণীসিংনা নহাক্কি ব্রহ্মগী মশক ওইববু ফংননবগিদমক্তা চেৎলবা যোগ সাধন্তৌদুনা থম্মোইদা নিংলি, মদুদা ফংলিবা নুঙাইবা অদুদি নহাক্কি য়েক্লবসিংনা নহাক্কি ফত্তনবতা খন্দুনা নিংবদগী ফংই। অদুবু নহাক্কি শরু য়াওদবগুম্মা নৌববা লীনগী হকচাংগুম্লবা পাম্বোমনা কোনবিবগী নুঙাইবা পাম্বী গোপীসিংনা নহাক্কি অদুগুম্বা চরণ থম্বালগী লৈহিতবু থকলি, শ্রুতি ঐখোয়সু গোপীসিংগী তুং ইনজবি ওইরগা গোপীগুম্মা পোকচদুনা মদুমক ফংজরে।।২২৮

সমদৃশ হায়বা শব্দগী অর্থবু বিশ্বনাথ চক্রবর্তিগী টিকাদা অসুম্মা ইবি (সমদৃশ সমদৃষ্টয়ঃ।) (তাসাং যস্মিন বর্ত্মনি দৃষ্টিস্তস্মিন্নেব বর্ত্মনি তদনুগত্যাদৃষ্টিং দদানা ইত্যর্থঃ) সমদৃশঃ হায়বা শব্দনা চাং মান্ননা য়েংববু হায় হায়বদি গোপীসিঙ্গি অদুগুম্বা মিৎয়েংগী লম্বীদা মখোয়গী মতুং ইন্দুনা লম্বী অদুতবু য়েংদুনা গোপীসিঙ্গি ব্রাখল অদুনা পাম্বে ওইদুনা শ্রুতি ঐখোয়সু নংবু নিংজরি গোপী ওইনা পোক্নুনা নিংজবগী মতুং ইন্না মহে য়াল্লে।।২২৯

অঙ্ঘ্রি পদ্ম সুধা শ্রীকৃষ্ণগী চরণ থম্বালগী লৈহি হায়বদি চরণ অদুবু সোকচবগী নুঙাইজবা মদুনা মরম ওইদুনা শ্রীকৃষ্ণগী সেবা ফংজবগী নুঙাইববু খংনগনি। বিধি মার্গ স্বর্গ কাবা নোরোক্তা কাববু কিবগী ঈশ্বরবু নিংবা মাবু নুংশীবগী নিংবা নত্তবা প্রমান্দি চানিংবগী চাবা নত্তবা হকচাং শোম্ব্গনি পুক্নিরোই খন্দুনা চাবা অদুগুম্বনি কৃষ্ণবু নিংবনা কৃষ্ণ নুংশিবা নত্তনা নোরোক তাগনি কিবদগী নিংবা মদু বিধি মার্গ কৌই মসিগী মনিঙ অসিনদি বৃন্দাবোনগী কুঞ্জসেবাগা লোইননা শ্রীকৃষ্ণবুদি ফংবা ঙমদে।।২৩০

শ্রীশুকদেবনা হায়খি হে মহারাজ পরিক্ষিৎ! অসিগুম্বা যশোদাগী মচা শ্রীকৃষ্ণসে মাগী ভক্তি লৈবা ভক্তসিংগী মরিদা মতৌ অদুগুম্মা ইন্না ব্রাদনা ফংইবা অদুগুম্মা মহাকপু দেহগী নুঙাইবা পামলিবা খাংবা কল্লবা জীবসিংগী মরিদা অমদি দেহগী নুঙাইবা ব্রাখল থমদ্রবসিংগি মরিদসু জ্ঞান সাধন্তৌবসিংনসু মখোয়দি লায়রদুনা ব্রহ্মা, মহাদেব, লক্ষ্মীনচিংবা মাগি ওইরবসিংগি মফমদসু মাবু নুঙাইনা ফংবা ওইদে।।২৩১

টীকা:—

রাগ অনুগাগী মাইকৈদা চংলবত্তদা ব্রজনিংথৌগী মচানুপা ওইবা কৃষ্ণবু ফংই অমদি বিধি মার্গনদি ফংদে। নুংথিল অমদি নুমিদাং অনিগী মনুংদা শ্রীরাধা কৃষ্ণনা শান্নরিবা কাল নিপানগী লীলাবু মতম মতম অদুগী মতুং ইন্না নিংজরিবা মানা লীলা অদুবু পুক্লিংনা খনগনি অমদি গুরুনা পিবিবা সিদ্ধ দেহবু খঞ্জদুনা অদুম অদুম্বা লীলাগী মফমদা শ্রীরাধা কৃষ্ণগী সেবা তৌগনি। মসিনা রাগা নুগা ভক্তিগী পুক্লিংগী ওইবা অচৌবা বিধিনি সিদ্ধদেহ — থম্মোই মনুংদা খনবা ৱাখলগী মতিকচাবা হকচাং। মদুদি শ্রীগুরুদেবনা থৌদাদুনা পিবিবনি। শ্রীবৃন্দাবন্দা, শ্রীরাধা গোবিন্দগী লীলাগী মফমদা। শ্রীরাধাকৃষ্ণগী সেবাদা পুক্লিং চংবি মঞ্জরী (সেবাদাসী) গী মশক। অসিগুম্বী অনৌবা মনাই অমনি হায়দুনা শ্রীমূর্ত্তিবু য়েংনিংদুনা লৈগনি। অসিগুম্বা অফবা মতমবু ঐঙোন্দা কৈদৌঙৈ ওইরক্কবা। থিন্দনা ইনাক্তা লার্কপিদুনা সেবাগী থৌদাবিববু কৈদৌঙৈদনো। শ্রীরূপ মঞ্জরীনা ঐখোয়গী ৱাবু তাবিদুনা। মঞ্জুলালীলা ঐঙোন্দা অসিগুম্বা দাসীনীগী ইথৌবু পিদুনা। য়াম্না নোল্লক্না থৌদাবু পুজবা। সেবাগী ফংজরগবা কৈদৌঙৈদা অসুম্না হায়বা নরোত্তমগী প্রার্থনানা মরম ওইদুনা সিদ্ধ দেহনা যুগোল কিশ্বরগী সেবাবু নিংজবিবদো গোপীগী তুং ইনজদুনা সেবা অদু ফংই গোপীগী তুংইম্বা নত্তনদি ঐশ্বর্য্যজ্ঞান্না ঈশ্বরনি নিংবনদি ফংদে। মদুগী খুদমদি লক্ষ্মী দেবীনা ফাওবা নিংজদুনসু ব্রজলীলা য়াওবা খক ফংদে মদুগী প্রমাণ মখাদা শ্রীমদ্ভাগবতকি শ্লোক উৎলি। ২৩২-২৩৫

মথক্তা হায়কিবা সাধ্য সাধনগী তত্ত্ব অমদি রাগা নুগা ভক্তিগী ৱাফমসিং অসি তারগা রায় রামানন্দবু প্রভুনা কোন্দুনা সেংলবা নুঙাইবগী ৱাখন্দগী তাবকপা পী শীন্থদুনা কপমিন্নদুনা অনি কোন্নখি।২৩৭

মতৌ অসুম্না বায় রামানন্দ শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য প্রভু অনিমক শ্রীবাধা গোবিন্দগী প্রেবদা তাউদুনা অহিং চুপ্পা লেনখি নোংঙাল্লবদা মাগী মাগী মথৌগীদমক্তা চৎনখি।২৩৮

বিদায়গী মতমদা রামানন্দনা প্রভুগী চরণ কোন্দুনা য়াম্না নোল্লক্না হঙ্গৎখি।।২৩৯ ঐতবু চানবিগে হায়দুনা গদাবরি মপানগী বিদ্যানগর অসিদা লেংবিবক্পনি অদুবু নুমিৎ তরানি লৈদুনা মফম অসিদা ঐগী ফৎত্রবা পুক্লিং অসি সেংদোকপিরম্মু।।২৪০

ইবুঙো নহাক নত্তনা জীবখিবিকপু সংসার মায়াগী ইপাক্তগী লান্থোকপিনবা কনা অমত্তা লৈতে মসিনা প্রভুবু অদুগুম্বা শ্রীকৃষ্ণমক্তি হায়ব খংলদুনা হায়বনি অমুকসু হায় নহাক নত্তনা কৃষ্ণ প্রেম পীবিনবা কনা লৈবগে? কনাসু লৈতে 'সন্তুবতারা বহবঃ পঙ্কজ নাভস্য সর্বব তোভদ্রাঃ। কৃষ্ণদন্যঃ কোবালতাস্বপি প্রেমদো ভবতি। পঙ্কজনাভগী অবতার ময়াম অমা লৈসনু পুম্নমক্তা মঙ্গোল ওইববা। কৃষ্ণদগগী তোঙানবা কনাননো কনানসু ঙমদে কৃষ্ণতনা ঙম্মি উরী ফাওবদা প্রেম পিবিবা মসিনা মরম ওইদুনা খংলে কৃষ্ণনি হায়বা অদুনা নহাক্তনা পীবিগদবনি।।২৪১

প্রভুনা হায় রামানন্দ নঙ্গি গুণ তাদুনা ঐনা লাকপনি নঙোন্দগী কৃষ্ণগী ৱাবী কয়া তারগা ঐগী বিষয় পাম্বা পুক্লিং সেংদোক্কে হায়দুনা। ঐনা তারকপা নগুণ পুম্বা উজরে নহাক্তি রাধা কৃষ্ণ প্রেম বস

**টীকা:-**

জ্ঞান পুম্নমক্কি ঙমখে থেংনা খংলবা মীনি অদুনা তরানিদা নত্তে ঐনা হেক হিংলিবা ফাওবা নংবু থাদোকপা ঙমলোই ঐদি ইমাগী য়াথং হিক্তোকপা ঙমদবনা ক্ষেত্রদা লৈবা তাবনি অদুনা নং ঐ পুন্না ক্ষেত্রদা লৈকসি কৃষ্ণ কথাগী নুঙাইবনা মতম লেনসি, অসি হায়নদুনা নোং ঙাল্লবদা মহৈ মহৈ ইরুজবা সেবানচিংবগীদমক্তা চৎনখি। নুমিৎ তারবদা সন্ধ্যা সেবা লোয়রগা রামানন্দসু লাক্নুনা প্রভুগা অচিকপদা ফমদুনা য়াম্না নুঙাইনা হংবা খুম্বা তৌদুনা অপাম্বা ৱারী নুঙাইনা সাখি। প্রভুনা হংই মহৈ পুম্নমক্কুগী মচি ওইবা অথোইবা মহৈ করিনো রামানন্দনা খুম্মি মহাক্না মরম ওইদুনা খংবা ঙমলিবদো বিদ্যা কৌই। শ্রীকৃষ্ণদা চংজনবগি অরেপ্পা অদুনা শ্রীকৃষ্ণবু খংবা ঙম্মি মদু ঙমলবা মানা খংদবা করিসু লৈতে মরম অদুনা ভক্তি নত্তনা বিদ্যা অতে লৈতে। মীংচত্তি কনানা অথোইবনো শ্রীকৃষ্ণ প্রেম ভক্তি লৈবনি হায়বদুনা অথোইবা মিংচৎনি।।২৪২-২৫০

চৈতন্যনা হংই করম্বা লন্না মী ওইবগী অথোইব লন্নো (জীবগী)? মায়াগী ওইবা লন্দি হিংলীঙৈগী মরিক্কুম্বা নুংঙাইবনি, লেঙদ্রবা হিংলিঙৈদসু শিরগসু মপোক অমদসু নুংঙাইবদি শ্রীকৃষ্ণবু ফংবনি। লন্না লৈবনদি কৃষ্ণ ফংদে কৃষ্ণবু লৈনবা লন্দি প্রেমতনা মমন্নি মরম অদুনা অদুগুম্বা প্রেম লল অদু লৈরবা মীদো মহাক সনাক খুনবনি।।২৫১

অৱাবসিংগী মনুংদগী হেন্না ৱাবদি করম্বা অৱাবনো? কৃষ্ণ ভক্তগী কাইনবদা ভক্ত মসেন তিন্নদুনা কৃষ্ণগী লীলা গুনগী ৱারিদা প্রেমদা তাওদুনা নুঙাইবদো ওইদে মরম অদুনা ভক্তনা ভক্ত কায়নবগী অৱাবনা খ্বাইগী অৱাবনি।। ঈশ্বরগী সেবা তৌরিবা ভক্তনা কবিগুম্বা মবুঙোগী সেবা য়াদদুনা মরক খনবা গ্রহগী অমদি য়ুম্মাংবগী মনুংদা সেবা য়াদদুনা লেপ্পা মদুদা ৱাববুনা খ্বাইদগী অৱাবনি।২৫২

অথোইবা অৱাবা কোকপবু মুক্তি কৌই। মুক্তি অদু ফংলবা মীবু মুক্ত ওইবনি। মুক্তি হায়ববদি পুম্নমক্না ব্রহ্মদা তিম্ববু হেক্তমক খংনৈ। ব্রহ্মসাযুজ্য কৌই মসিবু। অসিগুম্বা মুক্তি অসি ফংলবদা অথোইবা অৱাবা অদু মাংখি অদুবু মদুদা নুঙাইবদি ফংদে, মরম অসিনা চিনি চারগা মদুদা কবম নুঙাইবা , মদু চিনিনা করম খংগনি? ঐনা চিনি অদু ওইরবদা চিনি চাবা মদুদা ফংলিবা নুঙাইবা অদু ঐনা করম্না খংগনি চিনিনা খংদে অচাবনা খংবনি। অদুগুম্না মুক্ত ওইরবদি নুঙাইবা অদু খংদে ফংদে, মতম অদুদা পোকপা, শিবনা চিংবদগী ওইরিবা পোকইবা অদুক্কি মখে ওইবা অৱাবা অদুগি মখেদি কুইনগিদমক্তা কোকই মসিতনি মুক্তনা ফংলিবা। অতোপ্পা মুক্তিদসু য়াম্না চেৎলবা নুঙাইবা অমদি অথোইবা নুংঙাইবদি খক ফংদে। তসেংবা শ্রীরাধা কৃষ্ণগী প্রেম সেবাদা, অথোইবা অৱাবা কোকপদি করিসু লৈতবনি মদুদি মশানা অদুম ওইজখিবনি, অমাং অতা লৈতবা তোঙান্দবা অথোইবা নুংঙাইবা অদু প্রেম সেবা তৌবনা ফংই, মদুগী নুংঙাইবদুদি করিগুম্বা মুক্তি অমা ফংলবসু খক ওইদে, অদুনা চংখোন্না শ্রীকৃষ্ণ প্রেম সেবা ফংলবদা অথোইবা মুক্তি ওই। মরম অদুনা কৃষ্ণ প্রেম অদু লৈরবা মী অদুনা অসিগুম্বা প্রেম সেবা অথোইবা মুক্তি অসি ফংই, চংখোন্না কৃষ্ণ প্রেমবু লৈরবদা মহাক অদু

**টীকা:—**

মুক্ত মরক্তগী অথোইবনি মহাকপু মুক্ত শিরোমণি হায়না কৌই।।২৫৩
প্রভুনা হংই রামানন্দ ঈশৈ হায়দুনা লৈরিবাসিংগী মনুংদা জীবনা শক্তদবা অমদি তাগদবা মাগী ওইজবা ধর্ম্ম করি ঈশৈনো? রামানন্দনা খুম্মিব্রজীবদি অবেপ্পা শ্রীকৃষ্ণগী মনাই ওইবনা শ্রীকৃষ্ণগী পেন্নবা তৌবনা জীবগী মসাগী ধর্ম্মনি মতৌনি মনাইনা মবুঙোগী গুণ শকপা শোনবা মসি মাগী ধর্ম্মনি। মাগী মরল চাবনা মাগী গুণবু থাগৎলিৎশ্রীরাধা কৃষ্ণগী লীলা প্রেমগী মশক ওইবদা শকপনা শ্রীকৃষ্ণনা পুম্নমক্তগী হেন্না পেল্লি মরম অদুনা জীবনা শক্তদবা ঈশৈ পুম্নমক্তগী অথোইবদি রাধাকৃষ্ণগী লীলানা অথোইবনি।।২৫৪

শ্রেয়ঃ মঙ্গোল পুম্নমক্তগী অথোইবা মঙ্গোন জীবগী করিনো? কৃষ্ণগী ভক্তগা তিন্নবনা কৃষ্ণগী ৱাবীদা নৈনদুনা অমদি সেবাগী ৱারি শাদুনা কৃষ্ণ ফঙ্গনি হায়বগী নুংঙাইবনা জীবনা বাধাকৃষ্ণগী প্রেম সেবা ফংই মরম অদুনা কৃষ্ণ ভক্তগা তিন্নবদগী হেনবা মঙ্গোল অমা লৈতে।।২৫৫

কাহারস্মরন জীবনা কনাবু কাউদনা নিংশিংগনি? স্মর্ত্তব্যঃসততং বিষ্ণুঃ মসিগুম্না য়াথং লৈবনা শ্রীকৃষ্ণবু কাউদনা নিংগনি (ঠাকুব মহাষয়গী ৱাহৈ অসিমসু লৈ "সাধন স্মরন লীলা, ইহাতে নাকর হেলা" মনের স্মরণ প্রাণ" সাধন তৌরবদি লীলাবু নিংশিংসি, মসিদা থওইদবা তৌগনু পুক্নিংগী স্মরণ" নিংশিংবনা প্রাণগুম খনসি) মসিনচিংবনা প্রমাণ ওইদুনা বামানন্দগী ৱাফমগী মতেং পাংবনি। অদুনা হায় শ্রীবাধা কৃষ্ণগী নামৱগুণ লীলাবু নিংসিংবনা খ্বাইদগী অথোইবনি।২৫৬।। ২৫৭ অসিদি ২৫৬ কা ব্যাখ্যা মান্নবে।। পুম্নমক থাদোক্তনা জীবগী লৈফম কদাইদনো? শ্রীবৃন্দাবন অসিনা অযোধ্যা দ্বারকা বৈকুন্ঠনাচিংবা মফম পুম্নমক্তগী পুমহেল হেল্লি মরম অদুনা স্বয়ংভগবান শ্রীকৃষ্ণগী অথোইবা লীলা রাসনা মফম অদুদা লৈংদনা লৈবনা ব্রহ্মানাচিংবা দেবতা পুম্মনা মফম অদুদা শ্রীবৃন্দাবন্দা নাপী-উরী ওইনা পোকচগে হাযদুনা খৌরাংনরি মরম অদুনা পুম্নামক থাদোকক্তনা জীবগী অথোইবা লৈফমদি বৃন্দাবন্নি। তাগদবা পুম্বদগী অথোইবদি রাধা কৃষ্ণগী প্রেমলীলা নাকোংগী কান্নহন্দুনা পুক্নিংবুসু পেলহল্লি।নিংনফমগী মনুংদগী কনাবু নিংবনা অথোইনো? রাধা কৃষ্ণ অনিগী মীংনা অথোইবা উপাস্যনি নামগা মশাগা খেন্নবা লৈবতনা নাম্মু হায়বতনি।।২৫৮।২৫৯

যুগল রাধা কৃষ্ণ নামথাক বেদগী বিষ্ণু সুক্তদা তমু স্তোতারঃ অসিনচিংবা সুত্রগী ভাষাদা সায়নাচার্য্যনা হায় শ্রুতিদসু যদ্বা - তস্যোদকস্য গভর্ং অসিনা চিংবা মনু ১৮ স্মৃতিদা হায়রি - ক মন্ত্র অসিগী সায়নাচায্যগী ব্যাখ্যামতুংইন্না ২সুবা পদগী ব্যাখ্যাবু শ্রীজীব গোস্বামীনা ভগবৎ সন্দর্ভদা অসুম্না ইরি হেবিষ্ণো তবনাম চিৎচিৎ স্বরূপম অত এব মহঃস্বপ্রকাশরূপম। তস্মাৎ অস্য নাম্না আ ঈষৎ অপি জানন্তোঃনতু সম্যক উচ্চার মাহাত্ম্যাদি পুরষ্কারেণ তথাপি বিবক্তন ব্রুবানঃ কেবলং তদক্ষরাভ্যাস মাত্রং কুর্ব্বানাঃ সুমতিং তদ্বিষয়াং বিদ্যাং ভজামহে প্রপ্নুমঃ। হেবিষ্ণো, হে কৃষ্ণ। নহাক্কি নাম অসিন চিৎ(চৈতন্য স্বরূপ) জ্ঞানগী মশকনি মরম অসিনা মশা মতোমতা ফোংদোকচবকপনি, ওঁকারশ্চাথশব্দৌ দ্বাবেতৌ ব্রহ্মন পুরা কন্ঠংভিত্বাবিনির্যাতৌ তেন মঙ্গলিকা উভৌ। ওঁ হায়বা অথ হায়বা শব্দ অনি

**পদঃ-**

ইষ্ট-গোষ্ঠা কৃষ্ণ-কথা কহি কতক্ষণ।
প্রভু-পদে ধরিরায় করে নিবেদন॥২৬৬
কৃষ্ণ তত্ব রাধাতত্ব প্রেম তত্ব সার।
রস তত্ব লীলাতত্ব বিবিধ প্রকার॥২৬৭
এত তত্ব মোর চিতে কৈলে প্রকাশন।
ব্রহ্মারে বেদ যেন পড়াইল নারায়ণ॥২৬৮
অন্তর্যামী ঈশ্বরের এইরীতি হয়ে।
বাহিরে না কহেবস্তু প্রকাশেহৃদয়ে॥২৬৯

**পদ অর্থঃ-**

খংনিংবা কৃষ্ণগী ৱাবু ঙহাক ঙাংনরগা।
রায়না হায়জখি প্রভুগী চরণবু পায়রগা॥২৬৬
কৃষ্ণ তত্ব রাধা তত্ব প্রেমতত্ব মচিবু।
রস তত্ব লীলাত ত্ব মখল মখা কয়াবু॥২৬৭
তত্ত্ব অসুক ঐগী থম্মোইদা ফোংদোকপিরেদো।
ব্রহ্মাদা অসুম বেদবু নারান্না তম্বীদো॥২৬৮
মনুংউবা ঈশ্বরগী অসুম ওই মচৎ অসে।
মপান্দদি হায়দোক্তবা থম্মোইদা ফোঙবসে॥২৬৯

---

**টীকা:—**

অসি মমাংঙৈদা (ব্রহ্মাগী) ঈশ্বরগী খৌরিদগী থিঙ্গাইদুনা থোকখি মরম অদুনা মঙ্গলগী অর্থ তৌগনি অনিমকসে। হায়রিবা প্রমাণ অসিনা মশামতোমতা ফোংদোকচরকপনি ওঁ হায়বসি মসিনা হরিগী অথোইবা নামনি মসিগী মরম ২।৬ তা পাক্লা ইখ্রে। অদুগা যুগোল নাম রাধা কৃষ্ণ হায়বগী অথদি

**টীকা:—**

মসিমসু লৌখৎলি। মখোয়গী নামদি শ্রীরাধা অমদি শ্রীকৃষ্ণ মসিনি মসিবু নিংবনা অথোইবা উপায়নি শ্রীরাধা কৃষ্ণ অনিগী অপুনবা মশক্লা অথোইবনি হায়বনা অথোইবা উপষানি অমদি মীংগা মশাগা খেন্নবা লৈতবনা নাম্বু অথোইবা নিংনফমনি হায়বনি। রাধেতি নাম সুন্দরনবগীতমুগ্ধং কৃষ্ণেতিনাম মধুরাদ্ভুতরগাঢ় দুগ্ধম। সর্ব্ব লক্ষনং সুরভি রাগহম্মেন রম্যং কৃত্বা তদেব পিব মে রসনে ক্ষুধার্তোদাস গোস্বমী অভিষ্ট সূচন।১০॥ রাধা হায়বা অসিনা অনৌবা ফজরবা অমৃতগী মতৌগুম পুক্লিংবু শুদ্ধৎপনি। অমনা কৃষ্ণ হায়বা অসিনা থুমলবা অঙকপা কুংনা ত্তৌরবা শঙ্গোমগুম্বনি. হে খৌরাংলবা লৈয়েং অপাম্বা রাখলগী মশক ওইবা উলগী মতৌগুম ফজহন্দুনা হায়বদি পামহন্দুনা নাম অদো মতম পুম্বদা থকউ। মসি রঘুনাথ দাস গোস্বামীগী অনিংব' অপাম্বা ফোংদোকপা হায়বা শ্লোক তরাদা(১০) ইবনি। অদুগা নরোত্তমদাসনা প্রেম ভক্তি চন্দ্রিকাদা॥৫৪॥ যুগল চরণে প্রীতি, পরম আনন্দ তথি, রতি প্রেমা হউ পর বন্ধে। কৃষ্ণ নাম রাধানাম, উপাসনা রসধাম, চরনে পড়িয়া পরানন্দে। যুগলগী চরন্দা পেনজবা নিংজফম থম্বনা অথোইবা নুঙাইবনি মদুনা অপাম্বা নুংশীবা ওইয়ু চেৎনা। কৃষ্ণ হায়বা নাম্বু রাধা হায়বা নাম্বু নিংনফম রসপুম্বগী তুংনাকমনি চরন্দা নুঙাইনা য়ুমথুংফর্নন জীবগী। অসিগুম্বা প্রমাণ অসিনা রাধা কৃষ্ণ হায়বা নামনা নিংনবগী অথোইবনি অদুগা ওঁ হায়না নিংবা শোনবসু অথোইবা নিংনফমনি। হরিগী নাম হায়বনা ওঁকার প্রনব অসিনি॥২৬০॥

শ্রীমহাপ্রভুনা হংঙি, অদুগুম্বা মুক্তিতবু পাম্বা মী ওইনা, অমদি ভক্তি পাম্বা মী ওইনা কদায় কদাযদা লৈবগে মখোইনা কবম কদম্না মশক ফংবগে? রামানন্দনা হায় মখোয়না মুক্তি পাম্মিবদো ব্রহ্ম সাযুজ্য ফঙি, মদুবু চিংগ্লউপানবিগী মতৌগুম্না হায় মখোযগী মবমদি অসিনি উপানবি অমদি চিংনা চিংবগী হকচাংদা চংদুনা পোলিবা জীবনা অচম্বা নিয়মদা চমলবা নুঙাইবা থজিক্তং ফংদুনসু মদুগী নুঙাইবদু মখোযনা চাবা ঙমদে, অদুগুম্না ব্রহ্ম সাযুজ্য ফংলবা জীবনসু নুঙাইবগী মশক ওইবা ব্রহ্মদা তিন্দুনা অমত্তা ওইবগী মতৌ অদু ফংলবদা নুঙাইবদুদা মাসুতিনখিদুনা নুঙাইবা কৌবা অদু মানা ওইখিদুনা নুঙাইবগী মহাও অদু মানা ফংদে। প্রমান্দি চীনীদা কবিগুম্বা পোৎ অমা য়ানসিনবদা চীনীগী মগুণ অথুম্না অদু চীনী মশানা খংদবগুম্না য়ানসিল্লিবা পোৎনসু খংদবাগুম্বর্তান। অদুনা মুক্তি ফংলবদি ব্রহ্মদা তিনখিবনা নুঙাইবা অদু ফংদে। ভক্তি পাম্বদি গুরুগী কৃপাদগী মানা মানা নিংজবগী মতুং ইন্দুনা সিদ্ধরূপ ওইদুনা শ্রীকৃষ্ণগী নাক্তা লৈদুনা মাগী মাগী অপাম্বা সেবা তৌদুনা রাখল পুক্লিংগী মতুং ইন্দুনা কৃষ্ণগী লীলা খুদিং য়াওজবগী নুঙাইবা অদু ফংঙি মখোয়গী সেবা ফংবা অদুবু লাইগী মপোক্তা পোকপগা মান্ননা হাযরুবনি। মদুগী মরমদি লাইগী হকচাংদা চংলবা জীবনা অদুগুম্না মনিংতম্না মখল কয়াগী নুঙাইববু চাদুনা লৈ,।২৬১॥

ক্কাক্লা অথুম্বা হৈনৌ ময়োন থাদোক্তুনা অখাবা নিমগী মহৈ চারি, মসিদা পোৎকি মহাও অখাবা অথুম্বা অনিগী খেন্নবদো ক্কাক্লা করিসু খংদে হায়বা উত্তুনা মহাও খংদবা হায়বনি। অদুগা মহাও খংলবা কোকিলনা হৈনৌ মপান মহৈ চারি, মাদি অখাবা অথুম্বা খংবা কোকিল হায়না ভক্তবু হায়বনি।২৬২

তথাহি ভাগবতে ( ১স্ক ১অঃ ১শ্লোক)

জন্মাদস্য যতোহন্বয়াদিত রতশ্চার্থেস্ব
ভিজ্ঞঃ স্বরাট তেনে ব্রহ্মহৃদা য আদি
কবয়ে মুহ্যন্তি যৎ সুরয়ঃ। তেজোবারি
মৃদাং যথা বিনি ময়ো যত্র ত্রিসর্গো মৃষা
ধাম্না স্বেনসদা নিরস্ত কুহকং সত্যং পরং ধীমহি।।২৭০

**শ্লোক অর্থঃ-**

লৈবা লৈতবা অদুনা তাইবং পুথোক্লবনি
সেম্বা য়োকপা মাংহন্বসু মাতনা তৌবনি।।
অসেম্বা সেমদবা পুম্বা মানা লোইনা খংবনি।
মশানা ওইজবা মনিং তম্বা বেদ অদুদা ঙাকপনি।।
অদুগুম্ব বেদবু ব্রহ্মাগী থম্মোইদা ফাওহল্লি।
মৈ ঈশিং লৈপাক্কী ওন্নবা অদুগুম্না খল্লি।।
গুণ অহুম্না সেম্বা পোৎসে লেপ্তুবা পোৎনি।
মসিবু অরেপ্পনি হায়না থাজহল্লিবনি।।
মাগী মগুন্না মায়াবু মাংহল্লিবা মাবু।
ঈশ্বর অথোইবা নিংজরি তত্তনা মহাকপু।।২৭০

**অন্বয়ঃ**।- অর্থেষু (থবক পুম্নমক্তা পোৎ পুম্নমক্তা সেমলিবা খুদিংদা) অন্বয়াৎ (মানা অরেপ্পা স্বরূপ্তা লেংদনা লৈ হায়দুনা পুম্নমকপু অরৈবা ওইনা থাজরি) ইতবতঃ চ (অসুম্না অতোপ্পদনা আকাশ লৈনা তৌবগুম্না মহাক্কা মহাক্কা মনি লৈতবনা অতোপ্পা মখোয় অসিবু অরেপ্পা অরৈবা ওইনা থাজদে) অস্য (জগৎ অসিগী) জন্মাদি (সেম্বা য়োকপা মাংহন্বা) যতঃ (মঙোন্দগী ওই) যঃ (মানা) অভিজ্ঞঃ (লোইনমক খংবা) স্বরাট (মনিং তম্বা মতোমতা ঙানজবা) যৎ (মঙোন্দগী অমদি বেদ অদুদা) সুরয়ঃ (জ্ঞাণ লৈরবাসিংনসু) মুহ্যন্তি (ঙকনরি) তৎ (অদুগুম্বা) ব্রহ্ম (বেদ অদুবু) আদি কবয়ে (ব্রহ্মাগী) হৃদা (থম্মোইদা) যঃ (ঈশ্বর মানা) তেনে (সন্দোক্লুনা তাকপিখি) যথা (মতৌ

অদুগুম্না) তেজো বারি মৃদাং বি নিময়ঃ (লৈপাক মরুভুমিগী লৈঙোই অদু লাপ্পা য়েংবদা ঈশীং ওইনা উই মসি অচুম্বদি নত্তে ওন্ন তৈনবনি) যত্র (মদুদা মখোয়গী অরেপ্পদি) ত্রিসর্গঃ (সত্ত্ব রজঃ তমঃ গুণ অহুম অসিনা সেম্বা ইন্দ্রিয় দেবতাসিংগী) অমৃষা (অরেপ্পা অচুম্বা) স্বেন (মাগী) ধাম্না (মগুণ্না তৌবা ওম্বা শক্তিনা) সদা নিরস্ত কুহকং (তাৎ য়াওদবা মায়াদগী পোকপা উপাধিগী মরি পুম্নমক মাংহন্বা অদুগুম্বা) সত্যং (অরেপ্পা মশক ওইবা) পবং (অথোইবা ঈশ্বরবু) ধীমহি (ধ্যান তৌজবি)২৭০

অনুবাদ অসেম্বা (সৃষ্টবস্তু) পোৎসংতদা ঈশ্বব মহাক্লা লৈবনা মখোয়বু খংই মিনম্বা পোৎসিংদা মহাক্লা লৈতবনা মখোয়দু খংদে। অসিগুম্বা তাইবংপানবা জগৎকী সেম্না য়োকপা অমদি প্রলয় তৌবা পুম্ন মক্কি মবম পুম্বা মহাক্কি। মানা লোয়না খংবনি অমদি মনিং তম্বা ঈশ্বরনি। মহাক্লা থম্মোই উবগী মশক ওইদুনা বেদবু ব্রহ্মাগী থম্মোইদা ফোংদোকপী খংহম্বি বেদ অদুগী মরমদা জ্ঞাণ লৈরবা কাংবুনা ঙক্লরি। মরুভুমি ওইনা লাপ্পা য়েংবদা লৈঙোইবু ঈশীং ওইনা পুক্লিংদা খল্লি। অসিগুম্বা লৈপাকপু ঈশিং ওইনা খনবা, অসিনচিংবগী অমবু অমা ওইনা পুক্লিংদা খন্বা চুম্মি মতৌ অদুম্না ওইববদা মখল অহুম অসি সৃষ্টি মখল অহুম্নি (১) জ্ঞ্যাণবু ফোংদোকপা (২) জীববু সেম্বা (৩) মায়া ব্রহ্মানণ্ড সেম্বা। মহাক্কি অসিগুম্না মসেম অসি অরেপ্পা অচুম্বনি তৌইগুম্বসুং মানা মাগী মগুণ্না মায়াবু থাদোক্লুনা মায়াগী ব্রাংমদা লৈবা অবেপ্পা অচুম্বা ওইরবা অসেংবা মশক ওইদুনা লৈ। অদুগুম্না মাবু নিংজবি।

---

**টীকা:—**

জ্ঞানিবু লাইবক খিবা হায়রুবদি মখোইনা পুম্নমক্তগী অথোইবা নুঙাইবগী মশক ওইরবা ভক্তি প্রেমগী নুঙাইবা অথোইবা বস আমৃতবু হুন্দোক্লুনা নুঙাইফম খংদ্রবা কল্লবা জ্ঞানগী অয়াকপা অখাবা মহৌসাগী অসিনবা মহাও অদুতা থকই চারি, অদুগা লাইবকফবা হায়বনা শ্রীকৃষ্ণ ভক্তিসাধনগী অথোইবা সেবাগী ব্রাখল খনবগী নুঙাইবতা খনবনা জ্ঞানগী ওইবা অসিনবা অখাবা অয়াকপা মহাউ নিংসিংদনা সেবাগী নুঙাইবা শ্রীকৃষ্ণবু নুংশিবা প্রেমগী মহাউ অদুতা ফংঙি মবম অদুনা মখোয়না লাইবক ফবা হায়বনি।২৬৩

মতৌ অসুম্না শ্রীচৈতন্য প্রভুগা রায় রামানন্দগা অনিনা শ্রীরাধা কৃষ্ণগী লীলাগী রসদা লুপ্পুনা জগোই সাই ঈশৈসু শকই ঙহাকসু কপ্পুনা মতাং মতাংগী রসগী মতুং ইন্দুনা নুংঙাইনা অহিং অদু লেনখি।২৬৪

নোং ঙাল্লক্লবদা প্রভুসু রামানন্দসু তৌগদবা ম্না ক্রীয়া লুক হাবা নাম শোন্নবা চৎনখি। সন্ধ্যা য়ৌরবা কান্দা রায় রামানন্দনা লাক্লুনা প্রভুগা উনখি।২৬৫

মদুদা রামানন্দগা প্রভুগা অপাম্বা অনিংবা খংনিংবা শ্রীকৃষ্ণগী মবম কয়াবু ঙহাক ঙাংনরগা মতুংদা রামানন্দ রায়না প্রভুগী চবণ অনিবু মখুৎনা পায়রগা হায়জখি।২৬৬

শ্রীকৃষ্ণগী অরেপ্পা মশক শ্রীরাধিকাগী অরেপ্পা মশক পুম্নমক্কি মচী ওইবা অমদি লীলাগী অরেপ্পা প্রেমগী, রসগী অরেপ্পা মশক কযাবু মখল মখা কয়াবু হেক লৈরিবা (তত্ত্ব) অরেপ্পা পুম্বা অসি ঐগী থম্মোইদা ইবুঙো নহাক্লা লোইনমক ফাওহনবিরে। মসিগী মতৌ অসিদি ব্রহ্মাদা শ্রীনারায়ন্না বেদ পুম্ববু তম্বীখি অদুগুম্বনি নহাক্কি কৃপাসে। ঈশ্বর অন্তর্যমিনা মপান্দা অদুনি অসিনি হায়না ব্রাহে কয়ানা

**টীকা:—**

তাক্তে ঙাংদে অদুবু পুম্নমক্কি থম্মোই মনুংদা ব্রা ওইনা হায়দ্রবসু পুম্নমক খংহল্লগে কৃপা হেক তৌবদা মী অদুগী থম্মোইদা লোইনমক ফাওনা ঙালহন্দুনা খংহল্লি মদু ব্রহ্মাদা শ্রীনারায় ভগবান্না বেদ মরি অদু মপান্দা তাকলুবা লৈতনা থম্মোইদা কৃপানা মরম ওইদুনা খংখি মসিমক ঈশ্বরগী ব্রাখন্না লাম্বা ফংদ্রবা কৃপানি।২৬৭-২৬৯

শ্রীব্যাস দেবনা শ্রীমদ্ভাগবতকী অহাম্বদা শ্লোক অসিনা মঙ্গলাচরণ তৌই। ব্যাসনা হায- অচুম্বগি মশক ওইবা অথোইবা ঈশ্বরবু ঐনা ধ্যান তৌবি। সত্যাংরঅবেপ্পা মশক অমদি পরং-অথোইবা ঈশ্বরবু ধীমহি-ধ্যান তৌজবি। শ্রীমদ্ভাগবত অসিগী দশম স্কন্ধগী অধ্যায় অনিদা শ্লোক ২৬তা সত্য ব্রতং সত্য পবং ত্রিসত্যং সত্যস্য যোনিং নিহিতং চসত্যে। শ্লোক অসি দে সভানা দেবকীগী গর্ভদা লৈবা ঈশ্বরগী স্তুতিদা হায়খিবনি মসিনা তাকপদি শ্রীকৃষ্ণ অসি সত্যনি সত্য-শব্দ অসিগী মবমদা "সত্যং জ্ঞাণ মনন্তং ব্রহ্ম" সত্যদি জ্ঞান্নি মপান্নাইদ্রবা ব্রহ্মনি। বৃহত্ত্বাদ বৃহণত্বাচ্চ যদ্ ব্রহ্ম পরং বিদুরিতি বিষ্ণু পুরাণে) অচৌবা ওইবদগী অতোপ্পবুসু চাওহনবদগী অদুগুম্বা ব্রহ্মা অদো অথোইবনি হায়না খংলে মসি বিষ্ণু পুরান্দা হায়বনি মসি ব্রহ্মগী শক্তি লৈ ব্রহ্মনা অথোইবা পবমেশ্বরনি। পবং হায়বা শব্দ অসিনা মফম অসিদা পুরান্দা হায়রিবা মীগী মশক ওইবা অথোইবা শ্রীকৃষ্ণবু খংনগনি। মহাক অরেপ্পনি হায়বগী খুদমদি যত্র ত্রিসর্গোহম্রষার মদুদা মানা লৈ হায়দুনা সত্ত্ব, বজ অমদি তম অসিগুম্বা গুণ অহুম অসিগী সৃষ্টি (সেম্বা) মৈ, ঈশীং, নুংশিৎনচিংবা ভূতব্‌ সেম্বা, ইন্দ্রিয় ময়াম্বু সেম্বা, অমদি দেবতাবু সেম্বা মসি মিনম্বা ওইদুনসু অবেপ্পা অচুম্বগী মশক ওইনা থাজনবি, অসিগুম্বা থাজবা অসিনা মরম ওইদুনা মহাক্কী অচেৎপা অচুম্বা অরেপ্পা অদু তাকই, চংখোন্না মহাক্না (সত্য স্বরূপ) অচুম্বা মশক অদু নৎত্রবদা মীনম্বা গুণ সৃষ্টি অদুদা মপু ওইনা লৈবনা অচুম্বনি অরেপ্পনি হায়না খক থাজনরোই পোৎ অদুদা চংদুনা লৈরীবা মপু ওইবা মাগী অরেপ্পা গুণ অদুনা মীনম্বা পোৎপুসু অরেপ্পনি হায়না লৌই মদুগী প্রমান্দি(তে জোবারি মৃদাং বিনি ময়ঃ- মপু ওইদুনা চংদুনা লৈরিবা মহাক্কি অরেপ্পা গুণ অদুনা মৈদা ঈশিংদা মিংশেন্দা হায়বিবা পোৎ খুদিংগী পোৎ অমদা অমা ওইনা ঙক্কনা উববু অরেপ্পনি হায়না থাজে মিংশেন্দা নুমিৎকি মঙান্না য়েবদা নুমিৎকী মশক মমি তাই তাবিবা মমি অদুদি নুমিৎ নত্তে অদুগা মমি অদুসু অচুম্বা লেংদনা লৈগদবা নত্তে অদুগা নুমিৎ অদুদি অচুম্বনি মরম অসিনা মমি অদুসু অচুম্বনি নুমিৎনা মীনম্বা ওইবস্লবদি মমি অদুবু মীনম্বনি হায়গদবনি। নুমিৎনা অচুম্বা ওইবনা মমি অদুসু অচুম্বা মঙোন্দাগী লাকপনা অচুম্বনি। লৈকং লৈমাইদা নুমিৎকি মঙান্না য়েবদা লৈঙোই অদু ইরং লংদুনা লাপনা য়েংবদা ঈশীং ওইনা উই অদুবু মদু ঈশীংদি নত্তে ঈশিং উদুনা অরেপ্পা ওইবনা মীনম্বা লৈঙোইদা মনিন কাবা উরিবা অদু ঈশিংনি হায়না নিংলিবা অদু মীনম্বনি অদুবু ঈশীং অদুনা অরেপ্পনিনা মদুবু ঈশীংমক্কি হায়না লৌদুনা উবদা নুংঙাই। মসিদা হংবা য়াই মীনম্বদা অচুম্বনা চংদুনা লৈবনি অদু ওইরবদি অচুম্ব অদুসু মিনম্বা ওইনা লৌরোইদৌবরা? মদুদা খুমগদবদি অসিনি মায়াগী অসেম্বা সংসার অসিগী মপু ওইদুনা চংদুনা লৈরবসু ঈশ্বর সত্য অদুদা মায়ানা করিসু তৌবা ঙম্দে অবেপ্পা অদু মাংহম্বা ঙমদে মরমদি (স্বেন ধাম্নারমহাক্কি মশক মঙাল মগুণ অদুগী তৌবা ঙম্বা শক্তিনা) নিরস্ত কু হকং (লাপ্না তকথোকখিদুনা মায়াবু মঙোন্দগী মায়ানা য়াম্না

**টীকা:—**

লাপ্না হন্দোকখি মাগী তৌবা ঙুম্বা শক্তিগী মগুন্না মবম্ অসিনা মায়াগী মপু ওইদুনস্ মায়ানদি মাবু শোকপা ঙমদে মসিনা মহাক্কী মশক মগুণ হায়বনি। তটস্থ লক্ষণ অমুক হায়গে ( জন্মাদস্য যত মসিদা অস্য- মাংদা উবিবা জগৎ অসিগী) জন্মাদি (সেম্বা যোকপা অমদি প্রলয় তৌবা হায়বসে) যতঃ মঙোন্দগী ওইবানি ঈশ্বর মঙোন্দগী উবিবা জগৎ অসিগী সেম্বা যোকপা মাংহন্বা পুম্বা ওই অদুনা মহাক অসি তটস্থ লক্ষণ ( হায়বদি মাগী থবক ওইবা মাবু ধ্যান তৌজরি) তৎ ধীমহি (অসিদা জগৎকি) হেতুনিকবম্ (হায়বিবনো?) অন্বয়াৎ ইতরতশ্চ অর্থেষু থবক খুদিং পোৎ খুদিং সৃষ্টি পুন্ন মক মহাক্কি (অন্নযৎ অবেপ্পা মশক ওইনা মায়াগী পোৎ খুদিংদা ঈশ্বর মহাক্কা লৈকবনা অমদি) ইতরতশ্চ কার্য্য নত্তবা অকাশ লৈনচিংবদা মহাক্কি কবিগুম্বা মাব অমত্তা লৈতে হায়দুনা মখোয় পুন্ন মক্কি অবেপ্পা অদু খংদে লৌদে। অবেপ্পগী মশক্তা সৃষ্টিগী পোৎ খুদিংদা মহাক লৈ হায়দুনা সৃষ্টি বস্তুগী অবৈবা অদুদি থাজি, পোৎশক নত্তবদা মহাক্কা মবি লৈতবনা পোৎশক নত্তবগী অবেপ্পবু থাজদে ঈশ্বর মাগী মরি লৈবনা মখোয়দা অরেপ্পা থাজবা লৈ অদুগা ঈশ্বরগী মরি লৈতবদনা অবেপ্পা লৈ হায়না থাজবা ঙমদে মসিদগী খংবা ঙম্মি. মহাক্কা অসেম্বা সংশার অসিগী অবেপ্পা ওইনবা মবমনি, মহাক্কা জগৎ অসিগী থোক্লবা মবমনি অথবা অন্বয় ইতর মশক লেপহন্বা মশক মাংহন্বা ম্রাদগী খুজি নাইর্রাচিংবা শাবা য়াই লৈপাক্তগী চক্ শাবা যাই ব্রহ্মাদগী জগৎ ওইবকপনি মসিদা সাংখ্যনদি অথোইবি মায়াদগী জগৎ পুথোকই অদুনা মাযাবুবা ধ্যান তৌরিবাসে? নত্তে মায়াদি (জড়নি অচেত্তনি) জ্ঞান লৈতবা মতোমতা লেংজবা ঙমদবনি ব্যাসনা হার্যবিবাদ অভিজ্ঞঃ- লোয়নমক খংবা স্বরাট- মতোমতনা গুনজবা কনাগী মতেং লৌদবা মসিনা ঈশ্বরবুনি জীববুস্ নত্তে জগৎ সেম্বদি ব্রহ্মানি হায়বা অমা লৈ অদুনা ব্রহ্মাবুরা? নত্তে মদুদি আদি কবয়ে ব্রহ্মতেনের ব্রহ্মাদা ব্রহ্ম বেদবু মানা তম্বী হায়বা অসিনা। মসিদা ব্রহ্মাদি হান্নানা বেদ তৈদুনা লৈবনি। তুমলুবদগী মিকপ থোকলকপদা মানা হান্না খংখিবা পুম্বা নিংসিংবা ঙম্মি। মহা প্রলয়দা ব্রহ্মানা হান্না খংলম্বা পুম্বা কাওবতনি। মদুগী প্রমান্না যস্মিন সূরয় মুহ্যন্তি- অদুগুম্বা বেদগী মরমদা লাইসিং ফাওবনা ঙকুবি অদুনা শ্লোক অসিদা য়াওবিবা সত্যং পরং ধীমহি হায়বিবা অসি গায়ত্রীনি মসিনা মবম ওইদুনা শ্রীমদ্ভাগবতকী অহৌবা ওই। মসিদা গায়ত্রীগী অর্থ লৈ মসিগী ব্যাখ্যা মধ্যগী অধ্যায় ২৫গী ১৪৯গী ব্যাখ্যাদা য়েংঙু। গায়ত্রী হায়বদি ওঁ ভূ র্ভুবঃ স্বঃ তৎ সবিতুর্বরেণ্যং ভর্গোদেবস্য ধীমহি ধীয়ো য়োন। প্রচোদযাৎ। মহাক্কা ভূলোক ভুবলোক্ স্বলোক্ চিংববু জগৎ পুম্বা মাযাবু সেম্বনি মহাক্কা ঐখোয়গী বুদ্ধিগী শক্তি পিবনি অসিগুম্বা লীলাগী মশক ওইবা পুরুষগী ঐশ্বর্য্য মাধুর্য্যবু ধ্যান্তৌরি। মসিনি গায়ত্রীগী অর্থ।।

পদঃ-

এক সংশয় মোর আছয়ে হৃদয়ে।
কৃপাকরি কহ মোরে তাহার নিশ্চয়ে।।২৭১
পহিলেদেখিনু তোমা সন্ন্যাসি স্বরূপ।
এবেতোমাদোখিমুঞি শ্যামগোপ রূপ।।২৭২
তোমার সন্মুখে দেখি কাঞ্চন পঞ্চালিকা।
তাঁরগৌর কান্ত্যে তোমার সর্বব অঙ্গ ঢাকা।।২৭৩
তাহাতে প্রকট দেখি সবংশীবদন।
নানাভাবে চঞ্চল তাহে কমল নয়ন।।২৭৪
এইমত তোমাদেখি হয় চমৎকার।
অকপটে কহ প্রভু! কারণ ইহার।।২৭৫

পদ অর্থঃ-

চিংনবা অমত্তং লৈরে ঐগী থম্মোইদা।
চানবিদুনা হায়বিয়ু অরেপ্পদো ঐঙোন্দা।।২৭১
অহান্বদা নংবু উজৈ সন্ন্যাসিগী শক্‌ফম্‌।
হৌজিক নংবু উজৈ ঐনা শ্যাম গোপগী শকফম।।২৭২
নহাক্কি মাংদা সনাগী য়ুখল অমা উরে।
মাগী অঙৌবা মচুনা নঙ্গি হকচাংবু কুপলে।।২৭৩
মদুদা ফোংলিবা বংশী থোন্বা মাইথোং উরি।
মদুদা ৱাখন্না তথকপা থম্বালগুম মিৎপু উরি।।২৭৪
অসুম নহাকপু উবদা অঙকপা ওইরেদো।
মসিগী মরম চুন্নবু প্রভু ! হায়বিয়ুদা।।২৭৫

**পদঃ-**

প্রভু কহে্র কৃষ্ণে তোমার গাঢ় প্রেম হয়।
প্রেমের স্বভাব এই জানিহ নিশ্চয়॥২৭৬
মহাভাগবত দেখে স্থাবর জঙ্গম।
তাঁহা তাঁহা হয় তার শ্রীকৃষ্ণ স্ফুরণ॥২৭৭
স্থাবর জঙ্গম দেখে, নাদেখে তার মূর্ত্তি।
সর্ববত্র হয় নিজ ইষ্টদেব স্ফূর্ত্তি॥২৭৮

**পদ অর্থঃ-**

প্রভুনা হায় কৃষ্ণদা নঙ্গি ওই অচেৎপা প্রেম্না।
প্রেম লৈবগী মচৎনিদো মদু খংঙু লেপনা॥২৭৬
ভক্তসিংনা উবনি অচৎ চত্তা য়েংবদা।
মফম মফম খুদিংমক্তা উবনি কৃষ্ণতা॥২৭৭
অচৎপা চত্তবা য়েংবদা উদে মখোয়গী মশকপু।
পুম্নমক্তা ওইদো মাগী নিংজবগী শকপু॥২৭৮

---

টীকা:-

রামানন্দ রায়গী মচিন্দগী অয়াম্বা তত্ত্ব পুম্না কোংদোকত্তুনা হায়হল্লগা প্রভুনা যৌজিক্তি মাগী মফমদা ইন্দুংভোগী অসেংবা তত্ত্ব ওইবা শক তক্কে খন্দুনা মাগী ঐশ্বর্য্য অমা কোংদোকলক্লে। মদু খুদক অদুমক্তদা রামানন্দনা হায়কেৎ উহেইবে প্রভুগী সন্ন্যাসীগী মশক অদু মাংখ্রে মদুগী মহুত্তা শ্যাম সুন্দর বংশী থোনবা ওইনা উবে, মদুদা অমনা ভাবিবা অদুগী মমাংদা সনাগী মৃত্তিগুম্বা নুপী অমা লেপ্লি, নুপী অদুপী কুচু অঙৌবা সনাগুম্বা মঙান অদুনা শ্যামগী মচু ওইবা মূর্ত্তি অদুবু কুপসিন্দুনা লৈ মসি উবদা রামানন্দনা চিংনবা পোকখি, মবম অদুনা প্রভুদা হংখি মসি করিনো ?২৭১

পহিলে- অহান্নদা গোদাবরী মপান্দা নহাকপু উজবা ফংবদা, ঐনা উখি, মদু সন্ন্যাসীগি মূর্ত্তিনি। মদুগী মতুং অসিদা নিংগদবা ফঙ্গদবা পুম্নমক্কি অরেপ্পা কযা ঙাংনদুনা নুমিৎ কয়ানিগুম্বা অসিসু সন্ন্যাসীগী শকফম অদুমক উদুনা লৈ। অদুগা ঙসিদি সন্ন্যাসী অদু উদরে নহাকপু শ্যাম বর্ণ ওইবা

তথাহি শ্রীমদ্ভাগবতে ১১ স্ক ২ অঃ ৪৩ শ্লোকঃ-

সর্ব্ব ভুতেষু যঃ পশ্যেৎ ভগবদ্ভাবমাত্মনঃ
ভুতানি ভগবত্যাত্মন্যেষ ভাগবতো তমঃ ।।২৭৯

তথাহি শ্রীমদ্ভাগবতে ১০ স্ক ৩৫ অঃ ৫ শ্লোকঃ-

বনলাতা স্তরব আত্মনি বিষ্ণুং
ব্যঞ্জয়ন্ত্য ইব পুষ্প ফলা ঢ্যাঃ।
প্রণত ভার বিটপা মধুধারাঃ
প্রেম হৃষ্ট তনবো ববৃষুঃস্ম ।।২৮০

**শ্লোক অর্থঃ-**

মানা জীবগী আত্মা ওইনা লৈবা উই ঈশ্বরবু।
পরমাত্মা ওইবা মঙোন্দা লৈবা উই জীববু।।
মহাক্তো ভগবানগী অথোইবা ভক্তনি ।।২৭৯

**শ্লোক অর্থঃ-**

বনগি উরী উপান্না মখোইগী মনুংদা
লৈবা বিষ্ণুবু নিংশিংদুনা মপাল শাৎলি
মহৈ য়াল্লি মদুগী অরুম্বনা মরূ লুক্তুনা
মতু চুংজদুনা অমৃত সিন্থদুনা লৈরিবনি ।।২৮০

**অন্বয়ঃ।-** যঃ (মানা) সর্ব্ব ভুতেষু (থবাই পানবা পুম্নমক্তা) আত্মনঃ (মানা নীংজবিবা) ভগবদ্ভাবং (ঈশ্বরনা লৈবগী মতৌবু) পশ্যেৎ (উই), আত্মনি (মাগী ওইনগী মশক ওইরবা মানা নিংজরীবা) জগবতি (ঈশ্বরদা) ভুতানি (থবাই পানবা পুম্নমকপু)[পশ্যেৎ] (উজবা ফংলবা) এষঃ (মহাক অদো) ভাগবতোতমঃ (ভক্ত বৈষ্ণব অথোইবনি)।।২৭৯

**অন্বয়ঃ।-** পুষ্প ফলাঢ্যাঃ (মপাল মহৈনা থল্লবা) প্রণত ভাব বিটপাঃ (মদুগী অকম্বা ভারি

অদুনা খাংবা ঙমদ্রদুনা মরূ লুকথবা ওইনা নোম্বরিবা) পেমহৃষ্ট তনবঃ- (প্রেম্না তু চুংলবা হকচাং ওইববা অসিদা) বনলতাঃ (ফোংদোক্কুনা খংহন্দুনা) ইব (তৌবগুম্না) মধুধারাঃ (আমৃতগী ইচেন্না) ববৃষুঃ (নোং তাবগুম তাহল্লি) স্ম (অঙকপনি)২৮০

---

**টীকা:—**

গোপগী ফিজেৎ থোম্বা ওইনা উবে মসি করিনো তাকপিয়ু।।২৭২

নহাক্কি মাংদা লেপ্তুনা লৈবী সনাগী কুচুনা ওইবী মাগী কুচু অদুনা যুখল ওইদুনা নহাকপু য়োমসিন্দুনা লৈ। সনাগী মচু অদুগী মঙাম্না শন্দোরক্কুনা শ্রামবর্ণ ওইবা কুচু অদু মাংখ্রেদো।।২৭৩

মদুদা তত্তনা ফোংদোকলি চিম্বান্দা বংশী থোনবা মূর্তিদো মদুদসু অমুক উরি ভাব কয়ানা থম্বাল লকাগুম্বা মিং অনি অদু তথক তথকপগি মতৌ অদু তত্তনা উরি।। ২৭৪

মসি পুম্বা অসি উরগা ঐগী পুক্নিংদো ওম্লোক্পা চিংনবা অমা পোক্লে, মসি কৃপা তৌবিদুনা মসিগী মরম পুম্বা তার্কপিদুনা ঐগী চিংনবা অসি কোকহম্বিয়ু।।২৭৫

প্রভুনা মহাক্কি মশাবু লোৎকে খন্দুনা হায়খি রামানন্দ ! অহাম্বদা নহাক্লা ঐবু অদুগুম্বা সন্ন্যাসী ওইনা উখি, হৌজিকসু অদুগুম্বা সন্ন্যাসী অদু ঐনা ওইবি। অদুগা সনাগী মূর্তিগী মঙান সনা মচুনা কুপসিন য়োমসিম্বা বংশীনা চিম্বান্দা থোম্বা অদুগুম্বা শ্যাম গোপগী মশক অমা উরে হায়রিবদো ঐগী অতোপ্পা মূর্তি নত্তে, মদো নহাক্কি নিংজবু ইষ্টদেবগী ফাওরকপতনা উবনি। মখোয়গী অথোইবা ভক্ত ওইর্বসিংনা মফম খুদিংদা মখোযনা নিংজবা ইষ্টদেবগী মূর্তি শকফমদো হেক্তমক্ ফাওই। অচৎপা চত্তবা কবিগুম্বা পোৎ অমত্তবু মখোয়গী মিৎনা হেক য়েংলকপদা অহাম্বমক্তদা পোৎ অদুগী মশক ওইনা উদে অচৎপা চত্তবা পুমনমক মফম পুম্নমক্তা পোৎ খুদিংদা হেক্তমক্ উবনি তসেংনা মাগী নিংজবা ইষ্টদেবগী মূর্তিদো। নংনদি অথোইবা শ্রীকৃষ্ণগী ভক্তনিদো, অদুদনা ঐগী ইফমদা নংনা য়েংলকপদা নহাক্লা নঙ্গি নিংজবা ইষ্টদেব অদুগী মূর্তি ওইনা উরিবনি, তৌইগুম্বসুং ঐগী ইশক অদু তসেংনা নংনা উবা ঙমদবনি।২৭৬-২৭৮

ভক্তগী থম্মোইদা মানা নিংজবা ইষ্টদেববু খক কাওদে মখোয়গী থম্মোইদা লেংদনা অদুম্মক লৈ মবম অসিনা করিগুম্বা পোৎ অমবু হেক য়েংবদা মখোইগী মীৎয়েঙ্গি মমাংদা থম্মোইদা লৈবা ইষ্টদেবতবু খন্দুনা য়েংবনিনা ইষ্টদেব অদুনা চোংথোক্কুনা মমাংদা হেক্তমক লেপ্তুনা ঙাল্লি মরম অদুনা নহাক্লা ঐবু উবদা নঙ্গি থম্মোইদা লৈবা শ্রীকৃষ্ণ অদুনা নঙ্গি মিৎযেং অদুগী মাংদা ঙানবনা নহাক্লা উবনি মদু ঐনা পুথোকপা ঐনা ওইবা মূর্তি নত্তে মসিমক ঐনা হায়জিন্দুনা নংবু ঙকহন্নবা শেম্বা ব্রাফম নত্তে মদুগী প্রমাণ শ্রীভদ্ভাগবত্তা হায়বা শ্লোক অনি লৈ। মদু হায়গে তাও

নিমি নিংথৌনা হংবা ব্রাহংগী পাউখুমদা হরি যোগীন্দ্রনা হাযখি অথোইবা ভক্তসিংগী পুক্নিঙ্গি ভাব কবিনো হায়বদু হায়রি মহাক্লা অথোইবা ভক্ত ওইরবদি হেক লৈরিবা থব্রাই পানবা খুদিংদা মহাক্লা নিংজবা ঈশ্বরগী অরৈবগী মতৌদু উবা ঙম্মি (ভু-ধাতু দগী ভাব শব্দ অসি থোকপনি ভুধাতুগী অর্থ (অস্তিত্বার্থে ভুধাতু) অরৈবদা হায়বনি (বিদ্য মানতা) অমদি ভাবঃর আবিভার্ব। ভাবঃ

পদঃ-

রাধাকৃষ্ণে তোমার গাঢ় প্রেম হয়।
যাঁহা তাঁহা রাধা কৃষ্ণ তোমারে স্ফুরয়।২৮১
রায় কহের প্রভু! তুমিছাড় ভারি ভুরি।
মোর আগে নিজ রূপ না করিহচুরি।।২৮২
রাধিকার ভাব কান্তি করি অঙ্গিকার।
নিজ রস আস্বাদিতে করিয়াছ অবতার।।২৮৩
নিজ গূঢ় কার্য্য তোমার প্রেম আস্বাদন।
আনুষঙ্গে প্রেমময় কৈলে ত্রিভুবন।।২৮৪
আপনি আইলে মোরে করিতে উদ্বার।
এবেকপট কর তোমার কোন্ ব্যাবহার।।২৮৫
তবে হাসি তাঁরে প্রভু দেখাইল স্বরূপ।
রসরাজ মহাভাব দুই এক রূপ।।২৮৬

পদ অর্থঃ-

রাধা কৃষ্ণদা নহাক্কি প্রেমনা চেৎনা লৈরে।
মফম খুদিংদা নহাক্কা রাধা কৃষ্ণবু উরে।।২৮১
রায়না হায় প্রভু ! নহাক্কা থাদোকপিরো হৈ শিংবা
ইমাংদগী নহাক্কি শকপু তৌবিনু হুরান্বা।।২৮২
রাধিকাগী কুচু রাখল লৌবিরক্কুনা।
নহাক্কি রস চানবা অবতার তৌদুনা।।২৮৩
নহাক্কি অচেৎপা থবক্কি নহাক্কি প্রেম চাবনা।
মরোল অহুম প্রেমগী মশক ওইহল্লে লোয়ননা।।২৮৪

লেংবিরক্পনিদো ঐবু লানবিগে হায়দুনা।
হৌজিক লৌনস্বনা নঙ্গি করম্বা মচৎনো ॥২৮৫
মদুদা নোক্কুনা উৎলে মঙোন্দা প্রভুগী শক।
রসরাজ মহাভাব অনিনা অমত্তা ওইবা শক ॥২৮৬

পদঃ-

দেখি রামানন্দ হৈলা আনন্দে মূর্চ্ছিতে।
ধরিতে না পারে দেহ পড়িলা ভূমিতে ॥২৮৭

পদ অর্থঃ-

মদু উবদা রামরে রায়দো নুংঙাইবনা।
লৈপাক্তা তুখরে হকচাং পুবা ঙমদ্রদুনা ॥২৮৭

---

টীকা:--

হায়নবী অর্থদা ফোংদোবকপা ফাওবকপা হায়। ভক্ত অখোইবা মানা জীবা পান্বা পুম্নমক্তা তেক্তা যেংলুবদা মানা নিংজবা ইষ্টদেব অদু হেক্তা ফার্টাবক্তুনা উবা ঙম্মি। অদুগা নিংজবা ঈশ্বর অদুদসু জীব খুদিং লৈবা ওইনসু তেক্তা উই মহাক্ অদো অখোইবা ভক্তনি॥২৭৯

ব্রজগোপীনিংনা হায়বনি; মখোয় অদুনা শ্রীকৃষ্ণদা যাম্না চেৎলবা প্রেম লৈববা অদু ওইববদি মখোযগী পুক্লিংদা অসুম্না খল্লি, বণগী উবী উপালাসংনসু শ্রীকৃষ্ণগী মবিদা মখোইগুম্না প্রেম চাওনবা থৌবাং তৌই। শ্রীকৃষ্ণবু থম্মোইদা নিংজবনা মখোইনা মতৌ অদুম্না নুংঙাইজবনা পী সিন্থনি মখোযনা পুক্লিংদা নিংঙি, উরীনা উপাম্বিনসু শ্রীকৃষ্ণবু নিংদুনা মদুগী নুংঙাইবদু ফংদুনা লৈবি অমদি অদুগুম্না নুংঙাইবা অদুবু ফংলুবনা উবীনা পাম্বীনা পী তাবিবনি, উবী উপাম্বীদগী লৈতি সিম্থবি, মদুদা গোপীসিংনা মখোযগী রাখন্দা খল্লি- মসে লৈহি সিন্থবা নত্তে, মসি উবী উপানগী পী তাদুনা কল্লনি। শ্রীকৃষ্ণবু নিংসিংবদা মখোযগী হকচাংদা তু চুঙবা ওই, মখোযনা খল্লি উবী উপাম্বীসিংদা অদুগুম্না উনা অনৌবা চোংলিবা মপানগী ময়োন চোংলিবা পুম্বা উবা ফংঙি, মদু উনা অনৌবা নত্তে লৈগী ময়োন নত্তে, মদো তসেংবা উরী উপানবীগী প্রেমদগী পোকপা তু জুংবনি, শ্রীকৃষ্ণবু থম্মোইদা হাপ্পুনা উবী উপান পুম্নমক্তা প্রেম্না হবাওজববা মশা ওইরদুনা প্রেম্না তুজুংলবা হকচাং ওইরে। অসিগুম্বা অঙ্কুর রূপ ময়োন চোংবা উবগা মখোযনা পুক্লিংদা খল্লি অসিগুম্বা উবী উপাম্বী পুম্নসিফাওবনসু শ্রীকৃষ্ণবু পেন্নবা

পদঃ-

প্রভু তাঁরে হস্ত স্পর্শি করাইল চেতন।
সন্ন্যাসীরা বেশ দেখি বিস্মিত হৈল মন।।২৮৮
আলিঙ্গন করি প্রভু কৈল আশ্বাসন।
তোমা বিনা এইরূপ না দেখে কোনোজন।।২৮৯
মোর তত্ত্ব লীলা রস তোমার গোচরে।
অতএব এই রূপ দেখাইল তোমারে।।২৯০
গৌর অঙ্গ নহেমোর রাধাঙ্গ স্পর্শন।
গোপেন্দসুত বিনা তেঁহো নাস্পর্শে অন্যজন।।২৯১
তাঁর ভাবে ভাবিত আমি করি আত্ম মন।
তবেনিজ মাধুর্য্যরস করি আস্বাদন।।২৯২
তোমার ঠাঁঞি আমার কিছু গুপ্তনাহি কর্ম্ম।
লুকাইলেপ্রেম বলেজান সর্ব্বকর্ম্ম।।২৯৩

পদ অর্থঃ-

খুৎনা শোক্তুনা প্রভুনা মাবু জ্ঞান তাহল্লে।
সন্ন্যাসীগী ফিজেৎ অদু উরবদা ঙকলে।।২৮৮
কোবিরদুনা প্রভুনা মাবু তপথহল্লে।
নং নত্তনা শকফম অসে কনানসু উদরি।।২৮৯
ঐগী তত্ত্ব লীলা রস নংনা লোয়না খংলে।
মরম অদুনা মৃত্তিসে নঙোন্দা উহল্লে।।২৯০
গৌরগী হকচাং নত্তেঐ রাধাগী হকচাংনি।
কৃষ্ণ নত্তনা মাবু সোক্তে অতোপ্পা অমনা।।২৯১

মাগী ভাবতা খল্লিবনি ঐগী আত্মা মন্না।
মদুনা ঐগী মাধুর্য্য রস চারিবনি।।২৯২
নঙোন্দা ঐগী করিসু অরোম্বা থবক লৈতে।
লোৎলবসু প্রেম্না খংঙি অচেৎপা পুম্নমক্তো।।২৯৩

টীকা:-

তৌবি, মখোই ফাওবনসু শ্রীকৃষ্ণবু থম্মোইদা থল্লি, অদু নৎত্রবদি মখোয়গী মশাদা অসিগুম্না কবিগী তুংগনি, করিগী মখোইনা পীগী মবি সিন্থগনি '?

আত্মনি বিষ্ণুং ব্যঞ্জয়ন্তইব- উবী উপানবী সিঙ্গি থম্মোই মনুংদা অদুগুম্বা বিষ্ণুনা ফাওদুনা ঙান্দুনা লৈবিবি মদুনা মরম ওইদুনা মখোয়না মদুবু ফোংদোকচবনি, মখোযগী প্রেম্না হবাওরিবনি মখোযগী পীতাবা তু চুংবনচিংবনা খংবা ঙম্মি মদু, মখোযগী থম্মোইদা বিষ্ণুদা ঙান্দুনা লৈ। বিষ্ণু শব্দ অসিনা পুম্নমক্তা শিন্বা থুংনা লৈ হায়বসি ফোংদোক্লি, মসিদা অথোইবা (প্রেমাবতী) প্রেমলৈবী পোগী ফজবীসিঙ্গি মমিত্তা মফম পুম্নমক্তা শ্রীকৃষ্ণবু লৈববু।ওনা উবি হায়দুনা শ্রীকৃষ্ণগী সিন্বথুংবা গুণবু ফোংদোকই। মরম অসিগীদমক্তা শ্রীল শুকদেব গোস্বামীনা বিষ্ণু শব্দগী অর্থবু শ্রীকৃষ্ণবু হায়না হন্দুনা খংহনবনি। তবংবদি বৃন্দাবন্দা হৌরিবা উবী উপাম্বী পুস্বসি ফাওবা চিন্নযনী মবম অদুনা চংখোন্না মখোয পুম্নন্দসু প্রেমগী ইথক হৌবনি। যুগ কযাদা মপোক কয়া মাংনা নিংজবক্তনা মপোক অসিদা ব্রজলীলা য়াওনবা বৃন্দাবন্দা উবী উপাম্বী ওইনা পোকলবনি।২৭৯-২৮০ তসেংলবী মাধুর্য্য চেনবী গোপীসিংগী থম্মোইদা শ্রীকৃষ্ণবু ঈশ্বরনি হায়না খন্দে। মখোয়গী থম্মোইদা শ্রীকৃষ্ণগী ঈশ্বরগী মতৌ ওইনা উবনা উবী উপানগী মতৌ উবগা পুক্নিংদা খনগনি উশানা খুৎ ওইদুনা মপাল মহৈ পাইদুনা কৎনবগীদমক্তা খুকস্মিবনি। উপালসিংবু উবীসিঙ্গি মপুরোইবনি খন্দুনা মখোয়না হায় গৃহস্ত য়ুম্বাল্লীবা ভক্তনা পূজাগী থৌবাংদুনা পূজা তৌগনি অসুম্না শা, উচেক তিল কৌজেং উবী পাল পুম্বনা ভক্তি পূজাবু থম্মোইদা য়োক্লবনি।।

মহা প্রভুনা হায়- প্রমান অসিনা মরম ওইদুনা ঐসি সন্ন্যাসীনি, অসুম সন্ন্যাসী ওইদুনা লৈবি, নহাক্না অদুগুনা শ্যামগোপগি মশক অমদি মদুগী মাংদা সনাগী মচু ওইবা যুখলবু উবি মদুদা ঐগী মরিদা করিগুম্বা চিংনবা অমত্তা তৌগনু, মদো নহাক্কি নিংজবা নবুংঙোগী কৃপানা ফার্উবিরকপনি। নহাক রাধা কৃষ্ণগী অথোইবা প্রেম লৈববা অথোইবা ভক্তনি, প্রেম অদুগী মহৌসানা নহাক্কি মিৎকি মাংদা তসেংনা শ্রীরাধা কৃষ্ণনা হেক্তা লেপ্কনি মফম খুদিং য়েংলু য়েংলুবদা উগনি, বেনুনা খুত্তা থোনবা গোপ বেশনা লৈতেংবা শ্রীকৃষ্ণগী মাংদা রামানন্দগী সনাগী যুখল অমনা থংলি হায়বিবদু শ্রীরাধিকানি হায়বা প্রভুনা পয়ার অসিদা ফোংদোক্লি।২৮১

পদঃ-

গুপ্তে রাখিহ্ কথা না করিহ প্রকাশ।
আমার বাতুল চেষ্টা লোকে উপহাস ।।২৯৪
আমি এক বাতুল, তুমি দ্বি তীয় বাতুল।
অত এব তোমার আমায় হই সমতুল ।।২৯৫
এইরূপ দশ রাত্রি রামানন্দ সঙ্গে।
সুখেগোঙাইলা প্রভু কৃষ্ণ কথারঙ্গে ।।২৯৬
নিগূঢ় ব্রজের রস লীলার বিচার।
অনেক কহিল তার নাহিপাই পার ।।২৯৭
তামা কাঁসা রূপা সোণা রত্ন চিন্তামণি।
কেহোযদি পোঁতা দ্রব্য পায় এক খনি ।।২৯৮
ক্রমেউঠাইতে যেন উত্তম বস্তু পায়।
ঐছেপ্রশ্নোতর কৈল প্রভু রাম রায় ।।২৯৯

পদ অর্থঃ-

ৱাসে ফোংদোরক্কনুকো থম্মু লোৎসিন্দুনা।
ঐগী অঙাওবা ৱাখলসে নোকনগনি মীনা ।।২৯৪
অঙাওবা অমা ঐ নংনা অঙাওবা অনি সুবনি।
অদুনা নঙ্গা ঐগা চপ মান্নরীবসিনি ।।২৯৫
অসুম্না অহিং তরাবু রায়গা লোয়নদুনা।
নুংঙাইনা লেল্লি প্রভুগা কৃষ্ণগী ৱারিনা ।।২৯৬
অচেৎপা ব্রজগী রস লীলাগী বিচারদা।
মদু য়াম্না হায়দুনসু লোয়বসু ঙম্লোইদো ।।২৯৭

কোরি সেঙ্গেং লুপা সনা রত্ন চিন্তামণি।
কনাগুম্বনা পোৎ থোকপা খোনি থেংনবনি।।২৯৮
মথং লৌখৎলুবদা অহেন্বা পোৎ ফংবা।
অসুম প্রভু রামানন্দ তৌখি হংবা খুন্বা।।২৯৯

---

**টীকা:-**

রায় রামানন্দনা হায়জে- প্রভু ! ইবুংঙো নহাক্না হৈ শিংবা মরৈ মরা চাওবা মীনম্বা থৌবাং অদু থাদোকপিয়ু ঐগী ইমাংদা ওইবিরিবা নহাক্কি অসেংবা শকফম অদো লোৎপিগনু।।২৮২ নিজরূপ নহাক্কি নশক, নহাক্কি অরেপ্পা তত্ত্ব।

প্রভুগী কৃপাদগী রামানন্দগী চিংনবা পুন্বা কোকখ্রে, মাগী থম্মোইদা মহা প্রভুগী তত্ত্ব পুম্বা লোইনা ফাওখ্রে, অমদি কবিগীদমক্তা প্রভুনা অবতার তৌরকপনো হায়বা অদুফাওবা লোইনা খংখ্রে মরম অদুনা রামানন্দনা সেংনা পুন্নমক অদু হায়রক্লে। শ্রীকৃষ্ণগী মরম ওইবা রস। শ্রীকৃষ্ণগী মাধুর্য্যানচিংবা । অবতারগী মরমদা মাগী সম্বন্ধগী মরম লোৎনবগী মরম, অবতারগী মরু ওইবা অমদি মনুং চনবা মরম আশ্রয়গী মশক ওইদুনা প্রেম বসপু চানবগী মবম, মদুগা লোয়ননা জগৎ অসিদা বিচার তৌদনা প্রেম পিনবীবা। বামানন্দনা হায় প্রভু! ঐনা খংজরে নহাকপু কনানো? নহাক ব্রজবাজ নন্দন্নি নন্দগী মচানি ব্রজদা নহাক্না নহাক্কি মাধুর্য্য বস চাবা ফংদে মবমদি মদুবু চানবগী উপাই অমা খক্তনি মাদন কৌবা মহাভাব, মদুদি মতম অদুদা ইবুংঙোদা মাদন ভার্বতি ফোংদোক্তে লৈতে মদু লৈবদি শ্রীরাধিকাতদা লৈ। মরম অদুনা নহাক্কি মাধুর্য্যবু য়াম্না নিংথিনা চাননবগীদমক্তা শ্রীরাধিকাগী মাদন কৌবা মহাভাব অদু লৌরগা অমদি শ্রীরাধিকাগী কুচুনা শ্যামকান্তি ওইবা অদুবু য়োমসিন্দুনা অবতাব তৌবনি মদুগা লোয়ননা জগৎ অসিবুসু প্রেম ভক্তিনা সিনবা থুংনা য়েনবিরি। অদুগা প্রভুনা মফম অসিদা লাকপিবসু তবু লানবিগে হায়বগিদমক্কি অদুগা করিগীনো নহাক্কি কৃপাদি পিবিদনা নহাক্কি তত্ত্ববু লোৎলিবা করি মতৌনো।।২৮২-২৮৫

তবে হাসি বাম রায়গী ব্নাহে তাবদা প্রভু মোমোন্নোকই। নোক্লুনা প্রভু রাম রাযবু চানবিবা ফোংদোক্লগা মাগী গৌর অবতারদা মাগি মনুংচনবা মশক অদু উহনখ্রে। মদুদি রস বাজ মহাভাব দুই এক রূপ বসবাজ চমদ্রবা শৃঙ্গার রসনা ঙানবা মূর্ত্তি শ্রীকৃষ্ণ অয়াম্বা বস আমৃতনা সমুদ্রগুম্বা শ্রীকৃষ্ণ অমদি মহাভাব হায়বদি মাদন কৌবা মহাভাবকী মশক ওইবী শ্রীবাধিকা অসিগুম্বা অনিনা পুন্না তিং দুনা ওইবা মূর্ত্তি । অয়াম্বা রসগী কোক্কী লৈতেংদি শৃঙ্গার রসনি অমদি শ্রীকৃষ্ণগী মরিদা প্রেমগী অয়ৌবা থাক ফোংদোকপনা মাদন হায়বা ভাবতনি অসিগুম্বা অনিনা পুন্না তিন্নখ্রবদা ওইথোক্তবা মূর্ত্তি অমা ওই। অসিগুম্বা ওইথোক্তবা মূর্ত্তি অদু উবদা রায় রামানন্দনা নুংঙাইবনা খাংবা ঙমলক্রদুনা হকচাং পুদুনা লৈবা ফাওবা ঙমদ্রদুনা লৈপাক মথক্তা নোংলৈনা ফুকলবা লফুগুম্না হাইহত্তনা তুখরে।

পদঃ-

আরদিন রায় পাশে বিদায় মাগিলা।
বিদায়ের কালে তাঁরে এই অজ্ঞা দিলা ।।৩০০
বিষয় ছাড়িয়া তুমি যাহ নীলাচলে।
আমি তীর্থ করি তাঁহা আসি অল্পকালে ।।৩০১
দুইজনে নীলা চলে রহিব এক সঙ্গে।
সুখেগোঙাইব কাল কৃষ্ণ কথারঙ্গে ।।৩০২
এত বলি রামানন্দে করি আলিঙ্গন।
তাঁরে ঘরে পাঠাইয়া করিলা শয়ন ।।৩০৩
প্রাতঃ কালে উঠি প্রভু দেখি হনুমান্।
তাঁরে নমস্কারি কৈল দক্ষিণে প্রয়াণ ।।৩০৪
বিদ্যা পুরে নানা মত লোক বৈসেযত।
প্রভু দর্শনবৈষ্ণব হৈল ছাড়ি নিজমত ।।৩০৫

পদ অর্থঃ-

মতুঙ্গি নুমিত্তা রায়দগী বিদায়বু নিরক্লে।
বিদায়গী কান্দাদা মঙোন্দা অসুম্না হায়রক্লে ।।৩০০
নহাক চৎলো নীলাচন্দা বিষয় থাতোক্কুনা।
ঐ তীর্থ লোয়রগা মদুদা লাক্কে থিন্দনা ।।৩০১
ঐখোয় অনি নীলাচলদা লোয়নদুনা লৈসি।
কৃষ্ণগী ৱারী সাদুনা মতম লেম্মিন্নসি ।।৩০২
অসি হায়দুনা রায়দুবু চেৎনা কোনবিখরে।
মাবু য়ুমদা থাখ্রগা প্রভুসু চেপখরে ।।৩০৩
নোংঙাল্লগা হৌগৎলে প্রভু হনুমান খুরুম্লে।
মাবু খুরুম্লগা অমুক মখারোমদা লেঙলে ।।৩০৪
বিদ্যাপুরদা মোট্ তোঙান্বা লৈরম্বা মীয়াম্না।
প্রভু উবদা বৈষ্ণব্ ওইরে মাগী মোট থাদোক্কুনা ।।৩০৫

পদঃ-

রামানন্দ হৈলা প্রভুর বিরহে বিহবল।
প্রভুর ধ্যানে রহে বিষয় ছাড়িয়া সকল ।।৩০৬
সংক্ষেপে কহিল রামানন্দের মিলন।
বিস্তারি বর্ণিতে নারে সহশ্র বদন ।।৩০৭
সহজে চৈতন্য চরিত ঘন দুগ্ধপুর।
রামানন্দ চরিত্র তাহে খণ্ডপ্রচুর ।।৩০৮
রাধা কৃষ্ণ লীলা তাতে কর্পূর মিলন।
ভাগ্যবান যেই সেই করে আস্বাদন ।।৩০৯
যেই ইহা এক বার পিয়ে কর্ণ দ্বারে।
তার কর্ণ লোভে ইহা ছাড়িতে না পারে ।।৩১০
সর্বব তত্ত্ব জ্ঞান হয় ইহার শ্রবণে।
প্রেম ভক্তি হয় রাধা কৃষ্ণের চরণে ।।৩১১

পদ অর্থঃ-

রামানন্দ ওইহৌরে প্রভু কাইনবগি ব্রাবা।
প্রভুবু নিংদুনা বিষয় পুন্বা থাদোক্লবা ।।৩০৬
সম্না লেংলে রামানন্দ প্রভুগা উনবা।
মাই লিশীংনসু ঙমলরোই লোইনমক হায়জবা ।।৩০৭
মহৌশানা চৈতন্য লীলা কুংনা ঙৌবা সঙ্গোম্নি।
মদুদা রামানন্দ চরিৎ চিনীদু য়ানবনি ।।৩০৮
রাধা কৃষ্ণ লীলাদুনা কর্পূর য়াম্সিল্লে।
লাইবক ফবা মহাক্তুনা মসিতবু থক্লে ।।৩০৯
মানা মসিবু অমুক্তং নাকোংনা থক্লবা।
মাগী নাকোংনা পাম্বনা ঙমদে থাদোকচবা ।।৩১০
অয়াম্বা তত্ত্ব খংবা ওই মসিবু তাবদা।
প্রেম ভক্তি ওই রাধা কৃষ্ণগী চরন্দা ।।৩১১

শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য প্রভুনা রামানন্দগী মফমদা মহাকমক লোত্তুনা লৈবা পাম্মি, তৌইগুম্বসুং মদুগুম্বা প্রভুগী রাখল অদু অরেম্বা ওইখি। প্রেম বসগী ইথক হৌহন্নবা অমদি মপুং ফানা ফোংদোক্লবা। (বসিক শেখর) রস খংবগি কোক্কি লৈতেং ওইবা ভগবান্না প্রেম লৈরবা ভক্তগী মফমদদি মাগী ঈশ্বর ওইবগী মশক অদু লোত্তুনা থম্বা পাম্মি অদুম্না পামদুনসু প্রেম লৈরবা ভক্তনা মাগী ওইবা প্রেমগী পাঙ্গলনা মহাকপু হেক্তা খংখি। মরম অদুনা প্রেম্না তিল্লবা রামানন্দনা প্রভুবুসু খংখি। ঈশ্বরদি য়াম্না হৈ শীংব কোক্কি লৈতেংনি, তৌইগুম্বসুং প্রেম্না তিল্লবা ভক্তনা মদুদগীসু হেন্না হৈ শিংবনি, প্রেম্না তিল্লবা ভক্তগী মফমদা মহাক্কি হৈ শীংবা পুম্বা লোইনা মাংঙি, অসুম্না ভক্তগী মফমদা ভগবান্না হেক হেক মাই খুই। ভক্তবু মানা ঙম্লগা মাগী নুংঙাইবা ওইদে, ভক্তগী মফমদা মানা মাইথিরগা মাগী হেন্না নুংঙাইবনি, মরম অদুনা রামানন্দগী মমদা প্রভুনা মাইথিবদা অসুক্কি মতিক নুংঙাই, প্রভুনা মোমোন নোকখি হায়বদুদা রাখল অমা ফোংদোকপনি মদুদি রামানন্দ, ঐগী অসেংবা ইশক অসে নহাক্না য়াম্ন া সেংনা খংলে, মদুদা অসেংইবা অমদি লৈ, ঐসে অদুগুম্বা নন্দগী মচানি শ্রীকৃষ্ণনি হাযরীবা রাফম অদুমদি চুমলে, নহাক্না হায়রিবা ঐগী মাধুর্য্য রসবু চানবগীদমক্তা অবতার তৌবনি, মদুগা লোয়ননা জগত্তা প্রেম য়েল্লি মদুবসু চুম্মে ঐগী অবতারগী পান্দম্নি। অমনা ঐগী মাধুর্য্যবু চানবগীদমক্তা ঐনা অদুগুম্বী শ্রীরাধিকাগী মাদন হায়বা মহাভাবপু লৌদুনা সিজিন্নে মদুসু চুম্মে। মসিদা নহাক্না হায়রিবা ঐ অসে শ্রীরাধিকাগী গৌরবর্ন্ন ওইবা মঙান্না মরম ওইদুনা ঐগী শ্যাম কান্তিবু য়োমশিল্লি কুপসিল্লি হায়বা অদুমদি মপুং ফানা লোয়নমক পুংচুম চুম্বা ওইদে, ঐসে শ্রীরাধিকাগী তরংবা মঙান অদুনা য়োমসিম্বা নত্তে। মরম অসিনা মফম অসিদা নহাক্কি খজিক অখোয়বা অমা লৈরে। ফরে হৌজিক ঐগী ইশক অসি করিনো করমতৌবনো, মদু নঙোন্দা উহল্লগে মদু নঙ য়েঙো। মসিনী প্রভুনা নোকখিবগী অর্থ রামানন্দগী অশোয়বদু ফোংদোকই। মহাক্কী কৃপা নত্তনা মহাক্কি অসেংবা মশকপু কনানা খংবা ঙমদে "যমেবৈষ বৃনুতে তস্যৈযোলভ্যঃ" মসিদা প্রভুনা পুথেক্কুনা রামানন্দনা উহল্লিবা অসি নত্তবরা রসরাজ মহাভাব অনিনা অমত্তা ওইবা মূর্ত্তিৎ শৃঙ্গার রস রাজ মূর্ত্তি পুবা শ্রীকৃষ্ণ অমদি প্রেম্না থল্লবা মূর্ত্তি মাদন কৌবা মহাভাবকী মশক ওইবি শ্রীরাধিকা হায়রিবা অনিনা তিল্লবা ওইথোক্তবা অমত্তা ওইবা মূর্ত্তি।

তৌইগুম্বসুং অসিগুম্বা রস রাজ মহাভাবকী মশক ওইবা মূর্ত্তি অদু উরুবদা রামানন্দনা রায় রাম্বদুনা তুখি, মদু মতৌ কমদৌননো? মথক্কী ২৭২-২৭৪ পায়ারদা হায়ব্রে মদুদগী খংবা ঙম্মি রায় রামানন্দনা অহাম্বা প্রভুগী সন্ন্যাসী মূর্ত্তি উবদা রাম্বদে, মদুগী মতুংদা শ্যাম গোপগী মশক উবদসু রাম্বদে, অদুদগী অমুক বংশী থোম্বা শ্যামগোপগী মশক ওইবা মূর্ত্তি অদুগী মমাংদা সনাগী য়ুখলগুম্না গৌরাঙ্গি ওইবী শ্রীরাধিকাবু উখি মদুদা মহাক্কি সনাগী মঙান্না শ্যামগোপ মূর্ত্তিবু য়োমসিন্দুনা পুন্না ঙাম্বা মূর্ত্তি উবে মদুদসু মহাক রাম্বদে তুখিদে, মসিগী তুংদা হাসি প্রভু তারে দেখান স্বরূপ। রস রাজ মহাভাব দুই একক রূপ।২৮৮ হায়রিবা প্রভুগী অসেংবা মূর্ত্তি অনিনা অমত্তা ওইবা অসি উবদা রাম্বদুনা তুরে বংশী থোম্বা শ্যাম মূর্ত্তি উবদা য়াম্না নুংঙাইজৈ মরমদি মূর্ত্তি অদু নুংঙইবগী শক্তম্নি।

**টীকা:—**

শ্রীরাধিকাগী কুচুনা য়োমসিল্লবা শ্যাম গোপগী মূর্ত্তিদু উবদা অমুক্কা হেন্না নুংঙাইহন্বী শ্রীরাধিকাগী মূর্ত্তিনি অনি অদুগী মঙান্না ফুদোরক্লবা জগৎ নুংঙাইহন্বা মূর্ত্তি ওইবনি অদুনা রামানন্দনা ব্রাম্থদুনা তুদে তৌইগুম্বসুং হায়রিবা মূর্ত্তি অনি অদুনা রামানন্দগী হকচাংদা নুংঙাইবগী ইথক হৌরিবদো অদুক হেন্না কম্বদি ওইদে, মূর্ত্তি অদুনা মরম ওইদুনা ব্রাম্থরিবা অদুদি রস রাজ মহাভাব হায়বা মূর্ত্তি অদু উবদা রামানন্দগী অদুক্কী মতিক হেন্না নুংঙাইবা ওই, মদুদা মাগী হকচাংদো অসিগুম্বা নুংঙাইবগী ইথক অদুনা য়েরকপদা কনখিবনা মহাক অমুক খাংথবা ঙমখিদে মহাক্কা মাগী হকচাং অদুবু মফম লেংদনা লেপ্তুনা লৈবা ঙমখিদে, মহাক্কি হকচাং পুম্বা মপুম মচেৎ কোক হকচাং লুশম তাংশম অনুপরমানু য়াম্না পিকপা থোইনা হেন্না অপিকপা মফম খুদিংমক্তা নুংঙাইবগী ঈথক্কুনা য়েরক্পদা অসিগুম্না ওম্থোকপা অঙাওবা ব্রাকল অমা হৌরক্কুনা মাগী হকচাং পুক্কিং ইন্দ্রিয় মহাক্কি জ্ঞানগী মচৎ পুম্বা অদুগুম্বা নুংঙাবাগী মহাউ অদুদা পুন্না য়ানসিনখিদুনা পুঙলুপ লুপখিদুনা মদুদা বামানন্দ ব্রাম্থদুনা তুখি। হায়রিবা মূর্ত্তি অসি প্রভুনা মাবু চানবিদুনা উহনখিবনি মদু শ্রীগৌরাঙ্গ প্রভুগী অসেংবা মূর্ত্তিনি, মদু মথক্তা মখাদা অমুক হন্না ওইরবোইদৌবা মূর্ত্তিনি মদু রামানন্দনা কৈদৌঙৈদা উখিদ্রি ধ্যান্দসু মদুবু অমুক্তা নিংশিংলুদে। মদুদি সন্ন্যাসী মূর্ত্তিসু নত্তে ভাবকী ঈথক্কা মিৎ অনিনা তথক তথক্লবা বংশীনা চিনবান্দা থোনবা শ্যাম সুন্দর অদুসু নত্তে, তসেংনা খজিক্তং লাপতক্লা লৈরগা সনাগী মচুগুম্বী শ্রীরাধিকানা মাগী কুচুনা য়োমসিম্বগুম তৌব শ্যাম গোপগী মূর্ত্তিসু নত্তে। মসি হায়প্লিবা পুম্বা অদুদগী ইতোপ তোপ্পা থোইদোক্লা অঙকপগি মশক ওইবা মূর্ত্তিনি। মসি রসরাজ অমদি মহাভাব অসিগুম্বা অনিনা ওইথোক্লীবা পুন্সিনখ্রবা শৃঙ্গাব রস রাজ মূর্ত্তি পুবা শ্রীকৃষ্ণ অমদি মহাভাব ময়ী শ্রীরাধিকা অনিনা পুন্সিনখ্রবদা অমত্তা ওইবা থোইদোকপা হায়দোকপা ঙল্লরোইদৌবা মূর্ত্তি ঋমনি। মতৌ অসুম্না শ্রীকৃষ্ণগী নোং অনৌবা শ্যামরূপ্পু, শ্রীরাধিকাগী হকচাঙ্গি তরংবা মঙান্না কুপ্সিনবা য়োমসিম্বা নত্তে অনৌবা গোরচনাগী বর্ন্ন ওইবি বৃষভানুগী মচানুপী শ্রীমতি রাধিকাগী হকচাং পুম্বা প্রেম্না মহি চেম্থোক্খিদুনা নন্দগী মচা ওইবা শ্রীকৃষ্ণগী শ্যাম বর্ন্ন ওইবা হকচাংদা, মাগী মনুংদা মপান্দা পুম্নমক্তা, য়েৎনদুনা লৈবনি। অমনা মহাভাবকী মশক ওইবী মাগী হকচাঙ্গি মশক ওইবি (গৌব) সনাগী কুয়োম অদুগী মনুংদা চংদুনা রসরাজগী শ্যাম মূর্ত্তিগী হকচাংবু অদুগুম্না ফোংদুনা লৈ। স্নাগী য়েন্দায় মনুংদা অপরাজীতা অশংবা থন্না হাপ্পগুম্বনি সনাগী মচুগু মাংদে অপরাজীতাগী মচুগু মাংদে অনি অদু তোঙান্না লৈবসু নত্তে অদুনা অমনা অমবু য়োমসিম্ব নত্তে চাং মান্ননা তিন্নদুনা অমগী মনুংদা অমনা চেন্দুনা লৈবগুম্বনি মসি প্রমাণ লৈতনা ওইবা মূর্ত্তিনি অদুনা রামানন্দনা ব্রাম্তদুনা তাবনি। মসিগী মগুন্না হেন্দুনা রামানন্দ বিশাখানা ওইরকপনি মথক্কি লীলাদা শ্রীবাধাশ্যামগী যুগোল লীলাদা য়াওরকপদা ব্রাম্থদে মদুগী নুংঙাইবা অদু খন্দুনা পাঙ্গল শক্তি লৈ। বিশ্বরূপ উবদা আর্জ্জুন ব্রাম্তদে রামানন্দ আর্জ্জুন্নিসু হায় গৌর গনৌদ্দশ কৃষ্ণ গনৌদ্দেশ অনিমক্তা অদুনা হন্দক ব্রাম্থরিবা অসিনদি পুম্নমক্তগী পুমথোই থোইবা মূর্ত্তি অমা ওইবা তাই মসি নত্তনা ব্রাম্থফম থোক্তে অদুনা খ্বাইদগী অথোইবা মূর্ত্তিনি রস রাজ মহাভাব অনিা অমত্তা ওইবা মূর্ত্তি অসি। শ্রীগৌরাঙ্গ প্রভুদা লৈবনি মসিগী গুণ। অদুগা মসিদা শ্রীকৃষ্ণ অমসুং গৌরাঙ্গ অনি অসিবু খেন্নবা তত্ত্ব লৈব তারবরা

**টীকা:—**

মদুদ' খুন্নি লৈতে কৃষ্ণ গৌব খেন্নবা অমসুং অনি থোক্পা লৈতে মদু শ্রীমদ্ভাগবতকী কৃষ্ণ বর্ণং ত্বিষা কৃষ্ণং শ্লোক্তা কলীগী উপাস্য নিংনকম ওইবা ঈশ্বরবনি হাযবা তাকই। অমনা আসন বর্ণাস্ত্রয়ঃ অসিনচিংবা শ্লোক্তা মুণ্ডকোপনিষৎকী সদা পশ্যঃ পশ্যতেকক্ম বর্ণং কর্ত্তামীশং পুরুষং ব্রহ্মযোনিম অসিনচিংবা কয়া লৈ হায়াবিবা রুক্মবণং কুচু ভৌবা গৌবাঙ্গসে তসেংবা ভগবান্ন ব্রহ্ম যোনি হায়বা শব্দ অসিনা প্রমান্নি। অদুগা মসিদা প্রভুনা মহাকপু লোৎকদবগী লাকনৈ অদুবু ঙমদে বামানন্দগী প্রেমগী পাঙ্গল্লা নমদুনা খণ্ডাখি মসিদা মতম অদুক কুইনা ঙাংনবিবদো খংলগা ঙাংনববা নত্তে মদুগী প্রমাণ মথক্তা পাযানন্দ পিখ্রে "যদ্যপি বায় পেম্মা" মসিনচিংবা প্রমাণ পিখ্রে খংলবসু প্রভুনা ফোংদোক্তে চাংনগদবা বাফম কথা অদু লোইদবনা মাতনা প্রেম লৈবগসু প্রভুগী কৃপা যাওদনদি কবি থোউনা খংবা ঙমদে প্রেম লৈতব মফমদসু কৃপা অদু খক তৌদে অদুনা ভক্তগী সাধন্না পাম্নে ওইবগা প্রেম্মা খুদুম চনত্রবদা মহর্ষি তাংলনা কৃপা আস থোবক্ই কৃপা অদুনা মবম ওইদুনা মাগী তত্ত্ব পুম্বা খঙবা ঙম্মি কৃপা লৈত্রবদি উববদসু খংদে মদু মথক্তা ২।৬। সার্বব ভৌম সঙ্গদা ইম্রে। মতাং অসিদা ইদ্রে, অসুম্না প্রভুগী কৃপা তনামাগা প্রেমতনা ওইবকপা মৃর্ত্তিবু উবদা প্রেম্মা যৈবদা দেহ খা বা ঙমদদুনা বামানন্দ শায ব স্তুদুনা লৈবাক্তা তুখ্রে।।২৮৬-২৮৭

শ্রীগৌবাঙ্গ প্রভুনা বাস্তদুনা তদুনা লৈববা বমানন্দব নানবিদ্রবদি হৌগৎলবোহ হাযবা খংদুনা খুৎনা নানবিদুনা জ্ঞাণ তাহল্লে, বামানন্দ জ্ঞাণ তাবদুনা হৌগৎলগ যেংবদা সন্যাসোগী মিজেৎনা লৈতেংবদুতমক উবে মদুদা মহাক্তা যাম্না ঙকখি।২৮৮

মাগী লাংতক্লবা অদু উবদনা প্রভুনা নংশানা কেনাবদনা মাবু তপথহল্লে, অদুনা হাযবকই বামানন্দা নংনা উখ্রবা ঐগী শকফম অদো নং নত্তন কনানসু উখিদ্রবান নহাক্ত ঐনা। অবেপ্পা তত্ত্ব লীলা অমসুং বসগী তত্ত্বা পুম্বা লোযনা খংলে মবম অদনা ঐগী তা লবা মৃ ই অসে নত্তোন্দ পুখ্যে কুনা ঐনা উহল্লবান মসিদা নংনা উবিবদো কবিনো হাযশ তাঙ্ক তাডা ঐগী গৌববন্ন ওইবা মূর্ত্তি অমা নহাক্ত উবিবসে অচম্বা গৌববর্ন নত্তে মসে সনাগী মচগুম্বা শ্রীবাধকাগা হকচাংনা খোকপদা মতৌ অসুম্না পগী কুচু হকচাং অসি নত্তখবনি। অমাদ শ্রীবাধকসে শ্রীকৃষ্ণ নংনা কনা অমত্তনা সেকপা ঙমদবান কনাবসু মানা শোকউদে শ্রীকৃষ্ণ নত্তনা। মসে অদুনা মানা শোপদগী ঐগী শ্যাম বর্ন অদুগা মগী সনাগী মচু অদুগা অনি অদুনা অমত্তা ওইদুনা লেপলবা ঐগী মূর্ত্তিন নংনা উখিবদো। ঐ শ্রীনন্দগী মচা কৃষ্ণনি, ঐনা মতম পুম্নদা শ্রীবাধিকাগী ভাব অদুতা খন্দুনা লৈবানি, মদু নত্তনদি ঐগী মাধুর্য্য বসবু চাবা ফংদে মবম অদুনা ভক্তা ভাব লৌদুনা বাধিকাগী শ্রাখল কুচু অনি লৌদনা কালদা লাকপনি ঐগী মাধুর্য্য বসবু চাকগে হাযদুনা। মসি পুম্বা ঐনা হাযাদবসে নত্তোন্দা ঐগী অবোম্বা থবব লৈতে পুম্নমক নংনা প্রেমগী পাঙ্গল্লা ঐনা লোৎলবসু নমদুনা হেক্তা লোযনা খংতোকখি। ঐসে ভক্তি অমসুং প্রেমগী মখা পোল্ল।২৮৯-২৯৩

বামানন্দ ! নংনা উখিবদো অমদি নংনা তাখিবদো, কনাগুম্বগী মফমদা হায়রুনু, মদু তাবগা

**টীকা:—**

মীতোপসিংনা নোক্নরক্কনি মরমদি ঐগী শাজৎ অসে অঙাওবগী শাজৎনি।২৯৪

আমার রাতুলচেষ্টা- প্রভুনা মহাকমকপু অঙাওবা হায়দুনা অমুকসু মহাকপু লোৎলি অমদি নোল্লুক্‌পা ভাবপু ফোংদোকই। তৌইগুম্বসুং মসিগী অর্থদা হায়নিংবদি অসিনি- শ্রীমতি রাধিকাগী ভাবনে কুচুনে লৌদুনা লাকপা প্রভুনি অদুনা শ্রীরাধিকাগী মতৌগুম শ্রীকৃষ্ণগী প্রেম্না ময়াইকাদুনা লৈবিনি প্রেম্না ময়াইকাবা মীগী মচৎপু খংদবা অচম্না মীগী মফমদদি অঙাওবগী মতৌনি হায়। মদুনা ফোংদোক্কনু মীঙোন্দা হায়রুনু হায়দুনা থিংবনি।২৯৪

শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য ঐ অসে অদুগুম্বা কৃষ্ণগী প্রেমদা তাওরবা অঙাওবা অমনি অদুগা নংসু অসিগুম্বা প্রেমদা তাওরদুনা ঙাওরিবনি মবম অদুনা নহাক্না অনিসুবা অঙাওবা ওইরে ঐখোয় অনিমক চপ মান্নবা ঙাওবিন্নববনি মান্নরে।২৯৫

অসুম্না অহিং তরা অসি রামানন্দগা লোয়দুনা প্রভুনা য়াম্না নুংঙাইনা রাধা কৃষ্ণগী মরমদা নৈনদুনা মতম লেনখি। ২৯৪ য়াম্না চেৎখ্রবা ব্রজগী রস লীলাবু বিচার তৌদুনা নৈনবনি মসি য়াম্না ঙাংনখ্রবা প্রভুগা রামানন্দগা অনিগী ব্রাফমনি অদুনা লীলা, রসগী মরম অসি লোয়না ইজবা ঐগী ইতিক ওইজদে।২৯৭

কোরি সেঞ্চেং, লুপা, সনা, বস্ত্র, চিন্তামণি পুম্নমক্ শুনা লৈবা লুপাকুম্না (খনি) অমা লাইবব নিপা মৈনা ফংলবদা মদুগুম্না অহান্বদা কোবি লৈরে হায়দুনা লৌখৎলুরবদা সেঞ্চেং অমুক উরকপা লুপানা চিংবা মথং মথং লৌখৎলুবদা অরোবদা চিন্তা মণি ফংবগুম্ প্রভুনা হংবদা রামানন্দনা কর্ম্মযোগনচিংবা মথং মথং খুম্না মমৈদা শ্রীরাধা গোবিন্দগী প্রেমগী মশক ওইবা পুম্নমক্তগী অথোইবা পোৎপু ফোংদোকখি অসুম্না হংবা খুম্না তৌদুনা প্রমুগা রামানন্দগা লৈমিন্নখি॥২৯৮-২৯৯

মতৌ অসুম্না কৃপা পিদুনা হংবা খুম্না তৌদুনা ঙাংনবদা শ্রীরাধা গোবিন্দগী ভক্তি অমসুং লীলা, রস রূপ অমদি গুণ্ অসিনচিংবা লোয়না ফোংদোক্নুনা জগৎকিদমক্তা ঙাংনবা লোযরবদা অহিং অদুমা লেল্লগা মতুঙ্গি নুমিত্তা রামানন্দ রায়দগী বিদায় নিরক্লে। বিদায় নিবা কান্দা রামানন্দদা প্রভুনা অসুম্না হায়খি॥৩০০

নিংথৌগী থবক তোক্লো বিষয়গী অপাম্বা পুম্বা থাদোক্নুনা নহাক নীলাচল ক্ষেত্রদা চৎলো, ঐসু ব্রাৎলিবা তীর্থ পুম্নমক মসিং শুনা স্নান তৌরুরগা থিন্দনা নীলাচনদা লাক্কে সেতু বন্ধ ফাওবতংতদি য়ৌকখিগে॥৩০১

ঐখোয় অনি নীলাচন্দা অসুম্না লাক্লগা লোয়নদুনা লৈমিন্নদুনা কৃষ্ণগী মবমদা ব্রারী কয়া শাদুনা মতম লেনমিন্নসি॥৩০২

ব্রাহৈ অসি হায়রগা প্রভুনা নুংশীবা পুম্বা উত্তুনা রামানন্দবু চেৎনা কোনবিরে। অদুগা নহাক নয়ুমদা হল্লে হায়দুনা বিদায় তৌরগা থাব্রে রামানন্দনা চৎখ্রবদা প্রভুসু নুংঙাইনা লেংসিন্দুনা চেপখ্রে॥৩০৩

অসিদগী নোং ওাল্লদনা প্রভু লেংখত্রনা (স্নান ক্রিয়) ইনজবা তৌগদব গৌবাং পুম্বা তৌবগা কালা কৃষ্ণ দাসকা লোয়নদুনা হনুমানগী মান্দিবতায়া লাক্লুনা হনুমান খুবম্নগা অমুক খাভাবত্লোমদা লেংখি।।৩০৪

বিদ্যাপুবদা লৈবম্বা মী অদু মোট তোঙান তোঙাল্ল অমত্তা তিন্নবমদে অদুবু প্রভুনা লেংসিন্দুনা মখোয় মখোয়গা উনখিবদগীদি ম'গী মাগী হান্নগী ওইজবম্বা মোট পুম্বা লোইনমক্লা থাদোক্লুনা বৈষ্ণব ওইখবে "বিষ্ণুর্হি পরম দেবতা ইতি বৈষ্ণব অথবা বিষ্ণু ভক্তি পাবায়ণঃ স বৈষ্ণব" শ্রীবিষ্ণু ব্যাপক ত্বাৎ কৃষ্ণ ইত্যার্থ. শ্রীকৃষ্ণন ঐগী অথোইবা দেবতানি খনবদো বৈষ্ণব কৌই অমন। শ্রীকৃষ্ণগী সেবাদা মাই ওঙ্গিম্বদো বৈষ্ণবনা শ্রীবিষ্ণু হায়বসি সিন্নবা থুংবদগী শ্রীকৃষ্ণ হায়না অর্থ লৌগনি।।৩০৫

যুমদনা বামানন্দ অদু শ্রীগৌরাঙ্গ প্রভুগা কায়নবদগা অবাবগী মশক ওইদুনা লৈহৌবে মমৈদা প্রভুত্তবু নিংদুনা বিষয় পুম্বা থাদোক্লুনা লৈখি।।৩০৬

সম্মা লেংলে বামানন্দ সঙ্গ অসি শমতক তৌনা লেংজবে মাচল লিশিং পানবা আনন্দমক্তসু পাল্লা লোইনমক বর্ণ তৌবা ঙম্লোই।।৩০৭

মহৌশানা চৈতন্য লীলা অসি নিংথিনা কুংনা খ্রীববা শঙ্গোমগুম্বীন মদদা বামানন্দ বাগণী মচৎ মওং আসনা নিংথিজনা থুমলবা চিনীগী মশক ওইদুনা যাল্লে অদুগা বাধা কৃষ্ণগী লীলানা কর্পূবগী মশক ওইদুনা চর্যাসিল্লন্দা মনম নুংসিনা থুম্মা মহাও লৈবা অদুগুম্মা চৈতন্য লীলা মহাও লৈবা মথুম্মা পোর্নি। লাইবক ফবা মীওইবা মনা মসিবু থক্লি নাকোংনা মনম ওইদুনা মসিবু নাকোংনা অমুক্ত পুক্লিং চংনা তাম্ববদা তোকলগে তাবরোই হায়বা সুকচম্মক ঙমদে মাগা নাকোং অদনা।।৩১০ "খণ্ড-খাঁড়, বাঢ় দেশ প্রসিদ্ধ গুড় বিশেষ" মসিবু নিংতিনা তববদি অমাম্ব তত্ত্ব খংজনা ঙম্মি মসিদা কৃষ্ণ, প্রেম, লীলা অমসুং বস, শ্রীবাধিকা পুম্নমক্কি চবন্দা প্রেমভক্তিনা তিন্দুনা অচেৎপা বাখনা অনিগী মনাই ওইজবা ফংনবা উপায় থিদুনা ভক্ত ওই।৩১১

মসিদগী বাই বামানন্দগা চৈতন্য প্রভুগা ঙাংনখিবা লীলা আসদগী শ্রীচৈতন্য প্রভুগী অবেপ্প মশক অদু কাবিনো কননো হায়বদা খংবা ঙম্মি, মসিদা অমনা বাধা কৃষ্ণগী মনিদা ওইবা যাই যাদে যাদে হায়দুনা থাজদনা থংনবনা মবম ওইনবদি শ্রীবাধা কৃষ্ণগী অবেপ্প (তত্ত্ব) নখ নাব জ্ঞান অদ কবিগুপ্পদসু ফংবা ঙমদে, তসেংনা থাজবগী পাংগল্লনা খংবা ঙম্মি। মীওবগী চাওবনা যেক্লবনি ঈশ্ববু থাজদবা হায়বসি থাজদবনা মথং মথং থাজবক্তবদগী মমৈদা মহাক মশামক ফাওবা থাজবক্তন্দা কবি ওইবকই মাংনবা ওই মবম অদুনা চৈতন্য লীলাবু শ্রীবাধা গোবিন্দগী লীলাবুসু থাজনা তাগদবনি। শ্রীবাধা গোবিন্দগী লীলা অসি মানম্নেন্দা ওইথোকপা নত্ত অদুবু থাজবগী মবমদা লৈবগাদি সোইদনা চবণ অদু ফংবা ঙম্মি মসিদা লেংনকববদি অসুম অসুম লাপথোকখিদুনা ফংবা ঙমদে। শ্রীচৈতন্য নিত্যানন্দবু অমদি শ্রী অদ্বৈতগী চবণবু মাগান খঞ্জববা মী অদুনা প্রেম কৌব লল অসিবু সোইদনা ফংজে। বামানন্দ মাগী লৈয়েংদগী বাধা কৃষ্ণগী লীলা খিবিকপু বসবুসু চৈতন্য প্রভুনা শন্দোকহনখ্রবা বামানন্দবু থুবমজৈ। বামানন্দগা প্রভুগা ঙাংনবা লীলা অসি দামোদব স্বরূপ্পা ইবিবম্নদগী লৌদুনা কৃষ্ণ দাসনা ইজর্নি। শ্রীরূপনা হৌবা বঘু নাথনা লোম্মা তর্থক্কি চবণ হম্বান্দা মাগী

পদ ঃ-

চৈতন্যের গূঢ় তত্ত্ব জানি ইহা হৈতে।
বিশ্বাস করি শুণ, তর্ক নাকরিহচিতে।।৩১২
অলৌ কিক লীলা এই পরম নিগূঢ়।
বিশ্বাসে পাইয়ে, তর্কে হয় বহুদূর।।৩১৩
শ্রীচৈতন্য নিত্যানন্দ অদ্বৈতচরণ।
যাহার সর্ববস্ব, তারে মিলে এইধন।।৩১৪
রামানন্দ রায়ে মোর কোটি নমস্কার।
য়াঁর মুখে কৈল প্রভু রসের বিস্তার।।৩১৫
দামোদর স্বরূপের কড়চা অনুসারে।
রামানন্দ মিলন লীলা করিলপ্রচারে।।৩১৬
শ্রীরূপ রঘু নাথ পদে যার আশ।
চৈতন্য চরিতামৃত কহে কৃষ্ণদাস।।৩১৭

ইতি শ্রীচৈতন্য চরিতামৃতে মধ্য খণ্ড রামানন্দ মিলনং নাম অষ্টম পরিচ্চেদ।।

পদ অর্থঃ-

মসিদগী খংবা ঙস্মি চৈতন্য তত্ত্বদো।
পুক্নিংদা তর্ক তৌগনু থাজনবু তাওদো।।৩১২
মসে চেৎলবা লীলানি মীরস্খেন্দা ওইদে।
থাজরগদি ফংবনি লাপখি য়েৎলগদি।।৩১৩
শ্রীচৈতন্য নিত্যানন্দ অদ্বৈত চরনবু।

মাগীমক্কি খঞ্জরবা মানা ফংজৈ ললসিবু।।৩১৪
ঐনা কোটিরক খুরুমজে বামানন্দ বায়বু
প্রভুনা মাগি লৈযেংদগী শন্তোকই রসবু।।৩১৫
দামোদর স্বরূপকি খুৎই মতুং ইন্না।
রামানন্দ উনবা লীলা ইথোকচরিবনি।।৩১৬
শ্রীরূপ রঘু নাথগী পাদদা মাগী আশা লৈবনা।
চৈতন্য চরিতামৃতবু হায়জৈ কৃষ্ণ দাসনা।।৩১৭

মসিদা শ্রীচৈতন্য চরিতামৃতগী মধ্যগী নিপানশুবা রামানন্দ সঙ্গ লোইবে।।

---

টীকা:

আশা থমজবদগী কৃষ্ণ দাসনা চরিতামৃত অসি লেংজর্বনি হায়না শ্রীজীবা ঐনা হায়জর্নি।। মতা অসিদা চরিতামৃতগী মধ্যগী নিপানসুবা রাই সঙ্গ কৌবা অধ্যায় লোইবে।।৩১২-৩১৭

কবিস্ খংজদবা তোল্লবা ননাইনা ইজবা অসিদা মগক মখা ওন্নথবা কয়া কয়া যাওবমগী মাশগীদমক ভাকপগনি খুনমজাব, লেখব।।

মসিদা রামানন্দ সঙ্গ লোইজরে।

5715



**পুখ্রম্বম গন্ধ সিংহ**

মনিপুর সাহিত্য পরিষদকি "কলাভুষন" (২০০৩)

মনিপুর ষ্টেট কলা একাদমী এৱার্দী (২০০৫)

## ফোঙখ্রবা লাইরিকসিং

১) রাগ ছন্দ (১৯৭৭)

২) রাগ ছন্দ স্বর লিপি (১৯৮৩)

৩) রাগ মঞ্জরী দর্শণ (২০০৬)

৪) রামানন্দ সঙ্গ (২০০৮, রাধাষ্টমী)

## ফোঙজনবগীদমক থৌরাংজরিবা

লাইরিক থীব/হায়ব কলা বিচার